# কেগে পুঙ্ ভাঙ্ঙোই লম্মীৎলোন্
# মোইরাং থংজিঙ্ চীংগোইলোন্





সোমেন্দ্রো মাইব্রমচা
মোইরাং

ꯀꯦꯒꯦ ꯄꯨꯡ ꯉꯥꯡꯉꯣꯢ ꯂꯝꯃꯤꯠꯂꯣꯟ
ꯃꯣꯢꯔꯥꯡ ꯊꯡꯖꯤꯡ ꯆꯤꯡꯒꯣꯢꯂꯣꯟ

# কেগে পুঙ্ ঙাঙ্ঙোই লম্মীৎলোন্
# মোইরাং থংজিঙ্ চীংগোইলোন্

( মণিপুর ষ্টেট আর্কাইবস অমদি নেসনেল আর্কাইবস ওব ইন্দিয়া দগী শেলগী মতেং ফংদুনা ফোঙজবা )




সোমেন্দ্রো মাইব্রমচা
মোইরাং

অহানবা ফোঙবাঃ ২০০৬ ইং

কোপী মশীং ঃ ১০০০

ফংফম থোকপা ঃ অইবা

অইবা ঃ সোমেন্দ্রো মাইবমচা, মোইরাং

মমল ঃ লুপা ১৫৫/- (লুপা চামগা য়াঙ্খৈ মঙা)

ফংফম ঃ ১। সুমন্ত ষ্টোর, মোইরাং বাজার অমদি অতৈ লাইরিক য়োনফমশিং
২। রাজেস বুক ষ্টোর, গভনর রোড, ইম্ফাল।
৩। অইবগী য়ুম।

---

নম্ফম ঃ সী. টি. ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস, বাবুপাড়া, ইম্ফাল-১(মণিপুর)



# কচ্চরি ইপুদ

পূন্সি লমদাং লমশাংদ
ইবুধৌ থাংজিঙ থৌগন্দা;;
কুমজা কয়া পাল্লম্বা;;—
মচা "বুংঙো চুরাচান্দ হাক্তক্তে
নিংথৌরোল অহুম পুন্সিনা;;
চিংঙু শেবা ফংখিবা
ইপুবোক ৺লৈমজাওবী খদ্রাকপাও!!
হৈ হা মীংখৈ শোন
মল্ল হকচাং পুঙমদ;;—
তনফদে ইশুদী কৈদৌনুং
চিংঙু থৌগন্নী কাউফদে;;—
ইপুগী চৈশুনী ইশুদী
মশুদা কোল্লা চৎলম্মী;;—
তাইবং শিম্বা তাক্লম্মী
খোইয়ুম নোংদম তল্লম্মী!!

নমু চিঞ্জাক থাদুনা
চেংলৌ শকউদ কুইরেদ;;—
কুমজা কয়া লাল্লক্লে;;
কৎচনিংই নশুদী লৈজদে
লাইর মচা ওইবনা;;—
ইপুনা খুৎশিন্নরম্বা পুৱারী
পুকোক পুয়া লাইয়েকসে;;—
লম্মীৎ লোনগী লাইরিকসে
কেগে পুঙ্ ঙাঙ্ঙোই লম্মীৎলোন্
মোইরাং থংজিঙ্ চিংগোইলোন্
মোইরাং কংলৈরোন লমথোনসে
নপোৎনী নরননী ইপুগী
নখুম্নাখ্বাদা
কৎচরি !!

# ৱাহৈ খরদং

ইবুংঙো শ্রী সোমেন্দ্রো মাইরেমমচানা ইবা "কেগে পুঙ্ ঙাঙ্ঙোই লম্মীংলোন্ মোইরাং থংজিঙ্ চিংগোইলোন্" কৌবা লাইরিক অসি খুৎই ওইনা লৈরিঙেদা পাজরে।

লাইরিক অসি তাইবং খুনাইনা হৌরকখঙেদগী লৈশেম নোংশেম থৌদোক ৱাথোক কয়াগী লীখুন পীবা লম্মীংলোনগী অফবা লাইরিক অমা ওইরে। লমদম অসিগী ইপা ইপুশিংনা তুংগী মীরোননা পাৎ তু খোং, লমথোন পুং কয়া কয়া, থৌদোক ৱাথোক কয়াগা শাগোন্নবা মফম কয়াবু লাতম চন্দুনা থম্বীরম্মী, মসিমক ঐখোয় অমদি হৌরকলিবা তুংগী মীরোনগীদমক্কি।

মোইরাং লমদম ইতিহাসকী মাইকৈদগী য়েংলুরবদি য়াম্না লেমজফম ওইবা ফীদা কয়া ফংলিবা লমদমনি। ইরৈবাক অসিগী অমত্তা ঙাইরবা কাব্যা ওইরিবা "খম্বা থোইবীগী" ৱারিশিংবুন লমদম অসিগা শাগোন্নবা তৎনা থানবা য়াররোইদবা ৱারিনি। হন্দক পুথোকপীরিবা লাইরিক অসিনা মোইরাং লমদম অমদি মাগী অকোইবা লমদমগী মরমদা হেন্না ময়েক শেংহল্লে।

জাতি অমনা মাগী মাগী পুৱারিবু খোংগুন লীনবা হোৎনরি, লমদম অসিগীসু, পুৱারিবু খোংগুন লীবদা ইবুংঙো সোমেন্দ্রোগী লাইরিক অসিনসু অচৌবা মফম অমদি শোইদনা কল্লগনি। মসিনা ইতিহাসপু নৈনবা স্কোলারশিং অমদি সধারন মীওইশিং কয়াসু য়াওনা কান্নবা কয়া পীরগনি হায়না থাজবা থমজরি।

লাইরিক অসি অরিবা লোন্দাদা লৈবনা অপাবদা খরা মখৈ খুদোং চাদবা ওইরবসু খরা কুপথনা নৈনদুনা পাবীরবদি মরিকচুম্বা ৱাহন্থোক অমদি শোইদনা ফংগনি নীংজৈ।

ঙসি ইবুংঙো সোমেন্দ্রোনা পুথোকপীরকইবা লাইরিক অসি পুৱারিগী সাহিত্যদা অচৌবা অহাংবা অমা মেনশিনবা ঙম্বা খুদোল অমদি ওইরগনি। মসি পুম্নমক লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংগী খুদোলনি, মসিমক্তা ঐখোয় পুম্বা ইপা ইপুশিংদুগী মফমদা শীংবা ঙম্লরোইদবা লমন অমদি তোনশিন্দুনা অদুমক লৈহৌরগনি।

অরোইবা ওইনা থমজনিংবা ৱাফমদি ইবুংঙো শ্রী সোমেন্দ্রোনা অসিগুম্বা লাইরিক অসি মতুংদা কয়া কয়া পুথোকপীরক্তুনা তুংগী মীরোলবু লমজিং লমতাকপা ঙম্বা ওইসনু। মসিবু ঙমনবগীদমকসু তাইবং শেন্বা মপুদা হন্না হন্না নীজরি। লাইরিক অসিগী মপান্দগী লমদম অসিগী ইপাচা কয়াসু মীকপ থোকপা ওইরসনু।

ডাঃ কেঃ সুসিলা

মণিপুর ষ্টেট আর্কাইবস, ইম্ফাল

# ৱামাঙ্-ৱারোল

শ্রীসোমেন্দ্রো মাইৱম্চাগী অহানবদা খুৎমাবা খুৎই-লাইরিক "কেগে পুঙ্ ঙাঙ্ঙোই লম্মীৎলোন্ মোইরাং থংজিঙ্ চিংগোইলোন্" হায়না শাংনা মিংথোল্লিবা লাইরিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা কুপশিন্না পাজরে। মোইরাংগী অমদি মণিপুরগী লম্মিৎ-তুমিৎ খরগী মরমদা ইবনি। মতম অমদা পাক্লা-চাউনা শন্দোক্লা লৈরম্বা কেগে ঙাঙঙোই লৈবাক্কী মরুওইবা মফম্ লাইফম্ তিনফম্শিং কাউনা পরে চন্শিন্নরক্লবা লম্মিৎলোন্ কয়াবু খুদোম্বীনা থিন্-থিন্দুনা মশক্ তাক্লক্লি। মফম্-মফম্দুগী তৌগদবা লাইথৌ, ঈরাৎ থৌনিরোলগা লোয়নবা মরম্শিং ইদুনা পুথোক্পীরক্পা অসিমক অপাবশিংগী থম্মোয়দা অপেম্বা নুংঙাইবা কয়া পোক্লরগনি হায়না থাজে।

শ্রীসোমেন্দ্রো অইবা ইনাউ ইবুংঙো অসি মহাক্লা নহা ওইরিঙৈ ঐহাক্না হান্না শক্খঙ্খিবদি কলেজ ছাত্র ওইরিঙৈ মতম্দগী ৱারেং শৈরেং কয়া ইনরক্পা অথোই অহেন তান্নরক্পদা মকোক্-মথং তাদুনতা লাক্পা থেংনখি। কলেজ ছাত্র মতম্ লোইরবদা কালেন্ ছুটিনচিংবা মতম্ শাংনা-শাংনা ছুটি লৈবদা মহাক্লা লুচিংলগা লাইরিক্ লাইশু হৈরবা নহারোল্শিং কয়া পূন্শিল্লগা কোচিং ক্লাস হাংদুনা অঙাংশিংবু লাইরিক্ তম্বীরক্ই। ক্লবগী প্রসিডেন্ট ওইনা-ওইনা মণিপুরি অরিবা ময়েক লাইরিক নৈনবরোমদা খোঙ থাংজিল্লকখি। ওল মণিপুর মৈতে ময়েক রিছার্স ট্রেনিং সেন্টরগী ত্রেন তৌরবা মেম্বর অমা ওইনা ইং শোক ১৯৯২ আগষ্ট তাং ২০ শগোলশেল নুমীৎতা মৈতৈলোনবু ভারতকী নিপালশুবা সেদ্যূলদা চনবা নুমীৎ অসিগী মমাং চহি অহুমগী মতমদগী মণিপুরি মৈতে ময়েক্, য়েলহৌ ইয়েক ১৮ ময়েক ২৭ কী লাইরিকপু ফুবাল্লাদগী হৌরগা মোইরাংগী স্কুলসিংদা মথং মথং চৎতুনা বেজ নাইনা ছাত্র ছাত্রিশিংদা রেগুলর ক্লাস চংদুনা তম্বীবা হৌরকখি। অসিগীসু মথক্তা মোইরাং বোইজ জুনিয়ার স্কুলদা হৈজনিংবা মহৈরোইশিংদা চাং নাইনা তম্বীদুনা থার্দ ইয়ার কোর্স অমদি রিছার্স পার্সন ট্রেনিং প্রোগ্রামদা ডিপ্লোমাগী ছাত্র ছত্রি ফাওবা পুথোকপীরকখি। অসুম্না থৱাই য়াওনা অরিবগী হিরমশিংদা চংশিল্লকপনা মপা মপুনা লুবাক তাবুনুংদ থম্বীরম্বা কংলৈরোলগী অরিবা ময়েক লাইরিকশিংবু খুৎমাবা হৌরকখি। অদুবু থৱাই য়াওনা হোৎনঙরিবা অঙাংশিংদ তম্বীরিবা ময়েকশিং অদুতনা মনিং থুংলক্রদুনা মবুক্লীংগী অহোংবা লাক্লদুনা থংজিঙ্ য়াগৈরেল মরুপ রিছার্স কমীতিদা মেম্বর অমা ওইনা মোইরাং কংলৈরোনগী মরমদা নৈনবা শরুক য়ারকখি, থিজিন হুমজিনবগী লম্বীদা খোঙলৈ য়াংনা চঙশিনবা হৌরকখি।

হৌখিবা ইংশোক ২০০৫ জুনগী তাং ৩০ শাগোলশেল নুমীৎতা মোইরাং আই; এন; এ; ম্যুজিয়ম হোলদা পাংথোকখিবা থংজিঙ য়াগৈরেল মরুপ অমসুং মণিপুর ষ্টেট আর্কাইবসকা অনিনা পুন্না শিনবা বিষ্ণুপুর ডিষ্টিক্কী ওইবা অরিবা মেন্যুস্ক্রিপ একজিবিসন অমদা ইনাও ইবুংঙো শ্রীসোমেন্দ্রো সু শরুক য়াখি অসিগুম্বা লাইরিক্কী মেলাদা অরিবা খুৎই লাইরিক কয়া পুথোক্তুনা অনিসুবা শেলগী মনাসু ফংজখি। নুমীৎ অসিদগী শকখং মাইখংনবা হৌদুনা মণিপুর ষ্টেট আর্কাইবসকী ডিরেক্তর ডা: কে: সুসিলা দেবীগী এডভাইস মখাদা থবক কয়ামরুম চৎথরকখি। হৌজিক হৌজিক নেসনেল মিসন ফোর মেন্যুস্ক্রিপস মিনিষ্ট্রি ওফ ইন্দিয়া, নিউ ডিল্লী অমসুং মণিপুর ষ্টেট আর্কইবসকী ডিষ্টিক কো-ওরডিনেটর, বিষ্ণুপুর ডিষ্টিক্কী ওইনা থৌপুরিবা মীওই অমনি।

পুম্নমক অসিগী মথক্তা খ্বাইদগী অঙকপা অমা ওইবিবদি অতোপ্পা লম্বী হাইগদরা, মপুম্সিগী সিনফম ওইনা ইবুংঙো **সোমেন্দ্রো** অসি য়াম্না নহা ওইনা ইংশোক ১৯৯৩গী হৌনা পাঞ্জিগী থবকসু তৌরম্বা অসিনি, মণিপুরগী মমীং লৈরবা কোঠী ইবা য়েংবা পাঞ্জি অচার্য ওজা পণ্ডিৎ কয়াগী মফমদা চংজদুনা মহৈ তম্লকপা অসিনি। থাগৎনিংঙাইনি। মহাক্কী অরোইবা ওইনা গুরু শ্রীলালকহ্নই দেব শর্ম্মা ভগবৎ রত্না অমদি ব্রহ্মা সভাগী রোতন ওইনসু পুবিরম্লবা গুরু অসিগী মরুওইবা সেবক অমসুং ওইরি। হৌজিক য়াম্না নহা ওইরিবা ফাওগৎলক্লীবা পাঞ্জি অমা ওইনা কোঠী ইবা য়েংবা লাইরা তিনব্রা, লাইথৌলোন্দা অচেৎপা খোঙ থাংজিল্লক্লীবা অসিনি। মহাক্কী পাঞ্জিগী থবক্তা মৈতৈগী অরিবা খুৎই লাইরিক্তা লৈরম্বা সুবীকা মখল কয়া, নুমীৎ থা থব্রালমীচাক্কী মরমদা ইবা অমদি কুম্বাবা থবানলোন নৈনবা কয়ানসু ইনাৎকী অমসুং সংস্কৃত নৈনবনা য়োটিসপু খুৎলোইবা, মপুং ফাহনবা ওইরি। লাইরিক হৈজবগী মপান্না মাগী লোইনবী ফাওবা তম্বীদুনা মীয়ামগীদমক নৈনবা মতেঙ পাংহল্লী। অসুম্না কোঠী ইবা য়েংবা হিরম অসিদসু পোথাবা সংজদ্রবা হোৎনবা কনবা নহা অমা ওইনা অথোইবা পাঞ্জি অচার্য ওইগে তানখৎলক্লিবা অমনি।

হোৎনবা কনবা ইনাও ইবুংঙো শ্রীসোমেন্দ্রো হন্দক্ত অহানবা ওইনা অরিবা সহিত্য মোইরাং কংলৈরোলগী ইতিহাসতা খুৎথাবা হৌরক্লিবা অসি থাগনিংই। অহল লমনশিংনা শেংনা থম্বীরম্বা অমসুং নৌনা থিজিল্লকপা অরীবা লাইরিক কয়াদগী মল্ল মল্লদুনা মচং ওইবা লম্মিৎ-তুমিৎ কয়াবু খন্গৎতুনা ইথোক্চরিবা লাইরিক অমনি।

লাইরিক অসিগী খুৎই ব্রাখল্লোন্দি মপুবোক্লা লুনা থম্বীরম্বা লাইরিক কয়ানি খঞ্জদুনা "মশুনা মপুদা" কৎথোকচরিবা খুৎই অমনি। লাইরিক অসিদা থায়নগী ওইবা অরীবা লোনবুসু ইকায় খুম্নজবা উৎপগা লোয়ননা অরী-অনৌ য়ান্ননা মনিং তম্লা ইথোকচরিবা খুৎই লাইরিক্ অমনি। লমদম অসিগী নীংথিজরবা ইতিহাসকী অমদি সহিত্যগী ফজরবা কান্নরবা শরুক কয়াসু থন্না য়াওরবা মমল্ য়াম্লবা লাইরিক্ মখল্ অমসু ওইরগনি। অইবগী অয়াম্বা লমায়শিংদা অরীবা ব্রাহৈদো নম্বর পীদুনা ফুট নোট

অর্থ খরা খরা হন্দোকচবা অসিদা অৱাংপা খরা লৈবা অমসুং অরুম-অয়াং বনান্ য়েংশিন্বা খরা অৱাংপা লৈরগসু মসিনা পূন্নমক শোয়বদি ওইদে। লৈবাক্সিগী ইতিহাসকী লমায়শিংগীদমক্ নৌনা অহান্বা খুৎমাবা ওইনা খুদোল তমজরক্লিবা ইনাউ ইবুংঙো শ্রীসোমেন্দ্রোগী "কেগে পুঙ্ ঙাঙ্ঙোই লম্মীৎলোন্ মোইরাং থংজিঙ্ চিংগোইলোন্" মিংথোন্দুনা পুথোকপীরকপা থাগৎচনিংই। মণিপুরগী ইতিহাসকী পুক্কৈদা মমল্ য়াম্নবা খুদোল কয়া তম্জবা ঙম্নবা ইবুধৌ মোইরাং থংজীঙনা থৌজাল পীনবীবা ওইরসনু।

**মোইরাংথেমচা রঘুমনি, ঙাঙোইচা।**
সেক্রেটরি, আর্ট এণ্ড কলচর।
থংজীঙ সেবা মন্দল, অমসুং
"ইডিটর য়াগৈরেল" মোইরাং থংজীঙ্ য়াগৈরেল মরুপ্
রিছার্স কমিটি, মোইরাং

# ৱাহৌদোক

সাহিত্য ইতিহাসকী ইচেন্দা পাক চাওখ্রবা মোইরাং কংলৈরোন মণিপুর স্না লৈবাক কংলৈপাক্কী, সলাই তরেৎকী মনুংদা থোইদোক্লা শিংথানিংঙাই ওইরবা, মুৎপা য়াদ্রবা মাংবা ঙমদ্রবা ওইদুনা তাংথক নাইবা মতমগী ইচেন্দা মথং-মথং তাওথরক্কী। শক্লাইরবা ওঝা কয়াগী চিনবুং ৱারিদা, অশৈ শকপা পেনাগী শৈহেক্তা, শৈশকপীগী খুনুংলোন শৈশক্তা, শিকপ্লোন্দা, তেংথারোল্দ, মোইরাং শাইদ, ইপু ইবেনশিংগী ফুঙ্গা লাইরুদ মশু মচাশিংবু লাংলেন থৱাই য়াঙ্গোনবীদুনা, ফুঙ্গা ৱারি ওইনসু লিরম্বা, খোংজোম পর্ববগী ইথিন্দা তান মেন কাইদনা শৈশক ৱারি ওইরকপা, কেগে কংলৈ অথৌ লিচা হেকপা খিবীক্কী ৱারি লমদাংনা, তাল্লবা লোইজিং লোয়া নিন্দুনা, খুঙ্গংগী খালৈ লোইয়ান ঈশৈদা, পাখং থাংকোক সম্পোংলোই, নুরা খুৎলং চুংবুরোই খিবিক্কী খুৎলং ঈশৈ ওইদুনা মুৎনাইদনা লৈরক্লবা মোইরাং কংলৈ ৱারিনি।

অচৌবা ইপাক্কী লানবদা ইতিক ওইদবা, পামজরুবনা চোংথজবনি কংলৈরোন সাহিত্য ইতিহাসকী ইপাক্তা। ঐগুম্বনা হোংনবদী থুম মতুম মচা অমৎতনি লোক্তাক ইপাক ইয়াইদা। করি খংবা নত্তে করিসু হৈজবা নত্তে। পামজবনা চোংথজবনি। ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা লুবাক তাবুনুংদগী মৈতৈ লাইয়েক্তা ইরম্বা মোইরাং কংলৈরোন লমথোনবু খোমজিন তাশিঞ্জদুনা " কেগে পুং, ঙাংঙোই লম্মীৎলোন, মোইরাং থংজিঙ চিংগোইলোন" কোলোই মমীং থোন্দুনা, মতম অসিগী মীরোল্লা ইবা পাবা খুদোং চাননাবা বঙ্গালী ময়েক্তা ইরগা ইরোল্লা মৈতৈলোন ওইজবা অইবা ইশাগী শিন্দোকচবগী পান্দমদী! খঙহৌবা, তাহৌবা, উহৌবা, মাংদবা, মুৎতবা, লোইনাইদনা নুংশিরবা মীরবা খোম্থাংনা মীওইবগী থম্মোইদা নিন্দুনা লৈহৌবা মোইরাং কংলৈরোন মদুতবু পামজবনী।

ঐগী ইবুধৌ থোইবা পণ্ডিৎপু মৈতৈ নিংথোমক্লদি লাল্লুম কৌনা মিংথোনবীরম্বা হিদম থোইবা পণ্ডিৎবু কংলৈ মৈতৈ লৈবাক্তা অমাই লোইশংদা থৌবুরম্বদগী। মতম কুইনা কেগে মোইরাং লৈবাক্লা খুন্তাক লাল্লীরদুনা, লৈরক্লবদা পোইরে মৈতৈ নিংথৌনা "ইপু থোইবা নহাক্লা কেগে মোইরাং লৈবাকপু খুনফম লেপ্লা খুনসেমলুও, খোইয়ুম থংজিঙ লাইফম্সু ইরাংলুও।" হাইনা থাবিরকই ইবুধৌদি লোইথা লাম্থারকপা নত্তে। হিদমনা মোইরাং সলাই ওইবনা, অমাইবা ওইনা থাবিরক্লুনা মাইবনা লৈবালম মাইবলম মাইব্রম ওইখিবা" শাগৈ য়ুমজংবা পুয়াদা থেংনজে। ইবুধৌ থোইবা পণ্ডিৎনা পাইরম্বা পুয়ানি মথং মথং মৈনা ৱাই তাংনা শমথরকপনা ইপুবোক লৈমজাওবী খুদ্রাকপা

চেয়ারমেন শেবা মন্দন, মোইরাং ফম্নাইবগী অসুপ্পা ওইনা পুবিরকপনা, চুড়াচন্দ মহারাজগী হাক্তক্তগী মাইবা হিদং ওইরকই মথং সেনাপতি, মথং খাদ্রাকপা কারকই। চুড়াচন্দ মপারি বুধচন্দ্র, মশু ইবুংঙো ওপেন্দ্রা নিংথৌরোল অহুম পুন্সিরমদুনা কেগে মোইরাংগী থৌপুবা ওইরকই। মতাং লমদাং খরাদী ইখুরা ইবোতোম্বী মাইচৌদা ইপুবোক্না শিন্নবি। লাইবক থিবদী ইখুরানা পুন্সি চেংজেন তেনখিবনা ইপুবোক্কী মাং থাপ্রবদা, নৌজরিবা ঐঙোন্দা ইশুনা ফংজরো লাইয়েক পুয়াশিং অশি হাইনা শিন্নবিরম্মী।

নিংজবা মৈরিনা মৈচাক ৱাইরকপদী চহি কুমজা য়াম্লক্লে, অদুবু ঐদি লাইরৈ তোল্লী মিমান্নদে হাইদুনসু, ইদোম কনা খঙদা অচিকপা লুখুম যাত্র মখোংদা লুবাক তাবু নুংদা থুপতুনা লৈরম্ববু তাংথক নাইবা মতমগী ইচেন্না, তাওথরকপা পোংগী মতৌগুম্লবা ঐহাকপু, মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভসকী পুয়া এক্সীবীসন্দা সকথংবিরদুনা ঐবু খুজেং পাইদুনা চিংখৎপীবে হাইনা লৌজবতা নৎতনা তশেংবমকসুনী। ঐহাক্না লাইরিক অসি নম্বা অমদি ফোংবা ঙমজরিবসি। Manipur State Archives কী Screening Committee না Recommend তৌবিদুনা ভারত সরকারগী National Archives of India গী Selection Grant Committee না খনবিরক্তুনা সেলগী তেংবাং পিবিরক্তুনা লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজবনি। মসিগীদমক National Archives of India, New Delhi অমদি Manipur State Archives অনিগী লমন তোনাশিঞ্জবে। মৈকিদ্রীবা অঙাংনি করিসু খঙদ্রিবা নৱানী, নৱাবু খোরি চিন্নাই হন্দুনা শিন্দোকচরুববু পুথোকচবা ঙমজরে। ঐবু লমজিং লমতাক্তুনা বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্কী কো-ওর্দিনেতরগী থৌদাংসু ফংহনবীদুনা ঐবু শেম্বীরকপা ডিরেক্তর ইচে **সুশিলাবুসু** মপোক অসিগী শিংঙমদ্রবা লমন তোঞ্জবে।

নহা ওইরিবা থৌদাং য়াম্বা খিবিকসু লৈখোঙ শোম্বীদুনা য়েনীং হুলহনবিরিবা ওঝা ইন্দ্রমনি নাওবোইববুসু কাউজদে! লাইরিক্কী অশোই অঙাম খিবিক্তা লমজিং লমতাকপীরিবা, থংজিঙ য়াগৈরেল মরুপকী জোইন্ট সেক্রেটরী অমদী থংজিঙ শেবা মন্দন আর্ট এন্দ কলচর সেক্রেটরী শ্রীমোইরাংথেম রঘুমনি সিংহবুসু কাউজদে। **ডাঃ খোইয়াংবম** যাইমচৌ সিংহবুসু কাওজদে। অমসুং শ্রী হেমাম্ অচৌবা সিংহ অশৈশকপাবুসু কাউজদে । অরোইবা ওইনা C.T. Offset Printing Press Babupara, Telephone Bhawan, Imphal গী প্রোপ্রাইটর ডঃ এল. কুমার সিংহ অমদি প্রেস অসিগী ইচিন ইনাওশিংনা অৱা অনা খিবিক খাঙবীদুনা লাইরিক অসি পুথোকচবা ঙমহনবীবা অসিগী শিঙমদ্রবা লমন তোঞ্জরে। লমজিংলোই ওঝা খিবিকশিং অসিমক নৎলমদ্রবদা ঐগী খোরী খোর্জে খিবিকশিং অসি ঐগী লুখুম যাত্র মখোং লুবাক তাবুনুংদা তাদুনা লৈজরমগদবনি। ঙশিদি পুন্সিগী অহানবা ওইনা খুৎমাজবা ঙমজরে, মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা লৈশক চাদবা, লৈচু হেন্দবা, অশোইবা পুম্নমক্তি মতিক চাদবা ঐতগী ইরান্নী! মোইরাং কংলৈরোন সাহিত্যদী ৱাংপা কৌবা লৈতবনি, থাবগী

লোইবা নাইররোই। কেগে ঙাঙঙোই মোইরাংগী ভৌগোলিক অভক্ত থাদি নিংথৌরোন কয়াগী মিরোশ দা পাক চাওনা লৈরমখরে। অৱাংদা কৌক্র চিং খোংদা মোইরাং কৈ লৈরম্বা, মোইরাং পল্লি, মোইরাংখোম পুং। ইতিহাসকী লৈরোননা ফুমজিল্লক্লবসু মাংবদী খক য়াররোই। মখা মাইকৈ পাংবদী মাইকৈ ঙাকপা খুমুজাম্বা ময়ুমফম চুড়াচান্দপুর য়ৌরম্বা, নোংপোক্ লম্না পাংবদা লফুপাৎ কুমদমশোই মরমখৈ, ইরিক কোঙ্গোল শৌবা চিং, মোইরাং নিংথৌ কাবা পুরাংবা লমথোক্লম্না লৈরম্বা!! নোংচুপ লম্না পাংবদি কেগে থংজিঙ চিংজাওলেননা লোক্তাক্কী উরুম শক্লা, কেগে মোইরাং লৈপাকপু ইবুধৌ থংজিঙ কোইরেল্লইনা। খুনসেম খুন্দাবিরব...... অৱাবা কয়া, নুংঙাইবা কয়া কপ্পা নোকপা মতম অমগী মোইরাং কংলৈরোল সাওন লাংওন কয়া, মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা নরক্কী লৈরাং ওইদুনা মাংখিবদী য়াররোইদবা মোইরাং কংলৈরোন ইতিহাসনি। মতিক চাদবা মালিনা লৈখোং শোন্বা ৱাৎপতনী, কংলৈপাক্কী থাউমৈনি, ইতিহাসকী ইচেন্দা থাবগী লোইবা নাইররোই।

মতম অমাগী শৈশক্রোন, তেংথারোন, শিকপ্লোন, মতিক চাদে ঙাকপীয়ু, মপুং ফাদে কনবীয়ু! নৱানা খোরি চিন্নাই শৈদমজবনি, য়োল্লবদা ঙাকপীয়ু লাল্লবদা কনবীয়ু! অহেনবদা লৌথোকপীয়ু অৱাৎপাদি হাপচিনবীয়ু। অশোই অরান খিবিক তাকপীরকপা পুম্নমক হরাও হরাও লৌজরী মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগে। লাইরিক্কী খুৎইদা অরিবা লোন মৈতৈ লাইয়েক্তা ইরম্বনা মতম অসিগী লোনগী লোম্বেগা চাননবা হোৎনবদা শেমদোক শাদোকপা ময়েকসু য়াওজরি, খুদম ওইনা গ, ব, য়, র, দ নচিংবা ময়েক কয়া ওয়্বোক ওন্সীনসু তৌজরি। মতম অসিগী লোন্দা চাশিনবা ঙমজনবা হোৎনজে।

চারৈ ঙক্ত য়েৎ, কাংবী চিরাই লুক, মলেম লৈশা চিকপক্লা ইবুধৌ থংজিঙবু থগোঞ্জ লাইথৌ ইরাৎ লোন খরসু হাপচিঞ্জে, লাইগুরুগী খুৎইদা লৈরম্ববু পুথোকচৈ! কেগে মোইরাংনা চাকহোং ঙাহোং খুঞ্জাও লৈচাওনা পাঞ্জনবা হোৎনজে! খংদা মাম্মি লাক্ল উদবা মপা তমজবা, পোংলৈ মৈগুম মুৎতবা চিংশাং খোইরেল হিগুম থুমথোইবা, পুথাংকোক্লা শিন্নরমম্বা, পথাংকোক্লা তাক্লম্বা কেগে কংলৈ ৱাবীবু, মৈতৈ সহিত্য লৈকোন্দা মিৎকুপ্ অমতং ওইরবসু লৈরাংবীরবদী পোকচবগী মহে য়ানজরে, অহানবা খোরী খোজেনি খনবীদুনা অশোইবা খিবিক ঙাকপীদুনা লৌশিনবীরবদী, শিংঙমদ্রবা লমন তোম্পিঞ্জরে লৌজরি।।

ইথোকচরিবা

**শ্রী সোমেন্দ্রো মাইব্রমচা**

মোইরাং

# য়াওফম তাকপা

# য়াওফম তাকপা

# য়াওফম তাকপা

# য়াওফম তাকপা

# য়াওফম তাকপা

| | হিরম | লমাই |
|---|---|---|

# য়াওফম তাকপা

# য়াগেলোন

## (শৈহৌ শৈথা খুরুম্লোন)



[১]হ য়া হে, [২]হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ! [৩]কেগে [৪]থংচিঙ [৫]কোইরেন লাইনিংথৌ! মোইরাং [৬]কশারেন! [৭]থোংলেন য়াংলৌ লৈপাক মপু নুংবি শিদবা খুনেৎন, নুংনাং নাদব খুদান, সন্ধোং তাম্থোং মপু নিংথৌ! সললম্কাম্ব মহারাব, য়াইবী পল্লোই তানব! খোইয়ুম লিথিককোন্দী

---

১। হয়িচক তা হৈনা ইপানে, হানা ইমানে "লুমাং শম্বুন পুল্লগা পম্থৌ হাইনা কৌবদা হে হাইনা পাউখুম্মে।। লুতুং শম্বুল পুল্লগা পলেম হাইনা কৌবদা হা হায়না পাউখুম্মে। পলেম পম্থৌ অনিনা অমৎতবু ওইব ঙম্বা লাইনিংথৌবু শৈহৌরি।

২। ময়াই শুমদোংপান, খোইদৌ কংলা য়ুমফমগী মপু লাইনিংথৌবু "খোইয়ুম" হাইনা শৈথারী।

৩। গুরুনা খুম্থোকপদা লৈনুং থোংলোন মপনমকপু কেকে লাওনা থোংহাংঙে "কেগে" কৌনরি।

৪। শকউদবা মপু নিংথৌগী থংনব মপু নিংথৌ থংবসুং থংচিঙ" শৈশক্লী। চিঙ্গোইরোন পুয়ানদী ম্না নোংনিংথৌ তরেংবা।। ৱাকোক্লোন পুয়ানদী, ফুক্কৎ থাংকৎ চিংখৎ পাথাংচিঙ্ হাইনা ইরম্মী। লাইশক লাইমীং তাকপা লাইমিংলোন পুয়ানা তাইবং থৱাই পানববু অনেম অৱাং নাইদুনা লিথাং চান চান থাংতোক থাংজিন তৌবিবা থাংচিঙ হাইনা শৈথারী।

৫। লৈথক্ লৈখা, লৈয়াইরেন মরোন অহুম্বু শুপ্পা পাল্লি হাইবগী কোইরেন লাইনিংথৌ কৌই।

৬। লৈমরেন কয়াংলোন, অমদী তুতিংলেন শিদবা ৱানা হাইরী। কে কৌনা থোংহাংবা, ফাকৌবা ইফম্লেন কয়াংলে, ৱাফম অশিনা তাকপদী তাইবং পানবগী "ক" লাই অরিবা "শ" হকচাংগী 'লেল" অথোইবা হাইনা শৈশক্লী।।

৭। লৈশেম্বদা গুরুন মপারি মতৌ য়েংদুনা, মলেম লৈখারোন্দা লোংখ্রবদা লাইনা কোইনা কোইনা থিব পুংবু লাইকোই (লৈগোই) পুং! গুরুনা মাংখিবা মফম্বু মাঙনৌতাক (মর্ম্ব্রোইতাক) গুরুনা লোৎতুনা লৈববু লয়োন লানৌগুম্ নৌনা লৈঙমএ "শাংতোন লৈনৌতা"।। অৱাং পাখং য়োইরেনবনা পারি নংদী নপন ঐবু করম থিখংবনো পারি লৈশং খেকৱায়বা, থংবসুং চাউবসুং শাংবসুং কোইরেন নিংথৌবা হাইনা মীংথোল্লী। অদুগুম্বা লম্লেল লমদম লম্মুংশিবু খোংগী নাতৈকাংবা লম, অথোইবা লমলেন ওইবা লম, য়াংবা নরৈ শাংবা লম, "থোংলেন য়াংলৌ" লমনুংশি হাইনা শৈথারম্মী।। চিঙ্গোইরোননদী লোরেন ম্না মপুংয়াই হাইনসু শৈথারি।

কোনখাব! চিংঙু লিরেন কোনসুং কোনমতৈবা! ককলেন মরম কোনসিব! ঙানু খুনু কোল্লোইবা! য়াওরৌ সতুং কাক্রূক সারৌ হৈবু কোনমতৈন কোনশেম্বা! পমেন উথম্বানবু নমঙানবা লাইনিংথৌ! চিংঙু নংবু চাওবসু কোইরেন নিংথৌ! খোয়য়ুম শাংবসু কোইরেন নিংথৌ!, থংবসু কোইরেন নিংথৌ! কোইরেন অহুমথক্তা মীংনবা লাইনিংথৌ! লোইদাম শজিবুথা কোরৌ নুমীৎ [৮]লংমাইচিংনা, [৯]খেল্লেন পুঙ্গোই থোংবু লেপ্পা পান। অয়ম কেগে মোইরাংন [১০]মৈল্লেবুদি লৈস্নাও কৌএ। মৈল্লে লৈস্না কদম্বা লৈনুংশি অদুনা। পমেন শয়ি থেমজাথক। [১১]মুবা খুমু ঙাংদম হুনলবদা খোইয়ুম উম্বী পুক্লিং লৈনা নিঙনা। পাম্বা কয়াং তোং! [১২]মোইগাই য়েন্থা শাবদী। স্না [১৩]চোংলেন খান! [১৪]চপথাং য়াওরোংফান।। চ।। লৈশং লৈঙৌ [১৫]খাৱন্না। [১৬]কাংহৈ মীতম মরেংহুম, মোইরাং ঙাংখা ময়াই খাইনা খুন্দা নিংথৌবা। থোংলেন [১৭]তিংবিথক্তা সরনবা, সারন নিংথৌবও।। [১৮]খুৎচু থোংপান ৱাইনা চরৈ কোনখা ফি। ফুরিৎ সাইচোনববু লিৎপা। [১৯]লৈপাক পফনবা লাইনিংথৌ। নশানৌ তমফা লাইরৈমা,

---

৮। নোংমাইজিং নুমীৎ।

৯। কোরৌহনবা অঙানবা, য়োইময়াই তাওদনবা অঙানবনা খিং খিং খিঙ্গারকপবু মতম্ভু খেলেন পুঙ্গোইথোং শৈশকনৈ।।

১০। অসি মংথিনফম মংফমদা মেনবা নুংমাইথক্তা শাৎপা লৈ, মৈল্লে কৌই। কোরৌ নোংগী মচুমদা ঙাংনা শাৎলী লৈস্না। নেংজুমপানসু কৌনৈ।

১১। লৈরাং অসিনা মুন্না ঙাংনা শাৎলকপ।

১২। চিংঙুনা খুনথোরকপদা শেবা থৌগন তৌবিশিং।

১৩। লৈশেম খুনশেমঙৈদা ফীরানবু পচুং কৌই। অদুগুম্বা ফিরান্দগী শাতিন মওং মানা শেম্বাবু চোংলেন।

১৪। ফম্বান মওং মান্না চপশিল্লগা শাবা চপথাং য়াওরোংফান।।

১৫। খা অৱাং ওন্না ওন্না নুংঙাইনা হুম্বা খাওন্না।

১৬। কাং হাইবা।

১৭। তিংবী লৈরাইথক্তা, সারনব-সা-ঙা লান্নববু সরনবা।

১৮। কুচুগা চান্নবা ফিজেৎপা।

১৯। পাফনবা -পানফবা। লাইরেন লাইনা পাফনবা। অশিনচিংবা চৎনৈ।

হাওরৈ খাথংবদা ৱাঙনবী, ইরিক কোম্বান নিংথৌ চানু। তুরেন লাইজা ইরাই খনবী। [২০]খোংশঙ লৈমাইহনবী। [২১]ঙাংখা লম্মীৎ চুম্বী। পোইদীং নুরাহাবু কোলোই শিম্বনা য়াৱা লাংহৈ শিললংননা। অয়াংলমগা হৌরকপী। মলেম শেক্লীং লৈখৈগী লৈপাক খুঙ্গাবী। হাওসম সেক্লীং মানবা, লৈবাক হিংকাই নম্বদা, তিনখোং লাই শরাবীগুম মদোম য়াহিপ্পী। লুপা কিয়াংলৈহুই ময়ুবনা খাংশেৎনা। স্না কচেংলৈ ৱাই ময়ুবনা ঙৈথোমনবীগা, [২২]খুগা চংবী লৈতালপোক! অরেং কাইব, লোংকাইবা লেংনা কৌবা উমৈলম, লাইতোংবনা সনচিংলম! খুগাবনা লাইহোইলমদগী লমগা হৌরকপী। নোংবাল লাইজ লৈমা লাইশন থানবী, [২৩]কাংগ্রু লৈহাউ পোকপীদা থাউমৈ মপন থানবী। [২৪]বানএ মৈমাং ফম্বী, পাৎশোৎ লল্লোই তানবীগা, চিংঙু শানৌ নতে ননাও[২৫] অহুমমনা, মোমনু সুনা থাংদিন লংগুম শুংজিন্না থৌদাবা! পামেন [২৬]কেক্রু মরুগুম থাংওনবা!

---

২০। অশৈ শকপশিংগী চিনবুং ৱারিদা তাবা ফংলী লারেম্মনা লুহোংলকপদা লোন্না হুদুন পুরকপদী ইবোই ওল্লগা মবুক মনুংদা হাপতুনা পুরকই। তুরেল লোক্লু লাল্লকপদা শন্না মাথি ফাইবদা য়াওহৌদুনা লৈবাই মপান্দা তাহৌদুনা লৈববু ইরিক কোম্বান নিংথৌ চানু।,, তুরেন লাইজ ইরাই খম্বী শৈথারী। অমুক হন্না খোংশন্দুনা হন্না চৎলী খোংশং লৈমাই হনবী।

২১। ঙাংখাবু লমজাও লমহাংসু খংনৈ, মোইরাংগী শায়োন লাংওন্দা মথৎ মথৎ শাইওন্দুনা ঙাংখা লৈমা ফাওবা শাইওল্লী চারোৎপু পোইদিং নুরাহবু হাইনৈ, ঙাংখা লৈমা পোদিং লম্মীৎ, চুম্বী ফাওবা লাংওল্লী।

২২। খুগা চংবী লৈতালপোক কৌবদী য়াওফুলাকাগী মমোম হৈয়াইনুনা লোকখা নিংথৌ য়েল্লাংবদা লুহোংলকপদা লাইজংদুনা লাইনা হুদুনা পুক্লিংদা লাইনা চংলে খুগা চংবী কৌই। লুহোংপোৎ অউনপোৎপু পুরীবা শনগী পীবুক্তা চংলগা, তাক্লা তম্নরুবা নাইদনা পারেং কাইদনা চৎপবু "অরেং কাইবা লেংকাইবা লেংনা কৌবা উমৈলম, লাইতোংবনা সনচিংলম শৈথারি।

২৩। হায়িঙৈদা মলেম কংফানবু কোং হাইনা খংনৈ মচুমমেন ফজবা, লৈহাও চেনবা ফজরবা লম্নু কোং হাইরম্বদগী কাংগ্রু লৈহাও পোকপী কৌরি।

২৪। বানএ-ফাঙ্গোয় ফম্বান লাংদুনা ফল্লীবা লাইনুর ময়ামগী মমাংদা মকোক ওইনা ফম্ববু ঝাস্ত্রা মৈমাং ফম্বী।

২৫। মতাং অশিদা চীংঙু শানৌ নতৈননাও অহুম্মক, পল্লীবদী চিংঙু মতে ননাও অহুম্মক্লা হাইবদী লাইরেম্বী অহন অতোম্বী অমদী থাংজীং অহুম্বুনী।

২৬। পামেন কেক্রু মরুনা কনাখংদা চেকশিন্না মরু ওইনা মনুংদা চেৎনা লৈরুরগা মকুম মথা য়ৌরগা হৌরক্তুনা শাওন লাংওল্লী মতৌ অশিগুম চিংঙু থাংজিঙনা শাইওনগী মোইরাং লীলা শাম্নরি। লল্লে ল থুপ থিলেল পুয়ানা শৈথাবা নুংগী ৱারোল খরাসু লৈরি মদুদী-"কেকেকু মোইরাং কেকু, নচা নম্বা সঙাই নম্বা য়োংকী

কুমজীঙ কোরি কফবা লাইনিংথৌঃ কেগে লৈ তরেৎ নকায়ফম য়াংবা নরৈ খঙদা, পাংঙন থারুক মেন্দং লৈবু তানা খনবা লাইনিংথৌও!

নদাইরেম মোইরাং অমাইবগী নোংগা সাজিকফম মলং নুংশিৎ ননৌথোংদা নদোম ফমফম্বা লাইনিংথৌ। খোইয়ুম ম্না নখোং খাগী লমগা হৌনা, নহননোং পলেম মমা লিক্লাবিচা নোংদম্মু পাইমা ম্না লিনগোনগী নোংবান খোইদোম অহনবা, লুৱাং মালতোম অতোনবা অনিমক্লা কংলৈ লমথোকশৈবু শৈহৌরকএ। নরম কংলৈ মদাইমদী খাংখা লুতুম্বাৎতুম মতুম তুমঙমএ। লংমাই কমপুৎতুম মপুৎ মপুৎ হৌরমএ। পারি নোংবান অনিমাকও। কংলৈ নখোইনা লমথোন সককৎলকপা অসিবু খোইনৌ ইতা মহৌ মরম মপীগী সামু মখুৎ ফাংনা ওইখিশিং। হাওমন য়েৎ ওই কোনফবা! ঙাইরেং শিংমীৎ নমফবা, অসিনীঃ পরিও চিংখোং নামিয়োক্লাখোই লুৱাং নসালকলনখো। সিংলেন অসিবু, নহননোং মদুনিংথৌ লুৱাং তপতি তপতাইবাবু! খম্নীং থোক্লা ৱা মহাইবা, খম্মাং থোকল পাউ মতমনৈ হাইনা শিরশনো য়ৈনববু সংলৌ অদু চারগদুম হরেং হরেং শিংনরকপশিংনে! শংলৌ অশংননা চিংখোং নমীয়োক্লা লুৱাংনা সালখলনাখিববু! হৌরেল খোইয়ুম লাইনিংথৌনা পাউহংঙমলবদী খোইনৌ ইতা মহৌ মরৈমবীনা পিরকত্র হাইনা পাউখুল্লুও। হাইনা পাও তাকলকএ। নোংবান মচিন মনাও মরিমনা! কংলৈ লমথোন সককৎখিববু ঙাংখা পেংবাইসোই লাইসোই সোইরেন অচনবদগী হৌনা লমথোন সক্কৎলকএ।

## ঙাংখা পেংবাইশোই লাইশোই

[২৭]ঙাংখা পেংবাইশোই লাইশোয় সোইরেন অচনবা কৌবদী কৈদৌনোংগীনো হায়রবদী, নহননোং খোইয়ুম লাইনিংথৌ ময়াই য়াইরংচান্না থোংনাং লেপলু কাওসৌ সরারুবু সাওল্লে। ময়াই য়াইরং চান্না লেপ্লে ঙামি কৌএ। হইদবরা? লেপ্লে হুকচঙনা

পোরোল লাইগী শমচেৎ, লুবাকমখুম নাইদে তমং খুৎশা মরোন থোক্তে। হাইবদী কেগে মোইরাং পর্ব্বদা লাইগী শাইওন লাংওন খিবিক কলিজুগ মতম ফংলক্রুবদা মচা মসু চাদুং শুদুং নমদুনা লোৎতুনা কেকুলোৎখিববু ৱাফোংঙী॥

২৭। ঙাংখা কৌখিবগী মতাংদা ঙাংখাবু ঙাংখাবু লময়াই হাইরগা খংনৈ। চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌনা শৌরা লু ওইনা সাওল্লগা লেমলৈ ঙানা থম্না চংববু পেংপাইশোই লাইশোই শোইরেন অচনবা

ৱানচেং হচঙনরবগী ঙারাং কৌরৌ নুমীদাংগী [২৮]তরা চামন থাববু লুনিং তৌনিং সৎকুল্লে ঙাংখা পেংবাইশোই লাইশোই অচনবও দৌনা কৌএ। হাইদবরা।।

## খোয়োন মৈয়োং

নরম কংলৈ মদাইমদী, ঙাংখা নাওতু খোংদী নৱাখোংলেন য়াইনে। ঙাংখা মদাইমদী [২৯]খুয়োম মৈরোংও কৌবদী কংলৈ লমথোন সকপবু, খোইমোম মপুক্লিংবু লোংনা ফাইনা খল্লমএ হাইবগীবু খুয়োন মৈরোংওদৌন কৌএ। খুয়োন মৈরোংথোল মরক্তী কংলৈ নাতিক অরুববু নদাইরেম তযুম ইৱাকমনা তেংথা ঙল্লোইএ। খোইয়ুম নাপ্পা য়েং চিংঙু নদম খন্না, ৱাক্লা মানবী খুদপনা মুকমু লৈতোন কোন্না পুরুমজরমগে।

### খাবী থানফম অমাই লাইহৌবী

নরম লল্লেন মদাইমা [৩০]খাবী থানফম অমাই লাইহৌবীও কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হাইরবদী খবী লুকোক চনুগা খোয়ম লংবা য়াইহৈবগা অনিমক্লা য়াই য়েংনঙৈদা, লংবা য়াইহৈবনা খাবী লুকোক চনুবু য়ৈনরবগীদমক্লা, খাবী লুকোক চনুদি অমল খল্লে কুল্লে হায়রবদা? মপারি তোংমু তাংমারেংবা অনিমক্লা; ইপল পলেম ইমানা থিংলৌ চাউবা

---

২৮। তবা চামন থাববু-লুদা ঙা চংননবা থাবা ঙা মচাকপু তরাচামন থাবা খংনৈ।

২৯। খুয়োন হৌজিক হৌজিক খংনরীবাদী মোইরাং লৈবাক্তা খোইয়াংবম শাগেবু খুয়োম খুয়োনথেম, লোম্বেশিমক লাকখিবদী, খোয়োন হাওবনা থাঙ্গা করাং লাইফুমদা লোৎতুনা লৈখ্রবদা, মোইরাং নিংথৌনা তেবৌ তেশা ৱাখোং, মোইরাংগী খুঞ্জাও লৈচাওনবা ইরাৎনাবা মফম্বু; তয়ান মরি থৎতুনা তেশা ৱাখোং শেংননবা, মোইরাং (খোয়োন) খুয়োনগী (ধারা) ঈ থিরক্তুনা খুয়োন হাওববু থেমদুনা পুরকই খুয়োনথেম।। অসিগুম্বা খুয়োন মোরি চাদা নাওদনা লৈবা মোইরাংগী লমদম লমদাং অমবু খুয়োন মৈরোং কৌরি।

৩০। মাইবরোন কাংলোনদা লিরবা মতমদা "নোংপোক লৈহৌ মমাইবা, খাবী মাইবা, ফয়েং মাইবা, ফয়েং চকপা মমাইবা হাইবনা চিংবা লম লমগী মাইবা খাইনা লৈরম্মী খাবী মাইবগী ওইবদী মতাং অশিনসু মরিক চুম্না থেংনবা ওইবা য়ারগনি।

য়াহীপ্পা, লাইরেন শাংবা য়াদনা লৈবা অসিবু করিনো? খাবী শিবা নোংদমদা অমাই নাবা নোংখায়দবীনে ! ইপন পলেম ইমানবু, চীঙগু মতিক্লা খোইমোম মমান্নবা করম্বনা য়েনবনো? ইপন পলেম ইমানগীদমকপু [৩১]থোংনাং ময়াং মায়তেকপা ফানরুক, কবো তাইপোং লৌথীবা মলনরুক, থাংয়ী কৈগরুক! লাংবন অওন লুক্কুম্ববু লানশিং তানগে হায়না। থাঙলেন মখুৎশুবু থৌদু নূঙমায় শিৎ লাইজা থীকফেন চাইনা ইপন পলেম ইমাগী লমন শিংগে হায়না পাউমেনববু [৩২]খোইমোম লংবা অপানবনা পাউমেনলকএ। পারি অনিমও নপল পলেম নমান অসিবু খাবী শিশিন্না অমাই নশিন্নবীনে হায়ববু মপারি তোংমু তাংমালেংবা অনিমক্লা য়াইবী মনুং হৌনা তিল্লাং মখোয় শাওনা ৱাওইরকএ। ইপল পলেম ইমাদি ঙরাং কোরৌ নুমিদাংগী মখৈবু [৩৩]থানফম কু কক্লে, সুমায় কাইশারে। ইপল হাউশি মামংলেন্দা ৱাংলেন খুৎশাবনা কোরী থরাও চীক্লা খাফম লাইফম ৱারী হোঙগে হায়না ৱাংলেন পূঙহৌবা তরেৎ শেনখিংববু খোল্লেন মিকপ থোকপিদরে। কোলোয় শোরিবা য়াথং মিনম্ববু করিগী পাউমেল্লকপনো? হায়না পাউখুল্লকপবু নতারবগী অদু নোংগীদি পারিও অসিমক নপল পলেম নমানগীদমকপু য়াইবী মনুং হৌখিগনো! মোংবা লুখুম ফমজাও থিন্না হো হা লাওনা য়াহৌথোকও! পলেম খোমলেন মিকপ থোক্লকপরা য়েংখিয়ো? হায়না পাউতাক্লবদা খোয়ম লংবা মংয়াইমবু হাংদোকপদি খঙহন্দনা পাউতাকপবু নতারবগী। নৱা তোংমু তাংমালেংপা অনিমনা মপলগী মোংবা লুখম তাঞ্জাও থিন্না হো হা লাওনা য়াহৌথোকপবু মপন পলেম মমান্না অমন [৩৪]খল্লে কুমখিরববু অমল য়াইথোঙ শিয়াইনুংদগী তাইবং মালং কারক্লে হায়বগীবু খাবী থানফম অমাই লাইহৌবীও হায়না তৌনা কৌনএ ।।০।।

---

৩১। ময়াই তোংথোকপা মমাই তেকশিনবা ফৌ শংপাইবু (থুম্মুকপু) খংনৈ অসিগুম্বা সংপাইদা ফৌ হাপ্পগা উতোং থাদুনা অহেনবা শারুকনা খেৎথদুনা লৌথোকখিবগুম মঙক ককে (লাঙ্গীং তানগে)।।

৩২। খোইমোম লংবা অপানবা লাইবাওপীবা লাই।।

৩৩। মীৎ খুইজিন্দুনা অসিবগুম তাদুনা লৈবা

৩৪। অমন খল্লে কুম্বা, শীবা, ৱাম্বুবা, পংথবা।।

## নাউশং পূঙ

[৩৫]নাউশং পূঙও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়ববদি? তাইবং নমুপোং ওইবগীদমকপু লব্রায় কোয়য়ুনরেক চুমপা মৈশাংবনা [৩৬]চানা লাংখোং পাইনা চাশঙ নাওশঙ তল্লমএ হায়বগী চিবা নাউশং পূঙ ঊচি নাউনৌ পূঙও কৌববু কেগেতবু থিবা মোইরাং ব্রাংলৈ শৈমল তানবনা নাউশং পূঙও ওল্লম্মে।।০।।

## খুয়োন তেবী তেশা-ব্রা

নরম কংলৈ মদায়মদি খুয়োন [৩৭]তেবী তেশা-ব্রা য়েনবা পদম খুরৌব্রাদী। খোইয়ুম লংবা মায়পোম্বা হাওখা চব্রানবা লৈতাং হিব্রুপ লববু লোইমোম ফৌবুম মতাবু মাঙদবা য়াইবু য়াইহৈবগা খাবী লুকোক চনুগা শেৎন-নৌনা পূঙনে। কংলৈ লম নমুং অরুবা নঙবু খোইয়ম য়াইখঙনা শানম তপতা সনা নাঙৈথোং পাথাঙ য়ৌরৈ মেননা শালওনববু ইব্রাকমনা তেংথা ঙমলোইএ। সনা কোনগা হুন লুপা য়াইগা চন চিংঙু নাদম খন খোইয়ম নাপপা য়েংনা পুরুমজবগে।।০।।

---

৩৫। উচিনা মকোন শাদুনা লৈবা পূং, মচা মসু পোকতুনা শংদুনা লৈবা পুংবু।।

৩৬। চারোৎ ইনাবু পুক্সিন্দুনা পাইদুনা।

৩৭। মোইরাং খুয়োন মোরি মাইবা হনুবনা, অইনাই নিংথৌ খুল্লাকপগী মমোম লৈমাগী মচা অয়ুক নুংথিন্দা কোংয়াং ব্রা ওনবা নুমীদাং অঙাং ওনবা, কোরৌহনবা নুমীৎকী ইনা পোকপা মচাবু।। মোইরাং খোইয়োন হানুবদা পিরমদুনা সগং পারেং, ফৌপোৎ, পায়া পরৈ থনবা, তরেৎ শেল পীদুনা ওননরগা থল্লম্ববু ব্রাবুং ফানা হৌরবদা, মোইরাং থাগ্রাকপগী সন্না ঙারবদা শন সিরে। ব্রাথোক্লদুনা নিংথৌ ব্রায়েন কাতি য়েংববু ওক্লা ঙারে ওকশি, শন্না ঙারে শন শি, য়েন্না ঙারে য়েল্লাই তাই মোইরাং মাংনবা ওইরনী হাইদুনা ব্রাপুং অদুবু ফুক্কুনা তুরেন্দা থাথরকপদা ব্রামীৎতাং অমনা থাঙ্গা করাং চীংদা হৌদুনা পুরেম্বনা কৈমপন ফাবা তাখোক ওই। মোইরাং খম্বনা কৈহাৎপসু তাখোক অশিননী। খুমু লৈরিজাম্বনা পাখংবা তোক্লেন য়ৈখাইবসু তাখোকশিননি। মোইরাং অথৌলিচা হেকপশিংনা মৈনা ব্রাই তাংনা শম্না শিজিন্নখি। ব্রা অসিগী ব্রামীৎতাং অমনা ইরোই ইরোইদুনা কারকই ইরোই ব্রাখোং কৌনা লৈরি। ব্রাপুং ব্রারু অমনা তেশীন হঞ্জীন্দুনা হৌখিবা মফমবু তেবী তেশাব্রা কৌরি।

## নারোং নমপূৎ, খুললৌ

নরম কংলৈ মদায়মা খুল্লৌ অচনবনে। [৩৮]লুৱাং লোয়নাই নহা য়াউসু তানবনা য়াওরৌ সপাল্লোক চাকমোম ঙমখাই তাল্লকপদা। য়াঙ্গোয় সয়াংথক্তগী তিমেন মতাচাবু খুবাক তিল্লাইমেন্না য়াওরৌ তুংইননমা হুনজিল্লকপবু য়াওরৌ উনবী চাফম লেংনা চৈবিরে। সারেল য়াওরৌ সাশুং মনা লোঙঙমমে হায়বগীবু নারোংও তৌনা কৌনএ।।

[৩৯]চানা নমপুৎ লৈদুনা মানা ককলএ হায়বগীবু নমপুৎও তৌনা কৌএ।। য়াওরৌ তাংজা মরু তোলগা তিমেন মখুৎশুগা মালেম লৈমায়থক্তগী খুন্দুনা লৌরমএ হায়বগীবু খুনলৌও হায়না কৌখরে। খোইয়ুম [৪০]লাইনিংথৌ চীঙঙু লোক্লেন পুকমাবা কুম নিপান ইরিবা, ৱাউ নিপান ইথাবনা, থা নিপান কুমখায়ফম ৱাউ নিপান ইথানফম্নে।।০।।

## ঙাংখা হৈজাংলৌ

নরম কংলৈ মদায়মদি ঙাংখা হৈচাংলৌ কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হায়রবদী ? নহাননোং কেগে কয়াবনা ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌবু পাউমেল্লুঙৈদা ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌনা, ফাইবী সেরা থাংতুপ পোক্তগী মরোয় হাওববু থৌশিরকএ। কেগে চাউবা পূঙবু [৪১]লৈরক মৈরোম্বা হাংনদা [৪২]খোংবাল্লাইতিং কোক্লু পাংববু তেম্মা তাবা মহাক্লা? মিৎয়েং [৪৩]শানখৈরকঙৈদা। খোয়য়ুম হামেং মানবা সিলনম্বা চীঙঙু হৈচাং

---

৩৮। লুৱাং শলাইদা পোকপা -শা ঙা তান্দুনা ফাদুনা চাদুনা কোইনা চৎতুনা কেগে মোইরাং লম্মু লমথোকল্লকপা শিংথানরীবা নীপা অমা ।।

৩৯। ইপা ইপুসিংনা, শা তানবা চৎপদা অফাবা শাবু চানা নমপুৎ চারোৎ ইনানা চিংবনা তাদুনা লৈশিল্লগা শাদন ওইনা থাদুনা ককলমই।

৪০। কুমগী নোং পুবা লাই, লাইজ ইথাবা।

৪১। লম্বীগী মমৈ লোম্না লৈবা মফমদসু মী হাংদনাতাবা।

৪২। খোংবান্দা লৈবা লাই

৪৩। য়েংলকপা

মানবা নুনম্ববু লৈরমএ হায়বগী ঙাংখা হৈচাংলৌও হায়না কৌখিএ হায়দবরা? নরম লপ্লেন মদায়মদি [৪৪]উয়ুং লমফম অচনববু তানা খনবা লাইনিংথৌ। খোইমোম মিৎকুপপু ফাদা, চীঙঙু য়াবু ফাদবা লাইনিংথৌও। তাংজা [৪৫]মরৈতোন্না ঙাংলবসু লৈনমুং; চেংলৌ মিৎনা য়েংলবসু মিৎ নামুং অখৈবও। চীঙঙু নঙবু [৪৬]তাথিবীগনো; খোইয়ুম নঙবু অরাই লাংবীগনো; কাওরেল সনথৌ লাবা মিৎয়েংনা, মিৎয়েং খল য়েংনবীগনো? [৪৭]চীঙঙুসু নদোম লৈজহল্লমগে তয়ম ইব্রাকমদি নোংবান হৈনা মতুং ইন্না কংলৈ লমথোল্লুখিগে ।।০।।

## ঙাংখা চাকঙানলৌ

নরম কংলৈ মদাইমদি ঙাংখা চাকঙানলৌও কৌবদি কেদৌনোংগীনো হায়রবদি, [৪৮]নোংবান খোইদোম অহনবা, [৪৯]লুব্রাং মানতোম অতোম্বা, অনিমক্কা [৫০]তরা মখোয়গী চাকনিংখাকপু [৫১]চাইরেল চাকপা হাওরা ঙালতোনকোক্তা ঙান্না চারমমে হায়বগীবু ঙাংখা চাকঙানলৌও দৌনা কৌরমমে। চীঙঙু [৫২]থোংনাং লাংবুম অরিবা মখুভম খৌফু নোংলাওফম্বু চীঙঙু নাদমখন খোইয়ুম নাপা য়েংনা [৫৩]ইব্রাকমনা মানবী খুদপননা, মুকমু লৈতোন কোন্না পুরুমজরমগে। তয়ুম ইব্রাকমদি ইমায় [৫৪]হাওরৈ নোংপোক পাংনা কংলৈ তেংথা শৈবু শকচরগে।।০।।

---

৪৪। উয়ুং পাম্বী অচৌবগী লম।

৪৫। চিল লৈনা ঙাংলবসু ঙাহৈদনা, মীৎনা য়েংলবসু য়েংহৈদবা।

৪৬। তমথিনা শাওবীগনু।

৪৭। মোইরাং অশৈ শকপনা য়াম্না লুনা কিনা থমজরম্বা লাইফল্লেনবু খুরুমজরমদুনা থল্লম্বা।

৪৮। কংলৈ লমথোন শকপা মচিন মনাওগী অহন।

৪৯। কংলৈ লমথোন শকলকপা অতোনবা।

৫০। চাক

৫১। চাইরেন্দগী ফংবা চাফুদা লা থাদুনা ঙান্দুনা চারম্বা।

৫২। লাই অরিবদা কৌনরম্বা মীঙ্গৌ।

৫৩। ইব্রাকমনা মানবী খুদপ্না মুকমু লৈতো কোন্না) - ঐহাকনা খুৎলোন্নানা খুকউ মলেমদা তানা কুন্দুনা খুরুমজবা।

৫৪। হাওরৈ অরাপ্পা লম্বু হাওরৈ হাইনারম্মী।

ঙাংখা ইফুৎ কোম;;
ঙাংখা ব্রাকোংফম;;
ঙাংখা ইরাওমৈ;;
লাইশেংপাৎ;;

নরম কংলৈ মদায়মদি ঙাংখা ব্রাকোংফমও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি:- কেগে থাংজিং [৫৫]কোয়রেন নিংথৌ; মোইরাং [৫৬]কশারেন; থোংলেন য়াংলৌ লৈবাক মপু লাইনিংথৌনা! "হে [৫৭]ইদাইরেন থোংনাং লাংবুম অরিবা নঙদি ঙাংখা লমজাও ঙাকও হায়না ঙাকহনববু খোইয়ুম [৫৮]গুরু শিদবগী মপারি চীঙঙু কিরিয়া কিয়া অনিমক্লা মপন গুরু শিদবগী মারা মখোঙগুনবু থিরকপদা, থিখংদরবগী কনজাও মৈরা থোক্লা ব্রাওইখিয়ে"। কোরৌ খাম্বী মৈদুম থারগে হায়না মায়কৈ অব্রাং পাংবলমদগী খাম্বী মৈদুম থাদোক্লে। খোংনা লাউনা চাকখিয়ে হায়বগীবু ঙাংখা ইরাওমৈ হায়না কৌখিএ। কোরৌ [৫৯]খাম্বী মৈচাক শিল্লকলে, খোইয়ুম লাইনিংথৌনা [৬০]নাতারবগী ইদাইরেন থোংনাং লাংবুম অরিবা, [৬১]য়াংবী লুরোই কেনগবরা কেন্দবা; শব্রা লাংলেন পাফন নিককবরা নিক্তবা নঙনা ঙাংখা লমজাও ঙাকপবু খাম্বী মৈনিন সুহনগনো। চাকমোম মৈনিন তাহনগনো হায়না পাউমেনববু! চীঙঙু য়েক্লবা খোইয়ুম খম্বনবনা চীঙঙু সনা মখোঙখদা নদাইরেন থোংনাং লাংবুম অরিবনা ঙাংখা লমজাও ঙাকপবু চাকমোম মৈশা লাংববু খাংঙমদে; খাম্বী মৈনিন তাববু তাঙমদে হায়না পাউমেল্লবগী; মঙক [৬২]তেৎনৌ য়োৎহিলং চনশিল্লো; মখোঙ য়োৎহিলং ফোল্লাং য়ৈশিল্লো হায়না

---

৫৫। মরোল অহুমগী মপু।
৫৬। লাই অরিবা
৫৭। ইনাই অচানবা।
৫৮। গুরুশিদববু অব্রাংবা মথক্তা পানবা অব্রাং পাখং য়োইরেনবা হাইনসু খংনৈ।
৫৯। মৈ
৬০। নানা তাবা
৬১। কোক
৬২। ঙক্তা য়োৎহিলং চনশিনবা

য়োংহিলং চল্লবগী; তেংনৌ [৬৩]য়োংপোক থোকপদা হয়িং পেংলোই থী তোংবনা মঙক হল্লগা চঙবনা মালেম নৈদা তাখিববু তিলহন তিনফা মানববু সাইওনলে। লাইজা ঈশিংদা তাখিববু চেক্লা উফোংতৌ কাবীবু সাওনলে। [৬৪]মপুৎ মপুৎ সাইপৎলে হায়বগীবু ঙাংখা ইফুৎ কোমও তৌনা কৌনখিএ। লাইজা [৬৫]ঈদা কূম্না শেংলমমে, -"লাইশেংপাৎ হায়না কৌখরে"॥০॥

## ঙাংখা ইবু ইপেনফম

ঙাংখা ইবু ইবেনফমবু কৈদৌনোংগীনো?
নহননোং [৬৬]ব্রানচেং পেপুবা খোইয়ুম লাইজ ইথাবনা
কোরৌ নোংলাংপানগী, লাইজ ইবু থারকএ!
[৬৭]পৈরববু পেললবা কৌএ! অদুনোংগীবু
ঙাংখা [৬৮]ইবু ইপেনফম হাইনা তৌনা কৌএ॥০॥

নুংথৌ লাইহল্লী, খোকমৈতাও
থমোংতাক, অমাই সিওনখা
তরুখোং

---

৬৩। য়োংনা পুনবা মফমদা পোপথোকলকপা মফমদা হায়িংনা তোংলগা তিল হনচংদুনা মতৎ মতৎ তৎনা লৈপাকতা তাখিবনা তিলহন তিনফা ওনখি। লাইজ ঈশিংদা তাখিবনা চেক্লা উফোংতৌ ওল্লে

৬৪। মতৎ মতৎ পৎলে

৬৫। ঈশিংদা কুমদুনা শেংদোকপা চামথোকপা

৬৬। শাত্তিনবু পে কৌই, শাত্তিনগুম্বা অচৌবা পে খনবা লাই, ঈশিং ইথাবা ঈশিং পান্নবা লাই

৬৭। পৈবা য়াম্না থম্না পেল্লবা

৬৮। ঈশিংবু

[৬৯]অমাই্ সিওনখা কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাইরবদী, [৭০]ময়াংজম্ নুংথৌ খোল্লাং তাই্বদা। [৭১]ই্পান খেরেজ চংঙল্লবদ, তুবী মলেম লৈনিনখৎপবু খোল্লাং মতা চানা চৈবিরে। [৭২]তুবি নিংনা তেনা হলবাইখিএ হাইবগীবু নুংথৌ লাই্হল্লীও তৌনা কৌএ। হয়েং [৭৩]লাইরেন ইনোং ঙাল্লবদা খোল্লাং মতা চাবু তাওথোল্লমএ। খোকমৈ তাও! তৌনা কৌএ। লেপ্লে ঙানা তৌবগুম মোংনা চানা লৈরমএ হায়বগীবু থমোং তাকও কৌখিএ! তুবী সিরমএ হায়বগীবু অমাই্ সিওনখা কৌখরে। তুবি সিফদ লায়রেন নাফদবনা [৭৪]অমরক নিংনা তেনা হিংখিএ! তরু তরু চংখিএ, লৌখা তরুখোংও থোন্নএ ॥০॥

## ঙাংখা চিংনুঙশোই

নরম কংলৈ মদাই্মদী ঙাংখ চিংনুঙশোইও কৌবদী কৈদৌনোংগীনো হাইরবদী, নহনোং চিংঙু মলেম লৈশেম্ব তরামন অহিং ইনুং শোয়য়াইমদ চিংলেন [৭৫]ঙমগা হৌনা চিংশেম্ববু, চিঙলেন ঙমশা লোইদন ইনুং কৌবা শোয়বনা হাল্লে হাইবগীবু ঙাংখা চিংনুঙশোই হাইনা কৌখিএ। হাইদবরা!! নরম লল্লেন মদাই্মদী খুয়োন মচিং চিংলানচান খোইবা মুতু চিংলাংমৈবু ঙল্লোননা ঙাংখা য়াংলৌ লমদাংশাংবু তেংথাজরককে রাংলৈ য়ুরুম্বী, তাকমু! রাপাল পোয়াও রানিথৌ নরম লল্লেন মদাই্ম, খুয়েন খুয়োন ককয়েন নোংদম সুজা অথৌবা ময়ুমফমবু [৭৬]নাতৈননা!! [৭৭]তোক্তা লৈদ মেনব [৭৮]মরায়দ মচিং

৬৯। কেগে মোইরাংদা মাই্ববু অমাই কৌরম্মী। সিবা হিংবা ওনখিবা মফম্ম সিওনখা
৭০। ময়াং, তামচিননা মখোকতা চনসিনবা, য়ৈশিনবা ময়াং মফম তাইনবদা
৭১। লাইজা ঈশিং ইনা চংলবা
৭২। লাইরেন লাই
৭৩। লাই অথোইবা অঙানবনা
৭৪। শিবা নাইদবা লাইনা অমুক হন্না হিংদুনা হনখিবা
৭৫। ঙমগা হৌন - অঙম অঙম্বা ঙমখৈ
৭৬। নতৈননা - নথৈননা
৭৭। তোক্তা - থক্তা। লৈদা লৈবাক্ত
৭৮। মরমদা

চিঙলানচাল, খোইব মুতু চিংলাঙমৈবু ঙম্লোন্ননা, ঙমথংননা ঙাংখা য়াংলৌ লমদাংশাঙবু তেংথাজরক্কে।

কেগে [৭৯]খুৎনিংথৌ, হেপু স্না লা খ্বানা, হাওশি ঙমগাচিং [৮০]তোক্লেন য়াফকপ মলেম লৈতৌয়োৎ। মকোক স্না পূম্ন লুববু, শামু খুৎতা পাই। মলেম লৈপাক লৌ! [৮১]তোকমু লৈতং ফেন, [৮২]তেংপাক খারোন হুনা। [৮৩]কেগে লৈম তরেৎমা, [৮৪]মোইরাং লৈমা মৈতৈনু। সচুঙ, ঙম্বী হুব্রেল লেংগা তাংফবী। ঙাংখা লৈম হুব্রেল চারিংব ফবী নোংচুপ লৈমা উরা কোংয়াম্বী। খৌরেলনিংথৌ লোকপম চানু [৮৫]লোক্লৌ লুমাইতেক শফবী, [৮৬]য়াওসু লৈমা, [৮৭]মোনদিঙ মৌরাবা ঙমঙম্বী!! মোইরাং লৈমা শিনবু ফবী!! কেগে লৈমরোই তরেৎম মোইরাং লৈমা নিপানম [৮৮]স্না সেনগী খাইচেংবদা! মলেম লৈগা হাপ ফৈজা লুথোং পুনা য়াংলৌ থোল্লম!! মোইরাং য়াংলৌ লমদাংবু ইন্না [৮৯]নোংবান খোইদোম অহনবা, লুব্রাং মালতোম অতোম্ব অনিমনা, কংলৈলমথোন সকচিল্লকএ। চিংখোঙ কোয়ব নাওন, মকোয়সিল্লকএ লুব্রাং লোইনাই নহা য়াওসু তানবনা, লাঙ্গোয় শগোন তোংনা মতাঙ্গীনলকএ।

---

৭৯। মোইরাং খুৎকী নিংথৌ, মীগী নিংথৌরেল ৫শুবা নিংথৌ স্নালখ্বা। নিংথৌ অশিগী হাক্তক্তা করাং লাইফুম মপাশোয মপুশোইদা লৈবা খোয়োল হাওববু কৌখৎতুনা তেবীতেশো ব্রাখোংশেংখি

৮০। মতোক ময়া পাকথোকপা য়োৎ

৮১। য়োৎনা লৈপাক তৌদুনা শেম্বা

৮২। তেংপাক লৈতুম হুন্দুনা লৈমাই মান্ননবা শেম্বা

৮৩। কেগে মোইরাং স্নাই ৭ কী লৈমা

৮৪। মোইরাং লৈকাই নিপানগী নুপী। নুপীশিংগী মমীং নমোইনু, মৈতৈনু, তাংফবী, উরা কোংয়াম্বী, য়াওসু লৈমা, মৌরা ঙম্বী, শফবী, শীনফবী, কেগে লৈমরোই ৮ নি। মতম অশিদ মোইরাং স্নাইনা তরেৎমক্কী পুম্না শুপ্না চাওখৎপা পাল্লম্বগী খুদম ওইনা শৈশক্লোন্দা ফংলী।

৮৫। নহনোং কেগে মোইরাং লৈপাক্তা হায়ঙৈদা লাইজ ঈশিংবু লোক্লৌ কৌরম্মী।

৮৬। য়াওশুরাকপা মোইরাং নিংথৌগী মনাওইবুংঙোনা লৈরম্বা লৈকায়বু য়াওসু লৈকাই খংনৈ।

৮৭। মোন্দুম মৌরাবা ঙমঙম্বী, মোনকোন্দুনা লৈবা লাই মোন্দুম লমদমলমগী নিঙোন্নী।

৮৮। স্নাগী সেনগাগুম্বা।

৮৯। মোইরাং কংলৈরোন লমথোন ঈশৈ শক্লম্বশি অশৈবা মরি সুনা ফংলী খোইদোম অহন। মলতোম অতোম্বা। নাও। য়াওশা তানবা -অশৈবা মরিনা শক্লম্বা মোইরাং কংলৈরোন লমথোন্নী।

# ব্রাংলৈ য়ুরুম্বী, তাকমু ব্রাপাল পোয়াও

নরম লম্লেন মদাইম [১০]ব্রাংলৈ য়ুরুম্বীও কৌবদী, কৈদৌনুংগীনো হাইরবদী? নহনোং লুব্রাং লোইনাই নহা য়াওসু তানবনা ব্রাংলৈ মাগী য়ুনিংখাকপু খাম্বী মৈদ লুম্না থক্লমএ! অদুনোংগীবু ব্রাংলৈ য়ুরীম্বীও দৌনা কৌএ।

নহনোং চিংঙু থোংনাঙ অরিবন, ঙাংখা। লমজাও ঙাকঙৈদ খাম্বী মৈশা লাংঙমদ, চাকমোম মৈনিন তাঙমদ, মমাই মমিৎ মুনা কানা খাংলম্মে হাইবগী তাকমু ব্রাপাল পোয়াওদৌনা কৌনএ।

## "ব্রানিংথৌ"

নরম লম্লেন মদাইম কক্ল-শমকি লমদাইথেৎতা পানবা ব্রা কেগে মোইরাং নিংথৌ অনান ঙম্বনা, অকুম্বদা খুনগং নিপান নেৎ, অকাবদা খুঙ্গং মঙা চাইবা, অমে থাংশাববু কাইনা হুনবনা মপারি শাৎতা, মমোম ফুইদ ব্রাগীদমকতা ময়ু খোইমোম থংজিঙ লাইমরুবু [১১]কুরাৎলমএ। মশেম তোংদোইপুংদ পানবা ব্রাবু। কোংয়াং ব্রাপল ফুক্লা, কেগে খুজ্ঞ পুম্ন হুপ্, মোইরাং নাইচা পুম্ন হৌ [১২]খালৈ য়ুপুং থোন;; [১৩]লাংলেন, কোংয়াঙ ব্রাপাল থানা, ব্রানৌ শোইরেন থেম, পলেম পাইম পিবুকনুংগী, মলেম লৈতারকপা। চিনবান লৈতোন খৎনা। [১৪]মানবী নব্রায় হৈতরীববু; কাওরেন পুম্না ঙৌববু মপন থাংজিঙ লাইদ কৎনা শোয়নিখিএ।

---

১০। য়ুগী মনুংদা হাওতৈ, ব্রাংলৈ মখল খাইদোক্লী -হাওতৈ অখাবা ব্রালৈ অথুম্বা পুকয়ু ব্রাইয়ু, কালৈ, কান্নবনা নম্মী কান্নৈ, কলৈ, ব্রাফম অমনা, কান্নবা লৈনম চেনবা কলৈ খংনৈ। ব্রাংলৈ অথুম্বা য়ুরাই অখাবা হাইবশি তোইনা থেংনৈ ব্রাংলৈ -পুকয়ু মখল ওইগনি।

১১। ইরাৎলম্মে।

১২। খালৈ লৌবুক।। য়ুপুং লাইনা লৈশেম্বদা পুং থোনবদা পুং পুং অমা থোনবা লোইবগা য়ু থক্লা পোৎথাএ - য়ুথক কৌএ, য়ুথক অমগী পুং অমবু য়ুপুং কৌই।

১৩। লাংলেন, ইচা ফংননবা, কোংয়াঙ -ব্রা থাই।

১৪। থবক শুবা হৈতরীবা, ব্রাইনা খোৎনবা হৈ তবীবা শন।।

কেগে পোকপ [৯৫]সলাইলেল
মোইরাং থাংজিঙ অরিব
চিংঙু নংগী নথৌজান
খোইযুম নরককুবু [৯৬]ব্রাচিনগে;;
কোইয়াং অশি [৯৭]সোইরেল হুল
[৯৮]লাংলেন অসিনা ব্রাপাল ফাবগা
নিংথৌ ঐনা ইপারি তুশেম্বা শাৎপগা
ইমোম তুশেম্বী ফুইবগা মান্নসে;;
মপারী উলেপ চারা ওইববু সাৎনরবগী
নিংথৌ ব্রাও কৌববু
কেগেতবু থি মোইরাং ব্রাংলম হৈমন তানবনা
ব্রানিংথৌও কৌরমএ॥০॥

## ককন শমকি লমদাইথেৎ

নরম্না লল্লেন মতাইম কক্কা শমকি খমদাইথেৎও কৌবদী কৈদৌনুংগীনো হাইরবদি? নহননোং [৯৯]থালতেক নিংথৌ শোকনাইবনা নোংবান চাওনবা লুব্রাং শাংনববু মোংবা য়ুমজাও শাএ । মোংব য়ুমজাও অদুবু!

[১০০]কৌজেং খোংতোন তানবন য়ুমফম ওইং,
লিকসং শুংনাইবনা মৈতান ওই

---

৯৫। সা হকচাংগী লেল অথোইবা, মোইরাংগী সলাইগী লাই অথোইবা অরিবা।

৯৬। ব্রামেঞ্জবা

৯৭। ব্রানৌ চোংবা।

৯৮। ইচাগীদমক থাবা ব্রানী লাংলেনকৌই।

৯৯। লুব্রাং নিংথৌ।

১০০। কৌজেংনা তোংবা পুং অতোংবদা য়ুমফম ওইবা।

[১০১]চকপ হৌরং ফাই অঙৌবনা য়ুমকুপ্ল,
[১০২]সেরি য়াংতেক্ল, খুজাইন নরৈ ওই;;
[১০৩]থাংয়ি য়াম ঙৌবী তরেৎনা, য়ুমজিন চকৈ নারেং তাও!

[১০৪]কাওরেন ঙৌবী চাদি;; তাইরেন নরোংবী চান্মসুং তম্ন নংহৈনৈ [১০৫]লাঙ্গোই শগোল মনা তাংবসুঙ্ হুইমুমসু তম্না য়ুমসংনৈ !!

মোংবা য়ুমজাও লনবু ওইনবা;; [১০৬]কেগে মোইরাং ককলেন নোংদম সুজা অথৌবাবু হাইরুও হাইনা লুৱাং ললোয় তরেৎমকপু পাউকৌএ।" তয়ম লালোয় তরেৎমক! কেগে পুংলম কুমলুও! মোইরাং তমলমদা তারুও। কেগে লমথোইবা মোইরাং লমকেৎপা, ককলেন নোংদম সুজা অথৌবা, ওক্লেন তোমচৎ কাওগুম্বা, ৱাইরা শাশিংশু হুয়েল লানশীঙসু মুৎতববু [১০৭]য়েনপঙ হুইরৈ চল লাকথা লানমিং থানা মোংবা য়ুমজাও লালওইনসে। তাংজ মরু তোনবু ককলুও হায়না পাউমেল্লবগী, লুৱাং লাল্লোয় তরেৎমক্তি [১০৮]শারং লালনংলে। মোমনু তালোয় মরুম্বীশিংনা চফু তিনলাং শৌ, ইৱান খোয়দৌ ওৎনা [১০৯]য়েনখোং খোমহাল্লে। লানপোৎ চারৈ শেৎ, নিংখম চারৈ খম পাক্লে শম্মৈ খোম, লেংখা শম পরেং য়েৎ, সনা মাঙন ময়ু হাওমল শিংপাক উমশাইননা ৱাশক্লরে। কেগে মায়কৈ পুঙলমদা ৱায়রা শাথিরক, হুয়েন

১০১। চকপা খুন্দা হৌবা, ই তুম্নৌবু চক হৌরংফাই।
১০২। য়ুমগী য়াংতেকপু খুজাই মওং মান্না নবৈ তাবা।
১০৩। য়ুমগী চিথেক চিথেক্তা লাইখন তারকপা মথক্কী মচিন্দা চাবোৎ ইনানা থাদুনা শেম্বা।
১০৪। শল অঙৌববু তাইরেন পুংফাইনা অনম অথৌ কোক্তুন নহৈনরগা কৎপা।
১০৫। শাগোননাচিংবসু মনা তেকথবা হুইনা য়ুমশংনৈ।
১০৬। মোইরাং নিংথৌরোন লাইয়ু পুঙ্গিবা তরুক শুবা নিংথৌ, লাইয়ু অতেংবা পুঙ্গিবগী হাক্তক্তা অথৌ লিচা হেকপা নিংথৌগী য়েৎথাং খনবা ককপী ককলেন নোংদম সুজা অথোইববু।
১০৭। য়েনপঙ হুইরৈ চন - য়েনব হুইনা লাক্তুনা চাবগম। লাকথা লানমীং থানা মতমশিদা পাল্লম্বা নিংথৌশিংনা শাথেং লাম্থেংনরুবদা লুরেন তাংজা মরুতোন মকোকপু ককতুনা পুবক্লগা লাকথা অৱাং থংবদা মাইথিরে লুখা থারে খংনবা পরেং পরেং য়ান্দুনা গম্লবু লাকথা লাম্মীং থাবা খংনৈ।
১০৮। শালানচুৎপা তাবে।
১০৯। য়েম্না খোংলকপগা চাকয়োল্লে।

লানথিরক্কে হায়দবরা? খোয়োন ককলেন নোংদম খুজা অথৌবা মোমনু তালোই মরুম্বী কৈশিতোন। লানলোয় য়ুমখৈ ঙাকপীদি [১১০]মপারি নৌপেং নোংগী, মথংলেন মমান মচাবু কেগে পাৎলমদা তা, মোইরাং খোইরমদা কুমদুনা; লৈকাই [১১১]নাওকন খোয়রেন চঙবশিংবু য়ুপাল তাঙয়ীন ঙ মদরিএ। কোরৌ অদু নুমিৎ মদি ককলেন নোংদম সুজা অথৌবনা মোমনু তালোয় মরুম্বীদা [১১২]পাউমেল্লকএ। "ইশানৌ কৈশিতোন লাল্লোয় য়ুমখৈ ঙাকপীও!" হয়েং লাইরেল ইনোং ঙাল্লকবদি নশাবী ঐদি, কেগে পাৎলম তা মোইরাং খোইরম লিরুগে। লেম্লে[১১৩]চোপতা থেম, ব্রানচেং তপতাবা মহুম ফোয়না ঙাখা খরং বীজাবু লেম্লে ঙাথৌ তাল্লুগে। [১১৪]নাব্রা তাওকোল হৌনা লা, [১১৫]ইমু খায়োম শান-লা, [১১৬]নোংচুপ হাওরৈং কাইবী মরারেং। [১১৭]হাওনু শামোই তাওবী মখুৎথা,[১১৮] লৈরক মৈশম দোই, তৌরা খোংবাল চাল্লৌ লাথারেং। পানখোও হৌরা নমঙৌববু য়েনবং শৌপুৎলক্কে। কেগে অমাইবীনা নাওকন, খোইরেন চঙবীশিংবু [১১৯]য়ুপান তাংইনথোকসে। থোঙলেন নঙদি [১২০]নাপৌরোন, চার নথোঙ লোন্না থিংও। নশাবী নমান মচা ঐগী শমু ইতুং থোকপদা; নমু কনাগুম্বনা থোঙলেন নাপৌ শৎ চার নথোঙ লৈনা হাংও হায়রবদি, [১২১]ব্রায়র শামীরা [১২২]হুয়েন লানমীরা হায়না

---

১১০। মপারী নৌপেংনোংগী মচা পোকপা নৌরিঙৈগী।

১১১। মচা পোকপদা নাওকনখিবশিংবু চাক চারা পীজা ঙমদরী।

১১২। ব্রামেল্লে।

১১৩। লাংনাচিংবা থারগা হি মথক্তা ফমদুনা নৌগা চৈকক্ অমগা পাইদুনা মখোন নুংশিবা থোকহন্দুনা তান কাইদনা থিন্দুনা ঙা তানববু চোপতা থেম্বা।

১১৪। নাব্রা পোল্লকপা তারকপবু লাইথৌ তিম্থৌ তৌবদা চংবাগী হৌবালা।

১১৫। ঈশিংদা ইরাৎপা খায়োম শাবা লা।

১১৬। নোংচুপ মাইকৈদা মরা চৎনা হৌবা।

১১৭। চোথে খুন্দা মরান নুঙ্গাই চিংথক্তা হাওনুবীনা থাবা লা।

১১৮। লৈরক মমৈ মপান্দা হৌবা।

১১৯। য়ুপাম তাংইনথোকশে -চাক পীজশে।

১২০। থোংগী চাবি পৌরোন।

১২১। অচম্বা মীরা।

১২২। লাম্মী সিফাইরা।

পাউহংও। ব্বায়রা শামীনে হায়রবদি থোঙলেন নাপৌ শৎলো চার নথোঙ লৈনা হাংদোকও। হুয়েন লানমীনে হায়রবদি থোঙলে নাপৌ শৎনা চার নথোঙ হাংগনো হায়না ব্বারম লোন্না ঙাংনা, হায়না ব্বাবু অহিং [১২৩]ইনুং শোয়য়াইমদা লুব্বাং লাল্লোয় তরেৎমদি [১২৪]শাইগঙ ইল্লুম খাদা নাতারবগী।

কোরৌ ইনোং শোয়, শোয়রা মথোঙ তৈনা, য়াম্বী কৌনৌ চোং [১২৫]শেনবাং লোইয়া কেল্লক্লবদা খুম্মু নৌরেল লেংদা থোং, [১২৬]শোয়রু নমদা হুলনা কেগে লোক্তাক ব্বাংবরেন্দা লেন্নে ঙাথৌ তালখিএ। [১২৭]য়োইমা য়ায়না ব্বাংনা কা পাখং তাংজা লুরেন তোন্দা থোনবা ইললেন খনবগুম্না মিরেল খাইথনা [১২৮]তোংদল্লক্লবদা। লুব্বাং লানলোয় তরেৎমদি চুঙলেন থাকুপ হৌ। [১২৯]তিমেল খুৎতা শুনা মাঙ্গোন মনোং লাংদা কানা পাউমেন লকএ। "ইশানৌ য়োইবুনাই হাওনু কৈসিতোন লাল্লোয় য়ুমখৈ ঙকপীও।" থোঙলেন নাপৌ শৎলো চার নথোঙ হাংও। হায়না পাউমেল্লবদা 'তম্বা কনানো ব্বায়র শামীরা হুয়েন লানমীরা হায়না পাউহংববু ব্বায়র শামীনে হায়না পাউখুন্নবদা হাওনু কৈশিতোন লানলোয় য়ুমখৈ ঙাকপীনা মথংলেন মমান মচা খোয়োন ককলেন নোংদম সুজা অথৌববু লাকপরা হায়না চারগী নাপৌ শৎনা থোঙলেন নাতে কাঙলুববু মশাবী মমান মচা অথৌবদি ওইরমদা লুব্বাং লালোই তরেৎপু ওইরম্নবগী মিপাই থাবাইনা মলেম লৈদা তুখরে। লাইজা ইদা তুনা ইমু খব্বাক্লবগুম থব্বায় নিংহননরক্নে। [১৩০]উনবী পুক্লিং শিংলক্লবদা মোমনু নুংশি মপাউ খোলবু য়াথং হিক হায়ননা পাউমেনজরকএ।

---

১২৩। অহিং নোংয়াইদা।

১২৪। য়ুমগী সাইজিন একনখাদা লোৎতুনা তাবা।

১২৫। সেনবাংনচীংবা উচেক উয়ানা য়াহৌরবা পাইথোরক্লবদা।

১২৬। থোপ ঙা হাপনবা শৌ পানবা মখল অমা।

১২৭। নুমীৎনা।

১২৮। নুমিৎ য়ুংলবদা।

১২৯। তা, খুৎলাই অমবু খংনৈ।

১৩০। উনবী পুক্লিং পাখৎলুরবদা হুম্বরক্তুনা শিংলক্লবদা।

"লুৱাং পাথৌ ইপা ঙাই নোংবান ইদু নিংথৌ খোয় নমোম ঐসু নোংবান লুৱাং চনুনে। চেংলৌ ইশক য়েংনা নুংশিবীয়ো। [131]পুক্লুং ইরেপ য়েংনা ৱাখনবীও। নপারি শাৎনবা নমোম লৈরাং মদম মানবা ঐগুম্বীবু ফুইনবা মশেলনে নমোম ঐবু ইপারি নাওপেংববু কোৱৌ নুমিৎ মরিনিদা মঙাইরিএ হায়না পাউমেনববু হোই য়াদরবগী। 'অদুনুংগীদি লুৱাং পাথৌ ইপা ঙাইশিংও কেগে খুননিংথৌ [132]য়ুমখু পোংলেন হনবগী মপানখোক, লৈনুং চীংখোং পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবনা পোইরৈ খুনথোক্লঙৈদা মতৈ লৈমা লাইনাও তাবীনা খম্লুং মপুঙয়াইদগী নেমথোরকপা, সাচুং নিংথৌ সাচুং লাংমৈরেম্বা মখুৎথা অসিবু খাম্বী তানথোং য়াইখিগে, তরা নখোয়সু চাপুক লাম্লিঙৈনে হায়না মরৌ খোইবুং লৌগা চাউনা মশাবী খোয়োন ককলেন নোংদম সুজা অথৌববু ঙাইনবা [133]শংলৌ মথৌরাংবু থৌদু [134]নুঙদুম অপিকশপু [135]খাম্বী তানথোং য়াই, শান্নরিঙৈদা [136]য়োইময়াই লাইরেল অঙানবদি ময়ুম থোংনাং পাংথোংনাং ময়াং পাংনা পাখং মিরেল লাবা চেপ্লালৈ, লীৱা মৈগুম তোলনাহে - হু। লুৱাং লানলোয় তরেৎ (৭) মক্তি ৱাংলৈ অয়াকপনা তোঙঙম্না য়ুরাই অথুম্বনা [137]কোক কারকপগী, নুপী নুংশি খঙদনা

১৩১। ইপারী ইরেপ্পবু পোকপা কুইদ্রীববু য়েংনা ৱাখল তৌবীয়ু।

১৩২। মোইরাং নিংথৌরোনদা, মমাংগী মীওইবনা খংবদা ৱারবা লাইগী নিংথৌ খোইরিশিংপা (খোরীফাবা), ঙাংনিংশিং, হামথাল, ফাংলিক্লাই, য়োইরেম্ব, নরোং, ময়াম্বা, সুনুচা, তরেৎনা পাল্লবদা লাই ওইরম্বদগী মী ওইনা শমথরকপা মীগীনা অহন মকোক ওইবাবু পোংলেন হনবা মীগী মকোক লাইগী মামৈনী। ৱাহছোক অমদসু ফাং ফাং পোংলেন হনবা - ৱাহে অশিমক লোন্থে লাক্লবা পণ্ডিৎশিংনা সংস্কৃৎব্দ, বেঙ্গোল্লী বনান পাবা ইবা তমখিবনা ফাং ফাং হাইনা পানাখরে। তশেংবমক্তী মীগীনা মকোক ওইনা লাইগীনা মমৈদা মোইরাং লৈবাককী মীরোন্দা ফোংদুনা ফাওনা পাল্লম্বা - ফোং ফোং হাইবা সব্দদা ফাং ফাং তারকপনি। লাইরোন পুয়া খরদসু লাইরোন তিল্লোন্দা থেংনরি "কেকু ফোং ফোং" হায়বনচিংবা। নিংথৌরোন পুয়াদা পুরিক্লাই হাইনসু থারী -ইপা ইপু লিক্লমকাইদনা লাইদগী শমথরকই পুরিক্লাই।

১৩৩। য়েন্দাং

১৩৪। নুং

১৩৫। মৈ

১৩৬। নুমীৎ

১৩৭। য়ুগী ময়াইনা কোক ঙালখৎলকপা

থাঙলেন মখুৎশুনা ঙাইথিদ তিমেন মতাচান ঙাইখঙদনা লুরক কাঙদৈ থি, খৌনাও লুতোঙলেন হাওরা ঙাংকোকশোন, হাওচেং মশমলৌ, লালু চোমায় মফোয়না [১৩৮]তাউথোপ খলথাংনখিয়ে। শামু মহকচাং লৈরাং অতিংঙাদি ইঙাঙ পাকতক্লা ইমু পামফেন্ননা থিংলৌ চাউবা য়াহীপনা, লাইরেন শাংবা য়াতানা লৈহৌরে। মশাবী মমান মচা খোয়োন ককলেন নোংমদ সুজা অথৌবদি কেগে পাৎলম তানা মোইরাং [১৩৯]খোইরম কুম্লুববু মরান ওস্তেরক্লে। লুৱাং লাল্লোয় তরেৎনা (৭) ৱাইর শাথিরু হুয়েন লানথিরুববু য়াংলৌ "লমখাংদা লমওক্লরে" পারি লুৱাং লোয় তরেৎমা ৱাইর শাথিরুবরা হুয়েন লাম্মীরুবরা পাউহংববু-লুৱাং লালোইন পাউখুমলকএ" হোয় ইপল খোয়োন অথৌবও। ৱাইর শাথিরুএ। হায়না পাউখুন্নবদা "অদুনুংগীদি পারীশিংও লেমলৈ ঙাচিং চিরোইনাই অসিবু তরা চায়োম থোক্লখিয়ো হায়না লাইজ ইশিংথোপ [১৪০]সোকলাং য়াইফকপনা লেন্লে ফান্না কোৎনা পীজখিএ। কেগে খোয়োল অথৌবদি ঙাংখা পনমৈ তাবদি, মরান মোংবা মরানয়াইদা ৱাইথুংলরে। "য়োইবুনাই হাওনু কৈশীতোম্বীও, লাল্লোয় য়ুমখৈ ঙাকপী, অঙান তাংলৌ থেঙনা থাঙ্গা চীংদোন পাং, নারলশি অমম শিবা নীকলে; থোঙগী নাতৈ কাঙনা চার নাপৌ শৎলো!! হায়না পাউমেনলববু মশানৌগী মরু থৱায় মিরাংপান অতিংঙানা পাউখুমলকএ। 'শাবী ইবুং মনাই থংলেন মাঞ্জ ইনেমমচাও ৱাংলেন ঙাইহাক ঙাইখিও! পারী নৱা অপিশাবু খোমলাং ইনৌ হান্নীএ। হায়না পাউখুন্নকএ। খোয়োল ককলেন নোংদম অথৌবনা পাউমেনখিএ। "ইশানৌ য়োইবুনাই মোম্ন পেন্মাও করি ৱানো য়োয় ময়াই অঙাল তাংলৌ থেঙলকপশিনা তরা ইবু চাকপু লান্লে, থোঙলেন নাতৈ কাঙও হায়না পাউমেনববু মরুম্বী থৱায় মিরাংপান অতিংঙানা হন্না হন্না পাউখুন্নকএ। "ইশাবী করি ৱানো পারী নাওহান্নী হায়ববু কোলোয় য়াৱা কায়বা অসিবু করি ৱানো ঙাইখিয়ো। হায়না পাউমেনলকপবু মথংলেন মমান মচা খোয়োল ককলেন নোংদম সুজা অথৌবদি

---

১৩৮। লুরেন তাংজ কোক অককপনা তোঙান তোঙাননা হকচাংদগী তারক্লুনা

১৩৯। খুছক

১৪০। হিনুংদা ঈশিং চংলবদা। ঈশিং শিংননবা, লৈহোৎ হায়রগসু খংনবা পোৎ অমা।

য়াইবি মনুং হৌ তিল্লাং মখোয় শাওনা থোঙলেন নাপৌ নম্ববু শবু মখোঙ ফাংনা কাওথোক্লে। থোপ্লাং লেংদা থোংববু মালেম লৈদা থাথরে। খাম্বী থিলকাম্নরুবু মোম্নু তালোয় মরুম্বীদি নুংশি মতৌ লৈতনা তাংজা লুনাইদা থিংলৌ চাওবা য়াহীপ্পা, লাইরেন শাংবা য়াদানা ইঙাং পাকতৈনা ইমু পামফেন্না লৈরম্ববু চেংলৌ মিং থিংনা উরবগী থৱায় লাইখংননা "ইশানৌ য়োইবুনাই পেম্মও, চিংঙু নোংদমখোনবু হেনফদনা করম্না অমন খল্লে কুম্লম্বনো নামু তোঙানবা কনা ওইরল্লোই, লুৱাং লাল্লোয় তরেৎম (৭) উনরিঙেনে। হায়না খোক্লাং মাগী য়াইচল ফমদগী তিমেল মাগী মতাচা ৱাইর শাশিংশু হুয়েন লানশিংশু মুৎতববু তিমেন খৌশাং হাংদোক্লে। কমবোং অতেরা শিলহৈবা মখুৎশা, নোংপোক কাম্বা শিল্লোম্বা মচুঙখঙ, মনুং নোংপোক খেপালতোংনা অসৈবা মপাল চাঙাঙশিৎপা চুংগোইবু লৌথোক্লুরে। থাঙলেন মাগী য়াইচল ফমদগী, থাঙলেন মখুৎশুবু লৌবা, ৱায়র মাগী শাদানফি, হুয়েন মাগী লান্দানফি, খুন্নুং য়োয়কক্চা অরিবনা তাইখোম ফি। ৱানা লীকশং মানবনা ঙারুবাক ফিবু ফবদা য়েকপা ফি; লেপ্লে ঙারুম নাইনা, চরৈ মকা ফোং মাল্লৌ মীমাঙ তাক্লা পাক্লে শময়া খোম লেংখাঙ শমপারেং য়েৎ, লাংমৈ পুঙদু চিল, নিখম চরিখম, চুঙলোং ঙক্তা হুক, তিমেল খুৎতা শুনা থাঙলেন নামৈ য়েপ্পা মোম্নু তালোয় মরুম্বী চিংনা য়েংনা মিকপখিএ। "ইশানৌ য়োইবুনাই মোম্নু পেম্মা ইনেমমচা নুংশিবীও। মোম্নু নঙগীদমকপু নশাবী নমান মচা ঐনা, থোনাং ময়াং মায়তেকপা ফানরুক কবো তাইবোং লৌথিবা মান্নরুক। থাঙয়ি অওনলুক লাংবন কৈগরুককুম্ববু, চেংবুম মনাও তোলগুম্ববু হুয়েন লানশিং তাল্লুগে হায়না মশানৌগী শামু মহকচাং লৈরাং অতিংঙাবু পাওমেল্লগা ঙাংখা চৎলম ফানসাং ইন্না হুয়েন লান্দারকএ। লুৱাং লাল্লোয় তরেৎ (৭) মক্তি ৱাংলৈ তোং-ঙম্না,য়ুরাই অথুম্বনা কোক্কারক য়াংলৌ লমফাই লম্মখাংদা তুম্না লৈরম্মে। হায়দবরা ? খোয়োন ককলেন নোংদম সুজা অথৌবনা তানফংলুরে। তাংজা মখোয়গী মশম মশেনবু কিশিন্নরে। খোক্লাং তাখোক্না য়ৈনা য়াহৌথোকপবু তাংজা মশম মশেন কিশিন্নরম্বগী মতোম মতোম য়াংলৌ লমফাই তুনরে, চিংথনরে। কেগে খোয়োল ককলেন নোংদম শুজা অথৌবদি; ওইদা লৈরে শময়া খোম, য়েৎতা লৈরে খুৎচু

থাঙনা হায়না লুৱাং তাংজা লুয়াম ককলে। চাওবা লাল্লোয় লানশিংবদি [১৪১]খোয়মা নরোননুংদা চেনশিনখিরবনা তানফংহৌদরে। খোয়োল অথৌবদি মোম্নু তালোয় মরুম্বীগী তাংজা মরুতোন্দী চারৈ নাহোং শানা শমু নমদা পোখৎলে। লুৱাং তাংজা মরুতোলমক্তি সাম্মু খুৎতা পায়রে। মরাল মোংবা মরাল য়াইদা ওনতে হনৱাইরক্লে। মোমনু তালোয় মরুম্বীগী, তাংজা মরুতোলদি সাম্মু[১৪২] খোঙগাং খাদা থারে। লুৱাং তাংজা মরুতোলমক্তি খাম্বী [১৪৩]শিংথা ফমদা থাথরে। খুয়োন ককলেন অথৌবদী [১৪৪]লাকথা লালপাও তম্মা সুমাই লালখৌশারুরগা মপারি নৱা অপিশা মপল পলেম অঙাং [১৪৫]হেকঙাই মপাও চাও পালেম লাঙ্গোন হাংনা মপল পলেমগী খোল্লাং তাজিন অতিংঙা ইমু পাকতৈনরববু সামু মখুবীগা লোইননা খোল্লাং তাজিন ইনৌ হামঙম্ববু সামু থাগোনখৎলে। চেংলৌ মিংনা চিংনা য়েংনা মপল খুয়োল অথৌবদি হেকঙাই মপাউ চাউনা মিকপ্লক্লে। পারি ইবুংঙো নৱা অপিশা, নপন পলেম নমাগী খোল্লাং অরেম্ববু সামু নখুৎপীগা লোইননা খোল্লাং খোমহুপ চল্লম্বা নংবু কোলোয় নমীংথোনবু করি কৌশিবনো হায়না মপলগী পাইমা উনগোইনুংদা নিংনা খল্লুববু” পারী নংবু মোংইরাং খুৎচুপ চৈমীয়াং লুৱাং খোমহুপ্পচাম্বাও হায়না নপল ঐনা কোলোই নমীংথোনবু মিংহনবীরগেকো। মপারি নৱা অপিশাবু মোমনু তলোই মরুম্বীবু তেংথানা মিকপ্লকএ। মোমনু [১৪৬]য়োইবুনাই পেম্মা নুজা ইনেম মচাও! কোরৌ নোংজা খুদীং পারি চাওদ্রিবা অসিবু কোরৌ নোং খুদিং খোল্লাং পীবুক থন্দবগী অঙাং হেকমাই মপাউ মিকপ্লবদি মোমনু কনাদবু নপারি অসিবু খোল্লাং ইনৌ হাল্লুগদগে। পারি ইবুংঙো নৱা অখুরবও। নপল পলেম নমাদী লুৱাং মখুবাক্তা [১৪৭]উলথম চরৈ ফিরোই কাইককনা খাইনরে।

---

১৪১। অশোংবা নারক মোংসোং

১৪২। ফম্মুং ফম্মাংদা

১৪৩। শিংগৈ সিং থমফমদা

১৪৪। মাঙ্গোনগী মচি লারুমদা

১৪৫। হিক হৈনা কপ্পা

১৪৬। নুমীৎকী মচা মনাই

১৪৭। থৱায় থাদুনা

ইশানৌ য়োইবু নাই মোমনু ইনেমচাও সানৌ নংগীদমকপু লুৱাং মপুং তাকনা মরান থুম্বী মৈমাং চম্না সাইবু মৈতালপকনা। [১৪৮]খলং লৈতংলেং পলথেংদরিবদি [১৪৯]কোরৌ নোংনা য়েং [১৫০]মালেম লৈনা খঙসনো হায়না মিকপনখিএ। [১৫১]কোরৌ নুমীৎ মঙানি শুরবগা মোমনু তালোয় মরুম্বীবু মপল হাওসি মমংলেন্দা খুৎশাবনা কোরি থরাও চিক্, খাফম লাইফম ৱারি হোংগে হায়না তরেৎ শেন খিংলে। ৱাংলেন পুংহৌরে, হাওসি মংথিল্লে। খমনুং পাউতাক্লে সিংপাউ পাউহোংলে হায়দবরা? লুৱাং তাংজামরুতোলবু ককপী ককলেননা ককলম্মে হাইবগীবু লমদম লম্লেন লমনুংশি "ককনা শমকি লমদাইথেৎও" হায়না তৌনা কৌখরে।

---

১৪৮। লৈবাক্তা লুখা থানা ফুমদ্রীফাও।

১৪৯। নুমীৎ মনা য়েংসনো

১৫০। লৈবাক মানা খঙসনো

১৫১। অশিবশিংগী তৌফম থোকপা মথৌশিং

## স্না থোইবীলোক

নহননোং কেগে খুৎনিংথৌ হেপু স্না লাখ্বানা থাওয়ি [১]ফৌমীবু কৌ লোইমোম কৈহোংঙৈদা, মোইরাং লৈমনা স্না থোইয়াগী [২]পোল্লাং স্না মনাদা য়ানববু মালেম লৈদা তাহৌরে। হয়েং লাইরেল ইনোং ঙাল্লক্লগা মদাইরেম খালে লৌগুম্লকপীসংনবনা খুললকএ অরোকপও কৌএ! লৈমা পোলাং মনায়ানবু তাহৌববু লোক্লমএ হাইবগীবু লৈমা স্নাদা থোয়াদা কৎলময়ে। কেগেনা মিকৌনা মোইরাংনা মিথানববু অখুনববুদী স্না থোইয়া লোকও কৌববু কেগেতবুথি মোইরাই ৱাংমল হৈমন তানবা স্নানা থোইবী লোক হায়না ওল্লম্মে॥০॥

ঙাংখা শেনগোই ইমরু

সেংগোই ৱানরোক

নহননোং কেগে হাওয়ুম কোইবনা খুয়োল হাওদারিবগা মনেম মচা খুয়োল লোক্লুংগীদমকপু [৩]শিংজা ৱাথোকনা লুথোং ৱাচাওনরে। কেগে হাওয়ুম কোইবনা খুয়োল লোকনু অসিবু সিংলেন ঐনা হাননা য়েংনএ, লৈরাং ঐনা হান্না সিলনএ শিংজা খুথোং ঐনা পুলনঙৈনে। খুয়োল হাওদারিবনা। ঐনা তুংশিঞ্জবা লুথোং পুলনঙৈনে। সিংলেন ঐনদুম হাননা থেক্লঙৈনে। লৈরাং ঐনদুম হাননা চিন্নএ হায়ববু। অদুনুংগীদি পাথৌও [৪]কোরৌ নোংনা য়েং মালেম লৈনা চুম্নসনো হায়না হাওমুবা লেংবাই চননা লাবা [৫]খুরৌ তাজিন য়েৎনসে হায়না মপাতাও অনিমক্তি হাওমুকপা লেং পাইননালাবা খুরৌ তাজিন য়েৎনববু কেগেনা লৈশকনা মোইরাংনা শৈথানবদী ফৈবাকপুদী সেং কৌএ। তেক্লববু কোয়রবা কৌএ। কেগে হাওয়ুম কোইবদী খাদা থা খুয়োল হাওদারিবদী থক্তা থোংনা, মোইরাংনা ইকাইববুদী সেনগোইরবা কৌএ। অদুনোংগীবু সেংগোই ৱানরোক, ঙাংখা সেনগোই ইমরু তৌনা কৌনএ॥০॥

---

১। ফৌগৌবা ২। পোল্লাং মওং শাবা স্না ৩। কোক্তা পুবা সিংবুন ৪। লাই ৱায়েল য়েংনবা ৫। খোং খুরৌ য়েৎনবা মুকনা সান্নবা

## ঙাংখা হয়া লাওবী

নোংচুপ [১]উরা [২]কোংয়াম্বীনা লাইরা অতোল তাবগী, থাংলেন মখুৎশুবু মলেম লৈদা থা [৩]কজেং ময়োক ব্রাৎপগীবু কজেং মিথাং ব্রায় [৪]তেৎনৌ লংমাই [৫]চাইসি লৌদায়। মপারি থরম নহা লাইরবদি [৬]খালৈ যুপুংথক্তা লব্রায় [৭]চগোক লাইসম জতা লৈনা লাইসম ঙৈখাংননা [৮]ইরুন নাউসং অমদি "মদি খাদা থা,ইরুন নাউসং " মনা থক্তা থোংনা খোল্লেন তুমখুন তানববু। মপন পলেম মমানা মালংববু পাউকৌরকএ। [৯]ইনুং সন্ধোং মোরিবদগী লমগা হৌবা নোংবান লাইজালৈমা [১০]কাঙনৌ তোরান মরলউল, মলং য়াংবা খমগোন অহুম্বও নংবু লাকও লাকও, নুরা থৌরৈ তেংবাংলরো, মোমনু চেংজা ঙম্বাংলরো, নুরা [১১]কনক্ খোইদোক ঈ, মোমনু সমখোং চরল ঈবু, হুমাং লোকই, হৌরেদো হায়না কৌরকপবু মপারি থরা নহা লায়রবাইললুল নাওসুল্লীবনা" পালেমগীদমকপু থৌরৈ তেংবাগে চেংজা ঙম্লুমগে হায়না, ইপল পলেমইমাও করিগীদমকপু মালংববু পাউ কৌরিবনো? খমগোন করিগী থৌনেক্লুবনা নপারি ঐগদুম হাওচেং খোংলোইনদুনা নব্রা [১২]খুৎলং তেরাল ইসৈদুম সৈদানগে হায়না ইললুম শোক্তোংদগী হোয়দো হোয়য়া লাওনা য়াহৌথোক্লক্লে -অদুনুংগীবু ঙাংখা হয়া লাওবী ও হায়না কৌইদো।

---

১। নিংথৌ শাগৈদা হায়নরম্বা মীংগৌ ২। মমিং ৩। থাং ৪। য়োৎ ৫। লৈবাক তৌদুনা ৬। লৌগী লৈপুং মথক্তা ৭। কোক্তা ফৈজাগুম্না হাপতুনা মোন খাংবা ৮। নাওসুম নিংথা ফি ৯। সন্ধোং মাইকৈদগী লাকপা নুংশিং ১০। ঈশিংদা হৌবা কাওসিং ১১। হুমাং চেম্ছরকপা ১২। খুৎলং ঈশৈ

## ফুবাল ব্রা ও চাইনপুং

নরম লম্লেন মদাইমা [১৩]থোংঙাক অশিথেল মকোই নোংলাওচিং। লাই পাখংনা হুল্লগা লাই নুরানা ওকপচিং। লাই নুরানা হুল্লগা লাই পাখংনা ওকপচিং। [১৪]নুরা ফিবুল ঙাইরল চিং। [১৫]সিনৌ লোয়দাং তরেং য়োৎতি উংস্না। অয়ুক নুংদাং খুন্দিন খুনসনা। চাওনা সাংনা শাল্লঙৈ ফুরেল মপান ফুক্। লাইনা মকা ফোইনাথাববু ফুরেন মতোন চোংনা লাংলেন মকা চাউনা পাল্লে, অদুনোংগীবু ফুবালব্রাও লমদম লমনুংশি, কেগেনা শৈশকনৈ, মোইরাংনা শৈথানৈ কেগে লব্রায়চাও মোইরাং ফুবাল ব্রা কেগে নিংথৌ পুন্সি [১৬]খুরেন চনবগী পামেন উহোংপুংনে।

---

১৩। থোংঙাক লাইগী মনাক্তা লৈবা নোংলাওফম ১৪। লাই নুরানা ফিবুল হন্নবা চিং ১৫। লাসিং লংনাইনবা তরেং ১৬। মোইরাং নিংথৌ ২৯ শুবা

কেগে লৈসা পুংবু কাননা চোং
[১]মৈতেংঙু লমকাম্বা থোলেন য়াইনে;;
খোইবা লাংমৈরেম্বা নাওরেম খং
ককলৌ পাৎলিনকোবু নতৈননা;;
মোইরাং লৈমা স্না থোইয়া তরা চাকহোঙ্গে
মনাই মরা [২]মরৌরেলবু তুংওইননা;;

চাইনা পুংও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদী নহলনোং কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বগা নোংয়াই হৈয়েন অথৌবগা অনিনা [৩]সোইরেল খমঙাকপবু, সোইমুন্নরে। নোংয়াই হৈয়েন অথৌবনা হান্না পাওমেল্লকএ” পাথৌ মোইরাং খোইবা লংমৈরেম্বা অথৌবও। সোইরেল অসিবু নোংয়াই ইপাসোইনে। খুমন ইপু খোংনে।” পাথৌ

---

১। মৈতৈ নিংথৌ ২। মনাইগী লৌফম ৩। লু থুমফম সোইরেল

নোংয়াই হৈয়েন অথৌবও কেগে ইপালম মোইরাং ইপুলম অসিবু নোংয়াই নপাসোইনে হায়বা অসিবু কোরৌ নোংনা য়েং মালেম লৈনা খংঙেনে। ব্রহায় য়াথং চিন্দা পাউদানা পাথৌ অথৌবা অনিনা ব্রাহে খুরৌননা খৎনববু " পাথৌও অদুনোংগীদী, খোইমোম লাই সিদবগী সায়ী ব্রাচুম খঙনবা চাইনা খোংফেননা মরোল চুংফুনসি, হায়না নোংদমখোনবুয়েংনসে, হায়না কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবনা" পাথৌও কোরৌ নোংদমখোনবু য়েংনসে, হয়েং লায়রেল ইনোং ঙাল্লগা [৪]নরান থৌচৎ ঙল্লকও। হায়না পাউমেন্নরবদা মদোম মরাল য়ুমগানখিএ।

নোংয়াই হৈয়েন অথৌবনা মোমনু তাল্লোয় মরুম্বী ঙানবা সোরা নচাওসুদা পাউমেন্নখিএ" ইশানৌ য়োইবুনাই মোমনু ইনেম মচাও! হয়েং লাইরেল ইনোং ঙাল্লগা, সেল্লোয় ইপাতাও কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবগা ইপাসোই ইপুসোই সোইমুন্নবগীদমক্তা চাইনা খোং ফেন্নগদৌরি, তরা চায়োম্মো ব্রাংলৈ খোমহাল্লো তরা নংনা চায়োম্ববু ব্রাংলৈ নংনা খোমহানববু সোইদনবা তম্মো। মসানৌ মোম্নু তালোয় মরুম্বীদা অহিং খোল্লেন তুমখুন তান্দনা মসাবী নোংয়াই অথৌববু য়েং অহিং ইনুং সোইয়াইমবু নাওসুম তম্না নাওথেল্লম! চাফু তিল্লাং সৌ ইব্রান খোইদৌ ওৎনা য়েনখোম খোমহাল্লে। কেগে মোইরাং খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবলু মশাবী মোমনু তালোয় মরুম্বী ব্রাংঙু লাইজাও চানুদা পাউমেঞ্জখিএ"

ইসানৌ ইরুম্বী য়োইবুনাই মোমনু পেম্মও। হয়েং লাইরেল ইনোং মানা ঙাল্লগা পাথৌ নোংয়াই হৈয়েন অথৌবগা, ইপাসোই ইপুসোই মুননবগী, চাইনা খোংফেননা, মরোং চুংফুনগদৌরি। তরা চায়োম্মো ব্রাংলৈ খোমহাল্লো হায়না পাউমেল্লবগী! মোমনু তলোয় মরুম্বীদি অহিং খোল্লেন তুমকন্দা, নোংয়াই সোইবা মিৎয়েং নাওসুমদা চাফু তিল্লাসৌ ইব্রান নিংকোয় ওৎনা তরা চয়োম্লে। ব্রাংলৈ খোমাহাল্লে। মথংলেন মমান মচা মোইরাং খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবদি লানপোৎ চারৈ সেৎনা তিমেন মতাচা মখুম হাংনা খোক্লাং মখুৎসুবু সাম্মু মখুৎতা পাইনা চুংলোং ঙক্তা হুকনা থাংলেন নামৈ য়েপনা কংলৈ মাগী মশুমাংদা...............

৪। ময়ুমদগী

[১]সুমাই থেলখৌ শাখরে। মরুম্বী ব্রাংঙু লাইজাও চনুনা পাউমেনখিএ" ইথংলেন নংনা সুমাই মাইথেল খৌশাববু ব্রাইরা শাফামী, হুয়েল লানফামীবু চুনয়ে, তম্বা নমাই পাকপবু তানফংগনিএ হায়না পাউমেননরগা" সানৌ য়োইবুনাই পেম্মও খোইমোম [২]ইকংসা চিংঙু থোংবাল ব্রাইনা পুরুমজরম্মো। ব্রাইরা সংদাল্লক্লে হায়না চিনগোইনরল্লগা হুয়েন লান্দারক্লে। নোংয়াই হৈয়েন অথৌবসু ব্রাইরা সদানফি হুয়েন লান্নানফিবু লানপোৎ চরৈ মঙান নাইনা তিমেন মখুৎসুবু সামু খুৎতা পাইরে, থাংলেন নমৈ য়েপনা সুমাই থেনগৌ সাববু, মরুম্বী ঙানবা সোরা নচাওসুনা পাউমেল্লকএ।" ইসাবী ইবুং মনাইও থাংলেন মাঞ্জা ইনেম মচাও ব্রাইরা নংগী তাখৌশা হুয়েন নংগী লানখৌশা অসিবু ব্রাইরা সাফমী,চুনাদে হুয়েন নংগী লানবু চৎলগনো হাইনা থৌখাম্ববু পাউয়াদনা হুয়েন লান্দারক্লে। হায়দবরা। মপাতাও অনিমক্তী সোইরেল খমঙাকফম্মু ব্রাইথুংমীন্নরবদা তরা চয়োম থোকমীন্নরে। মোইরাং খোইবা লামৈরেম্বনা পাওমেল্লকএ" পাথৌ নোংয়াই অথৌবও। তরা নংগী চাকয়োম্বা ব্রাংলৈ খোমহল্লকপা অসিবু য়ুপাল [৩]কোনঙৌ থোংএ চাকয়োম লাইথোক ফংতে। সোইরেল লম পাল্লগনো নরান ওনতেখিরো হায়না পাউমেনববু, নোংয়াই হৈয়েন অথৌবনা পাউয়াদে। "খোইমোম কোরৌ নোংদমখোনবু লৈঙেলে। [৪]খোল্লাং লম চৈওন্নরে, নোংয়াই হৈয়েন অথৌবনা হান্না পাউমেন্নরে"পাথৌ খোইবা লাংমৈরেম্বা, তিমেন নংগী নতাচাবু হান্না হুল্লকও হায়না পাউমেনববু" পাথৌ নংনদুম, নংগী নতাচবা হান্না হুল্লকও! হায়না পাউমেনববু" নোংয়াই নংদি পাথৌ, ললহাবা খুমন লমকেৎপনে নংনা হাননা তিমেন তাহুল্লো হায়রবদা নোংয়াই হৈয়েন অথৌবদি তিমেন মতাচাবু সাম্মু মখুৎতা পাইনা।

---

১। থাইনা চৎনরম্বা সাল্লান চৎলমদায়দা নুপীশিংগী মমাংদা তাখৌশাদুনা উৎনরম্বা ২। ইশাগী ইরাই ৩। লাংফৈ চৎলমদাইদা চাহৈদবা অসিনবা এল্লাং কোকঙৌয়েন থোংবা ৪। থাইনা চৎনরম্বা খৎনবা চাইনবা মখল অমা

নোংয়াই পোকপা সলাইলেন খুমন লাংবুম অরিবা কসা পুক্লিং লিকিননা লাবাকপলাক "সেংচৌননা লেপ্লবদা। মোইরাং খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবসু চুঙলোং মাংদা খিন "কসা মনোংথৌবু পুনেমজখিএ।" কেগে কসা ইনিংথৌ তিমেন তাজিন থৈবীও খোইয়ুম নরলকুবু ব্রচিনগে। হায়না পাউমেঞ্জরবদা নোংয়াই হৈয়েন অথৌবদি তিমেন খাংতপ লাকনা,লাবা কপ্লাক সেংচাওনা তিমেন তানীং কাংনা মালং চৈরোইননা ফেল্লকপবু খোইয়ম থাংজিং মরলকুবু নোংয়াই তিমেন মতাচাবু সিংলেন অরেম্বদা সোইরেন ফুম্বীথক্তা ককলু লুমাই লেংনা ফেনতোক্লবদা" পাথৌ নোংয়াই হৈয়েন অথৌবও তিমেন নংগী তাহুন সোয়রবনে। হায়রবদা" পাথৌ মোইরাং খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবও! তিমেন নখুৎশুবু ফেল্লকও। হায়রবদাকেগে অথৌবনা তিমেন খোকলাং খাংতপ লাকনা তম্বা কপ্লাক সেংচৌননা তিমেন তানিং কাংনা ফেল্লকপবু নোংয়াই হৈয়েন অথৌবদি চুংলেন মাংলম খিন, কসা পুক্লিং লিকিননা ঙাইরকপদি,কেগে মোইরাং খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবও। খোক্লাং নতাচাবু তিমেন তাহুল সোইরুবনে হায়না ফেনতোক্লক্লে। কেগে মোইরাং অথৌবদি খোক্লাং মতাচাবু মালেম লৈমাইথক্তগী খুন্না কেগে লৈকোই পুংলমদা মরাল ওনতেরক্লে। কেগে লব্রাইচাও মোইরাং ফুবাল ব্রাও য়ৌরক্লবদা অব্রা পোৎথানখিএ। তিমেন মতাচাবু পাইনা সিৎনা নাননা য়েংলুববু [৭]খেরে খোকচং নুংদা 'নহননোং হয়িঙৈদা ইবুদি য়াইও কৌরমএ। ইয়াই মাবু পকনা লৈরল্লবগী"

হুম নোংয়াই অসিদী মীনল্লে, মোইরাং ঐবু [৮]তাংসক্তে হায়না ব্রাইরা সাথৌ তম, হুয়েন লালথৌতম্না তাল্লকএ। নোংয়াই হৈয়েন অথৌবদি কোরৌ নোংনা য়েং মলেম লৈনা চুল্লবগী লাইজা ইরাল্লুরবগী, তিমেন তাখুন ইননা লাইজা ইসিং চংলবগী লাইজা ঈশিংবুদি হয়িঙৈদা লোক্লৌ হায়না কৌ, [৯]লোক্লৌ লাইজা ইবু লমঙান্না হয়িঙৈদা কংফালবু কোংও কৌরএ। কোংদোল থক্তা সামু মশম লাকনা চিংখৎ থংলেন মখুৎসুনা তাংজা মরুতোনবু ককনা চৈথারে।" সেল্লোয় [১০]মপতাও নোংয়াই ব্রাহৈবনা খুমন

---

৫। ফৈগল অচৌবা ৬। অরিবা ইশাগী লাই অপোকপা ৭। তা মচিন হাপচিনবা মখোকক্কা তাইনবা
৮। উশিংতে ৯। ঈশিং ১০। ইতাও

মিনম্বা চিংখোং নয়াথংনা য়াথং ব্রাশক কাইরববু হয়েং খোহয়ুম লাইরৈপাক্তা কোরৌ নোংথোং থিংবনা ব্রারকনববু তৌঙমদসনো হায়না লৌখৎপীখিএ। সেল্লোয় মপাতাও নোংয়াই হৈয়েন অথৌবগী সমু মহকচাংবু মলেম লৈদা তৌনা, য়ামচেং লৈকুপশিননা [১]ফুরোই লৈগোইবী মথৌ য়াংগেল পীনা অমনবী খোম্বীরম্মে। তাংজা মরুতোলবু সামু খুৎতা পাইনা কেগে পুংলমদা মরাল ওনতেরক্লে। অদুনোংগীবু খোইবা লাংমৈরেম্বা লুহলব্রাই, লোক্লৌ হৈয়েন তু, কোংচিং চৈথাপালও! হায়না সৈথানৈএ। নোংয়াই হৈয়েন অথৌবগা কেগে মোইরাং খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবগা মপা তাও অনিনা খালৈ য়ুপুং থোল, খোক্লাং তাখোক ওন্না সারিমখৈ ফংনা ললু মপাল ফুকনা চাইন খোংফেন্না মরোং চুংফুনরমএ। হাইবগীবু নরম লম্লেন মদাইমা চাইনা পুংও হায়না তৌনা কেগেনা শৈশক্লা মোইরাংনা শৈথানয়ে।।০।।

লেলতাক

| | |
|---|---|
| নরম লম্লেন মদাইমা | লোক্তাক লাইজা ইপাক য়াই |
| ফিনচি নোংহুম তুংয়া | কোলনা য়াইতোল লৈমা খ্বাংনৌবী |
| কেগে লৈমা অঙানগী | মোইরাং লৈমা অরেম্বীনা |
| নুরা হাওচিং ঙমগাচিং | নুরা য়ুম্লোয় হায়নবু |
| মালেম লৈফম পুংথোল্লম | লেলতাকও কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হায়রবদি? |

নহননোং কেগে মোইরাং য়াইতোল লৈমা খ্বাংনৌবী লেলতাক পুংথোনবী, পুং তুখোংতৌবী খোংতৌববু মদু নিংথৌ খুমুজম খুৎলংলোই, খোইনাইজম সমপোৎলোই উতোয়জম য়াখংলোই, পাখং থাংকোক চুংবুরোই! নুরা খাম্বী তৌজেল্লোই ঙাইরোইননা লেলতাক পুংবু থোল্লমমে! পুংতু খোংতৌববু হুয়েন লান্নীগীদি [২]পেংচোইবা মশিং ১০০ [৩]উমু লাইতোংবা মশিং ১০০, খরা [৪]নাকতাংবা ১০০ চাম্মা চাম্মানা [৫]লৈহৌশিল

১। অশিবা মীবু লৈপাক্তা ফুমদুনা মথৌ মঙম তৌবা ২। অচা অথক্কী পোৎ চৈ চাম্মা চাম্মনা খুজিং ওই।

৩। উমু কৌবা উচেক মরাই তেংবা চাম্মা চাম্মা ৪। তিঙি থবা পাৎকী ঙানু উচেক ১০০ ৫। লৈপাক্তা খুদম য়েংবা, মালেম লৈহৌবা খুন্দাবগী খুদম য়েংবা

তাকপা লৈমু সেলঙোইনবা পুংহোংঙৈদা মদাইরেম খোরি নমোইয়াংবু পাউকৌখিএ।" ইদাইরেম খোরি নমোইয়াং নঙদি [৬]সেনবী চাক্লে কুমদুনা পাউদম লৈকেননা য়াওরৌ শতিক্লুও। হায়না পাউমেল্লববু। খোরি নমোইয়াংনা হাওসিঙমগা চিংনা মোইরাং তম্বা নিপা ৫০বু [৭]খুৎওইননা ব্রাকয়ে হিজাও হোন্দুনা খোরিদাক লাইজা ইরম ইন্না তাওথখি। [৮]হাপজা লময়াই খাইনা থোংবী উঙাম মখোংগী লাইজা ইরম ইলনা ব্রাকয়ে হি হোলগৎখিএ। ঙানবা চিংলক অচনবদা হি থাংলে। সমু খোংনা চৎনা সেনবী তুমু মপুংয়াইদা ব্রাইথুংলরে। সেনবী তুমুলাকপা খুনু মেলোং ফবগী সংলেনয়াইদা কারক্তুনা নোংহুমসংদা চংখিববু সেনবী তুমুরাকপনা পাউহংঙএ" কেগে ইনিংথৌগী মদাইরেম, সেনবী কবো ইরমবু খোরি নমোইয়াংও! ব্রারম করি লৈবনা নমু মীয়াম পুনা সেলবী ইপুংয়াইদা ইন্দাল্লকপনো? পাউহংলকপবু খোরি নমোইয়াংনা পাউখুল্লকএ" সেনবী খুৎনিংথৌ তুমুলাকপা খুনু মেল্লোং ফবাও। মোইরাং লৈমা অঙনবী য়াইতোল লৈমা খ্বাংনৌগী, নিংথৌ মতুজা অঙনবীগী কোলোই ময়াংথংগী ঐবু থৌশিরকএ। মদুনিংথৌ খুমুজম খুৎলংলোয় খোইনাজম সমপোৎলোয়, পাখং থাংখোক চুম্বুরোই [৯]নুরা খাম্বী তৌজেল্লোয়বু [১০]তরা মাইখাংগে হায়বগী য়াওরৌ সাতিক্লুও হায়না সেনবী লপুংয়াইদা ইন্দাল্লকপনে। [১১]তেকপী ওকপুম ১০০ [১২]কায়রে য়েনবুম ১০০ [১৩]মেল্লাং তালবা হমেং তুরৈকাই অঙৌবসুং ১০০ ঙানু [১৪]খেরেজা অঙৌবা চিনপাকপসুং ১০০ মশিং ১০০/১০০ শাশিং শুনা সংলৌ থৌরাংও হয়েং লাইরেল ইনুং ঙাল্লগা য়াওরৌ সা মমল তিক্লসে হয়েং কৌবা ইনুং শোইরবগা ইরালয়াইদা ওনতেখিগে। হায়না পাউমেল্লবদা সেনবী তুমুরাকপনা" ইদাইরেম সেনবী তুমুলাকপা ঐগী লৈপাক কোয়বা অজ্রাং, তরাং তাকউ তমু মরিমকপু পাউকৌখৎলে" ইদায়রেম মরিমা ইবেম্মা মোইরাং য়াইতোল লৈবা খ্বাংনৌবী কোলোয় ময়াথং সারেল সাচনগে হায়বা অসিবু সোইফরোয়এ। অহিং খোল্লেন তুমকন্দানা য়াওরৌ শাশিং ব্রাৎহন্দনা সংলৌ থৌরাংলে।

---

৬। কবো লৈপাক্তা চৎতুনা চাকলন তানবা তিকপা ৭। খুৎপু ওইনা ৮। লোক্তাক্কী লময়াই মফম অমা

৯। নুপীশিংনা লোক্তাক্তা হি হোন্দুনা কোইথোকপদা হি হোনবা মীশিং ১০। চাক ১১। ওক ১২। য়েন ১৩। হমেং ১৪। ঙানু

ইনুং মানা ঙাল্লগা সেলবীচা পাখং পুম্নমকপু হৌনা ব্রাকয়ে হিংথাংফম তান্না সারেল সা থিন্দুনা থারক্লে। ব্রাকয়ে হিগুনুংদা সারেল সায়াম হাপলে! পুল্লেন লময়াই খাইনা তুরেল লাংমৈ পুংবু ফানা ফানা লান্দুনা খোরিতাক নোংগাংখোং লাইজ ইরম ইলনা লক্লে। লোক্তাক লাইজ ইয়াই খাইনা লেলতাক লম্মহলদা ব্রায়থুংলরে। কেগে লৈমা অঙনবী মোইরাং লৈমা অরেম্বী য়াইতোল লৈমা খ্বাংনৌবী ম্না মখোংখাদা কেগে খোরি নমোইয়াংনা শামু মখুৎ লোন্ননা পাউদমজখিএ।নদাইরেম ঐনা সেনবী চাকলৈগুমগা পাউদম লৈকেননা য়াওরৌ শাতিক্লুববু য়াওরৌ সয়ম পুরক্লে। হায়না পাউতাক্লুবদা য়াইতোন লৈমা খ্বাংনৌবীন,-[১৫]"ইদাইরেম ঙাংখ্রাকপা কোংয়াম্বা মোইরাং লৈকাই লাকপা নংনা সংলৌ নথৌরাংবু সোইহন্দা খুমুজম খুৎলংলোই খোইনাইজম সমপোৎলোই। উতোইজম য়াখংলাই! পাখং থাংকোক চুংবুরোই, নুরা খাম্বী তৌজেল্লোইবু তরা মাইখাংননবা তরা চাক থোংও! সারেল সাথোংঙো হায়না পাউমেঞ্জবা, নিংথৌ মনাই অঙম্বা ঙাংখরাকপা কোংয়ানবনা কেগে তরা চাকথোংলোই সাথোংলোয়শিংদা" সারেল নখোইনা সাথোংববু য়াওরৌ তাংজা মরুতোল পোম্বী সমু মখুদোলবু সারম মশিং ব্রাৎহনগনো হায়না সারেল সাথোংববু লোয়রবদা খরাই [১৬]লুকতোম সিনখৎলো য়াওরৌ সাফাবা হুয়েন লানফাবদি [১৭]খরাই লুক্তোম চাহল্লো। হুয়েন লানফাদবশিদী [১৮]য়াংলৈ তাওবা মহুইচাগা তরা চামিন্নহল্লো। হায়ববু ঙাংখ্রাকপা কোংয়াম্বনা য়াংলৈ তাওবা মহুইচাগা তরা করম চামীন্নগদবনো হায়না তরা চাকপু খাইনা চাহল্লে। কেগেনা লোইরববু লেল্লবা কৌএ মদাইরেমশিংবু সারেল সচাবসু লেল্লে হাইনা তাক্লমএ অতুনোংগীদী য়াইতোল লৈমা খ্বাংনৌবী লেলতাক ও পুংথোল্লম হায়না তৌনা থোন্নএ।

---

১৫। মোইরাং নিংথৌগী খুৎলোয় পানা মরি লৈরম্মী 'খুমুজম, খোইনাইজম, উতোইজম, পাখং থাংখোক চুংবুরোই ১৬। চাক চাবগী পরেং নাংইনা সিনখলো ১৭। পরেংগী মতোন থংবদা তোপ্পা চাহল্লো ১৮। হুইগী চাক চামিন্নহল্লো।

## লৈসাংথেম খোইবা ইসোক্লম

মোইরাং লৈকায় লাকপা কোংয়াম্বনা য়াইতোল লৈমা খ্বাংনৌবী, কোলোই ময়াথংবু হুয়েন লানফাবা, য়াওরৌ শাফাবদি খরাই লুক্তোম চাও, য়াওরৌ সাফাদবসিংদী খরাই লক্তোম চাহনবগনো, য়াংলৈ তাওবা মহুইচাগা তারা চাক্পু চামিন্নরে হাইববু! কেগেনা ঙাংনাব্রা, মোইরাংনা হায়নব্রাবু নুংশিবা ব্রাগীদমক, য়াইতোল লৈমা খ্বানৌবীবু খংহন্দনা তরা চাকসুং খাইনা চানা সারেল সাসুং থেকনা সানা চাহনববু নমু কনাগুম্বনা ঙাংনফরোয়এ। হায়না য়ারেল [১]খোংখৈ চিকনা পাউমেন্নরকএ। অদুনোংগীবু ফেঞ্জি য়াকুপ পুং; ঙাইরোং লৈসাংথেমও কৌনৈএ। খোইবা অতোনবদী তরা হুকনা শারে হাচানরবগী তরা চাকয়োৎ, উমনা [২]খৌরি লমদল্লবগী চেপনা খোইনা লাইজা ঈশিংবু য়েংলক,। কাওরেল সল খোংগুন্দা লাইজা ঈশিং তুংঙম্ববু সামু খুৎনা সোকনা থক্লম্মে হায়বনুংগীবু, ইপু খোইবা ইসোক্লম হায়না কৌনা থৌন্নেএ।।

## কেগে নিংথৌখোং, ব্রাকয়ৈ হিথারম্, পম্বা কৈরালখোং

কেগে নিংথৌখোং, মোইরাং ব্রাকয়ৈ হি থারম [৩]পাম্বা কৈরালখোং কৌবদী কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি নহননোং, মোইরাং নিংথৌ [৪]পুন্সিবনা পামেন উক্রোং হোংগে হায়বগী ঙাইখোং মরমখৈবু মথৌশিখিএ। ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাবা অমেববু কুম্লকও [৫]"সন্দং নরেং অমসু চিল্লকও। তরেৎ শেঞ্জশু নমদা পোরকও। [৬]খাংখা খামেন পোনবান পোসিংপোল মিতম্বসু পোরকও। তয়ুম খোরি নমোইয়াং নংদী খুগানানবী ইব্রাংমগী [৭]পামেল উথুম ঙারৌববু তলা উপুংবু হোইশেল্লুও। পামেন উক্রোং হোংগে হায়না পাউমেলখোলগী, খোরি নমোইয়াংদি পামেন উখোংদা থুংলরে"-ইদাইরেম ঙাইখোং নিংথৌ অমেবদী লাক্করে হায়না [৮]সোলমোইনরিঙৈদা, ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাবা অমেবদি কুম্লক্করে মপারি নিংথৌবদুম, পুরিল্লাই মদাইরেম ঙাইখোং মরমপুগা ঙাইরোইননা ইব্রাং পুরিল্লাই মখোংখাদা ব্রাইথুংলরে। হায়দবরা।

---

১। মখয়াপ চিকনা ব্রা হায়বা ২। খৌনাওদা পল্লবা থবাক পনবা ৩। কৈ ৪। মোইরাং নিংথৌ ২৬শুবা নিংথৌ ৫। লৌ খোইনদবা সন্দং ৬। খাংখা হৈ নোংগাংহৈ ৭। লাইওরবা উ উথুম কৌবা উ ৮। নুংঙাইতনা শোল্লিঙৈদা

সন্তং নারেং অমসু চিল্লক্তে সেঞ্জাও নমদসু পোরক্তে। খাংখা খমেলপোল মিতম্বসু পুরক্তে। মেল্লোং তনবা হমেং চিরৈবসু চিল্লক্তে। ব্বাকয়ে হি অমদি থারম্মে। খাংখা খামেল পোল মীতম্বগা পানবোল পানবোলসিংপোন অমদি পুরকএ। মোইরাং নিংথৌ পুঙ্গিবনা ব্বাওইখিএ। নিংথৌকোলোই ইয়াথংবু ইন্দে হায়না মপারী নিংথৌববু [৯]পামেল উকাথানরে, খোংনা লাওনা শিখিএ অদুনুংগীবু ব্বাকয়ে হিথারম কেগে নিংথৌ ব্বাকয়ে হিথারম হায়না কৌখিএ। পাম্বা কৈরেল অমসুং তন্না ফারে হায়বগীবু পাম্বা কৈরেল খোংও হায়নসু কৌনৈএ।।০।।

৯। মমাংঙৈদা নিংথৌনা মনাই মরাল লৈরবশিংবু উ পাম্বী মরুং কনবা খাক্তবা উগী উতোন অনি মীয়াম চংদুনা চিংথবগী ম্নী অদুগী মখোং নাম্মা নাম্মা মতোন মতোনদা পুঙ্গীল্লগা চপ মান্ননা থাদোকপদা মী অদু মকরাং সেগাইদুনা খোংনা লাওনা শিএ -মদুবু পামেল উকা থাবা হায়রম্মী।

কেগে ওকনরেল, মোইরাং থংনরেল

পুকফাৎ সপৈলৌ কাইরৈ য়েনখালৌ, খোইনাই তাবীলৌ

নহনোং কেগে কয়াবনা, ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌবু পাউথেল্লুইএ। হে! ইবুংঙো ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌ! ময়ুম কেগে চাওবা পুংবু মোইরাং সাংবয়াইদি লৈরক মৈরোম্বসু [১]হাংনা ঙমদা। খোংবান লিকপানসু তেংনা ঙমদে। চিংঙু নংনা হান্না তেংনরো হায়না পাউমেল্লু ঙৈদা [২]খোইমোম কৌব্রু মপারি খোইনাই কৌবা অঙাং ঙাবু লোইনাই খুন্দাবদী [৩]লঙ্গোয় সরু থোং [৪]লোরেল য়ুথক চিল, মোইগাই য়েস্থা শাবদি, স্না চোংলেন খান চপথাং য়ৌরোং ফান্না কোরৌ নুংথিল পোবোপ অমদা মৈবুল হজাও থাননা, লোইজিং নিননা লোয়া ঙাননা খুনগুমলকএ। [৫]খুয়োল লুথোকচাও থোকচাও অহনববু মেলদে লিসিংখা মেলতোং নুংগাই চিংগী লমগা হৌরকএ। য়াংলৌ লমশাং

১। শেংদোকপা ঙমদবা ২। নুপাসু নুপীসু ওইবা লাই ৩। সগোল থক্তা তোং ৪। অরিবা লাইগী হাক্ততা লোরেল হায়বসু খংনরম্মী মোইরাং ৫। মোইরাংদা হান্না খুন্দারম্বা নিংথৌ

অমদা লমওক্লরে। খুয়োল লুথোকচাও থোকচাও অহনবনা পাউহংলকএ।” কোরৌ নুংথিল পোবোকসিদা মৈবুন হাজাও থাননা, খালৈলৌ নিপাল নোংশা থারকপা নংবু কনানো? হায়না পাউহংববু ঐনে ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌগী মপারিনে। খোইনাই কৌবা মপারি অঙাং ঙা হায়বদি ঐনে ইপল অব্বাং কৌবা মপু নিংথৌনা কেগে খুৎনিংথৌবু ওইরুও হায়না থৌশিরকএ। নংদী কনানো? হায়রবদা ঐদি ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌ চাক্লিক মপান থাবা নোংথ্রে মউ লিংবাগী মপারী খুয়োল লুথোকচাও থোকচাও অহনবা হায়বদি ঐনে। হায়না পাউতাক্লবদা খোইনাই কৌবা অঙাং ঙানা ঐদি কেগে ইপাচা মোইরাং য়াংবা [৬]ইসিংখাইনে; হায়বদি খঙদে হায়না পাউমেল্লববু অদুনুংগীদি খুয়োন য়াংবা ইসিংখাইবু নৎতে হায়রবদি কাইরৈ য়েনসু মখা শেৎ তেকপী ওকপু সপৈলৌনা য়েংনশে। তেকপী ওকসু [৭]সাপৈ কাইরৈ য়েনসু মখা শেৎনা খুদম ব্বাচুম য়েংলবসু সোইনাদরবগী, কেগে ইপাচা খুয়োল ইসিংখাই অরেপ্পা মহাকপু ওইরে। কেকে ইপাচা কোইরাং [৮]ইয়েল্লুবু ওকনরে। কেগে ইপাচাবু থংনরে হায়বগীবু কেগে ওকনরেল মোইরাং থংনরেল খোইনাইনা তাবা লৌ হায়না কৌনৈএ।

## নাচৌ

নহননোং কেগে নিংথৌ [৯]থিঙ্গ্রী নচৌবনা অব্বাং কৌবা [১০]লাই [১১]চিংখৈদা, য়াওরৌ সা চাঙৈদা। লোইমোম কৈহোংঙৈদা মরান ওতেরক্লবদা নিংথৌ মমাং সং সংবদা য়াওরৌ সা নুরাবী অমা চেল্লম্মে। লিরি তেঙ্গাথোং তেনমৈ লাকনা কা পথোকখিববু সরেল উনবী চাফম লেংনা তেন্না পাল্লবদা য়াওরৌ সাদী মনা চাওরম্মে। হায়বুনুংচাবু নাচৌও হায়না কৌনৈএ। য়াওরৌ ঐগী শাফফম অসিবু চাম্মৌ লাকোনবু থারম্বা চংবী খারাকসু করম চাওনবু চাওবনো নাচাও কৌববু কেগেতবু থি মোইরাং ব্বাংলৈ হৈনা তানবন সাগা লাগবু পানবু নাচৌল থোন্নে ॥০॥

---

৬। ঈ মরি তিন্নবা ঈশিংখাই ৭। শাগী মশা শেৎতুনা য়েংনবা খুদম ৮।ইসাইরুপ তিন্নবা ৯। মোইরাং নিংথৌ মপনশুবা হাওশি নমোইনু শৈশকপা হাক্তক্কী নিংথৌ ১০। মাইকৈ ১১। চিংখৈ অব্বাং নোংপোক কচিন।

## খোইজু থাংতেক খোইজুমাল

নহনোং কেগে মোইরাং থাংবী লিব্রাহনগা, লুব্রাং খরং খোইনুজা মপাতাও অনিনা লোইদাম মেরা থা [১]উলথম থাদা, [২]থাংয়ি অফবা লৌবু [৩]কাইতে লৌসং সানা থাংয়ি চহে ঙাকনা লোইমোম ফৌবু সংঙমএ। [৪]লাংবন তৌম্না তৌরিক্লাই, পাখং খোইরাবা চিমেন মপাতাও তাওতরি খাম্বী মৈথোং নিপান হৃৎপগা ঙরাং কোরৌ নুমীদাং ফক্লাং লোঞ্জানুংদা ব্রারিনরকপবু হায়েং লাইরেল ইনোং ঙাল্লগা ফক্লাং লোঞ্জানুংদগী লৌথেকলুববু খুদাং তাং অমা য়ৈনা সারোন থিনকামলরুববু তৌরেল খাংতপ পোবনা লিলহা হাচেননরম্ববু লুব্রাং খরং খোইনুজানা পাউমেনখিএ" পাথৌ মোইরাং থাংবী ইব্রাহলও। তৌতারিবা অশিবু নংনা কেগে চা পাখং মোইরাং চনুরালক্তা থাঙ্গা হিপনরু লৈকাই "পোইরুবরা, তৌরেল খাংতপ্ পোবনা লিলহা হচেন্ননা লৈ হায়না পাউমেলববু" পাথৌও ঐদি কেগেচা পাখংলক্তা থাংগা লৈকাই হিপনদে পাথৌ নংনদুম নোংবান চানুরালক্তা থাঙ্গা হিপনরু লৈকাই পোইনরুবদুম ওইরিনি হায়না পাউখুল্লবদা লুব্রাং খরং খোইনুজানা" পাথৌও কোলোয় শোরিবা য়াথং মীনম্বাবু করিগী পাউমেল্লকপনো? কোরৌ নোংনা য়েং মালেম লৈনা খঙসনো - কুম্বী মৈখু খু ব্রাইসেন ফাম্না ইক্ খোইজু তোলোং ইকপনা মৈখু নোংলোন কাবদা শারি ব্রাচুম্নসে হায়দনাতৌরেন্ মসুংলাংগী ব্রারম অরেপ্পদা তুনুং লা লতোন লোঙ, ইকনা সয়ি ব্রাচুম য়েংনববু মৈখু নোংলোল কাবনা কেগে য়ুম্লক চংখরবদা" পাথৌ মোইরাং থাংবী লিব্রাহল মৈখু নোংলোন কাবনা সায়ি ব্রাদুম খঙলবনিনা পাথৌ নংবু [৬]ব্রাপেরে হায়না পাউমেন্নরকএ। তৌরেন মসুংলাংগী পুন পুন খৎনরকএ হায়বগীবু তৌপুন ও কৌনৈদো [৬]খোইজু তোলোঙ ইকনা সাখি ব্রাচুম্নেয়ে হায়বগীবু থাঙতেক খোইজুমালও কৌনৈদো।।

---

১। নিংথমথা ২। ফৌ পাম্বী ৩। লৌসং ৪। বশী ৫। কোইথোকলুবরা ৬। ব্রা লাল্লে ৬। অকংবা উনা ব্রানা

## চকপা খুরোয় লমলাংদোং

নরম লম্লেন মদাইমা, [৭]থোংজাওখা লোক্লেন মসুমাংবু নতৈননা চকপা খুরোই [৮]লমলাংতোংও কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হায়রবদী? নহননোং নোংবান নপুবনা কাওরেন্ শন লাংলুবী [৯]বু মোইরাং নিংথৌ অকোংজাম্বনা মপন পলেম থোইয়া নিঙোলবীগীদমকপু মপাম থোইয়া ব্রাহোংগে হায়না ব্রাতানববু নোংবান নাপুবনা নতারবগী কাওরেল লাংলুবীবু য়াইবী থব্রাই লাঙ্গোনবীগে হায়না নিংলবগী কাওরেল সয়াংথক্তা তোং হুয়েন লান চেননরকএ। কেগে মোইরাং নিংথৌ অকোংজাম্ববু কাওরেল মাগী মতুং ইল্লকপরা হায়না পুক্লিং অকি তুজুংনা কাওরেল লাংনুবীদা পাউহোল্লকএ” সানৌ য়োইবুনাই কাওরেল লাংনুবীও নোংবান ঐদী কাওরেল নংগী সয়াথক্তা তোংনা মিয়েং [১০]সানগেদো কাওরেল নংগী নসয়াং পোনখৎলো হায়না পাউমেনববু কাওরেল লাংনুবীনা মালবী সয়াং তোংখৎনা পোনখৎলকএ। অদুনুংগীবু চকপা খুরোই লমলাংদোংও! চকপা হাওরালমলাংতোংও কৌনৈএ।।

৭। থোংজাওলোককী থোং ৮। লমগী মরক সাবন লম ৯। খম্বা থোইবী হাক্তা য়াওবা ঙাংবা নিংথি পামহৈবা কৌবা সনগী মমা লাংনুবী ১০। শাংনা য়েংগেদো

## ঙাইখোং

নোংবান [1]থাংতেক সোকনাইবা ময়ুমফম্বু নতেননা ঙাইখোংও কৌবদি- ঙাইখোং নিংথৌ অমেবা খোংঙাবানা মপারি নিংথৌববু, কেগে মোইরাং নিংথৌ পুন্সিবনা লোই হাখিববু লাক্তরে" ইদাইরেম ঙাইখোং থাংশাফবা লোক্লৌ লুমাই তেকসা ফবা ইপারি নিংথৌববু য়াংলৌ লম্মখাংদা লমওক্লও হায়না থৌশিরকএ। কোরৌ নুমীৎ চুপ্পবু য়াংলৌ লমখাংদা ইসক ইচু লৈসিননা সিংলেন অরেম্বদা ঙাইরমএ হায়বগীবু, ঙাইখমমে ঙাইখোংও লমদম লমনুংশি হায়না তেংথানৈদো॥০॥

## কেগে লোক্তাক ৱাংবরেন

| | |
|---|---|
| হাওয়িন লমদী [2]য়াঙ্গোইবুং | লিক্লাং তারৌ পরেং কেন |
| [3]মচিন হাওরমহনবা লুতুৱায় | হাওরমতোনবা থাংয়ানলম |
| হাওরম নুঙ্গোই য়াইমা মিকপৱাই | পানখোকপোকপী লমনুংশি |
| হৌ হা, হৌ হা | কেগে থোংলেন হানলম |
| খুমন য়াইথিং অয়াম্বা কপ্পলম;; | থিঙ্গো পঞ্জাও খা |
| কেগে লোক্তাক ৱাংবরেন | নোংবান হিনুজাম্বা মরমখৈ নতৈননা |
| লোক্তাক ৱাংবরেন কৌবদি | কাওরেল সনবী লাংনুবী নিংথিবীনা |

থাঙ্গা চিংলক অচনবদগী নাচৌ লম্মহন তান্নবু, লাইজ ইপাক ইয়াই খাইনা অৱা হু হুইদোম লাংবু ৱানা শিথনা লাল্লকএ হায়বগীবু, নহননোং হায়িঙৈদদী ৱানা শিথনা লাকপবু লাংনুবী মহাকনা মরাক ময়ুং সিংচেপনা নাওয়েং ঈ ঈকানননা [4]নাকলু ফিয়াননা কাওরেন মশা লুম লুম্না লোক্তাক ইশা মপনবু লাল্লকপবু কেগে লোক্তাক ৱাংবরেনা হায়নবু কেগেতবু থি মোইরাং হৈরাং তানবনা শৈশক্লেএ॥

---

১। লুৱাং নিংথৌ ২। কোঞ্জবালম ৩। ময়াম্বা অহল ৪। নুপী ওইবীনা মশা লুমদুন গরভা ওইদুনা সেৎপা ফিসেৎ মওংবু নাক্লু ফি য়ানবা কৌনৈ

## হাওসেং পলতোলয়া

নহনোং কেগে নিংথৌ হেপু স্না লাখ্বাগী মমোম লৈমা য়োইরেল তোমপোকপী কৌবী অমা সাৎনৈএ। লাইরেল মৈদিংঙু নিংথৌ য়োইরেল তোমপোকপা কৌবনা কেগে লৈকোয় পুংদগী লৈমা য়োইরেল তোমপোকপীবু অপাম নুংশি পুক্লিং চংলবগী --হে ইদাইরেম খুনদাংবা মোইরাং নমোই লৌশিংবাও [৫]ইমান নিংথৌ হেপুস্না লাখ্বাদা হাইরুও। [৬]স্না সেনগী তেংকোৎ খ্বাংচেংবা অসিগা স্না খুদোপ তমফা থিনবা অসিগা [৭]স্নারিক খোইদুম শাবা অসিসু য়াওনা চারে ফি খুৎশা অপানবদি পান্দা থোং তাওজিং হৈরাং অৱাইবদি নুংদা চলনা হৈকু পোৎতম সেম, খুরাই নহা ৱাইরংবা মকায়দা কনা হৈকুববু পুনা পাচা থৌথিল্লুও [৮]সেনকু লনন্নুও। হায়না থৌশিখিএ। য়োইরেল তোমপোকপা কোলোস ময়াথংবু সামু লুদা থোংনা মদাইরেম নমোই লৌসিংবনা, কেগে লৈকোয় পুংবু ইন্দাল্লকএ। লাইরেল মৈদিংঙু কোলোই ময়াথংবু কেগে হে পু স্না লাখ্বা ইনিংথৌগী সমু মাংদা থানা নিংথৌ কোলোয় ময়াথং পুরকপবু পাওদ মজখিএ, হে ইবুংঙো কেগে খুৎনিংথৌ হেপু স্না লখ্বাও, মাক্লৌরেম পোইরৈ মীতৈ নিংথৌ য়োইরেল তোমপোকপনা নদাইরেম ঐবু থৌশিরকএ। নমোম লৈমা য়োইরেল তোমপোকপী কৌবী অমা লৈ হায়বসু নাতাজেএ। পোইরৈ [৯]চনা খাই ৱাংলমনা ৱাতেম ঙমদববু তেম্মীন্নগে হায়না নিংথৌনা খুদোল কৎনা পাউদমজববু খুৎনিংথৌ হেপু স্না ল খ্বানা পাউখুম্লকএ -ইদাইরেম নামোই লৌসিংবও। ঐদি ইমোম লৈমা য়োইরেল তোমপোকপী কৌবদি শাৎনদে, হায়না পাউখুম্লবদা। নমোই লৌশিংবদি পোইরৈ স্না পুংবু তান্না মরাল ওনতেরক্লে। পোইরৈ মীতৈ নিংথৌদা শাম্মু মখুৎ লোনননা পাউদমজখিএ" মোইরাং লৈমা য়োইরেল তোমপোকপী কৌবদি শাৎনদেএ হায়না নমান নিংথৌ হেপু স্না লাখ্বানা পাউমেল্লকএ হায়না পাউদম্লবদা" তৌইগীদি ইদাইরেম নমোই লৌসিংবও! ইমাল নিংথৌগী মচা লৈমা য়োইরেল তোমপোকপীদী শাৎনদবা

---

৫। ইকুবোক ৬। সেনসেংগী তেংকোৎ ৭। স্নাগী মরী খোইদুম মওংদা শাবা ৮। কুজা পোৎলম পুদুনা সেন কৎতুনা নুপী হায়জবা ৯। মৈতৈ লৈপাক্কী ৱায়েন কাতি লাক্কুনা

মহাক্লা হায়না পাউহংববু” লাইরেল মৈদিংঙু ইবুঙো তাও মমোমলৈমা চিংঙু নোংনিংথৌ অৱাং পাখং য়োইরেনবদা [1]কাওচানগে হায়না লোইদাম থাবুম খুদিংদা [2]তুনুং লংহৌ মোইথেল মকা তুলা চাং তম্না থম্লীএ হায়না পাউতাক্লবদা অদু নোংগীদি ইদাইরেম নমোই খুন্দাংবও অৱা পোৎথাখিনো লোননা অমুককা কেগে লৈকোই পুংদা হলৱাইরুও! মোইরাংদা [3]অমরক ওনতেরুও! লৈমা য়োইরেল তোমপোকপীদা লোননা স্না খুদোল তমফা থিলবগা স্নারিক খোইদুম শাবা অসিবু পীনা অমুক্তগা থেমলুখো। হায়না পাউমেল্লবদা মাদাইরেম নমোই লৌসিংবদি, স্নারিক খুদোল পুনা কেগে লৈকোয় পুংবু ইন্দাল্লকখিএ। লৈমা স্না য়াইগোন্নং লোন্না চংখিএ।

লৈমা সামু মাংদা ফম্না সামু মখুৎ লোনননা পাউমেঞ্জখিএ” ইবেম্মা লৈমা য়োইরেলতোমপোকপীও লাইরেল মৈদিংঙু নিংথৌ য়োইরেল তোমপোকপা ময়াথংনে। পোইরৈ কংলা মথোন তরেৎ থোল্লাং মৈদা পোইরৈ চনা খাইনা, ৱাংলম ননুৱা তেমঙমদববু তেম্মননসে, থৌদু অদুগুম্ববু য়ুংমন্না, চেংজা অদুগুম্ববু খিলমীন্নশে, [4]মিতু সকপাম ৱা মিমাং তাংথা ৱা মোমনু খুদোপ তেনৱা, লৌরকশিংকোক ৱা, পারিং লংসলৱা। মোমনু শুনা হাওতৈ পুনগুম্ববু পোইরৈ তিংঙি ৱাফোংলক্তা লংলা মরেলথিগুম্না থোকমন্নসে। হায়রকএ। লৈমা কোলোই নয়াথংবু নোংদা পুহন লীক্লাং পুন, [5]চিংসাং খোইরেল হিগুম্ববু তাংনা খঙলকও। হায়না নদাইরেম ঐবু থৌশিরকএ হায়না য়াথং লৈশি লৈথোননা পাউথেম্ববু মোইরাং লৈমা য়োইরেল তোমপোকপীনা য়াৱা খোঞ্জেন মিনা পাউখুম্লকএ” ইশাবী লাইরেল মৈদিংঙু য়োইরেল তোমপোকপগী কোলোই ময়াথং অসিবু ৱারম [6]অওকপা মহাক্রে। [7]তৌইগীদী কাওচারোইএ। লাইরেল মৈতৈ পুঙদা থাজরোয়এ। হায়বগীবু [8]কোংয়াং ৱারোল খা পামেল উরোল য়ুংনা নামু কনাগুম্ববু খঙহন্দনা তেৎনৌ পল্লোন খান থম্লীএ য়াথং ঐগীবু হায়দোকঙমদে পুক্লিং অসে অকি [10]সোংকি চংএ। হায়না পাউখুম্লম্ববু নমোই ফুজা ৱাহোল চৎপনা য়াথং

---

১। থাজা য়োঞ্জা কৎচগে হায়না ২। পুক্লিং অনি লোংদনা ৩। অমুক হন্না ৪। মীনা পাম্না ৱাহৈ ৫। খোইহিগুম থুম্বা ৱাহৈ ৬। অপেনবা ৭। তৌইগুম্বসুং ৮। নিংথৌদা কৌনবা মীংগৌ ৯। ৱা ১০। কিজবা

নমনা পাউহোল্লকএ” লৈমা স্না নয়াথং অথুম্ববু পীনও, পোইরৈ স্না পুংদা হলব্রা ইজরগে হায়না পাউমেল্লবদা” তয়ম নমোই লৌশিংবও ফরে অদুনুংগীদি ইশাবী লাইরেল মৈদিংঙু নিংথৌ য়োইরেল তোমপোকপদা হায়রুও লৈমা নশানৌদী কোরৌ নুমীৎ ৭নি সুরগা লোক্তাক পাৎসা লামনা করাং ঙল্লোনননা [১]খাম্বী তৌচেননরগে, লাইরেল ইশবীদি মরৌ খোইবুঙ লৌজাও য়াংলৌ লম্মখাংদা লমওকঙমও। হায়না লৈমা স্না ময়াথংবু তাংনা খংহল্লবগী নমোই লৌশিংবদি নিংথৌ [২]মেল্লোং খুদোলপোৎ সারিক খোইদুম সাবগা, স্না খুদোপ তমফা থিনবগা অনিবু লৈমা সামু খুৎশিন্নরল্লগা নমু কনা খঙহন্দনা পোইরৈ মীতৈ পুংদবু হলব্রাইরক্লে। মৈদিংঙু নিংথৌ য়োইরেল তোমপোকপদা লৈমা কোলোয় ময়াথং নোংদোল পুহাল্লীক্লুম্ববু য়াথং পরেংশিংনা পাউদমলুরবদা, লাইরেল মৈদিংঙনা” তয়মও অদুনুগীদী পোইরৈ লাম্মী পুমনমকপু য়েনখোম খোমহল তম্না সানং লান্নংহল্লো। ব্রাকয়ৈ হিখুনেৎ তোংজেন লাবা, য়ারৌ সাজল খোংতাংববু কাইনা হুনবা, তোংজেং কবুবি ঙস্বা ব্রাকয়ৈ লুকচিপুংদা তোংচেং উসাপোবদা [৩]কোংয়াং য়ারল লেংদরিববু হিকু লাইজা ইদা থানা [৪]সেন্দাং য়েনথি কুরাক হুমদাং অসিববু খোইজু পাকনম তকনা হিয়াং কাংতং থিৎনা ঙাইখম্মো হায়না পাউমেন্নরবদা।

ঙসাইঙৈগী লৈমা য়োইরেল তোমপোকপীশু, মনাই তৌগল চংনা [৫]হুমাই খোকসাং খলনা মপল য়োইকোননুংবু তন্না চঙখিরে। মপল ইব্রাং পুরিক্লাই হেপু স্না লাখ্বানা পাউমেলঙমএ” ইমোম লৈমা য়োইরেল তোমপোকপী নংবু নমু কনাগুম্ববু খঙহনগনো হায়না সালথুপ্লীবা নৎতরা। করিগী পনম চৎতোক্লকপনো পাউহংঙম্ববু, মমোম লৈমা নিংথিবীনা পাউখুম্লকএ” ইপল ইব্রাং পুরিক্লাইও লাইরেল মৈদিংঙুদি য়োইরেল তোমপোকপবু করিগী সোংকিরুবনো? মানবু লাকচা খুদুম করি চল্লগবনো হায়না পাউখুম্লবদা মোইরাং লৈমা য়োইরেল তোমপোকপীনা য়াথং নমহায়না পাউমেল্লকএ” ইপল কেগে খুৎনিংথৌও, [৬]নরুম্বালগী খুয়া ইসিং চোৎতবা, খুদোল তাবা হৈতনা

১। মৈ ২। ব্রামেনজবগী পীরকপা খুদোলপো ৩। ব্রা ৪। হিনুংদা সেনদাং অশিবগুম পাকথনা ৫। মখোক অসাংবা হুমাই ৬। নয়াথংগী

পাল্লক্লে। হয়েং ইপল নিংথৌ নমান্নবা অমদা কাওচানবদা ইপলগী মমাই চোপকনিএ। ইনিংথৌ নরৈবাক্কী লোক্তাক পাৎসা ঙম্লোননা করাংথেল মরক্তা কোরৌ নুমীৎ ৭নি সুরগা খাম্বী তৌচেন্নজরুগে। হায়না পাউমেল্লবগী মপল কেগে খুৎনিংথৌনা পাউমেল্লকএ" ইমোম নপল ঐনদী পনম চৎথোকফরোয় হায়না থৌখাল্লগদুম কোলোই অনম্বদুম পাউখুম্লকপা অসিবু হাইগনো! হায়না থৌখাল্লবদা পাউয়াদনা হন্না হন্না পাউমেল্লবদা মমোম কোলোয় ময়াথং মতুং ইন্না পাউমেল্লকএ" ইমোম লৈমা নিংথিবীও কোরৌ নুমীৎ ৭নি শুরবগা লোক্তাক পাৎসননা কারাং খাম্বী তৌজেননজরুরো নদাইরেম কারোং য়ুমলেনবম পিবা সেকপা সেক সনৌচাবু ৱাইরা [৮]শাশিংশু হুয়েন লানসিং ককলববু লোইনখো হায়না নিংথৌ অরেপ্পবু তাংনা খংহল্লরবগী লৈমা পুক্লিং মথোই তোং মরাল য়ুমকন্দা নোংয়াই সোইবা নাওসুমদনা তরা চাকয়োম্লে। ৱাংলৈ খোমহাল্লে। হয়েং কৌবা ইনোং শোইরবগা, য়াম্বী কৌনাও চোং সেন্দাং চিল্লোন হেন, "সাদু চিংলাই ঙাননা অঙানববু [৯]খিং খিং য়াকারক্লবদা মপল নিংথৌ স্না য়াইগোল নুংবু তালনা য়চংখিএ নিংথৌ স্না মখোং খাগী মালেম লৈদা চি পকনাপুরমজরগা, মপল ইৱাং পুরিক্লাইনা পাউমেলখি" ইমোম পুক্লিং তুংইন্না লোক্তাক পাৎসাননা করাং ঙম্লোননা খাম্বী তৌচেন্নজরুরো হায়না নিংথৌ য়াথং য়ারবগী লৈমা

---

৭। শারম ১০০ শফাবা ঙম্বা ঙারম ১০০ ঙাফাবা ঙম্বা অথৌবা ৮। অঙম্বা শামু মরাইবক শাবা চিংমাই
৯। তরু তরু

পুক্লিং হরাও মথোই লাংনা মপলগী ৱাকয়ৈ মখুনেৎ হিরেন্ [১]কাইসাববু ৱাকয়ৈ লমতোন [২]তোংজেং অনি লোংববু [৩]হিসাং চোংমং লৈনা খলনা ৱাকয়ৈ হিগুনুংদা ফমফল্লে।

মদাইরেম কেগে লাম্মী ৫০০ অমনা খুমু নৌরোং খুৎতা শুনা হিয়াং কাংতং থিৎলে। কারোং য়ুম্লেনবম পীবা সেকপা সেক সানৌচানা ৱাকয়ৈ হিনাও সারে। লোক্তাক লাইজা ইয়াই খাইনা করাং ঙল্লোননা খাম্বী তৌচেন্নখিববু। লাইরেল মৈদিংঙু নিংথৌ য়োইরেল তোমপোকপদি পোইরৈ লাম্মী পুম্নমককা [৪]তিংঙীগুম পুকহুরে খরা কুল্লৌগুম ওল্লগা [৫]থিঙলৌ পনচল্লে। ওক্লেন পনকোয়রবগী নমু মিয়াম শিরে। মদাইরেম কারোং য়ুম্লেনবম পীবা সেকপা সেক সনৌচাদী তোংজেং [৬]হিনাওতোলথক্তগী কিনা সামু মখুৎ লোননা পাউমেঞ্জখিএ।” হে ইবুংঙো লাইরেল মৈদিংঙু য়োইরেল নিংথৌ তোমপোকপও! নদাইরেম ঐদি ৱাইরা শাহিংলে হুয়েল লান্দাহিংলে, নমান নিংথৌ হেপু স্না লখ্বা কেগে ইনিংথৌদা কোলোয় করি হায়নবু পাউদম্লুসিবনো তাংজা মরৈতোলবু সেংএ হায়বগী হাওসেং পলতোলয়া হায়না কৌখরে লৈমা য়োইরেল তোমপোকপী লোকপা ফাবা হৌরমএ হায়বনুংগীবু চিংহৌ লমদম লমনুংশি হায়না শৈশক্লেএ।

১। হিয়াং হিরেল ২। হিরুনা মশক ১ হীনাওনা মশক ১ অমা ওইবা অনি লোংবা ৩। হিগীমরুম থুপ্না
৪। উচেনা ইশিংদা লুপ্পা ঙম্বা তিংঙী খরাগুম ৫। হি য়াম্না কোইসিন্দুনা ফাবা ৬। হিগী হিনাও মতোল

## মুকাপ

নরম লপ্লেন মদাইমদি, নোংবান খৌখুনু মানবা করাং নুংখং চিং করাং মপিথেল কেগে খুৎলংহঞ্জবী;; মোইরাং মোইবী অসেবনা মৈবুল য়াদা চিক করাং ককসাব্রাই। মালসা লৈমা চানু, চনু মচিংলেন হুয়েন লান্নীগীদি, নোংয়াই সাইপকপা খুমন সাইদাংবও! মচিংকোকনা হিনাও সা মসোইরুনা তেংমাইরে। পাখং সাগন নাম্মনা খোংসাংলমদন হুলনা। লাংবন তেবি মরুতুপনা খোইয়া চিন্দাই মেন্না, ঙামু তোকতৌ থেম্বগা;; হব্রা থেলনুসু কম্বোং মৈজাওগুম্ববু লৈমু সেনতাকনা লৈহৌ সেলঙোইননা থেল্লেন য়াইনে॥

নরম লেম্লন মদাইমদি খুয়োল খুন্দৌবগী মসোইরেল অঙৌবদি করাং খোং; হাওবা নহা সোইসেল লমদমবু কান্না চোংলগা হৌরোংগী চিংখুৎশা হৌরোং নিংথৌ মলসাফবা ময়ুমফম্বুসু নাতৈননা থাঙ্গা চিংলেন পললং লমজাও থোইবা, কাবা পুরাংবা নিংথৌ মচিংলেন কেগে মোইরাং থরা নহা লাই মচিংখং নোংচুপ উরা কোংয়াম্বী মচিংয়োল, নোংয়াই মঙং হাওতং চানা নোংয়াই মসল পুংবু নরেং তাওবা পিনা খানলৌ চিং। য়ারৌ সাগং পরেং অমসু থোংখি য়ারৌ সাগংপরেং চিংদী মেলদা য়াই অমসুং হাপখিএ। সঙ্গাই য়াই নমথোং থাঙ্গা লোক্লেন থোং, লোইমোম ফৌরুথোং। থাঙ্গা চিংলেন নপোম তরা সুবা চিংবু নতৈননা মুকাপ অসৈবনা ঈশৈ তেরান ব্রাই মুকাপও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি; থিংবাইজম চনু মচেংখং অরাই রোকপম লৈমা মহুইথৌ, লোইবী চিংকাকলেন সাককমু কোরৌ নোংসাব্রায়। নোংলাং অতিংঙাদা য়াংলৈ তাওবা হুইখোল সংসং থোকনা খোংপৈবা। চেক্লা খুনু খরং কাইদোংবা, তম্বা হাওরু খোইসফবগী ব্রাইরা মতেল চানা পামেন তেরা উতোল থক্তগী কাপথএ হাসবনুংগীবু মুকাপ লমদম লমনুংশিও হায়না কেগেন সৈসকনা মোইরাংনা তেংথানৈএ॥০॥

# খরাবা খাইচা সোই
## হোইসোল পল
## সমচাই পুকতৈবী

নরম লম্লেন মদাইমাকেগে মোইরাং লৌথিবনা নোংবান সাকাপ্লা চীংগী লুৰাং লাংহৈবী থেলগী [১]য়োইমোং থাংতেক অচাবী চনুবু [২]হোয়থিরুঙৈদা মসানৌ মরুপ্বী লুৰাং [৩]লাংলৈমা লৈহাওনু সংনু লৈনুসফবীনা, য়াইবী থৰাই কলহৌনিকনা তিল্লাং মখোই শাওনা [৪]মদু নিংথৌ খুংঙুরা হংগেল তোংবা, তম্বা হাওরু খোইসাফবা কবো ৰারৌথিববু থৌনেক্লুইএ" ইদুনিংথৌও "পাইরৌরেম্বা কেগে মোইরাং খাইতোল লৌথিবনা য়াংমোম থাংতেক অচাবা চনুবু হোইথিরুবদা ৰারম মহৌশাবু থাদোক্লে। নমোম ঐবু চমল থিবীগুম কনাক নিকনা ৰাংলৈ [৬]য়ুমনথিগুম্না তিঞ্জুম্নরে। ইদু নিংথৌও হয়েং কোরৌ নুমীৎ মৈদি, মরাল লুহোং খোংদোলক্কনি হায়বসু নতরে। অদুনোংগীবু থাংলেন খুৎতা শুনা নদোম থৌবাংবীও হায়না পাউমেল্লবগী মদুনিংথৌ খুঙ্ খুঙৰা হংগেল তৌংবদি থাংলেন মখুৎসুবু থৌদু নুংমাই সিৎ লাইজা খিকফেন চাইনা কেগেনা সৈসকনা মোইরাংনা সৈথানবদি থৌরববু খরাবা হায়না কৌনৈএ। থাংলেন মখুৎসুবু সামু খুৎতা সুনা মদোম লাইজ ইপাকথক্তাঙাইরম্ববু কেগে খাইতোললৌথিবনা নতারবগী মরৌ [৭]খোইবুং লৌ কজাওনা লৈমা য়াংমোল থাংতেক অচাবা মনুবু পৈয়া মোললক ফক্লোংনুদা কোননদুনা হাপতুনা সাথুপ্লবগী, চেংলৌ সকউদনা হলৰাইরকপবু মদাইরেম মুকাপ অসৈবনা ঈশৈ তেরান্নরকএ।" হে ইবুংঙো খিঙখিঙ হইরি পুংজা কবো ৰারৌ থিবও য়াংমোল থাংতেক অচাবা চনুদী পৈয়া মোল্লক ফক্লোংনুংদা কোন কোন কোন্না সাথুপ্লীবগী চেংলৌ সকউদনা হলৰাইরবরা হায়না মুকাপ অশৈবনা ঈশৈ তেরান ঙম্বাবু

---

১। লুৰাং চনু ২। নুপী লৌনবা থিরুঙৈদা ৩। হান্না লৌরম্বা নুপীগী মমিং ৪। মৌপ্ৰা নিপা ৫। অথৌবা
৬। পাম্বীদনা ফৎতবা অমনবগুম্না ৭। মরৌ লৈনা শাওনা

নাতারবগী থিংলৌ নিংনা তেনা হলব্রাইখিরে হায়দবরা? থাংলেন মখুৎসুনা পৈয়া মোনতুপ ফক্লোং তাইকোল খাইনা য়ানথৎপবু য়াংমোম থাংতেক অচাবা চনুদি তাংজা মরুতোলগা সামু মখুদোলগা খাইনা তুপনা য়ানথৎলে হায়বগীদমকপু খাইচাসোইও কৌখরে। [৮]মাক্লৌরেম কেগে মোইরাং খাইতোল লৌথিবনা হেকঙাই মপাউ চাওনা হোইসোল্লম্লে 'হোইসোল পলও'' হায়না কৌনখিএ। লৈমা মপুক মরিল তৈনা তাওথোক্লমমে হায়বগীবু পুকতৈবীও'' থোন্নেএ। য়াংমোম থাংতেক অচাবা চনুগী [৯]মাল্লৌ মকা লাকনা থাংজিং কেপাক নাপকপবু সালওনখি,। [১০]খাংবম খোংলি নকাবীচানা খামোন লিক্লাইববু সালওনখিএ। য়ারেল [১১]খোংজিতোলনা হৈগক লাইজা ইমাইসিবু সালওল্লে। সামু মহকচাংদী [১২]খুঞ্জান মচি কাইরংবা মসোইরেল পোম্বী উরোক সিয়াল্লম লম্বু ইন্দালনা থাখিএ হায়দবরা।

৮। মবাই ৯। মনা নাকননা থাংজিং মনা ওনখরে ১০। মঙকশম মরিনা লীক্লাইবী ওনখি ১১। মখোং খোংদোন্না হৈগাক ওল্লে ১২। মসা হকচাংনা উচেক উরোক ওন্দুনা খুঞ্জান মচি কাইরংবগী পাৎ সোই লু থুমফমদা পাইখিএ॥০॥

## পোম্বী উরোক সিয়ানলম
## খুঞ্জান মচি কাইরংবা

নহননোং খুঞ্জান মচি কাইরংবনা লেম্লে [১]অকুমসোই, ব্রানচেং [২]অকাসোইবু সোই লৌদুনা সোইসেননঙৈদা। মশানৌ মরুম্বী তাল্লোয়গীদমক্তা ঙাখা [৩]খরংবীচা মীৎতাংবী নোংবান থৌরৈবীচাবু [৪]স্না য়োই থোল্লকপবু মশানৌ মরুম্বীদা ব্রাইথুংলবদা মরুম্বী ব্রাঙু চেংঙা চনু ইরা খম্বল চাওবীনা পাউমেলখিএ।'' ইশাবী ইবুং মনাই খুঞ্জাল মচী কাইরংবাও নংবু লম্লক লুথুম্ব ইথৌ থৌঙম চৎপবু [৫]মনুং থোংগা পরৈনবা [৬]নুরা খুদৈ মাইতৈনবা [৭]চোম্লাং অফাওবী লনহোনববু লৈবা মাল্লে। নংনা ঙাখা মিৎতংলেং নোংবান

১। কুম্মকপা ঙা ফাফম লুফম ২। কারকপা ঙা ফাফম সোই ৩। ঙাখা মকুপ ৪। স্না থোল্লকপবু ৫। শারোই মাইরোনবা (নুংশিনবা) ৬। হকতিন্নবা লোইনবা ৭। পৈশা তানবী অফাওবী

থেথৌরে চাম্বা চাবু কোরৌ থৌরে চাক্কোয়ননা য়োইথোল্লকপা অসিবু । লেম্লে ঙামী খুৎচুপ্ "ব্রানচেং সুজানম্না ব্রাইথুংলয়ে হায়না পাউমেল্লবদা খুঞ্জান মচি কাইরংবনা পাওখুন্নকএ" ইশানৌ য়োইবুনাই ইনেম্মচাও ব্রাঙঙ্ু চেংঙা চনু য়ব্রা খম্বল থিবীও। ঐদি করিগীবু নুরা খুদে মাইতৈনবনো, চোল্লাং অফাওবী ললহোনবীবু মনুং থোংগা থোংবা পারৈনগদবনো? নপাম কেগে লমনা তাম, নদু মোইরাং লম্না থাপ্পগী, লেম্লে ঙামিৎ চুপ, ব্রানচেং সুজা নম্না ব্রাইথুংলরবনে। নংনা থাজদরবদি, নংবু পোকপা কাইদোং লৌচিংবু লমদম সাংনা ময়েং লকও, ঐগী [৯]মুরুক্লবা ইশংশা [১০]সদলবা ইকাইফম সোইরেল ঐগী খমঙাকসংদা খাম্বী মৈজাওহৌনা মৈখু নোংলেন কাহল্লক্কে সোইরু ঐগী পল্লাং থক্তা [১১]লৈতাল পোম্বী সেক্কী উরোক অঙৌববু পোম্বী মশাককনা য়াল্লককে, নংনা মিৎয়েং সানখৈরকও, হায়না পাউমেল্লম্নগা সোইরেল মাগী খল্লাংসংদা কুমথখিএ। লমশং য়াইরেক সংবু য়ৌরবদা খাম্বী মৈজাও হৌগৎলগা পোম্বী সেক উরোক অঙৌবগা পোম্বী মশা ককনা সোইয়ু পল্লাং থক্তা য়াল্লকপবু মোমনু তলোয় মরুম্বী ব্রাংঙ্ু চেংঙা চনুনা মমান মচাগী মৈখু নোংলোন কাবা পোম্বী মসা ককনা ফৌববু ঙৌনা উরবদা ইমান মচা মচি কাইরংবা অসিবু নুরা খুদে মাইতৈনবা লৈতবা মাল্লে হায়না, ইমান মচাগী ঙাথি মশংশা লমকেৎনা মকাইফম্বু ইপাম লম্না তাম ইদু খুলনা থাপ্পনা তৌবা মাল্লে পোম্বী মশা ফৌবা মৈখু নোংলোন কাববু থাপনা উই হায়না শারি [১২]ব্রাচুম্নরম্মী অদুনোংগীবু পোম্বী উরোক সিয়াল্লম খুঞ্জাল মচি কাইরংবা মসোইরেলও হায়না কেগেনা শৈশকনা মোইরাংনা শৈথানৈএ।।০।।

---

৮। পৎনা পুম্না ৯। পিকতক্লা শাবা শং ১০। পোৎথাবা শংলৌশংগুম্বা ১১। পাইরকপা উচেক্কী ১২। ব্রাসকনবা ব্রা চুম্লম্মে ।

## সামুককোল

নরম কংলৈ মদাইমদি, ঙাংখা পাৎ সৌবোল্লোয়বু নতৈননা [১]মোংবা ঔগ্রী কোল ঔগ্রাকোলও, ঙাংঙোই সামুক কোল (সমুকোল) কৌবদি, কৈদৌনোংগীনো হায়না হায়রবদি! ঙাংঙোই সামুককোলও কৌবদি নহননোং কেগে খুল্লেপকে নিং মোইরাংনা খুন্দাগে হায়না তোকমু লৈতং ফেল, মালেম লৈকম তাওনা তাও। কাওরেল সন্‌গোন শেম্না মালবী শলয়াম কিরমম্মে ঙাংঙোই সামুককোলও কৌরম্মে।

## থাঙ্গা

নরম লম্লেন মদাইমদি, লৈকনখোং খম্বখোং য়াইদিংখোংবু নাতৈননা খুয়োল খাংখরুংবা মসোইরেল। থাংলেন লুচং সোইরাবা তয়ুমখোং। য়োইবু লৈমা নোংকাই নিংথৌ চনু য়ব্রা ফল্লং চনবা, মদুনিংথৌ য়োইবু নহা ফনৌজাম্বা মসোইরেল। মৌবী উঙাম ঙমজাওসোই থাংগা মুঙবী খোং চিংলক অচনবা। চিংঙু খোইয়ুম চিংনিংথৌ, নোংপোক নিংথৌ থেকং অহানবগী মপারি, খ্বাই লুব্রায় অনিবু সারেং পুহাবা নিংথৌবনা লাইজা ইরানখোং থাংগা অচলববু তেংথাজরক্কে।

থাঙ্গাও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি নহননোং থোংনাং তখেন মপুংয়াইদা তাখেন সুরন লাইরবা কৌবদি লৈরম্মে। তরা মানা চাকথুং ব্রাৎলবগী খুল্লক তরা চাক্লি চৎপদি [২]খোইমোম লাইফদিবী অমা লৈরমএ। খোইয়ুম লাইরেম্মবু [৩]শামু খুঙমথিনা ব্রারকএ। মোংবা মাগী সংলেয়াইদা চারৈ মফি মুলনা [৪]য়াঙ্গোনমীন্নরে। খোইয়ুম্বা নোংদমখোল চিংঙু ব্রায়েন হেনফদবনা, তাল্লোই মরুম্বী ওইনা পান্নরবদা মপারী নব্রা নিংথিবা অমবু সাৎনরে। কোরৌ নুমীৎ অমদি খোইয়ম লাইফদিবীনা হাইএ।" সাবী ইবুংঙো তখেন শুরন লাইরবা, ইপারি অমসু শাৎনরে চারৈ ঐগী ইফিজেৎপু পীনও হায়না পাউমেলববু মথংলেন তখেন সুরন লাইরবনা মপুক্লিংগী

১। ঔগ্রী হংগেন ২। লম্লৈমা হেল্লোয় ৩। মখুৎনা লাকনা ফানা তৌদুনা ফাবা ৪। লৈমীন্নরে

কোলোয় ময়াথংবু নুংশিরদুনা।" সানৌ য়োইবুনাই খোইয়ুম লাই চনুও চরৈ নফিজেৎপু অসিনে হায়না পীনখিএ খোইয়ুম লাই চনুদি চারৈ মফি পীরবগা খোইয়ুম [৫]তননা লাই ওইখরে। খোইয়ুম লাইরৈমা মহাক্তি অহোং অচাও ফংনা চরৈ মকা ফোং, মাল্লৌ মীমাং তাকনা তানফংনরে। খোইয়ম মানা লাই ওইখরবদা, লাইরা অতোল অতানা তরা [৬]চাক থুংৱাৎলবগী তখেন শুরন লায়রবা চিংঙু নরাইবকপু করম থিবনো হায়না মপন সুরন লায়রবদি মপারি নৱা অপীশা পললেম লঙ্গোন হাংলববু সামু নমদা পোদুনা নৱা নংবু চিংঙু নরাইবকপু করম থিবনো হায়না মপন সুরন লায়রবনা হন্না হন্না মীকপখিএ" পারি নংবু চিংলেন [৭]নোংলাওথিগুম মিকপ্লগনো।। মপন শুরন লাইরবদি লাইরা অতোন তাবগী খুল্লক তরা চাক্কি চৎপদা মপারিবু মোংবা মাগী মরানয়াইদা থন্নম্মে, মপারি নৱা অপিশাদি মপন পলেম মমা অনিমকনা [৮]লৈরাই খোইরী তৎপগুম তৎনরবদা থোংনাং লাইচুরিদা কনলৌ হে লৈতং থারো মনাববু লাবা হৈশোই থাংনা

৫। লাই অমুক ওইখরে ৬। চানবা লৈতবদগী ৭। নোংখোংবগুম মীকপনবা ৮। মপাগা মমাগা তৎনরবদা

ক্বাবু তংখাই তাবগুম খাইনরবা [১]নোংপোক হাওশম নুরাবী শন্থুমনানা শামু নমদা হন্না হুলাল লাম্লবগী য়োইময়াই লাইরেল অঙানবদি ময়ুম থোংনাং ময়াং পাংখিরবদা [২]চিংঙু মৈনা উয়াথেল খমনুং মৈনা খোকমৈ নেম্না থাঙ্গা তোনবা নরনশিরক্লবদা মপন মরান য়াইদা অঙাং হেকমাই মপাউ চাওনা মিকপ্লবগী মপল পল্লেম মমানা মপারিগী নৱা মীকপখোলবু তারবগী মরান মোংবা শংলেনয়াইদা চংলক্লে। নৱা অপিশাও হেকঙাই নুংয়েংনা মিকপ্লগনো পলেম নমা ঐগী [৩]খোইরি ললকুবু তাও। হয়েং য়োইময়াইনা ৱাংনা কা থাবী ৱাংনা তাল্লক্লবদা নয়ুম থোংনাং নপুংয়াইগী লাইজ ইরম অচৌবদা লেপ্লে অকুম্বা ৱানচেং অকাবা ঙাবু লেমলৈ [৪]চোপতা থেমমো [৫]খোইয়ম অঙানবা চিংঙু

১। নোংপোক চিংখৈ হুনখিদুনা ২। লাইগী মশক ওইবা নুমীৎ মৈনা ৩। কান্নবা লনগী ৱাবু তাও ৪। খোই চোপতুনা ৫। ইকা ইকুমদা কুমদম্বা লাই

কুমদম্ববু লাইজা ইরম অচৌববু ইননা কারক্কনিএ। নব্বা অপিশাও নংদি পুক্লিং অকি তুজুংগনো খোইয়ম চিরেল লাংলেল থক্কী তমফা য়াইপোকপু শামু খুৎনা ফংনা [৬]তুমসৎচও! হায়না ললকুবীরমমে। পলেম মমা লাইফদিবীদি খোইয়ুম তননা লাই ওইখরে। কোরৌ লাইরেল ইনুং কৌবা শোয়রবগা ময়ুম নোংপোক মব্বায়দগী [৭]থাবী খেনগারকপা অঙান খেনচোংলকপদা লাইজা ইরম অচৌবগী লৈরাই মুংবী চংদোল থক্তা লেপনা লৈগ্লে, চোপতা থেমনা ঙাইখমখিএ। খোইয়ম [৮]পাফন অরিবা তুবী চিরোং হায়নাইবাবু লৈগ্লে ঙয়াম লোইননা লাইজা ইরম ইলনা কারক,। নব্বা লৈগ্লে চোপতা থেন্নম্বনা অকিবা পুক্লিং লৈতানা খোইয়ম চিরেল লাংলেলথক্তগী মনি য়াই তোমপোকপবু সামু খুৎনা ফংনা সৎলুবু মনি য়াইদী ওইরমদরে, থাংলেল য়াহওইববু ওইরগ্লে। থাংলেন য়াইওইববু শামু খুৎনা ফংনা পাইদুনা মরাল মোংবা সংলেয়াইদা [৯]চেনগারক্লে। পলেম পাউতাক মতুং ইন্না [১০]চাগ্লৌ লাগা থা [১১]তাওজিং হৈগা য়াও [১২]চুহী খোইহি য়াওনা ইরাৎ মশিং শুনা খুরুমজরে থাংলেন য়াইওইবা [১৩]মরলকীগী মপারি নব্বা মহাক্তী লাইরা মদোম কোক্তুনা তরা অচা অথক ব্রাৎতনা চারৈ অহনবা তমদুনা তয়ম [১৪]মনাইসিংনা কাওরেল সললোইরে, খোইয়ম মরলকুগী মপল সুরল লাইরবদি তরা চাক্লিববু মপারি নব্বা অপিশানা নুংঙাই য়াইবী মরাং কাইনা হরাও মথোই তোংনা পাল্লে। হায়বা তারবগী মরাল থিংলৌ নিংনা তেনা হলব্রাইরক্লে পালমীন্নববু শ্না সলয়াম লোইরে, থোংনাং মরৈপাক তাখেন মরৈকায়না হাইনখিএ। তখেন সুরন

---

৬। সৎলো ৭। নুমীৎ থোক্লকপদা ৮। শিংলী পাফনগুম্বা লাইরেন ৯। চেনখৎলক্লে ১০। লা ১১। হৈ ১২। চুহি ১৩। লাইগী মরল পীবীবা ১৪। মনাই মশল লৈরক্লবা

লাইরবা অসিবু মরল লঞ্জাও য়াম্না লোইরকপা করিদগীনো হায়না [১]সোলমোনববু। থোংনাং তখেন মনিংথৌ সচমনিক হনুবনা নাতারবগী মদাইরেম তাখেন শুরল লাইরববু পাউকৌখৎনা তাঙ্গা মানা ললয়াম লোই। মরল য়াৱা ললয়াম লোইবা অসিবু পাউহংগে হায়না মিকৌখৎলে।" তয়মও ইদাইরেম, ঐগী হায়বা পুক্লীং চংগনো, নিংথৌ ঐগী কোলোয় ইয়াথং অসিবু পাউখুমও। তয়ুমও নংবু নহলঙেদদি লাইরা অনং অতোল অতা খমখু অয়েং চেংলম্বনে, হৌজিক্তি। নংনা নরল লয়াম লোইরকপা অসিবু খোইয়ুম কনাগী মরলকুনো ননিংথৌ ঐঙোন্দা পাউতাকও। হায়না পাওহংলববু তখেন শুরন লাইরবনা শামু খুৎপু লোনননা পাউখুমজরকএ!" ইনিংথৌ ইবুংঙোং নদাইরেম ঐনা খুল্লক চাকনিরুবদা খোইমোম লাইফদিবী অমবু লমওক্লরুবদগী নদাইরেম ঐনা শামু খুৎঙম থিনা ফারকএ। ইরাল মোংবা ইরালয়াই সংলেন য়াইদা তালোই ইরুম্বী ওইনা পানমীন্নববু ইপারী লৈরাং সফবা অমবু সাৎনরবদা খোইয়ুম লাইরেম্মা মহাক্তী অদুম তননা লাই ওইখরে। নদাইরেম ঐনা তরা ইচাক ৱাৎলবগী পারি লাঙ্গোল ঙমদনা ইরাল মোংবা সংলেলয়াইদা থনম্লগা নদাইরেম ঐসুং খুললক তরা চৎলিঙেদা, ইপারিনা পলেম মমা মিংথাং লৌনা মিক প্লববু মমা খোইয়ুম লাই চনুরানা নতারবগী মরাল মোংবা মরাল য়াই চংলক্লে। মপারিবু খোল্লাং থিক্লেন মাইওকননা পাউমেল্লকএ" পারি নৱা অপিসাও হয়েং লাইরেল কৌবা ইনুং সোইরবগা লৈরাই মুংবী চংদোলথক্তা লেম্লে চোপতা থেমদুনা ঙাইখমমো তুবী পাফন লাইরেল চিরোং হায়নাইবাবু লাইজা ইরম ইলননা কারক্কনিএ। পুক্লিং অকি লৈতনা তাংজা লুরেনতোনগী তমফা য়াই তোমপোকপু সামু খুৎনা ফংনা সৎচও! মোংবা সংলেনয়াইদা ইরাৎচৌও! হায়না পাউতাকমেলখোনগী ইনুং কৌবা সোই চিংলেন নোংগা ঙাল্লবদা পারি নৱা অপিশানা লৈরাই মুংবী চংদোলথক্তা [২]ঙাইখম্ববু, খোইয়ম মরলকুগী চেনফদা তুবী

---

১। ঙাংনা সোননবা ২। ঙাইববু

হায়নাইবা খোইয়ম চিরোঙ পানববু লাইজা ইরম ইলনা কারক্লবগী মোংবা সংলেন য়াইরমদা শামু খোংনা য়াংনা চেনগারক্লে। পারি নব্বা অপিশনা চাল্লৌ লাপান থা তাওজিং হৈপাল য়াওনা ঘী খোইহি শঙ্গোম য়াওনা ইরাৎ মশিং শুনা ইরাৎচরগা খোইয়ম মরলকুগী য়াব্বা ললয়াম লোইনা তরা চাসিং ব্রাৎতনা পাঞ্জবা অসিমঙাইএ হায়না শামু খুৎপু লোননা পাউখুমজখিএ।" অদুনুংগীদি ইদাইরেম থাংলেন নংগী য়াইওইববু লৌরুও হায়না নিংথৌ স্না য়াথং পাউমেল্লবদা মরাল মোংবা সংলেনয়াইদগী থাংলেন য়াইওইববু লৌরুরে। নিংথৌ স্না মখোংখাদা কৎলরে। থোংনাং মনিংথৌ সৎচ মনিক হনুবনা" তয়মও থাংলেন মরাক তম "[৩]কচেং ময়ুং ওননা সাদমগে খোইয়ম মরলকুদি লৌবীরোইএ হায়না কচেং থাংশাবনা খাম্বী মৈফম লিং মৈরি থিলকাম্লনা থাংলেন মরাক তম কচেং ময়ুং তমনা সাদমখিএ। থাংলেন য়াইওইবদি তখেন শুরন লাইরবদা পীনখিএ। থোংনাং মনিংথৌ সৎচমনিক হনুবগী থাঙলেন সিলতম থাংসু থাংলেন ময়াইগা কচেং মঙান হকলবগী। তাখেন সুরন লাইরবগী থাংলেন মখুৎসু খোইয়ম মরলকুবু থোংনাং তাখেন মরৈপাক্তা লৈঙমদরবগী তমফা মঙাও হৌনা কোরৌ নোংলোন্দা পাইখিদুনা কেগে লোক্তাক ব্রাংবরেন্দা তাখিএ। খুয়োল খাংখরুংবা মসোইরেদা মৌবী উঙাম ঙমজাওসোইদা থোংনাং ককসৌ সরারুবু [৪]লুরেন মবুক ফাৎনা কারএ অদুনোংগীবু থাংকাও লমদম লমনুংশি, কেকে থাং, কাই-সোই লমনুংশি হায়না কৌনা সকনখিএ।।০।।

নরম কংলৈ মদাইমদি থাংগা চিংলক থেলেন য়াইবু তানা খনবালাইনিংথৌ চিংঙু নংবু চাউবসুং মিৎকুপপু ফাদা, য়ানা কুপ্লবু ফাদবা লাইনিংথৌ অরুবাও চিংঙু নতিক অরুববু নদাইরেম ইব্রাকমনা কংলৈ তেংথা ঙল্লোইএ হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথারসনো...।।০।।

৩। কচেং-কজেং-থাং ৪। লুগী ময়াই খাইনা

## ঙাচাপুং

নহনেনোং চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ [১]নোংপোক নিংথৌ থেকং অহানবা মপারি [২]খ্বাই লুব্রাই অনিনা মপল কুরু শিদবগী মার মখোংখুনবু থিরকঙেদা [৩]সরেং পুহান নিংথৌববু লাইজা ইরানবীও হায়না পাউকৌবদা সারেং পুহান নিংথৌবনা পাউখুম্লকএ লাইজা অরুবু ইরানবদি নমু মীপুম অনিদি পুঙল্লোইএ। তোপনা তোপনা লাইজা ইরানগে হায়না পাউখুম্ববু মসানৌ খ্বাই অতোনবনা" সাবীও লেম্লে অসিবু মরৌ চাওবা মালএ। ঐনা হাননা লায়জা ঈশিং অরুবা অসিবু ইরানগে হায়না থিনবী চৈসু খুৎতা সুনা লেম্লে ঙায়াংথক্তা তোংখৎলে। লাইজা ইয়াই য়ৌরকপদা সারেং তাংজা লুরেতোম দা [৪]চৈবিরে। [৫]কোং কংফাল ইকংথক্তা চিংখৎলে [৬]খাম্বী তাম্বোং য়েনা লৌদুনবু চাএ অদুনুংগীবু লেম্লে ঙাচা পুংও হায়না কৌনৈএ।

## ঙারম ঙাসাপুংও থারমও

নরম কংলৈ মদাইমদি য়াইদিং খোংলেন য়াইদি তানা খনবা লাইনিংথৌ খোইয়ুম থোয়বরেল মচা অহল, খোইয়ম নংবু তাথিবীগনো, চিংঙু নংবু অরাই লাংবীগনো, ইব্রাকমা ঐনা নিংলরোয় ঙমদে, খোইয়ম ঐনা কাওঙমদে, চিংঙু নংবুনদোম লৈজহল্লমগে। ইব্রাকমদি ইমাই কেগে পাংনা, হৈনা মতুং ইলনা কংলৈ লমথোল ঈশৈবু শক্কৎলক্কে। নরম কংলৈ মদাইমা, থমংপাৎ থমংখোং লেম্লে ঙরিসোই ঙাথোকপাৎপু ব্রানচেং তানা খনবা লাইনিংথৌ চিংঙু নতিক অরুববু ননাইনা কংলৈ তেংথাদুনসু ঙল্লোইএ। ঙম্মোইএ খোইয়ম কোরৌ পীদোননবীগনো, তয়ম ঐহাক্তী, ইসং লমসংলক্তা পোৎলোয় লমপুৎলক্তা ব্রাকয়ে ঐগী হিরেলবু থাংলোইএ। ইব্রাকমসুং নোংবান হৈনা মতুংইন্না কংলৈলমথোনশৈবু শক্কৎচরক্কে।।

---

১। চিংনিংথৌ ২। মচীন মনাও ৩। ঙাগী নিংথৌ ৪। য়ানবীরে ৫। অকংবা লম ৬। মৈদা য়াইদুনা মকু কনথোকপা

ৱাঙু লৈমা খেংজোম ফবিগী, চাম্লৌ লারিং কোনবু নতেননা ঙাসাপুং থারমও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি? চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ নোংপোক নিংথৌ থেকং অহানবা মপারি খ্বাই লুৱাই অনিনা মপল খোইয়ুম্ববু তানফংলবগী, মপল পঙ্গৌ মচা অহুম্মক্তি মমাই হাওরে নোংচুপ লৈনা পাংনা লাকপনা, চিংলক অচনববু য়ৌরবদা, চিংঙু খোইয়ুম্বনা সারেং পুহান নিংথৌবও লাইজা ইরাল্লরো হায়না পাউকৌববু। মপারি খ্বাই লুৱাই অনিনা পাউখুমজখিএ" ইপন খোইয়ুম্বও সারেং পুহাল নিংথৌবা নমু তাইবং মীমানবদি শানৌ ইচিল-"নাওনা ইপনগী মার খোংখুনবু থিরকপদা লাইজা ঈশিংবু ইরানবদা নপারি খ্বাই অতোনববু লেম্লে চিঞ্জাক চিন্দম্লকপগী থাংলেন ঐগী ইখুৎসুনা লেম্লে চৈথেং পিদুনা খাম্বী তাম্ফোং য়েনা লেম্লে লৌনা চাখরে। হায়না পাউতাক্লবদা পারি অনিমও সরেং পুহান নিংথৌবদি পংনবু চাফরোইএ লেম্লে ঙানিংথৌ মাবু লৈতরবদি তাইবং ঐখোয় চানববু লেম্লে ঙায়াম পোকপীনবা লৈরোয়এ। পারি নচিন ননাওনা লেম্লে ঙাচাফম্বু কদায়নো হায়না পাউহংলবদা মপারি অনিনা লেম্লে ঙাচাফম্বু চিংনা পুনা তাকখিএ। লেম্লে শারু ঙারু অতাববু খুন্দুনা লেম্লে ঙাসা তমখিএ। খোইয়ম নমুংবনা লেম্লে ঙাসা লোইরবদা সামু খম্বু তাক্লা লেম্লে ঙা নখোয়বু সামু লম্বু হেনফরোয়। শামু লম্বু হেল্লবদি খোইয়ম লাইবু ওইয়ো হায়না নোংদম্মে অদুনোংগীবু ঙাসাপুংও কৌখরে সারেং লম্বু তম্না থারম্মে হায়বগীবু ঙারম থারু লমনুংশি হায়না কেগেনা শৈশকনা মোইরাংনা শৈথানৈএ।

## কোমজিন

নরম লল্লেন মদায়মা নোংচুপ লৈমাবী, নোংপোক নিংথৌ খোইয়ুম্বা অরুবা নঙবু চিংঙু নংগী য়াইখংনা সানম তেপতা স্না নঙেথোনবু পাথাং য়ৌরেমেন সায়োনববু ননাই ইৱাকমনা কংলৈ তেংথাজবা ঙল্লোইএ। হয়েং কংলৈ [১]লাথুপ অপীশানা তেংথারসনো ইৱাকমদি মালবী খুতপনা মুকমু লৈতোন কোন্না খুরুল্লমগে। খোইয়ুম নংসু নদোম লৈজহল্লমগে। নরম লল্লেন মদাইদি নোংবান নমগন য়াংবা সরাবা, ওক্লেন তোমচৎ কাওগুম্বা মিৎত্রে, মঙমসোইবু লৈমু সিনতাকনা লৈহাও সেংঙোইনবা পুলেন য়াইদি অথোইবনে।

নরম লল্লেন মদায়মদি কোমচিনও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি নহননোং লুৱাং লোয়নাই নহা য়াওসু তানবনা য়াওরৌ শাবু তাল্লকপদা য়াওরৌ শাফাবা লম য়াওরৌ শাপাল্লোক, চাকমোম ঙমখাই তাল্লকপদা লুৱাং লোইনাই নহা মহাক্কী সামু মকোকসেৎ লাবা কোকসেৎ ফিবু, মলং মথি নাইনা খমগোন মঙাও হৌনা অকলবা মলং চৈথেংনা লমলেন লৈদা তানা হুনথখিএ। সামু মকোকসেৎ ফিবু কোম কোম কোল্লমএ হায়বনুংগীবু কোমচিলও কৌববু কেগে চথাং মৈনা মোইরাং শুথাং ৱাইন কোমজিলও কৌনৈএ। কোমজিল থোল মরকতি হয়েং কংলৈ অপীসানা তেংথারসনো।।

## ৱাংকোয়

নোংবান [২]লিক্লাবীচা নোংদম্লু [৩]পাইমা স্না লিংকোলনুংগী, নোংবান খোইদোম অহলবা, লুৱাং মালতোম অতোনবা অনিমনা কংলৈ লমথোনসৈবু সককৎ লকপদা,

---

১। করিগুম্বা পুয়াশিগী মরক মরক্তা হয়েং কংলৈ লথুপ অপিশানা তেংথারসনো হায়না থেংনজৈ হায়রিবা মফমশিং অসি লাইফম তিনফমশিংগী অরুবা লাইমীং তিনমীং লাইসোল্লোন নত্রগা ৱারী মশা অমা ওইখিবা মতোমতা তোঙাল্লা ইথোক্তবা য়াদবা মতাং ওইবনা অসুম্না থম্বীরল্লে।

২। লিক্লাং লিক্লাদগী ওইখি হায়দুনা লিক্লবীচা নোংমনু কোই

৩। মহাক্কী মচা

তাকমু লম্লেন মদাইমবু নতৈননা, চকপা তাক্লৌ ৱাংকোই কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদা: নোংবান খোইদোম অহনবা, লুৱাং মালতোম নহা য়াওসু তানবনা সামু মখোই মরিমবু লমওক্লরে, খোইদোম অহলবা মালতোম অতোম্বা অনিমকনা চিংখোং কোয়বা নাওবু নংদী কনানো হায়না পাওহংবদা" চিংখোং কোইবা নাওনে পাউখুম্ববু, নংদি কনানো পাউহংববু মালতোম খোইদোম অনিমনা ঐখোয়দি নোংবান খোইদোম অহনবা লুৱাং মালতোম অতোম্বনে হায়না পাউখুম্লবদা লাঙ্গোই শগোল তোংলবা নহাক্তী কনানো হায়না পাওহংববু ঐদি লুৱাং লোইনাই নহা য়াওশা তানবনে হায়না পাউখুমখিএ। অদুনোংগীবু লুৱাং লোইনাই নহা য়াওশা তানবনে হায়না পাউখুমখিএ। অদুনোংগীবু লুৱাং ইপাচা নোংবান ইয়েললু মশেন্নে। নোংবান পা অমা লুৱাং সলাই অমা তাক্লরম্মে হায়বগীবু পাচাতাক লুৱাংকোল কৌববু কেগেতবু থি মোইরাং ৱাংলম হৈমন তানবন লুৱাং কোল ৱাংকোল ৱাংকোই ৱাংগোই হায়না কৌনখিএ।।০।।

## কমবোং ফাবী

নহনোং হৈরেম কম্বোং অথৌবগা, মরোন লোন খুমগা অনিমকপু মাইমু ৱাখোইনাও সোইসেনবগী লোঙলেন মখুৎসুনা চৈবিরবগীদমকনা ৱাকয়ৈ হিকুনুংদা লাইজা ইফাই চলনা [১]নোংমল্লে অদুনোংগীবু [২]থাং খুরা চিংদোমপোক কম্বোং ফবিও [৩]পাৎলেনকোন হায়না তৌনা কৌনখিএ।।

---

১। শিরে ২। থাঙ্গা চিংদগী চৎলগা লৈবা চিং ৩। পাৎ অথোইবগী মনুং

## চিংমৈ নিংথৌ মরমশাং

নহনোং কেগে মোইরাং নিংথৌ কোনম্বা অথৌবা সল্লম থিংবাই ঙম্বদি, চিংমৈ নিংথৌ থাবলনা চেক্লা [১]কোম্থৌ অমা কাপ্লকপদা [২]ব্রাইরা মাগী মতেলচানা কোনথৌ মসুংলাংগীদমক কেগে মোইরাং কোনম্বদা চেক্লা মাবু তম্বগুম ব্রাইরা কোনম্বদী চিংমৈ নিংথৌ চিংসোং থাবলবনা চেক্লা কোম্থৌ কাপ্পদা ব্রাইরা মাগী মতেলচানা কেগে মোইরাং সললম থিংবাই ঙম্বদা ব্রাইরা তেননা পাল্লবগী, চিংমৈ নিংথৌ থাবলবা ব্রায়র [৩]মসালওনা হুয়েল মরম ওইহৌরে। হায়না পাউমেল্লবগী। মরুম্বী ঙাইখোং লোললাং নিংথৌ চনুরানা তারবদা" মপারি খোরি চিনাইনব্রা অপিসাবু সামু খুজেং পাইনা" পারি ইবুংঙো নব্রা নিংথিবও নপল পম্থৌবু চিংমৈ নিংথৌ চিংশোং থাবলবনা ব্রাইরা পম্থৌ লাঙ্গোল হাংলেদো, পারি ইবুংঙো নংনা অঙাং নব্রা অপিশা ওইবনা নপন পম্থৌ নপাগীদমকপু থোংনাং ময়াং মাইতেকপা ফানরুক। কবো তাইপোং লৌথিবা মলনরুক লৈকাই পু তরুক থাংঙি কৈগরুক, লাংবল অওনলুক্লুম্ববু নপলগীদমকপু সিংখোং কানা ইব্রোনবী, কাইরম কনানা ইনবীগবনো? করোং কনানা খুৎখুম্বীগবনো? হায়না মিকপপবু মপারি খোরি চিনাই নব্রা অপিশানা শায়েং পাঙ্গা চিংনা য়ারেন খোংচিক [৪]কঞ্জাও মখে লৈতনা পাউমেনখি," হে পলেম ইমাও পাম্থৌগীমদমকপু [৫]লালসিংদরিবমখে তরা চাকপু হুকখিরোই [৬]ব্রাংলৈ চিনখুল অমতসু য়েংহিরোই খোইয়ুম লাইনিংথৌ কেগে থংজিং লাইমরুনা শোইদনা লনকুবীসনো হায়না ব্রাশকখিএ। য়াব্রা লাহে কুমওননা লোইদাম থাশিরবদা মপারি খোরি চিনাইনা ব্রাংলৈ য়ুহোংগে সারেল সানৈগে হায়বগী সংলৌ থৌরাংলে লৈকাই খুঞ্জা খোম্লে। ব্রাংলৈ য়ুগৌরে, য়ুগৌঙৈদা [৭]ইয়ু চিংমৈ নিংথৌ থাবলবা নংসু ব্রাংলৈ য়ুথকপা য়ওরএ। কৌরৌ নুমীৎ চুপনা ব্রাংলৈ য়ুথক য়াওরবগী [৮]ব্রাংলৈ লোনঙম্নরবগী [৯]কোলোয় শোরিবা য়াথং অঙাওববু

---

১। উরেং কোম্থৌ ২। তেন ৩। তেননা পাল্লবদা মচা ওইনা পোক্লকপা ৪। অশাওবা ৫। নমল শিংদরিবা মখৈ
৬। য়ু থকখিরোই ৭। ইনিংথৌ ৮। য়ু ঙাওরবগী ৯। ব্রাহৈ অরানবা

পাউমেল্লকত্রা?" নৱা খোরি চিনাই মোইরাং খোইরি চিনাইও পন্থৌ পোকপদি ৱাইরা ইতেলচানা নোংমনখিবগী মচানে নংদী হায়না পাউমেনথোক্লকএ। খোরি চিনাই নৱানা [10]ঙাইনুং য়েংচেংনা ৱাখল তৌএ। চিংমৈ নিংথৌ চিংশোং থাবলবদি মরান য়ুমকুমখিবদা নৱা খোরি চিনাইগা লোইনা মিন্নখিগে খন্দুনা লোইনমীন্নখিএ অদুনুংগীবু নিংথৌ থাবলবা মরমশাংও হায়না কৌনখিএ। নরম কংলৈ মদাইমদি নমুংবনে কংলৈ নতিক অরুববু ৱাকনা কংলৈ তেংথা ঙল্লোইএ। হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথারসনো।।০।।

১০। পুক্লিং নুংশি নুঙাইতনা

## ঙামু মৈরোং

নরম লম্লেন মদাইমা ঙামু মৈরোংও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি মাইমু ৱাইখোংশোয়শেনবনা লেম্লৈ ঙামু মমৈ লোংবা ফারমএ হায়বনুংগীবু ঙামু মৈরোং কৌনৈ।।০।।

নোংবান লুৱাং লোইনাই নহা য়াওসু তানবনা, য়াওরৌ সপাল্লোক চাকমোম ঙমখাই তাল্লকপদা য়াওরৌ সায়ামনা কোইচেননা [1]সঙাই পীরেল য়াওরৌনা থকচেন্নরকপবু লাঙ্গোই সয়াংথক্তগী তিমেন মতাচানা মালং চৈরোইনা ফেঞ্জিনখিববু য়াওরৌ থানুং থিৎনা চৈবিরবগী মালেম লৈদা তুনা লৈরম্লবগী তিমেন মাতাচাবু সৎলুববু [2]য়াই ঈনা পক্লমএ তিমেন মাগী মতাচানা ইয়াইবু সোইরেল ফুম্বীথক্তা তকথোক্লমএ। হায়বগীবু য়াইতকও কৌনৈএ। কৈবুল লম্লেন মদাইমদি খোইয়ম নতিক অরুববু, চিংঙু নতিক অহকপবু ৱাকম তেংথা ঙল্লোইএ। হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথারসনো মালবী খুতপনা খুরমুজরমগে।

১। সঙাই মপী অমা ২। হয়িঙৈদা য়াইওকৌবদি ঈবু খঙনৈ

## তেনপাল পাৎ

নহননোং লুৱাং লোইনাই নহা য়াওশা তানবনা ৱাইরা মাগী মতেলচানা য়াওরৌ উলবী চফম লেংনা তেননা পাল্লে হায়বগী তেনপাল পাৎও থোল্লমএ।।০।।

## চিংমু মিংজাও

নহননোং ৺ককয়েন মীঙম্ব নমু পোঞ্জেলবনা মুনা চাওনা তারকএ অদুনোংগীবু চিংমু চিংজাও লমনুংশি হায়না কৌনৈএ।

## ৱারোয় শোইকু

পাৎলেন মনুং কোনবু নাতৈননা, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা মহাক্কী স্না ইচিল তরেৎ সেনল্লুংহনবা খোংলেন য়াইবু তানা খনবা, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মসু, নারিল কোলসিৎসু, শিলিকোকনা ফীরোকপী, খোইয়ুম নোংকাই নিংথৌ চানুও! চিংঙু মিৎকুপপু, য়াকুপ্পু ফাদবী, খাবী চাম্মন শিনতাকপী অমাই চাম্মা চাম্মানা শিনবু শি॰ দম্লবী। তোকপা খোংগান্না সানম্বা খোংনেৎনাবী খোইয়ম নঙম শান্মবী। নতু তোংজেং চাম্লৌ লয়াৎ তৈবীবু মালবী ইৱাকমনা তেংথাঙম্মোয়এ, স্না কোঞ্জন অঙাংবদি ফৈনা ফৈ, ককনা ককতুনা কোঞ্জনগে লুপা কোন মচং অঙৌবদি য়ুংনা য়ুং ককনা কক্তুনা য়াইগদচন, খোইয়ম স্না নখোং খাদা স্না কোনগা চন হুনজগে, লুপা য়াইগা হুননা য়েনপৎচরমগে।। তয়ম ইৱাকমদি নোংবান হৈনা মতুং ইননা কংলৈ তেংথা সৈবু তেংথাজরক্কে নহননোং নোংবান খোইদোম অহনবা, লুৱাং মালতোম অতোম্বা, চিংখোং কোইবা নাও লুৱাং নহা য়াওশু তানবন, শানৌ মচিন মনাও মরিমকনা হুয়েং লাইরেল ইনোংঙাল্লগা নোংয়াই ঙল্লোনননা খুমনগা তাইননা কংলৈ লমথোনসৈবু সক্লুসে হায়না লোয়না শিননরম্বগী ঙাংনা শিননরম্মে হাইবগীবু ৱারোইও কৌখরে।

---

৩। লাইগী শায়োন তৌদুনা লৈরম্বা শক্তী লৈবা উচেক্লী

সানৌ চিংখোং কোইবা নাও নংনা কংলৈ লমথোন সৈবু সক্ক হায়না কুবীরে, অসি ৱাদি হায়বনুংগীবু সোইকুও সৈ কুও সোইকুও হাইখরে॥

## কেগে খোরিদাক মোইরাং নোংকাংখোং

[১]সোইকু লম্লেনবু তুংওইননা, কেগে খোরিদাক মোইরাং নোংকাংখোংবুদি নহনোং কেগেনা শৈশকনা মোইরাংনা শৈথানবদী সোইবুদি তাকও! কৌনৈএ কেকে খোরি কৌবনা খোং অমা তৌনৈএ মোইরাং নোংকাং কৌবনা সোই অমা সেল্লম্মে, অদুনোংগীবু লমদম লম্লেন অম্লুংশি খোরিদাক নোংকাংখোং কৌন খঙনৈএ।

## অরোং সংলাংমৈ, লুফু কুমদমশোয়, শিনৌ লুচামপাৎ

নহনোং কেগে খুৎনিংথৌ [২]থিয়াং মিচাওবা স্না মহাকথক্তা য়াওরৌ সাচাননা, লেম্লৈ ঙাচনগে হাইবগীদমক্তা ইদাইরেম হাওরোক পানবী ৱাবা পাদম্বা অতোল কোঙয়াং য়াবা লানবা নংদী কৈবুল লমনা ইননা য়াওরৌ শাশেম্লুও ইদাইরেম খোরি নোংগা নাও নংদি কেগে খোরিদাক মোইরাং নোংগাংখোংদা লৈম্লৈ ঙাসেম্মৌ। হয়েং লোইদাম [৩]থামমবদা লেম্লৈ ঙাচানা য়াওরৌ সাচানাশে হায়না পাওমেল্লবগী হাওরোক পানবীদি কৈবুল লমহলদা য়াওরৌ শাশেম্লৈ। মদাইরেম খোরি নংসু কেগে খোরিদাক মোইরাং নোংগাংখোংদা ঙাশেমখিএ।

লোইদম থা শিরবদা লাংহৈ কুম্বু ওল্লক্লবদা কেগে খুৎনিংথৌনা ইদাইরেম লেম্লৈ ঙাসেম্বা য়াওরৌ শাশেম্বা লেম্লৈ নবান্নীমকপু কারকও হাইনা পাউ কৌখৎলে। তয়ম নবান্নীকনা য়াওরৌ শাশেম্বা লেম্লৈ ঙাশেম্বাবু, য়াওরৌ শায়াম চন লেম্লৈ ঙায়াম চল্লবরা হায়না পাউহংববু খোরিগা পাউখুমজরকএ।" নদাইরেম ঐখোয়না লেম্লৈ ঙায়াম চন য়াওরৌ সায়াম চল্লে হায়না পাউখুমখিএ। অদুনুঙগীদি তয়মাও কুমশি লোইদাম

---

১। লুথুমফম ২। মোইরাং নিংথৌ ১৩শুবা নিংথৌ

ওল্লকপদা লেম্লৈ ঙাচানা য়াওরৌ সাচানসে হায়না নীংথৌ চারে মফুরিৎ স্না লুপ্লাবু তয়ম অনিমক্কী সামু নমদা কুপখিএ। তয়ম নবিঙানা লেম্লৈ ঙাসেম্বা য়াওরৌ শাশেমফম লেম্লৈ ঙাশেমফমদা হলব্রাইনরকএ। খোইরিনা নিংখনখিএ নিংথৌ শামু মাংদদী য়াওরৌ শাশেম্বসু সায়াম চন লেম্লৈ ঙাশেম্বসু ঙায়াম চললে হায়না পাউখুম্লমে পাথৌ হাওরোক পানবীসু ব্রাবা পানচুম্বা অদোল কোংয়ান ব্রাবা লালবদি য়াওরৌ মানা শাশেম্ববু য়াওরৌ শায়াম চল্লবমক্লে। ঐনা লেম্লৈ ঙাশেম্বদি লেম্লৈ ঙায়াম চন্দরিএ হয়েং লেম্লৈ ঙাচানা য়াওরৌ শাচানগে হায়বা নোংদা লেম্লৈ ঙায়াম চন্দরবগী ঐবু কেগে খুৎনিংথৌনা কেগে মিতুফম মোইরাং মীয়ানফম্ম থাংলেন কোনসৎনা [১]লাংগোই শরি থোক্লগে হায়রগদবনে হাইবনুংগী সোংকিরুইএ [২]সেল্লোই মপতাও হাওরোক পানবীসুদি য়াওরৌশায়াম চল্লম্লগনি, অব্রা হুসশোললাংলোইএ। পাথৌ ইবানীবু লেমান্নহনগে ইপা তাওগী য়াওরৌ মাগী শারং পনগোইনুংবু অহিং ইনুং শোইয়াইমদা থাংলেন ইখুৎশুনা য়ানথৎলগে হায়না নিংদুনা, হৌরেল য়োহময়াইনা তাংলৌ লৈনা থেংলবদা মপাতাওগী য়াওরৌ সারং পনগোইনুংবু থাংলেন খুৎতাসুনা য়ানথৎলবগী য়াওরৌ সায়াম পনচল্লম্বদি পল্লালে। সারেল পললিৎলে। ইনুং কৌবা শোইরবগী হাওরোক পানবীসুনা য়াওরৌ সারং পনগোইনুংবু য়ানথৎলম্বা উবদা হয়েং কেগে ইনিংথৌ থিয়াম মীচাওবনা য়াওরৌ সাচাগে হায়রবদা লম্লোই য়েকনা ব্রাগী থিংলৌ পলঙমলা, ওক্লেন পনচাইরবগীনা থাংলেন কোনসৎনা লাঙ্গোই সারি থোকবু সোংকিরুএ। ইদোম হান্নদুম অমন খম্লৈ কুম্লগে হাইবগী ময়ুম নোংবান ফৈলৌ চাম্বগী মহৈরোইগা পাম্বা মহৈরোইগা চারে ফি লমদোম্বা, মাল্লৌ হৈবা ফিনা শামু ঙক্তা কোঙ্গোয়শিনা নোংথাংনদি লোইবা ফানা কা হুয়েলনিগীদি খিং খিং চাউরা মচন লোংখুরোং লেম্বা ফানাকা য়াওরৌচাসু কাইদাংথক্তা চারে-লাক্লা কিনা নোংলাং [৩]অতিংঙাদা য়াননা নোংমল্লে।

১। ব্রাশক ২। মরুপ ৩। অতিয়াদা

মশানৌ মরুম্বী লৈমা লোইরেন ফম্বীনা, মশাবীনা মোংবা মরালয়াইদা হলব্রাইরক্রবদা [৪]পাইমা পুক্লিং নুংহিক্লনা নিখলখি, ইশাবী ইবুং মনাই হাওরোক পানবী ব্রাবা পালদম্বা অদোল কোংয়ামবা লালবা অসিবু য়াব্রা লাংহৈকুমওনলক্কে লোইদাম থাশিরক্কে সাবী অসিবু মরাল ওনতেরক্করে। [৫]মরুম্বী খয়োইরোল চিংহৌনু সকথিবী কমু নুপী কুমওৎচৈ খুৎপৈবী নিঙোন নুপী, মৈহন চৈমাই নুপী, চকপা চনু লেপনেম্বী তয়োং নুপী সকথিবী লুতুং খোইবাক শাবী, শমচেৎ ময়া হোৎতোকপীসিংনা থৌখাল্লবরা। নৎতরগা অমল খন্নে কুম্লবরা [৬]শাবী ইবুংবু য়াইথোংশি হুলখিরবরা [৭]ককব্রা মপাল্লেবু সামু খুৎতা শুনা চুম্বা তমখিগে, ককব্রা মপাল্লেবু সামু খুৎতা শুনা চিংঙু কোরৌ ইনোংথৌ খোইয়ম ইকাসা, চিংঙু ব্রাংবা ইরালবা থোংলেন চারা ইপাল পৈ, লাংজেং চার ইরু থেৎতাও খোইয়ুম নংনা সায়ি ব্রাচুম্বীও ইশাবী ইবুং মনাই হাওরোক পানবীসু ব্রাবা পানদম্বা অতোল কোংয়াং ব্রাবা লালবা অসিবু অমন খন্নে কুম্লবরা [৮]শিংলেন নচু থাও লৈরাং নংবু লৈমাই সম্মো। মরুম্বী কমু নুপী কুমওৎচৈ নিঙোল নুপী মৈহন চৈমাই মুবিনা থৌখাল্লবদি, সিংলেন নংবু নচু থাও লৈরাং নংবু লৈমাই সমগনো। হায়না ককব্রা মানবা লৈবু সামু খুৎঅ সুনা লৈবাক খরা চিংজিন্দা ইমু ব্রানবা তম্ববু শিংলেন লৈমাই ওননা লৈরাং লৈমাই খুৎথখিরবগী, ইশাবী সমাল মচা হাওরোক পানবসুদি ব্রাবা পাদম্বা অতোন কোংয়াংবা ব্রাবা লালবা অসিবু অমল খন্নে কুম্ল মল্লে, ইশাবী ইমান মচাগী হৈনা মতুং ইন্না মার মখোংখুনবু লিরুগে হায়না নুপী ব্রাচুম কোক্তা থোং [৯]সচিফোই থাগী নিনদুং থাদা মশবী মমাল মচাগী মর মখোংখুনবু লিজরকএ।

মশাবী মমান মচাগী লম্লেকপা মসংসা সাদানবা মকাইফম্বু তৌরেন লাঙ্গংগী চনা য়ুম্বী কাওচোং ওই, তৌরেন মশা পাং অমনা উরা হুমদাংবু ওই কম্বোং থৌয়াংবনা সংনা কুপপা সঙনা ঙৌনা মানবা শং মুরুকপা মশংশাদী অরাপ্পদা মীৎয়েং শানখৈরকপবু ঙৌনা লাংনা উরুরুরে। অদুনোংগীবু অলোং অলাংসংলাংমৈও হায়নাতৌনা কৌনখিএ [১০]মশাবী হাওরোক পানবীসু য়াওরৌ শাশেম্বদি য়াওরৌ শকয়েং কাইদনা য়ালনা [১১]মরু

৪। ব্রাখল ৫। নুপী ৬। ইপুরোইবা ৭। লৈ ককব্রা ৮। শিঙেন ৯। গুরুনা খুনথোকপদা শজিগী মশক ওইবদা অহানবা থিনখৎলকপা মচিনা ফোইদুনা কেনখি হায়বগী শচিফোই, থা অসিদা কুমওনগী অরান চাকথাংঙী
১০। মপুরোইবা ১১। মঙক তৎনা

ফুনা নোংমল্লে, অদুনুংগীবু লুফু কুমদমশোয়ও কৌবু কেগেতবু থি মোইরাং ৱাংলৈ হৈমন তানবনা লুফু পাৎশু কৌবু লফু পাৎও হায় নৌনা কৌনৈএ। মশাবীগী তাংজা মরুতোলবু মশানৌনা ফৈরা তান্দা থোংনা লাইজা ঈশিংনা চান্নমএ হায়বগীবু শিনৌ লুচামপাৎ [১২]ঙাংখা লুতুমপাৎও কৌববু কোগেতবু থি মোইরাং হৈরাং তানবনা ঙাংখা লুতুম্পাৎও ওল্লম্মে।।

## খুৎকক হায়কক্

অঙৌবা নিংথৌ তরানা হাওতক লাল্লুম্বা খুগা লম্লোক্লুঙৈদা। খুঞ্জাল হিংখু নাইজা খোইমগী য়াংবুম তোংবা, খুগা নানবী সোইসেলবনা সোইয়ু পললাংথক্তা [১৩]পুনুং চেকপা লৈবু লাংথাকপবু চেক্লা ৱাখরেক অমবু পোশ্বী খোংদা থুনা [১৪]ঙমপল্লবগী সামু খুৎনা লাকনা ৱায়া সগেমনা হুয়েন লাংগেমননা পোশ্বী মখুদোলবু থেক্তে। অঙৌবা নিংথৌ তরাগী সামু মখুদোলবু থেকপনে পোশ্বী নখুদোলবু থেক্তে পোশ্বী নরু তোলসু থেক্তে অঙৌবা নিংথৌ তরাগী তাংজা মরুতোলবু থেকপনে হায়না পাউমেনববু অঙৌবা নিংথৌ হাওতক লাল্লুল্লবগী, খুগা লম্লোক্লবগী ৱাকয়ৈ হি হোম্বুরকপদা নতারবগী কঞ্জাও মখৈ লৈতনা পাউমেল্লকএ” খুঞ্জাল হিংখু নাইজাও কোলোই নয়াথং অসিবু ওনথোকএ হায়না ৱাহল্লকপবু খুঞ্জাল হিংখু নাইজানা য়াথংনমনা পাউখুল্লকএ।” হো ইবুংঙো তাও অঙৌবা নিংথৌ তরা হাওতক লম্লুম্বও ৱাকয়ৈ নংগী হিনাও কাংদোল থক্তগী অদুবু সংলৌ য়েংলাংলা [১৫]খুদাক ঙাইরমল্লা হায়না পাউমেল্লকপবু। অঙৌবা নিংথৌ তরা হাওতক লম্লুম্লুবনা কোলোয় পাউখুমদনা ৱাকয়ৈ হিকুনুংদাগী তিমেল মতাচা ৱায়কৌ খংনং মচা অনি লোঙবা তাবা খুবাক তিল্লাইমেন্না খাংতপ লাকনা খোক্লাং তামৈ কাংনা [১৬]ফেঞ্জীনখিববু খুঞ্জাল হিংখু লাইজাগী উনবী থানুং থিৎনা চৈবিরবগীদমক্লা মালেম লৈদা তুনা নোংমল্লে।

---

১২। ঙাংখা ঙাংঙোই নিংথৌ পাল্লম্মী ঙাংখা হায়না কৌরম্মী মোইরাং ১৩। হাইগৎলাং ১৪। মখোংদা থুদুনা পনবা ১৫। চারু খুদাপলা ১৬। হুঞ্জীনখিববু

খুঞ্জাল হিংখু নাইজাগী শামু মহকচাংবু অঙৌবা নিংথৌ তরাগী ব্রাকয়ে ‘[১]হিকুনুংদা হাপনা পুখিএ হায়দবরা? মরুম লোকনু লাইনু অনিমকনা লৈরাই মুংবী চংদোল থক্তা লেপনা পাউমেল্লকএ” ইবুংঙো অঙৌবা নিংথৌ তরাও ইপল শামু মহাকচাংবু লৈল্লে ঙামি নত্তেএ ব্রাইর নশানে [২]সেৎনদবনে। তাংজা [৩]মরুতোলদি ককনা পুখিয়ো ইপল শামু মহকচাংদী লৈরাই মুংবী চংদোলথক্তা হুনগৎপিরম্মো হায়ববু মপল শামু মহকচাংদী হুনগৎপীরমদে। শামু মখুজেংদুম ককতুনা হুনগৎপীরম্মে। অদুনোংগীবু কেগেতবু থিবন হুইককও কৌববু হাইককও হাইনা কৌনখিএ।।

## অরোং সংলাংমৈ

নরম লম্লেন মদায়মা অরোং থোল মরক্তী, কেগে মোইরাং নিংথৌ হেপু স্না লাখ্বা মহাকথক্কী নিংথৌ মহিশাং নিংথৌ মাগী ব্রাকয়ে মখনেৎপু তোংজেং মহিচা ব্রাংলম লুমতোনবা তোংজেং নাও অনি লোংবা ব্রাকয়ে হিরেল কাইশাবাবু, ব্রাকয়ে মহিচাবু কাংশানা থমলমএ হায়বগীবু অরোং সংলাং মৈও হায়না তৌনা কৌনএ।।

ফুম্লেন লৈময়াই ফুম্লেন লৈতাওসোই
ফুম্লেন হুপচলৌ, পুম্লেন শাহোল্লম

অরোং সংলাংমৈ নিংথৌ শাম্বা মহিথেল, লৈমা লোইরেল ফবী চাম্মা ইথেলবু কালনা চোং, নরম লম্লেন মদাইমা, ফুম্লেন লৈময়াই, ফুম্লেন লৈতাওসোই, পুম্লেন হুপচলৌ, পুম্লেন সাহোল্লমবু, ইব্রাকমনা মালবী খুদবননা তেংথাজরক্কে। হেপু স্না লাখ্বা কেগে খুৎনিংথৌ স্না মহাকথক লোকখা খংনদা হাওখা তানববু লোইচল্লে। চংনিং [৪]লিকপাল্লোয়বু [৫]লোইদাম কুমওল্লকপা খুদিংদা চংনিং পরেং মঙা লোইথায়ে। হায়দবরা? অদুই মতুং থোকপদা নোংয়াই খুমন নিংথৌ চিংখোং থোংগ্রাইবা পুয়াম য়ুল্লেনবা তলদু লাম্থাবা কৌবনা অঙৌবা নিংথৌ তরা হাওতক লাল্লুমবা খুগা লম্লোকলুবনা খুঞ্জান হিংখু নাইজাবু ব্রকয়ে হিনুংদা হাপনা খুগা লাইজা ইরম ইলনা ব্রাকয়ে লমওক্লুরে।

---

১। হিনুংদা ২। খেৎনদবনি ৩। মকোক্তি ৪। চংনিংগী মওং লীক মখল অমা ৫। থা

অঙৌবা নিংথৌ তরা হাওতক লন্নুম্ববু খুমন নিংথৌ তিমেন মতাচানা ব্রাকয়ে মহিচাদা শামু মহকচাং তুনা তিমেন তাপাল্লে। হুয়েন মাগী মরলচা খুঞ্জাল হিংখু নাইজা সমু মহকচাংবু [৬]লোক্লৌরে অদুনোংগীবু খুমন নিংথৌ পুয়াম য়ুল্লেনবা তলদু লাম্থাবও কৌএ। নয়ু অদোল নোংয়াই খুমন নিংথৌ পুয়াম য়ুল্লেনবা তলদু লাম্থাবা লেল্লে নাইহাই হৈবা কোলোয় খুজি মানবা মৈখাংবা ইনুং [৭]লিক্লা য়াইবু সৈসকপা খুমন লৈসং তরেংবা হাওতক লৈতেম্বা, খুগা তু নোংপোক্তা খৌসাবা নোংয়াই খুমন নিংথৌনা হাওখা তানা তাবা লোকখা খঙনদববু পলথেংয়ে। নোংয়াই খুমন নিংথৌনা হাওখা মনিংথৌ য়েনলাংবা পাউমেলখিএ, কেগে মোইরাং মনিংথোদা চংনিং পরেং মঙা হাবা লৈরাং [৮]মদম মাননা নোংয়াই ঐঙোন্দসু চংনিং পরেং মঙা হাও হায়না পাউমেল্লকপদা লোকখা তানা তাবনা চংনিং পরেং মরি হারকপবু নোংয়াই খুমন নিংথৌন পাউমেল্লকএ কেগে মোইরাং মনিংথৌদদি চংনিং পরেংসু চোনগা চোনলী। মথক্তা পরেং মঙাসু হাএ। নোংয়াই ঐঙোন্দদী পরেংসু কৌগা কৌই। মথক্তা পরেং মরিদসু হাএ হায়না চংনিং লিকপাল্লোয়বু লংথোক্লে। লোকখা তানা তাবনা নোংয়াই পুংদসু হাররোয়, কেগে পুঙদসু হাররোয় হায়না [৯]তোকমু লৈতং ফেন্না মালেম লৈকম তৌনা ফুম্লম্মে। অদুনোংগীবু ফুম্লেন লৈময়াইও ফুম্লেন লৈতাওসোয়ওদৌনা কৌনএ।

[১০]পুম্লেন থোন মরক্তি কেগে মোইরাং নিংথৌ য়ুমখু পোংলেন হলবনা তরারা হাপজা কৈরেল সানা হাপলম্ববু য়ব্রা থাশিরবা লাংহে কুমওলক্লবদা তরা চাকনা চাকপুল্লক লোইমোম চাকমিৎ পৎলক পুল্লক্লে। অদুনোংগীবু পুম্লেন হাপচা লৌও তৌনা থোন্নেএ। পুম্লেন থোন মরক্তী য়াইইল লৈমা খ্বাং নৌবী লেলতাক পুংথোনবী পুংতু খোংতোবী মদুনীংথৌ খুমুজম খুৎলংলোয়, খোইনাইজম সমপোৎলোই, উতোইম য়াখংলোয় পাখঙ থাংকোক চুংবুরোয়। নুরা খাম্বী তৌজেল্লোয় তরা মাইখাংগে হায়বগীদমক্তা মদাইরেম মাইমুচা খোই সানৌ সোইসেলববু সেলবী চাক্লেগুম ফবা তমলৈকেননা য়াওরৌ শতিক্লুববু ব্রাকয়ে হিকুনুংদা য়াওরৌ সায়াম হাপনা পুনা হোল্লকএ অদুনোংগীবু পুম্লেন

৬। লৌরক্লে ৭। লীক্ল অরংবা য়াইগুম্ববু শৈশকপা ৮। মতৌ ৯। লৈপাক লৈমু ১০। পুম্লেন লমগী মরক্তী

সাহোল্লম হায়দুনা থোন্নেএ। লেন্নৈ ঙানৌ তাল য়াইঙমদরবগী লেন্নৈ ঙানম শানা পুন্নে হায়বনুংগীবু, লন্নেন লমদম লমনুংশি পুন্নেন ঙাপুমসোহ্কঁও কৌনৈএ।।

## মচিন মনাও চিংলক, ঙানবা চিংজেন, ককচিং চোংচিং

নরম লন্নেন মদাইমা তোকপা য়েনখৈচিং কথোং করাং চিংবু নতৈননা সোইখন্নী ঈ নমুং। ব্রাকয়ে চিংদোন ঈ য়াওবী [১১]ঙালবা খুমু কৈওইববু মপারি তাংখু তাংহল অনিমকনা মপন ঙানবা কৈওইববু তাল্লকঙৈদা। মপল মার মখোং খুনবু থিখঙদরবগী। থিংলৌ নিংনা তেনা মোংবা মরাল য়াইদবু হব্রাইরশে হায়না ঙাংনরম্মেঃ শনৌ মচিন মনাওগী কেলোই মমিং লৌনা মচিন মনাও চিংলক হাইনা কৌখরে মপন ঙানবা কৈওইবানা লানখিএ ঙানবা চিংজেল অচনবা কৌখিএ। ঙালবা চিংজেল অচনববু কাননা চোংনা ঙানবা সোরা নচাওসু [১২]মগৈরেল। ঙানবা সোরা লাইহৎপনা [১৩]থৌবাল ইরুন্নাই তুবী কোক অনি লোংবা লাইরেল মমৈ মৈতোম্বা খানৌ [১৪]লু হনবা লুথুম্বান পোইবা, তুবী মকোক নাম্মনা ব্রাইথৌ খমপুৎ লান্না চাক্তাএ লাইরেল মকোক পাং অমনা ককচিং তোমচিং লান্না চাক্তএ। ঙানবা সোরা লাইহৎথৌবা থাংলেন মখুৎশুনা তুবী মকোক ককলে নোংপোক মাইকৈ লাননা চোংথোকখিএ। হায়বগী চোং চীং কৌখিববু কেগেতবু থি মোইরাং ব্রাংঙম হৈমন তানবনা তোমচিংও কৌনৈ,। তুবী মকোক ককএ হায়বগী ককচিংও হায়না থোন্নেএ।।

---

১১। মিনা কৈ ওনখিবা ১২। মরমদম ১৩। থৌবান লাইনা ওনবা লাইরেন মকোক অনি লোংবা ১৪। মকোক হনবা

## লাইপাই নৌরেংপাই লেংপাই লমনুংশি

নরম লম্লেন মদাইমা [১]য়োইময়াই লাইরেল তাওদলবা মশাবী তাওহুইরেং অহনবগী লাঙ্গোই মখুনেৎপা পাইথৱাই লাইপাই লমদম লমনুংশি নতৈননা, ঙালবা সোরা লাইহৎথৌববু কালনা চোং নরম লম্লেন মদাইমা লেংপাই চিংজিনও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি, ...

নহননোং কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই য়ুমখু পোংলেন হনবগীদমক মদাইরেম মদাইরেম কাইমু য়ুমগা পাম্বগা ঙানবা থাংলৌ কোয়জাগা: খুয়োল শমু নাওশা থিবগা মখোয় অহুম্মকপু শেনবী চাক্লেগুম কাবা তমলক কেননা লাঙ্গোই শমু তিক্লুও হায়না থৌশিখিববু। লাঙ্গোই শামু পুনা থিংলৌ নিংনা তেনা কেগে লৈকোয় পুং তান্না হলৱাইরকপবু কেগে খুৎনিংথৌনা নতারবগী ইদাইরেম অহুম্না লাঙ্গোই শামু তিকপবু মরান ওনতেরক্লে হায়ববু তারে। য়াংলৌ লম্মখাংদা [২]তরা চেংজেন তম [৩]নোইনু থুমজেল হাপ লেল্লে [৪]ঙাচেল তম্না য়াংলৌ লমখাংদা লমওক্লুও। হায়না পাউমেল্লবগীদমক্না শামু নাওসা থিবগী মোনু তালোই মরুম্বীগা ঙানবা থাংলৌ কোইজাগী মোমনু তালোয় মরুম্বীগা মরোং কাইমু য়ুমগা পাম্বগা ঙানবা য়াংলৌ লম্মখাংদা লমওকখিএ মরোং কাইমু য়ুমগা পাম্বগা ঙানবা থাংলৌ কোইজা অনিমক্কী লাঙ্গোই শামু পুনা সুম্বী ইৱানখোং তুবী লাইরেল পুঙদা লমওক্লরে শামু নাওসা থিবগী মোমনু তালোয় মরুম্বীনা "হে ইদু নিংথৌ মরোং কাইমু য়ুমগা পাম্বও সেল্লোই নপাতাও সাবী ইবুং মনাইদি, খুয়োল শামু নাওসা থিববু কদাইদনো হায়না পাউহংববু মরোং কাইমু য়ুমগা পাম্বনা" হো ইতা ইমোম ইবেম্মও নথংলেন সেল্লোই ইপাতাও খুয়োল শামু নাওসা থিবদি, সেলবী "নুংলাই তাঙনা ঙমপললৌরে। হায়না পাউখুম্ববু। খুয়োল শামু নাওসা থিবগী মোমনু তালোয় মরুম্বীনা" ইদুনিংথৌ সাবী ইবুং মনাইবু সেলবী নুরায় তাংনা ঙমপললিরোয়এ। লাঙ্গোই নখোয়না সাতিকপদা [৫]তাঙ্গা মরল ৱাৎপগীদমক্তা সাবী

---

১। নুমীৎ ২। চাক ৩। থুম ৪। ঙা ৫। কবোগী মনাই ৬। পৈশা

ইমাল মচাবু লাংঙ্গোই নখোয়না শা মমলগীদমক্তা সাবী ইমাল মচাবু লাঙ্গোই মখোয়না শা মমল পীরম্বা মাল্লে। হায়না শামু খোংবু থিননা মিকপখিএ। খোইনৌ মতাশিংগী শামু মরেংপাকপু পাইনা নুংশি হেনসোইনা নিক্লা হেকঙাই নুংয়েং চেংনা পাউমেল্লমমে নহননোং লাইরেননা মীকৌনা খুঞ্জালনা তেংথানবদী লেংবানবুদি নৌও কৌনএ। খোইনৌ মতাশিংগী শামু মরেং পাকপু পাইনা মসাবীবু তেংথানা মিকপ নখিরমএ হায়বগীদমকপু হৈরেম নৌরেংপাই লেংপাই লমনুংশি কৌববু কেগেতবু থিবা মোইরাং ব্রাংলৈ হৈমন তানবনা লেংপাই চিংজিলও হায়না কৌনৈএ॥০॥

## মহা চুমপিং তুমীন লমনুংশি

নহননোং [1]চকপা ়রাবা কুম উ তাহনদবা চেংলৌ মীৎনাইদববু কাংখল কাব্রং স্না কাংখলনুংদা কিয়াং মোনতেকথক্তা [2]লাংবন তৌস্না তৌরিক্লাই পাখং খোইরাবা চিনমেন নপতাওবু খুৎথাং থংমা য়ৈনা খোংঙম্ববু লৈমা হুইচিকনু তাওথোং কাইবিনা, চিনবান, "[3]তৌদ্রি খোংবা অসিবু করিনো হায়না স্না কাংখল কাংনা হাইদোকতুনা মীৎয়েং শানখৈরুববু চকপা মহারাবনা" হা কনানো পাউহংলকএ হুইচিকনু তাওতোং কাইবীনা মমিং মথা পাইনা হানা চেনখিএ মহাও কৌখিএ। লাইজা ইদা চুমপীং লাওনা তাখিয়ে চুমপীং লম নমুংও হায়না কৌখরে। তুমীন লৈখি হায়বগী তুমীন লমনুংশিও হায়নসু থেন্নৈএ।

## ব্রাইখোং লমনুংশি

| | |
|---|---|
| নরম লম্লেন মদাইমা | হৈরেমজা চিংখুলজাল |
| লাল্লুম থেলবু নতৈননা | লম্লেন মাদি মদাইমা |
| কাওরেল সলকৎ চিং | খোইয়ুম্বা লাইহা থেলেনয়াই |
| নোংপোক লময়েং চিং | পি থুপ পন্দোম চিং |

১। জুগকী ২। লাংবন থা ৩। বাশি

| | |
|---|---|
| থরোয় ললঙ চিং | মরিং পাউথোল খুলবী তাক্নচিং |
| কোরৌ অচু চিংৰাংবল | অশা চিং, খোইয়ুম্বা লাইগী ময়ুমফম |
| লাইনিংথৌ চিংঙু থাংচিং | কোয়রেল নিংথৌ মকাইফম |
| নোংপোক লমখৈ চিং | খোইয়ুম নতিক অরুববু |
| ইৰাকমনা তেংথা ঙম্লোইএ | মালবী খুদপননা পুরুমজরমগে।।০।। |

নরম লম্লেন মদাইমদি কেগে নিংথৌ [৪]উরা লাইচিংখু চিংখু তেলহৈবগী মমোল্লোয়। মোইরাং লৈমা "[৫]থোইবীনা সেনবী কবো তমদা কুমনা কাবো তম্না লৈকেননা লোইগুম লোইগাঙৈদা কেগে পোকপা সোরারেন মোইরাং লাংবুম অরিববু কসা পুক্লিং লিকীননা" নদাইরেম ঐবু খোইয়ুম নরলকুবু শারি ৰাচুম্লগে। ইশাবী ইবুং মনাই থংলেন ইমান মচা নোংয়াই লাইরবা খুমন অদোন নিংথিবা পালেম নাওয়োক হাংনা পন্থৌ লাঙ্গোল তাম্লবা মঙোন্দা নদাইরেম ঐবু নোংয়াই মঙোন্দা ৰাইথুংববু সোইদনা লনকুবীও হায়না স্নাকোনগ হুন নুপা য়াইগা চাননা থৌদু নুংমাই থক্তা শামু মখুদোলনা নম্না শারি ৰাচুমফমগী খোইয়ুম নুংসুং নদোম লৈজহল্লমখিগে।।

৪। মোইবাং নিংথৌ ১৫শুবা ৫। খম্বগী তালোয় থোইবী

নরমনা লম্লেন মদায়মদি [১]খোইমোম লাইরেম্মা নোইনু থুমওইবী, তাংজা সমপোক্তবীনা তাইবং লাঙ্গোললৈগীদমকপু। পোইরৈ খুনগং কোয়না, পিরেল লাংপক অমনা; লৌরি সেনদোয় লাননাবু তুচোং পললাক্নপবু। খোয়য়ম লাইনিংথৌ [২]লোলফু লোল্লাং নিংথৌ ৰাইপৎ ইখোম্বনা, চেক্লা থৌরৈ চিমোং খাবী পোনবী মরুপ তরুকমা চেক্লা মপাং তরেৎমক, কৌরৌ নোংলাং পানদগী; ইঙা কুমদমগে ইঙেল কুমখাইগে হায়বগী; মালং চৈরোইনা পেনমলকপদী। খোইমা নরোলনুংদা খোইমোম লাইরেম্মগা নমওক্লরে। খোইয়ুম লাইনিংথৌনা হান্না পাউহংলকএ। কনানো নংবু য়াংলৌ

১। খোইমোম লাইরেম্মা নোইনু থুমওইবী -থুমলৈমা কৌবী লাইরেম্বী ২। লোলফু লোল্লাং নিংথৌ -ঈশিং লাইগী নিংথৌ

লমথিংগনো? হরয়ববু নদাইরেম ঐদি খোইমোম লাইরেনমও। য়াংলৌ লমদম থিংগনো হায়না পাউমেনব্রাই। নরম লম্লেন মখৈ থুমওইবীনে পাউখুম্নবদা ইমোম খোইমোম লাইরেলমও য়াংলৌ লমজাও থিংগনো হাইনা পাউমেনব্রাই। নরম লম্লেন মখৈ নোইনু থুমওইফমবু নতৈননা নরম লম্লেন মদাইমদি চেপপী ব্রায়াখোং ব্রাইখোং লমনুংশি কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হায়রবদা।

[৩]নহন নোং কেগে নিংথৌ অকোংজাম্বনা পলেম মমা থোয়য়া থোইদিংজম নিঙোনবীগী কোংয়াং অউল ব্রাহোংগে, [৪]ইশল কাওরেল লাংনুবী অসিনা খোয়য়ম থংজিং লাইদা কৎকে হায়না ব্রাতনববু [৫]নাতারবগী নোংবান নাপুববু ঙাইরোয়ননা হুয়েন লনচেল্লকওঁেদা চেক্লা পোম্বী চিংচারোই অমুববু কেগেনা নাচোলবীও কৌনৈএ। য়াম্লববু ব্রয়াবও কৌএ। চেনরী ব্রায়ামরে অদু নোংগীবু পোম্বী চেকয়াম ব্রায়াববু ঙাইলোইননা হুয়েন লজেনলকওঁেদা লাইজা ঈশিংদা তারে অদুনোংগীবু ব্রায়া খোং ব্রাইখোং লমনুংশি তুম্বা লম নমুং হায়না কৌনৈএ॥

---

৩। ফৌওইবী অকোংজামবা হায়না খংনরিবা খম্বা থোইবী লাংওনবা অকোংজাম্বগী পলেম মমা থোইয়া থোইদিংজম নিংঙোনবীদা উনখিবা ব্রাপুং অসি হৌজিক হৌজিক ব্রাহোংলি। ৪। হার্য়বিবা ব্রা অসি হোংবা হাক্তক কাওরেল লংলুবী ঙাংবা নিংথি পামহৈবা অসি লৈবে। ৫। ঙাংবা নিংথি পামহৈবগী মমা লংনুম্বী অসিবু অকোংজাম্বনা থাংজিং লাইদা কৎকে হায়না থৌরাংবদা নোংবান নাপুবনা কনখি মতম অসিদা মমাংদা য়াওখিবা লোক্তাক ব্রাংবরেল হায়বা মীংথোনশু থোনখিবনি।

## তলাং

নহনোং [১]লোইবী হাওতলাং তালাংই সোইকুমাবগা, কেগে মোইরাং নিংথৌ অনান ঙান্বানা লোইবী অনান নারুববু, [২]মরল ওনতেপবু লমওকনরে। অনান নিংথৌনা তা লংবদা তলা তলাং কৌরমএ। অদুনোংগীবু অনান নিংথৌ লাংবও কৌখরে।

## নোংয়াই খোং

নরম লম্লেন মদায়মদি, হৈরেম অথৌবনা নোংয়াই [৩]লম্লোকঙৈদা হৈরেম ইখুঞ্জানা নিননা তানবা, খুঞ্জান ইসুনা কৌনা তানবা খোংবু খোংদৌরমগে হায়না খোংদৌরমমে। অদুনোংগীবু হৈরেম নোংয়াই খোংও হায়না কৌখিএ॥০॥

## মোন্দুম

নহনোং কেগে মোইরাং নিংথৌ য়ুমখু [৪]পোংলেন হানবনাসেলবী কবোনঙৈদা ৱাকয়ৈ হিকুনুংদা মোল্লং মঙৈ খাংবু লাইজ ঈশিংদা তুম্লববু পুখৎলকএ অদুনোংগীবু মোনতুম মোন্দুন কৌনৈএ॥০॥

## খাঙপল

ময়ুম সেনবী কবোনা কেগে চাওবা পুংবু লোংনা হলনা তাকথোক্লক্লে। মোইরাং লাল্লোই মপুং ফাবনা সেনবী কবো খাঙনবা খুমু নৌলোং মখুৎসু তেৎনী য়োৎপল য়োংবনা মলেম লৈগা থোইনা সেলবী কবো খংনববু থোল্লমএ অদু নোংগীবু খাঙপলও কৌনৈএ॥০॥

---

১। চিংগী হাও সোকম্নবা ২। মরাল ওনতেরকপবু ময়ুম হল্লকপবু ৩। লম্লোকঙৈদা লমলৌশিনঙৈদা ৪। য়ুমখু পোংলেন হনবা অসি মোইরাং নাইফ ৱাঙম থবনি। মখাদা মোপ্তুম মোন্দুম লমথোন্দা য়াওরিবা মিশক অসিনি

## মোইরৌ

ঙাংঙোই য়ুমখু পোংলেন হনবনা হাওসি ঙমগচিং কেগে পুম্নাহুপ্না পামেল উবু য়ুংলম্মে হায়বগীবু মোইরৌ কোলতা কৌনৈএ।।০।।

## সারিক

নহনোং কেগে খুৎনিংথৌ য়ুমখু পোংলেন হনবনা ইদাইরেম মরোং কাইমু য়ুমগা পাম্বাও ঙানবা থাংলৌ কোইজগা, খুয়োল সমু নাতসা থিবগা সেল্লোয় নপাতাও অহুম্না সেলবী চকলৈকুমগা পাদম লৈকেননা লাঙ্গোই শামু তিক্লও হায়না পাউমেনঙৈদা, নিংথৌ কোল মপাউপুনা সেনবী চাক্লে কুম্না লাঙ্গোইসা তিক্লুববু লংগোই মাংদা হোইনা কারাকঙৈদা [৫]কাওবা য়াইরক শৈয়েং পোংগা য়াইচল্লমমে। লাংগোই সমু থাওনা লেক্লমমে 'সালেকুও সালিকু সরাক হায়না কৌনৈএ। সারিক মোল মরক্তি নদাইরেম্না তেংথা ঙল্লোইএ। হয়েং কুংলৈ লাথুপ অপিসনা তেংথারসনো।।০।।

---

৫। কাওবা য়াইরেক শৈয়েং শেংগা য়াইচল্লম্মে, শামুশিংবু পুন্দুনা অহিং ফাইদুনা য়াইরেক্লম্মে।

## হিয়াংথাং লোক্তু

নদায়রেম ইব্রাকমদি কেগে কংলৈ পুংদা পাংনা খোয়য়ুম হৈনা মতুংইন্না কংলৈ লমথোন সৈবু সককৎচরক্কে। নহনোং কেগে মোইরাং নিংথৌ [১]মদায়রেম লকখা মরমলম্ব থোংঙাই য়াংখুবনা লোকখালোয় থৌরুঙৈদা; [২]লোকখা মনিংথৌ য়েনবদী য়াওরৌ সপাল্লোকখিবদগী লৈঙমদরে মরৈ মপী [৩]সন্দেংঙাইনুবীদি লৈরমএ। লম্বু থোংঙাই য়াংখুবনা ইমোম লোকখা মরৈমবী সন্দেংঙাইনুবীও! সেল্লোয় ইপাতাও লোখা

---

১। মোইরাং নিংথৌগী মনাইগী লোইথৌবা চৎপদা ২। লোকখা তানা তাবা নিংথৌ

৩। লোকখা নিংথৌগী নুপী

নিংথৌ য়েলাংবদী কদাইনো হায়না পাউহংববু? নপাতাও লোকখা নিংথৌ [৪]য়াওরৌ সাপোল্লোক চাকমোম উমখাই তাললিএ হায়না পাউখুমখিএ।

অদুনুংগীদি সেল্লোয় ইপাতাও ঙাইনবা অব্রা পোৎথাখিগে হায়না লোকখা মরৈমবিনা ফক্লোং চরৈ থানা অব্রা পোখারে। লোকখা মরৈমবী পাইমা পুক্লিং নুংওনবীনা লম্বু থোংঙাই য়াংখুববু চেংলৌ শকফম সাকওইবু চিংনা য়েং [৫]যুমাং লাগুম চিংনানিং [৬]য়ুতুং লৈকু থিৎনা লিঙলবগী পাউহোমজরকই, ইকায় ইকি ব্রাংমা লান নুংশি ব্রখলনা ইকাই ফীরুপ হাংদোকনা। ইদু নিংথৌ লম্বু লম্বু থোংঙই য়াংখুবও শাবী নংবু উবদা নুরা নুপী ওইবী ঐহাক্তী অপাম পুক্লিং চংলুরে, শিংলেন লৈপুম অমত্তবু শেৎথবীরমও! লৈরাং লৈকা অমক্তবু খায়বিরমমো, নুপী নুরা ওইবীগী অপাম পুক্লিং নুংঙোনববু লৈরাং মদমচিনবীও নুংশি মদম শাৎপীও।।

অসি ব্রাসি হায়দুনা লোকখা মরৈমবী পাউথেম্ববু। লম্বু থোংঙাই য়াইখুবনা থব্রাই মিরেন পায়না পাউখুমলকএ।

করি ব্রানো লোকখ মরৈমবী লৈমও। সেলোয় ইপাতাও লোকখা নিংথৌ য়েলাংবগী থব্রায় মিরেলদদি ঐনদি মিনম্লল্লোইএ হায়না পাউমেল্লবদা লোকখা মরৈমবিদি তাংজা ইকায় থোইনরবগী, ইদু নিংথৌ লম্বু থোংঙাই য়াংখুবা অসিবু অমন খল্লে কুমহল্লগে হায়না [৭]নব্রা খোইরী অখাববু হাওতৈ অয়াকপদা তিঙদুনা" ইদু নিংথৌ লম্বু থোংঙাই য়াংখুবনা কোলোয় ইয়াথং ইনবীদরবদি নুজা শমু মেললোং ইখুদোল ব্রাংলৈ খিলি খাংতপ অমত্তদি থকনখিও। হায়না ব্রাংলৈ যুবু পীরে। লম্বু থোংঙাই থাংখুবনা নুপী পুক্লিং খংলবগী অসি ব্রাদি হায়না পাওখুমজরকএ" সেলোয় ইপাতাও লোকখা নিংথৌ য়েলাংবসু য়াওদনদি ব্রাংলৈ যুবু থক্লোয়এ। হায়না [৮]খিলি খাংতপ খোম্বু লিশিললে। হৌরেল সেলোয় ইপাতাও লোকখা নিংথৌ য়েলাংবনা য়াওরৌ সপাল লোকপবু মরল ওনদেরক্লবদা পাথৌও লম্বু থোংঙাই য়াংখুবও। লাক্লীবরা হায়না পাউহংলবগী।

---

৪। শা লৈবা লোক্তা শা তানবা চৎখিএ ৫। মপুচেল সেপনা য়েং ৬। মবুকচেল চংনা নিংদুনা ৭। নব্রা খোইরি অখাবা অঙাংগী খোইরী অখাবগুম্বা যুদা হু ওনবা পোৎসক ৮। যু খাংতপ হৈবা গ্লাসপু থমজিল্লে

হো ইসেললোই ইপাতাও নিংথৌ মপাও পুনা লোকখা নঙোন্দা লোইথৌববু লাক্লিএ। হায়না পাউদমলবদা।" ফরে পাথৌও হায়না পাউমেল্লবদা লম্বু থোংঙাই য়াংখুবনা সেললোয় ইপাতাও লোকখা নিংথৌ য়েল্লাংবও। [১]অৱা ইসোইল ঙৈনে ৱাংলৈ ইয়ু অসিবু থকখিও। হায়না পীথকপবু লোকখা নিংথৌ য়েল্লাংবদি [২]অমল খম্লে কুমগে তৌরক্লবদা লোকখা মরৈমবি সদেংঙাহনুবীনা কংলৈ মাশুমাংদা লেপনা লোকখা তানা তাবও লম্বু থোংঙাই থাংখুবনা, লোকখা নিংথৌবু য়ৈনরবগী অমন খম্লে কুম্লে। হায়না পাউমেনথোক্লবদা, লোই হাওয়াম পুমনা হৌ তিমেন খুৎতা পাইনা পাই থাংলেন খেয়াং থাংনা লম্বু থোংঙাই য়াংখববু কোয়তান তান্নরক্লে। লম্বু থোংঙাই য়াং খুবদি য়াংখুবদি অচেন খোংলৈ য়াংনা চেল্লবদা [৩]থারৈলেম লৈরাই, তুরেল মোংবা তুশাং লৈনা লৈ, লম্বু থোংঙাই য়াংখুবগী য়াইবী থৱায়বু [৪]লাঙ্গোলবীগে হায়বগী হিয়াং হিরেল ওইনা থাংঙম্মে। কোরৌ অসিনোংদগী লমদম লম্লেন মদাইমা হিয়াংথাংও কৌখিএ। লম্বু থোংঙাই য়াংখুবনা ৱাকয়ৈ হিনুংদা তোংদুনা লাইজা ঈশিংবু ইরাল্লকখিএ, থৱাই মীরেলবু লোক্লে লোক্কুও হায়না থোননৈএ।।০।

## মোনতুম মোন্দুম লমনুংশি

নরম লম্লেন মদাইমদি, পুগ পুনু করামচা মিপাংদা ঙম্বা চিংলেনয়াইনে

লোকখা নিংথৌ মরমশাং নোংবান খোইদোম অহলবু থাৱাই লাংগোন পুংবু কান্নাচোং নতৈননা ইথাই কাইরেম্বা ময়ুমফম মমোম লৈমা লাইহোঙনুনা

য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা মচিংলেন ৱাঙনু লৈমা লাইজাও থেলনে

চিংঙু নহিশং খোইয়ুম নঙাইলোই, লাই পাখং য়োমলৈহৌ লাইনুরা য়োমদাংসাং তাইবং নমু পোংগীদি স্না কুম্মে চাওথোক মথোই তোংববু নোংদন্নরবা মকাইফম লমদম লম্লেন থেলেনয়াইদি নদাইরেম ইৱাকমনা কংলৈ তেংথা ঙম্লোয়এ তয়ম ইৱাকমনা

---

১। অৱা পোৎথারিঙৈনে ২। শিগে তৌরবদা ৩। লৈরাই লাইনা ৪। কনবীগে হায়বগীদমক

মালবী খুদপনা মুকমু লৈতোন কোন্না খুরুমজরমগে। তয়ম ইব্রাকমদি নোংবান খোইদোম অহনবা, লব্রাং মালতোম অতোম্বা শানৌ মচিন মনাও অনিনা কেগে কংলৈ পাংনা কংলৈ লমথোন সককৎলকপবু খোইয়ম হৈনা মতুং ইলনা ইব্রাকমা ঐসুং সককচরককে। [১]থব্রাই পল্লীৎখিদে, [২]মিরেল পনচোংখিদে [৩]থারৈরমদা তাখিদে [৪]লৈম্লৈরমদা তাখিদে ইব্রাকমনা [৫]সা চিংনা চিং লোকয়ে হেকঙাই মপাউ চাউনা খম্লীং মিকৌখৎচরক্কে। ইব্রাকমদি নাপ্পা চিকনা, কংলৈ নতিক অরুববু, খোইয়ম য়াইখংনা সানম তপ্তা স্না ঙৈথোম্নবা থাঙয়ৌ মেলনা সৈওনববু নদাইরেম তয়ম ইব্রাকমদি কংলৈ তেংথা ঙম্লোয়এ। মালবী খুদপনা পুরুমজরমগে। নোংবান খোইদোম অহনবা লুব্রাং মালতোম অতোনবা অনিনা কংলৈ লমথোল সককৎলকএ। চিংখোং কোয়বা নাওনা মকোয়শিল্লকএ। লুব্রাং নহা য়াওশা তানবনা মতানখৎলকএ। খোইয়ম হৈনা মতুং ইননা নদাইরেম তয়ম ইব্রাকমনা কংলৈ তেংথা ঙম্লোয়এ।

নরম লম্লেন মদাইমা চিংব্রাংলোক কালনা লম তমব্রাংলোক তানা লম। মতু খোইবা তানলম কেগে মোইরাং নিংথৌ [৬]ইথাই কাইরেম্বা মনোংয়াই, নোংবান হোংখু য়াংবা কাননা লম। লাইসোল পাৎলেন কোনবু নতৈননা নরম কংলৈ মদাইমদি মোলতুমও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি নহননোং য়োইবু খোইমোম লাইরৈম, সেন্দ্রা অয়াংফবীনা ইথাই পুলেন চিংদা [৭]ইনফৈ লাকমাই লংশোনবী। হা কেন্দাইলাকপীনা [৮]ফিবুন লুদা থোং [৯]ফক্লোং নাক্তা য়েপতুনা লাইজা ইরাল্লকপবু লাইজা মঙাও হৌ [১০]মোল্লাং তলবা খুয়াও ঙমজাও হলবনা লাইজা ইরোননুংদা শামু খুৎ নানথোক্লবগী ফিবুন লুদা থোংববু লাইজা ইতাওথোক্লে। মপুগী মনাই মোইরাং নাইফা নহা ব্রাঙম থাবদা পাউমেলখিএ" সাবী ইবুং মনাই মোইরাং লাইফনহা ব্রাঙম থাবও, নুজা ফিবুন ইরু লুথোংগা খেলুক নাক্তা থক্ক লাইজা মঙাও হৌবনা তাওথখরে। সিকনাং কৌলোং

---

১। থব্রাই হুন্দোকচরোই ২। মীরেল লিৎচরোস ৩। অরেম্বদা তাখিদে ৪। ঈশিংলমদা তাখিদে ৫। থব্রায় মীরেলবু চিংখৎনা ৬। মোইরাং নিংথৌ ২২শুবা নিংথৌ ৭। ইনবু ফৈনা থাদুনা শোল্লম্বা ৮। ফি মপুন কোক্তা থোংনা ৯। কোনসিনবা ফকনানকন্দা য়ৈপপা ১০। মোন কোল্লগা পম্বদ ব্রাবা

সানালাইজা ইরেল নুংদগী লৌখৎপীও! হায়না নুপী খোঞ্জেল অপিকপনা চিকনা পাওমেপ্পকএ। অদুনোংগীবু লম্লেন মদাইমা চেক্লাওবীও কৌনএ। লাইফা নহা ৱাঙম থাবনা সিক্লাং কৌলোংসুনা নুজা ফিবুন মরু থোংগা খেল্লুক নাক্তা থাবগা কৌলোং মখুৎসুনা লৈরাই চংদোল থক্তা চিংখৎপবু মোল্লাং মাগী মঙৈখাংবু [১১]তুম্লে মোন তুম মোন্দুম লমনুংশি হায়না কৌনৈএ॥

১১। ঈশিংদা তাদুনা চোৎপা লুপ্পা তুম্বা

## ইথৈ

নরম লম্লেন মদায়মা ইথৈ পুনম চিং; সেকৱা তন্দলপোক। নুমিৎ অয়ম্বনা পাল্লিৱায় থাবী অরেম্বনা ঙাল্লিৱায়বু তেংথাজরককে। নহনোং য়োয়বু সেন্দর অয়াংফবিনা ইনফুই মাইরং সোন। হংগেন তৌখং লাকপদা, মালং মথিনাই খমগোল মঙাও হৌনা ইনফুই স্না নাম্মবু হুমদোক্লে। কেগে মোইরাং লাইফ নহা ৱাঙম থাবনা খুগা মৌবী উঙাম অনিমক থাববু চেংলৌ মিৎ থিৎলবগী" সাবী ইবুং মনাই মোইরাং নাইফ নহা ৱাঙম থাবও, ৱাকয়ে হিবু থৈজিনবীরকও! নসানৌ ঐগী হংজেন স্না নাম্মাবু মলংবনা হুমদোকপসিবু [১]খুদোপ ঙৈজা য়েকপা মোনথুপ লৈনবীও! হায়না পাউকৌজববু সানৌ য়োইবুনাই পেম্মও! খুগা লাইজা ইনা কনবনা মৌবী উঙাম থৈঙমদরে হায়না পাউখুল্লমএ। য়োইবুনাই অয়াংফবিনা নুংশি হিক হায়না মিকপহৌএ। সাবী ইবুং মনাই মোইরাং নাইফ নহা ৱাঙম থাবও ঐবু করম লাইরম থৈরম্বনো হায়না শোল্লমএ অদুনোংগীবু ইথৈও লমনুংশি কৌনৈ।

১। ইনগী খোংজিদা ইল্লীনা লেংশিন্দুনা হুকচিনবীরম্মো

## ইথৈ ইথাই

ইথৈ থোল মরক্তী নহননোং [২]য়োইবু খোইমোম ফৌওইবীনা, মোইরাং নিংথৌ অকোংজাম্ববু [৩]তোপনা হুলাল্লকঙৈদা খোইনৌ মতারোয় লুপকা লোয়ননা লাইজা ইরানসে হায়না [৪]সংলৌ থৌরাংলে। সানৌ খোয়নৌ ইতা শজি [৫]'খোংখু কুলাও' লাইজা অসি ইতম্মো হায়না পাউমেল্লে, য়াওরৌ সা মতেংসি খোংকুলানা লাইজা ইতম্ববু য়াওরৌ মরৌ চাওনা লাইজা অরুববুদী অসুকপা কৌএ। অথেলববুদি অপাবা কৌএ। হায়শিন্দুনা লাইজা অরুবা অসুকপবু অপবনে হায়এ। লাইজ অপাববুদি অসুকপনে হায়না য়াওরৌ খুরু খুদপননা লাইজা অহকপবুদি অপাবনে হায়না য়াওরৌ খুদোল কাংনা পাউ তাক্লবগী, য়াওরৌ চিনগোয় ময়াথংগী লাইজা অসুকপালক্তা ইরাল্লক্কে হায়বগী য়াওরৌ সা মকোয় [৬]তুরেল মিথাংকোন; তুবান কাংখিন য়েননাও খোইরেন থাংনা ব্রাকয়ে হিগা ওই [৭]পোম্বী ব্রাইরং চেকমাকপা পানচুম্বী খম্বী খোংসিনবীনা তোংজেং হিনাও শা [৮]কৌদ্রাং কোননা খুমু নৌরেন ওই লাইজা ইরাল্লকপবু লাইজা ইয়াই য়ৌরক্লগা ব্রাকয়ে মাগী মখনেৎতি হিউপলে। খোইমোম লাই মাদি লাইজা ঈশিংদা লুপখিববু লাইজা ইরোননুংদগী[৯] নিংথৌ ব্রাংবা সল, লৌব্রায় মাল সারিক মখোং তরুক মশা অনিগনা পানবনা খোইমোম লায়রেম্মবু থিক্লেন থাদা পমনা লাইজা ইরোননুংদগী পুখৎলকএ। [১০]ককলা ব্রাংমা তাবী মনাও তোলবী থিংগুয়েননা লম্নালামনা ওক্লম্মে। য়োইবু খোইমোম ফৌওইবিনা" খোইনৌ ইতা ককলা ব্রাংমা তাবীও হয়েং থাংয়ি খোংলোইননা লোইমোম খোংদিন্নমা লৌরি শেন্দোইনুংদসু পানমীন্নশে। খোইনৌ ইতা খম্বী খোংশুবী নংদী হয়েং থাংয়ি ঐনা লোইমোম চিরোং পৈরবগা ইতিন ইকাং মাবু মঞ্জারাও! খোইনৌ ইতা নব্রা খোইরেন থাংও তুপান

---

২। ফৌওইবী লাইরেম্বী ৩। মোইরাং অকোংজাম্ববু হায়নখিবা মতুং ইন্না ফৌওইবিনা উনবা লাকপদা অকোংজাম্বগী নুপীনা থিনা ঙাংদুনা তাম্বোক্লবদা ৪। মনা মশিং থৌরাংলে ৫। শজি ৬। য়েন্না হৈগক ৭। উচেক খম্ব্রাংচাক ৮। কৌদ্রাংখোক্লা ৯। নাওসেকনা ১০। ককলা পাম্বী

কাংখিন য়েনও তুরেন মৈথাং কোনও! নংদী হয়েং তাইবং নমু মিনা [১]থুম্নৌ হেনসোইনরবদা য়েন্না-ও লাহেক্লবদা তরা চাক ইনসনো। [২]চান্নৌ লুকপান থক্পা লমওক্লসে। খোইনৌ ইতা সা সাজি খোং কুলা নংদি হয়েং থাংয়ী ঐনা ইয়াই কারবগা থাংয়ি নমাবু তংলবদি [৩]কোরৌ নোংনা য়েং মালেম লৈনা খঙসনো। ঐবু লাইমন থাইমন হল্লে হাইরমএ। অদুনোংগীবু ইথাই লমদম লমনুংশি হায়না শৈথানৈএ।

ইথাই খোল মরক্তী ইথৈ পুনমচিং সেকব্রা তন্দনপোক মনাই তাবা ইয়াই পনচললম। নুমিৎ অরেম্বনা পাল্লিব্রাই থাবি অরেম্বনা ওংলিব্রাই। খোইদোম অহনবনা সিত্তক্লম লৈমা লাইচিংখোইনু মকাইফম্বু তানা খনবা লাইনিংথৌ লাইনিংথৌ। চিংঙু নংবু তাথিবীগনো অরাই লাংবীগনো কাওরেল সলথৌ লাবা খলইননবীগনো। নমু পোংথৌ য়াংখলমুক্লবীগনো। নদাইরেম ইব্রাকমদি কাওরোইখোং ইননা নিললোই চিংঙু লাপপা য়েং চিংঙু নাদম লৌনা স্না কোনগা চন, লুপা য়াইগা চলনা খুরুমজমগে। হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথারসনো॥০॥

## হাওতক সলবল য়াও

চিংঙু নংবু নদোম লৈজহল্লমলগা তয়ম ইব্রাকমনা খোইয়ুম হৈনা মতুং ইন্না কংলৈ লমথোন শৈবু শককৎলক্কে। পালেম মমা লিক্লাবীচা নোংদমনু, পাইমা স্না লীঙগোলনুংগী নোংবান খোইদোম অহনবা, লুব্রাং মালতোম অতোনবা, চিংখোং কোইবা নাও লুব্রাং নহা য়াওশা তানবা, মচিন মনাও মরিমক্তী খুগা লাইজা ইরম ইন্না কংলৈ লমথোন শৈবু শক কৎলকএ।

লোইবী হাওখা তানদা, লোকখা খঙনদববু, মোইরাং নিংথৌ অঙম্বনা লোকখা [৪]মপোং তাক্লা পনথেংলে। হায়বগী হাওতক কৌনএ। কাওরেল মসলচাবু [৫]চিংশোং

---

১। শিংজু শুদুনা চাক চংবা ২। ফৌওইবীনা চাক ওল্লগা লাগী মথক্তা শিংজু মনা মশিংগা মাবু কনবীরকখিবসিং মতাশিংগা থেংনশি ৩। সজীবু ফৌ পাম্বী ফরকলগা চারবদি নুমীৎ মানা খঙসনো হায়না সাপ তৌরম্বা ৪। খুল থুংনা ৫। চিংগী অশোংবদা ফকনা লোনসিন্দুনা উনা য়ুংদুনা খাবা

য়াইফকনা লোননা পামেল লেপতম য়ুংনা কাওরেল সনগোন সেম্লমএ হায়বগীবু হাওতক সলপলয়াও হাওতক সলবল য়াও হায়না কেগেনা শৈশকনা মোইরাংনা শৈথানয়ে।।০।।

## চাইরেন তরাখঙ হৈয়াইপোক

| | |
|---|---|
| খুগা লৈতালপোক | অরেংকাইবা লেংকাইবা |
| লেংনা কৌবা উমৈলম | লাইতোংবনা সনচিংলম |
| খুগাবনা লাইহৌফম | চকপী লাইশল থানবীও |
| কাওচৎ মলচৎলম | চাইরেন তরা খঙ হৈয়াইপোক্।। |

নহননোং হায়ঙৈদা চাইরেন নিংথৌ য়াওফুলাকপগী মমোল্লোয়। লাইজা লৈমা লাইসলথাবীবু লোক খা নিংথৌ য়েল্লাংবদা [১]কাওচৎনৈএ। মমোমগীদমকপু কাওরেল সলবুম ১০০/তয়ুম মনাই ১০০/ [২]মুকফি লাইয়ি ১০০/সেললি সেঞ্জাও ১০০/ পুখম নাতি ১০০/ [৩]তওৎ তমং ১০০/সিংদু সিংগাই ১০০/মশিং ১০০/১০০ না খুজিং ওই লনউল্লকপবু মপনগী অউনপোৎ পুম্নমকনা [৪]লেংনা কায়না চৎলম্মে। অদুনোংগীবু অলেং কাইবা লেংকায়বা লেংনা কৌবা উমৈরম লোইতোংবনা সনচিংলম খুগাবনা লাইহৌলম, কাওরেন মশঞ্জাগী পাইমা পীবুকনুংদা খোইয়ুম [৫]য়ুদায় লাই অয়াংবনা চঙলে। হায়বগীবু খুগাবনা লাইহৌলম হায়না খঙনৈএ।

অউনপোৎ অউননাইশিংবু খোইয়ুম লাই মানা কাওরেনসিংগী পীবুকুংদা চংলবগী, মানা মনা লেংনা কাইনা চৎপবু নিংবা পুক্লিং হুনা চঙএ। অদুনোংগীবু চাঙপীও চকপী কৌখিএ। নোংবান লাইয়া লৈমা লাইসল থানবীনা চিংঙু মাগা মনুং থোং কাবা লৌনা লৈনবা, খোইয়ুম য়ুতাও লাই অয়াম্বনা কাওরেন সনগী পীবুকনুংদা হেল থুল্লীববু চেংলৌ মমিৎ সেপনা সেপনা য়েংনা থাল্লী হায়বগী লাইসল থালবী হায়না কৌখিএ।

---

১। থাজৈএ ২। হাওফিগুম্বা ফি মখন ৩। অরোং অরুন ৪। পরেং শান চৎলম্মে ৫। লমলক ইরক্তা চৎপা লাই

খোইয়ুম য়ুতাও লাই অয়াংবনা লাইরৈমা লাইশল থানবীবু অহিং ইনুং শোইয়াইমদা হুদুনবু পুখিএ। লোকখা নিংথৌ য়েলাংবনা ইমান নিংথৌ চাইরেল য়াওফুলাকপা মরলউলবু মমোম লাইজা লৈমা লাইসল থালবীবু লৈতরবগী, কৈদৌনশিবনো হায়দুনা অওং অউল পুম্বা [৬]থৌদু অরেপপা চেংজা অখিলববু ওইরো হায়না চৈরমএ। অদুনোংগীবু থৌদু অরেপ্পা চেংজা অখিলববু ওইখিএ। হায়বনুংগীবু লোকখা নিংথৌ য়েল্লাংবা কাওচৎ মালচৎলমও হায়না কৌখিএ।

চাইরেন নিংথৌ য়াওফুলাকপনা মমোম হৈয়াইনুবী লৈমা লাইসল থানবীবু। চিংঙু লৈরক শাথৌবা খোংবান লময়ানবনা পুখিরে। মপন পন্থৌ মপা য়াওফুলাকপনা ঙরাং কোরৌ নুমীদাংগী মখৈ ইমোম লৈমা হৈয়াইনুবু চেংলৌ মশক উরক্তরে। মাইকৈ কদোমদাবু [৭]তুচোং পল্লানখিবনো, ইমোমগী মশক উদরিবা মখৈ [৮]তরা খুৎকুন অমৎতাবু হুকখিরোয়। লাইজা চিনখুন অমৎতবু য়েংহিরোয়। হায়না অহিং ইনুং অমবু চাইরেন পুম্না হুপ মৈবুন খুৎতা পাইদুনা ইরোক লাইচম লোইচিং চাওনা পোমকেনন থিববু

৬। নুং ওল্লো হায়না ওনখিবা ৭। করমদ চোংথোকতুনা চৎখিবনো ৮। চাক অমৎতা চাখিরোয

থিখঙদরবগী [১]লেলখা অমগীদা হেকঙাই মপাউ চাওনা" ইমোম লৈমবু চিংঙু লৈরক শাথৌবা খোংবান লময়ানবা করম্বনা পুরবনো হায়না মীকপ্লে। কোরৌ নোংবুম ১০ নি শুরবদা খোইনৌ মতা তরুকনা [২]চনা লাংখোং লিৎনা পোম্বী ৱাশোয় পোলগুম থিরকপবু [৩]খোইমা নরোননুংদা [৪]খোইমোম লাইচাক চাদুনা তাইবং মিরোল থোক্তুনা লৈরম্মে। খোইনৌ মতা তরুকমক্লা ঙকথি লুপ্লাং কোন খজাই লেং লৈনা চুপতুনা খোইনৌ ইতাও পোম্বী মসুং তম্মা নদোম য়াঙ্গোয় ঙম্বনো হায়নাতরা মখোয়গী চাকয়োম্লকপা কংলৈ খোমহল্লকপবু থোক্তুনা ৱাংলৈ চিন খুমীন্নরে। তরা চায়োম অরেম্বদি খোইমা নরোননুংদা চাইথোক্লে। কোরৌ নোংবুম তরানি শুবদা মতাশিংনা খঙলুইএ অদুনোংগীবু চাইরেন ১০ খঙও লৱাই পোনবী খোকচাৱাইদা চাইরেন তরা

১। লল্লোমখাক অমদা ২। লাংজে লাঙ্গং লিৎনা ৩। নারক মোংশোং মনুংদা ৪। লাইগী চিঞ্জাক চাদুনা।

খঙও হায়না তৌনা কৌনএ লৈমা হৈয়াইনু খোইয়ুম লাই ওইখরবীবু অমুক নৌনা পোকএ হায়বগীবু হে য়াইপোক লমনুংশি চাইরেন তরা খঙ হৈয়াইপোক লম্লেন লমনুংশি কেগেতবু থি মোইরাং হৈরাং তানবনা শৈশক শৈথানৈএ।।০।।

## খুমুজাম্বা ময়ুমফম

কেগেগীদি মরোংলৌ
লৌবা মঙখংলেনবু নাতৈননা
খুগা লাইজ ইৱাংমবু লান্না
ঙাইরোং কোঞ্জিনসু কাননা চোং
সন্ধোং মপু মনা লুপুবনা সতনথেংৱাই
নসি তাওবা সন্ধোং লাংবুম অরিবা ৱাতেম্বা
সারেল মিসুম লাংবুম হৈবা
চিংঙু নতিক অচৌবা
সনমচিংঙুলমদা স্নানা ঙৈথোম্না
তেংথা ঙম্লোয়এ।।
নরম লম্লেন মদাইমা
খোইয়ম সন্ধোং মোরিবা
কোরৌনা পীদোননা ৱাংবা নানুং লাইবীগনো
ইৱাকমা পাইমা শিল্লেলোম্বনা

অচা চাদলৌ
সারুং মাইবা মংখংসোইবু কান্না চোং
খোইঙৌ চিংজিন কাননা চোং
খোইমোম মোরিবা চিংঙু অথৌবা
খাইজেং অহলবা সলগা থোং পুংমৈফম্বা
খুৎই লৈরুম নারি চৈসু লানসুননা
লাল্লোই মঙৈথোংবু য়েলহৈবা খোইয়ুম
খোইয়ুম নংগী নয়াই খঙনা
পাথাং য়ৌরৈ মেননা সৈগুনববু
খোইয়ুম নাপ্পা য়েংচিংঙু নাদম খন্না
লোকসুপাল লোকচাও তানা খনবা
মপারি চিংঙু অহলবও
মালবী খুদপনা পুরুমজরমগে।।

নহননোং [১]লংবা য়াখল্লোই তরেৎনা কংলৈ লমজাও কোইনা খুনথিরকপদা নোংবান খুমুজাম্বা লমওক্লরে। নোংবান ময়ুম নাক্তা নোংফাইরে য়াইরেক লমদল্লে। নোংবান খুমুজাম্বনা লুক্লেনবম নহা সারেল সাহাৎপদা হাওতৈ অয়াকপা য়ুরাই অথুম্ববু য়ুরাই

---
১। লাই ২।

ফালহল্লবদা খোইয়ুম উনবী পুক্লিং পেলহল্লবদা। খোইয়ুম লংবা য়াখল্লোয় তরেৎমক্লা হায়রকএ” নোংবান খুমুজাম্বও, খোয়ম ঐখোয় তরেৎমপু চিংঙু অপিকপা খোইয়ুম অখুববু নত্তে। লংবা য়াখল্লোয়, তরেৎমক্তি ঐখোয়নে। হায়না পাউমেল্লবদা নোংবান খুমুজাম্বা মহাক্তী [২]পাইমা পুক্লিং অকি চংনা [৩]তেকপী অনৌবা ওকফাং হাৎ [৪]কাইরে অনৌবা য়েনফাং তুনা খোইয়ুম মখোয় তরেৎমকপু [৫]অমরক হন্না ইরাৎহৌএ। খোইয়ুম মখোইদী [৬]মথি নাই চিংঙু মরাই লাংনা পাউমেল্লকএ।” খুমুজাম্বও খোইয়ুম ঐখোয়বু তরা চাকহোংঙো, ৱাংলৈ য়ুহোংঙো, সারেল সাহোংঙো হায়না পাউমেনববু, নোংবান খুমুজাম্বনা সরেল সহাপননা ৱাংলৈ খাংতপ হালহলনা সহোং য়ুহোংঙে। কোরৌ নুমীৎ অমদসু শারেল শাহোংঙো য়ুহোংঙো হায়না পাউমেনববু অমুরকসু সহোং য়ুহোংঙে তেকপী ওকয়াম তু কাইরে য়েনফাংদুনা সারেল সাহোংববু কোরৌ নোংবুম তরানি শুরক্লবদা লংবা য়খল্লোই তরেৎমকনা পাউহংলকএ” নোংবান খুমুজাম্বও সারেল সাহোংবা ৱাংলৈ য়ুহোংববু ৱাৎলবরা?-“নদাইরেম ঐগী ৱাংলৈ ইয়ু য়াম্না লৈএ লৈএ সারেল মাসু ৱাৎতরিএ।।, লংবা য়াখল্লোয় তরেৎমকপু সারেল সাহোংবা ৱাংলৈ য়ুহোংববু লোইদাম থাবুম তরুকপু শুরক্লে। নোংবান খুমুচাম্বও ৱাংলৈ নয়ু য়াওরৌ নশা কয়া লৈবনো হাইনা পাউহংববু নদাইরেম ঐগী য়াওরৌ ইসা ৱাংলৈ ইয়ু খোইয়ুম নখোয়না ৱাংলৈ থক্তুনসু শারেল মশিং থাদুনসু লোইঙল্লোইএ। হায়না পাউখুন্নবদা খোইয়ুম লংবা য়াখল্লোয় তরেৎমকনা [৭]খুমু মাইরেম্বা কৌবা নংদী খোইয়ম য়াখল্লোয় ঐখোয়না চানিংবা চা থকনীংবা থকপবু অৱাৎপা মশক খংহন্দে লৈরি লৈরীদা মহাই কোলোই নংগী নমীংথোনবু খুমু লৈরিচাম্বও হায়না কৌরম্লগে। খুমু লৈরিজাম্বা ময়ুমফমদি অহোং থোল পুংনে। অদুনোংগীবু খুমু লৈরিজাম্বা পুংও কৌনৈএ।।০।। মহৌ ফাইবোক চিং, নোইবী নোইদম চিং, য়োংমু সল্লম চিং [৮]নরম লম্লেন মদাইমা থারৈ ইরু কোন, [৯]কোনোক থেংগ্রা মহিথেলবু ফৈনা তুপ মহৌ ফাইবোক চিং [১০]নোইবী

---

২। ৱাখল ৩। ওক ৪। য়েন ৫। অমুক হন্না ৬। হরাওনা ৭। মাইবা লেম্বা ৮। ইরুজফম পুত্রি
৯। থেঙ্গা মাইবগী ময়ুমফম অনোইরোন জগোই শাদুনা

[11]তুবী লাইরেল মথৌজালগী [12]মপারি চবোক কদাং শাংনববু, মহৌ মহৌ পোক,, মহৌ ফাইবোক চিং নোইবি নোইদম চিং য়োংমু শারম চিং হায়নবু কেগেনা শৈশকনা মোইরাংনা তেংথানৈএ।।০।।

১১। লাইরেননা চানদুনা ১২। মচা মসু পোকননবগী

## চয়াম্বী চেক্লা ফাই

## তুয়ানলোক খুসু তম্পাক

নহননোং [1]হয়িচকঙৈদা নোংয়াই চাওবা পোংখু মলসাংবা মরালয়াইদি হুইথৌ লৈকায় তানদবা, নোংয়াই য়ুমজাও [2]করেনয়াই মপাঙ্গা খুমন ইমিং কনান নোকপবু নোংয়াই ইমিং কনানা তানদবা নোংয়াই চাওবা পুং খুমন সাংবা [3]মপোংয়াইদা চিংঙু নিংথৌ স্লাইলেলগী মপারী [4]ব্রাক্লেন তোংনয়াং অমবু তাইবংনমু পোংসক ওইনা লৈরমএ। কোলোই মাগী মমিং থোন্দি লমজা অতনবা পামেল হৌবা মখা হিপ্লা হাইনা মীংগৌনএ। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবগী মমোল্লোই লৈমা লাইখোং তেনবী কৌবী, চেংলৌ শকপান ফুদোংবা কোনগুম্বী; [5]নোংপোক মিৎয়েং শেলনা, তাংজা ইকাই থোইনা [6]সয়া মীরেল মুৎপী অমবু লৈরমও। মপন নোংয়াই খুমন নিংথৌনা [7]নোংপোক মলং হুম্মোইবদা কাওচনগে হায়না ঙাইখম্ববু খোইয়ম লাইগী মচা অতনবা হৈবোং মখা হিপ্লগা নুংশি চিন্দীন্নদুনা মনুং শোইখোং তাইথেৎনা লম্লক লুকাইনদুনা [8]নাকলু ফিয়াল্লে। খোইজি খাদা মিহুন খিল্লক্লে কোরৌ নোংমগী নুমীৎতা মপন পন্থৌ নোংয়াই খুমন নিংথৌনা পাউহংলক্লে" ইমোম ইবেম্মা, [9]মাইথোং হেননা মিৎচুম্বী চেংলৌ নৌনোংবীও। নাকলু নংগী ফিয়ান অসিবু কেগে মোইরাং ঙাই পোইরৈ মিতৈ ঙাই, নোংবান লুৱাং ঙাই মচা কনানো? নপল ঐগী সমু মাংদা তাংজা ইকাই লৈতনা পাউতাকউদো ইমোমও। অসি ব্রাদি হায়দুনা পাউহংববু, মমোম নোংয়াই লৈমা

১। সৈতাজুগতা ২। কা অচৌবা ময়াই ৩। মরানয়াইদা ৪। লাইলেনগী মচা ৫। নোংপোক মচা ৬। মমী ফাওবা মুৎপী ফজবী ৭। নোংপোক নিংথৌ ৮। মীরোল্লে ৯। মাইথোং হেননা ফজবী মীৎয়েং ফজবী

লাইখোং তেনবীনা পাউখুম্লকএ। ইপন নিংথৌ অদোল পুক্সিবও, নমোম ঐবু কোরৌ নোংদমখোলবু হেনফদবনা লামজা অতনবা হৈবোং মখা হিপপাগা অপাম ঐনা খোইদীল্লু তিল্লাং খোইদারবগী শিংলেল লৈপুম অমবু থেৎনরুরে, লৈরাং লৈকন অমবু ইচিননরুরে। হায়না পাউতাক্লবদা। খুমন নিংথৌ পুক্সিবনা [১০]কঞ্জাও মখৈ লৈতনা থাংলেন খুৎতা পাইনা, ইমোম নংবুদি চিংগু নোংপোক [১১]হুম্মোয়বদা কাওচানগে [১২]নোংহুম্বা নৎতরা [১৩]কৈরক লমজা অতনবদা করম্না ৱাইথুংঙুবনো হায়না য়েৎতা লৈ, থাং কাংহাইনা , ওইদা লৈ থাং, সময়া কখোম্নগে তৌরবদা মপন পলেম মমা খুমন লৈমনা"-ইমান নোংয়াই খুমন নিংথৌ অন্দোন পুক্সিবও ইনোংয়াই লৈমবু ৱাইরা থিনা শাওইদা হুয়েল লাল ওইগবনো হাইনা মখ্যাং পুক্সিকোন্না থৌখাল্লবদা নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন পুক্সিবদী কঞ্জাও মখৈলৈতনা পাউমেনল্লকএ ইদাইরেম নোংয়াই কাওখুহিংঙম্বা [১৪]লাফম লৌশিং হানবও! নোংয়াই খুলমাং শেম, খুমন নঙাইশেলনা তাংজা করিসু ইকাই নাইরোইএ! লমজা অতন হৈবোং মখা হিপপগা ইমোম লৈমা লাইখোং তেনবীগা তুরেল লাইজা ইরম ইননা মৌবী উঙাম থক্তা হাপনা তাওথহল্লসে। হায়না পাউমেল্লবগী নোংয়াই লৈকোই ফম্বগী কোলোই ময়াথং অহকপবু হিক্তোকফদনা নোংয়াই মীয়াম হৌনা [৩]মৌবী উঙাম শারবদা মচা মমোম লাইখোং তেনবীগা হৈবোং মখা হিপ্পগা অনিমকপু মখোং কুরাও হঙ্গেল চল, মণ্ডক তেৎনৌ য়োৎহলীং চনশিনলো হায়না পাউমেল্লববু মখোং কুরাও হংগেল চন মণ্ডক তেৎনৌ য়োৎশিং চনশিনলে মৌবী উঙাম ঙমজাও থক্তা থাংগৎলে। লাইজ ইরম ইলনা থাথাখিএ।। লমজা অতনবদি খোইয়ুম লাইগী মচানিনা কুরাও হংগেন তৎতনা য়োৎহিলং ফোলাং কেল্লে। মরুম্বী নোংয়াই খুদান লৈমা কুফ্রবী পুকমেনবীবু কোরৌ নুমিৎ মশিং সুরবগী মপারি চেংলৌ সকওই হেনববু নাওনৌরে। চাহি কুমশিং য়াম্লক্লে তাওথরকপা তরা অচাক ৱাৎলবগী হায়রকএ" ইথংলেন খোইয়ুম লাইমচা অতলবও। মৌবী উঙাম অসিবু লৈরাই মুংবী পকনা থৈজিনবীও। নাপারি অশিবু তরা মচাক পুকলাম্লবগী অঙাং হেকঙাই মপাউ চাউনা মিকপ্লে। পামেল ৱানাশিংনা অনৌববু হেক্লগা তরা চাক ইনখিসিএ। হায়না মৌবী উঙাম থৈজিল্লে। লৈরাই মুংবী চংদোন থক্তা ৱাকয়ে হিবু। নিপা পুচেল মতোল

লোম থাংলেন খুৎতা পাইদুনা পারি নুংশি ৱাগী কৌরৌ নুমিৎ চুপনা চিংসাং নপোম মঙা সুনা পামেন উসা থা হেম্বা পল্লৌ য়াল্লে। নোংয়াই খুমন লৈমা লাইখোং তেনবীনা কোরৌ নুমিৎ মঙানি সুরবদা মলং নুংসা ইননা পামেন উসা কংলবদা হেম্বা পাল্লৌ মৈ থাশে হায়না ৱাতানরে। অহিং খোম্লেন তুমকনখিরবদা পোম্বী চেক ওনথোক, ক্নাককরিক্ মপোলনা পামেল ৱাচুঙ থকতা তোংনা পমেল পুঙলেন মাগী য়াইওইবাবু য়ৈনা থিননা পাউমেল্লকএ। লমজা অতনবনা য়ানথেকপা পামেল উয়াম নখোইবু হৌগৎলো হায়না লাউরবদা পুঙলেন মখোন তারবদা, খোইমা নাপীশিংবী মখৈ হৌগৎলক্লে। লাইরেন ইনুং ঙাল্লবদা পামেন উয়াম হৌববু মিৎয়েং সানখৈরে। লৈমা মাংদা থানা পাউতাক্লবদা লৈমা লাইখোং তেনবীনা খোইয়ম করম্বগী নোংদমখোননো ওম্হোকএ। হায়না মিকপ্লে। পারি নৱা অপিসা তরা মচাক ৱাৎলবগী নৱা নংবু লাঙ্গোন ঙম্লবা চা-চাক চহাও-মথি, চেঙমি ফৌগাক মথিবু হুঞ্জসে হায়না সংলৌ থৌরাংববু। পামেল উতুপ্পনা সমজিনশম, তলা অতুবনা হৌগৎলম্বা অসিবু খোয়ুম করি ৱানো ওম্হোকএ, হায়না মিকপ্পবু মথংলেননা নুপী নুংশি মতৌ য়েংনা থাংলেন খুৎতা পাইনা লাবা চরৈ মকা ফনা তান তানখৎলে। চিংলেন নপোম তরুকমকপু খোইমা নায়াম য়ান পামেল উয়ান তুনা থৌনারবদা হৌরেল য়োইময়াই তাওদলবা য়োইমাবনা অমম তাংলৌ থেংজিনলক্লবদা খোইমা হামুন চরা লেপতম্লনা, হমুন চরা লেপতম নুংদা সাথুপ্পবু। ইনুং কৌবা সোয়য়াইমদা পোম্বী চেক ওনথোক ক্নাক্লি কম্বোলনা পুংলেন য়াইওইববু পুনা পাইরক্লে হামুন চরা লেপতম থক্তা তোংলরে, য়াইবুং খুৎতা শুনা পাউমেল্লকএ। খোইমা নাপীশিংবি পুম্লবা হৌরো হৌরো হায়না থিল্লিঙৈদা লমজা অতনবনা ক্নাকলিকম্বোলবু সামু খুৎনা ফংনা ফারে। পোম্বী নংনা তাইবং য়েকনা য়াইতম্লম্লবোরে হায়না য়ারেন খোংখৈ চিকনা অশাও খাম্বী মৈহৌনরবদা পোম্বী ক্নাকনা নোনজা মখৈ ফংনা হায়জরকখিএ। হে ইবুংঙো তাও খোইয়ুম লাই মচা অতনবও নোংদম মতুং ইন্না শামু মখুৎতা চল্লে। য়াইবী থৱাই মাংবতদী ঙাকপীয়ো! হায়না পাউমেল্লবদা লমজা অতনবনা 'মকন মনুং হৌনা ৱা ওইখিএ "নৱা য়েকনবা ইপারি খম্বনবা পোম্বী নশা চাদরবদি উনবী পুক্লীং পেল্লরোইএ। হায়রবদা হায়গনো হে

ইবুংঙো তাও খোইয়ুম লাই মচাও মীওইবা চংখোনবা য়াইবী থব্রাই হাৎপদদি ঙাকপীয়ো। খোইয়ুম য়াইবুং ইখুৎসু অসিদুম লৌহৌরে। হায়ববু য়াইবুং নখুৎসুদি কৈদৌনগবনো? হাইববু ইখুৎসু অসিদুম লৌহৌরো। হায়ববু য়াইবুং নখুৎসুদি কৈদৌনগবনো? হায়ববু ইখুৎসু অসিদি কাওরেল ষনবু থোকএ। তয়ম ইনাই থোক তারা চাকপু থোকএ ব্রাংলৈ য়ুসু থোকও থোকএ! হায়রবদা পোম্বী নংসু থাহিরোয় হায়না মরাল য়ুমদা হলব্রাইরক্লে। লৈমা লাইখোং তেনবীদা পাউমেনখিএ।" ইশাবী মোমনু পেম্মও! পোম্বী, ঐখোয়বু য়েক্লবা, চাক লন ঐখোয়বু কলকপবু ঙসি কোরৌ নোংজাদি ফারক্লে। হায়না পাউদম্ববু লৈম লাইখোং তেনবীন" পোম্বী চেক নিংথৌ ক্বাক লিকমবোলও! পোম্বী নংনা লুপ হৌদুনা চেকলা নপাং হৌদুনা ঐবু করিগী য়েকন লৈবনো? হায়না পাউমেনববু পোম্বী লিকম্বোলনা পাওমেননরকএ" য়াইরেল ঐদী য়েকনা ব্রাবু লৈতে। খোইয়ুম মাগী থৌশিল, চিংঙু মাগী থৌদাং হেনফদবনা পুংলেন য়াইওইববু য়ৈবনে! হায়না পাউমেল্লববু অদুনোংগীদি পোম্বী নংগী পুংলেন য়াইওইবদি কদাইনো হাইনা পাউমেল্লবগী নশবী ইবুংঙো খোইয়ুম লাই মচা শামু মখুবাক্তা শিন্নরে হাইনা পাউতাক্লবদা লৈমা লাইখোং তেনবীনা অদু ওইরবদী পুংলেন য়াইওবদি থনমমো পোম্বী নথব্রাই নমিংলেন্দী মাংদনা হঙৌও হায়না পাওমেল্লবগী পোম্বী হরাও মখে লৈতনা লৈমা সামু মখোং খাদা খুরুমজরল্লগা কোরৌ নোংলৈবাক্তা হলব্রাইখিএ নহননোং ময়ুম লোইবীন মিকৌনবদি [২]হেম্বনা তেংথানবদি [৩]তু ই ত্ত কৌনৈএ মোইরাংনা লৌববু অলোকপা কৌনএ। তুই লাইজ মপান্দা পোম্বী লিক্কম্বোলবু ফাদুনা পুংলেন য়াইওইববু লৌহৌএ হাইবানুংগীবু [৪]তুয়াইলোক কৌনৈএ। পোম্বী মানা অহিং ইনুং সোইয়াহমদা ফারম্মে হাইবনুংগীবু চেক্লা ফাইও কৌনৈএ। খোইয়ম লমজা অতনবনা পুংলেন য়াইওইববু লৈরাবদা ব্রাংলেন সন হোংলে তয়ুম নাইহোংলে, তরা চাকহোংলে চয়াম্বী লোকও কৌনৈএ। তাইবং খুৎসু খুৎলাই সেৎনা চানবা সুনা ব্রাৎতা পাদনা লৈরে শুরে হায়বগী খুৎসু তমপাক্ত লমনুংশি কৌনৈ থোন্নএ।।০।।

---

১। মীয়ম্না ৩। ঈশিং ৪। ফৌ লোকপা লৌশিনবনা চিবদা সিজীন্নৈ।

## তাইবীলোক

নদাইরেম ইব্রাকমদি ইমাই কেগে কংলৈ লম পাংনা খোইয়ুম হৈনা মতুং ইননা কংলৈ লমথোন ইশৈবু শক্কৎলক্কে। নরম কংলৈ লদাইমদি তাইবী লোকও লমনুংশিদি নহননোং নোংবান খোইদোম অহনবা লুব্রাং মালতোম অতোম্বা চিংখোং কোয়বা নাও, লুব্রাং নহা য়াওশা তানবা শানৌ মচিন মনাও মরিমকনা পাউমেন্নএ নোংবান খোইদোম অহনবনা' [১]সানৌ চিংখোং কোয়বা নাও নংদী চিংগী মরোল য়াম্ববু কংলৈ লমথোন সককৎলকও! সানৌ নোংবাল নহা [২]য়াওশা তানবা নওদি নোংপোক লমজাওবু কংলৈ লমথোনলুও! হাইনা তাইনা মেন্নরল্লে। অদুনোংগীবু তাইবীলোকও থোল্লম্মে।।

## থালবুঙ

নরম লমলেন মদাইমা তুইলা লাইজা ইমৈ লাননা থলপুঙও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি নহননোং খোইয়ুম লাইরৈমা মহৌ মরৈম পীনা লমথোলঙৈদা [৩]য়াংলমলেন্দা [৪]লোইবী চিংকক অমা হেম্বা চিংতুপ অমা অসিদি চিংলেন ইরাল য়াইবু ওইজগে হায়না থারম্মে। অদুনোংগীবু থানা লমগী পুংনে থালপুংও থালবুং হায়না থোল্লম্মে। নরম লল্লেন মদাইমা সালুং খুলবী ময়ুমফম, খোইয়ুম লাইনিংথৌ কোরৌ নোংনা চুবদা সাই চেৎপা, নুশা শাবদনা ফৌগংবা মসেম তোংদোয় পুঙ। নোংশাবদি খোইয়ুম লাইনিংথৌ, খোয়ুম্না পিদোনন চিংঙু ব্রাংবা ননুং নাইবীগনো তয়ুম ইব্রাকমদি [৫]কৌদে, খোইনা নিলনদে, চিংঙু নংগী নোংজেংনা চৈমল কম্বোং নকা য়াম্ববু ব্রাকমনা তেংথা ঙমজদে, খোইয়ুম স্না নখোংখাদা স্না কোনগা হুল, লুপা য়াইগা চলনা য়েনপৎচরমগে। তয়ম ইব্রাকমদি ইমাই মোইরাং লৈকোই পুংবু পাংনা খোইয়ুম হৈনা মতুং ইননা কংলৈ লমথোন ঈশৈবু শক্কৎচরক্কে।

---

১। কংলৈ লমথোন শকপা মচিন মনাও গী মরক্তা নাওনা চিংগী লম্বী শক্কম্মী। ২। য়াওশা তানবনা নোংপোকলম থাংববু শক্কম্মী ৩। চিংয়াংলমদা ৪। চিং মকক মচা অমা ৫। কাওজদে

কেগে সর পুঙ মোইরাং সরাফাই
শরশ্রা পুঙ লমনুংশি লোক্লাও

কেগে মোইরাং খুচপ চৈমীয়াং — অথৌবা হাওবা মরমশাং মদাইমা
তোইবিজম চনু লারোং থৎপী — মচিমা মতা মখোয় তরুকনা
সিংজা পোৎচেনলমদি লমনুংশি — শেল্লোয় মপাতাও খুমু নাইফরোয়
মচিমা মখোয় মতা তারুকনা — পাথৌ খুৎচুপ খোমহুপ্প চান্বগী
লুরেন তাংজা চোমাই [৩]লুহলবাই — মচিং জিনবুদি ফৈনা লাননা চোং
কেগে শরপুঙ মোইরাং শরফাই — লমদম লল্লেন লমনুংশি মদাইমা
ব্লাকমা পাইমা শিল্লে লোম্বনা — খরা খজিক তেংথা নাওইজগে।।

নহননোং কেগে খুৎনিংথৌ ঙাংঙোই অনান ঙম্বনা হাওসিং ঙম্বা চিংনা কেগে পুমন হুপ মোইরাং পাক্লা তাইনা সারুং খুনবী মপুংয়াইদ, মরাল থুম্বী মৈমাং চন; কাওরেল সলখন তরালান চুংলেন হুম্ফু [১]চোং সাইবু মৈতান পক, [২]খলং লৈতং ফেলনা লোইবী মপুং তাকনা পনথেংখিএ। হুয়েন লাম্মীদি শারুং হানু খং মপারী লমদা পোবিবু তুনু ককএ। কেগেন মীকৌনা মোইরাংনা শৈথানবদি, অঙাংবুদি অসম কৌএ লাল্লুবুসু সর অনি সুপনা ফাইনা ককলম অদুনোংগীবু কেগে সর ফাইও হায়না কৌনৈএ। সরুং থাংসাখম সফবনা হাওশিঙমগা চিংনা লোইবী হাওয়াম চোংনা লাওনা খোংনা তানথরকএ হায়বনুংগীবু লোকলাও কৌখিএ।।

১। চুঙ্গোই পাইবা হুমফুনা চোংনা ফননা ২। লৈবাক শিনবা থুংনা

## মাইচম লোক

মাইচম লোকও কৌবদ কৈদৌনোংগীনো হাইরবদা:- নহননোং পামা মচন থিংঙা তাওবীনা [৩]মথিং লাইরেল লাই পাখংববু যুগৌঙৈদা তরা লুকলেন [৪]মাইচম সানা যুগৌএ

৩। মবুংঙো ৪। মমাই চন্না শেম্বা চাক

খোইয়ম মরলকু চিংঙু নথৌজাল লাইজা ঈ হৈথবগুম লনকুবীরমএ হায়বগী মাইচম লোকও কৌএ॥

## কোনতে লৌ, কৈরাওবী ক্বাকতা

নরম লম্লেন মদাইমা, লোইরেন খুনবীলোক [৫]গুলখোই লোক ননৌলোক, লৈথা চারে লৌ, চিংঙু লাইথমপোকপু তানা খনবা লাইনিংথৌ, খোইয়ম নংবু তাথিবীগনো, চিংঙু নংবু অরাই লাংবীগনো নদাইরেম তয়ম ইব্রাকমনা মালবী খুদ পননা মুকমু লৈতোন কোননা পুরুমজরমগে। নরম লম্লেন মদাইমা কোনতে লৌও কৌবদী।

নহনেনোং কোনতে লৌঙাকপীনা মপনগী খালে মরৌলেন্দা [৬]থাংয়ি চহৈ ঙাক; লোইমোম ফৌরুম শং, শ্বা খ্বাই খ্বা খ্বাই, হোই হোই হোইনা য়োংসু লাওনঙৈদা, পাম্বা কৈরেল থাকুপপা [৭]চিংয়া পলগোইবা, হৌনা মচি সমপক্তবা সা। কৈরেন নাওসোংবনা হাত্তনু কোনতেনু লৌঙাকপীবু, পাম্বা অথৌবনা কৈরেল খোংদুম খোং, লাওদুম লাওনা খোংনা লাওনা কোনতে লৌঙাকপীগী [৮]কাইতে লৌসংখাদা তাল্লকপবু। হাওনু কোনতেনুনা, মোমনু মাগী খুৎনিংথৌ [৯]তোনপোকপদা থোন্না য়াই। তমফা খুদোপ নুংচনববু খাম্বী মৈদা ইকলে। ঙাংশং ঙাংনা খাম্বী মৈবুকনুংদগী লৌথোক্তুনা নুংচনববু খাম্বী মৈদা ইকলে। ঙাংশং ঙাংনা খাম্বী মৈবুকনুংদগী লৌথোক্তুনা [১০]পুনুং মচেকপনা চপতুনা পাম্বা কৈরেল ময়া লাওনা ঙংনা কাথোক্লিবগী মখয়া পনুংদা হুনজিনখরে। পামম্বা মরৈ মাদি খাম্বী মৈনা সানা পোক্লে। কৈরেল খোংদুম খোং লাওদুনা লাওন চেনখিরে অদুনুংগী কৈরাওবীও কৌখিএ। পাম্বা কৈরেল কৈজাওদি লম ফাইননা তুদুনা চনা লাংখোংখাদা নোংমল্লে। হয়েং লাইরেল ইনোং মানা ঙাল্লগা, হাওনু কোনতেনুন খালে লৌদা অমুরকসু লাকপদা অমরককসু লাকপদা। নহনেনোং কেগেনা শৈশকনা মোইরাংনা শৈথাবদি ক্বাকপু সিংচ চাও কৌনএ। সিংচা ক্বাক

৫। গুরু লুখোয় ৬। ফৌমহৈ ঙাকপা ৭। চিংয়াদা কোইনা চৎপা কৈ ৮। লৌশং ৯। খুৎনিংথৌ খুৎশাদা শিবা খুদোপ ১০। ব্রাচেৎনা চপ্তুনা

ময়াম্না লোইনা হৌনদুনা ক্বাকয়াম য়োমনা তোমপৈননা পান্বা অসিববু চাঙমএ। অদুনোংগীবু সিংচা ক্বাকতা লৈখা চরৈ লৌও কৌবদি, পান্বা কেরেল কৈজাওগী মরৈ। লৈতোলবু খান্বী মৈনা থানা হাৎলে লৈথা চরৈ লৌও হায়না কৌনা তেংথানৈএ।

## খুৎথেকপী ঙাইতে লৌকোননুং, স্না পুনথোংবা লৈময়াই নুংমোৎ নানখুবী পোক

নদাইরেম তয়ম ইব্রাকমদি কেগে কংলৈ পুংলোমদা খোইয়ুম নোংসাবা মকাইফমবু নতৈননা, খোইয়ম নংবু কোরৌনা পীদোননবীগনো চিংঙু অব্রাংবনা ননুং নাইবীগনো! তয়ম ইব্রাকমনা কাওজদে, ইখোং ঐনা নিনজরোই, স্না কোনগা হুন, লুপা য়াইগা চননা খোইয়ুম স্না নখোংখাদা মালবী খদপননা খুরুমজরমগে। নরম লল্লেন মদাইমা [১]খুৎথেকপীও কৌবদি, হয়িঙৈদা [২]খোইমোম লাইরেম্মা তরেৎমকনা শাসু মখুৎ থেকনা কোরৌ নোংদা কাখিএ। নরম লল্লেন মদাইমা কেগে ঙাইতে লৌকোননুং থম্বাল নোংসা

১। মতাং অসিদা খুৎথেকপগী অসি নৎতবা খুৎ তেকপগী অমসু লৈ ২। হেলোয় তরেৎ

লৌ; নুংমোৎ নানখুবীপোক চেগোই লৈই, স্না পুনথোংবা লৈময়াই কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি নহননোং হয়িঙৈদা গুরু সিঃ য়াঃ কুবচি অরিবগী লাইজা ইশিংখোং মপান্দা [৩]চিংঙু নোংনিংথৌগী মমোল্লোয়। খোইমোম লাইরেম্মা তরেৎমনা চারৈ মফিজেৎপু লৈরাই মুংবী চংদোলথক্তা থমনা ইরু সন্দেংলিঙৈদা সিঃ য়াঃ কুবচি অরিবনা চারৈ ফিয়াম পুম্নমকপু খোল্লক্লে। খোইয়ম লাইরৈমা তরেৎমক্তি তাংজা ইকাই নংলবগী শামু মখুৎ থেক্লে। লাইগী ফৈগন কারন চননা হায়রকএ" ইপু কুবচি অরিবও চারৈ ঐখোয়গী ইফিরোয়বু পীনও হায়রবদা কুবচি অরিবনা পাউখুম্লকএ" কোরৌ নোংনিংথৌগী মমোল্লোয় খোইমোম লাইরেম্মা তরেৎমক চারৈ নখোয়গী

৩। অব্রাং পাংখং য়োইরেনগী মচা

নফিরোয়বু পীনগে, চরৈ ফি অপীমনবু করি পীগদনো? হায়না পাউখুম্ববু চারৈ ফি অপিমনবু লৈতেএ ইপল অৱাং কোরৌ নোংনিংথৌগী স্না ললয়াম লৌরুগে হায়না পাউখুম্ববু ইপু কুবচি অরিবনা পাউয়াদেয়ে।" হে খোইয়ম লাইরেম্মও চারৈ নখোয়গী ফি মমন পীনববু ঐ হায়রগে পীনও! হায়রবদা খোইয়ম লাইরেম্মা তরেৎমকনা ইপু কোলোয় নয়াথংবু হেপথোক্লোইএ হায়না পাউখুম্ববু ফরে খোইয়ম লাইরেম্মও নসানৌ স্না থম্বাল লৈমা অতোনবীবু ঐঙোন্দা [৪]কাওচানরম্মো। হায়না পাউমেল্লবদা সিঃ য়াঃ কুবচি কোলোই ময়াথংবু হেপথোক্তনা নসানৌ স্না থম্বাল লৈমা অতোম্বীবু কাওচানরম্মে। মসানৌ খোইয়ম লাইরেম্মসিংদি চারৈ মফি পীনরবগীনা স্না ফিরোয় সেৎ চারৈ মকা ফোং মাল্লৌ মিমাং তাকনা চৎলে হায়দবরা। মসানৌ থম্বাল লৈরাং অতোম্বীদী তাংজা মরু লুক পাইমা পুক্লিং নুংহিক্লনা মিকপখিএ মশাবী মচেমশিংনা মশানৌগী মীকপখোলবু তারবদা নুংশি [৫]হেনশোইননা নিকনা তারবগী মশানৌ থৱাই [৬]লনখাই ঙমদবগী নিংনা ফম্না লেপ্না ঙাইখল্লম্মে হাইবগীবু ঙাইতে লৌকোননুং হায়না কৌনখিএ। মশাবী মচেমসিংনা সামু মখুৎপু থেকনা পাউমেনখিএ" ইপল অৱাং নোংনিংথৌগী স্না মখোং খাদা করি হায়নবু পাউতাক্লুসিগে হায়ববু খোইয়ম মথৌথাবু হেনফদবগীনা স্না পুনলাং লুরোই থোংনা কোরৌ নোংদা কাখিএ হায়বগীবু স্না পুল থোংবা লৈময়াইও হায়না কৌখিএ। খোইয়ম লাইরৈমা মখোয়না ইরু সন্দেংলবদা থৌদু নুংমোৎনা নাল শামু মখোং নান লম্ববু শামু খোং পোক্লে হায়বগীবু নুংমোৎ নান খুবীপোকও হায়না তৌনা কৌনএ॥০॥

## নিংথৌ লম

নরম কংলৈ মদাইমা নিংথৌ লমও কৌবদি কৈদৌনুংগীনো হায়রবদি? নহনলোং খম্বা মুংয়াং (মোইরাং) চাওবনা খোইয়ম লাইকোননুংবু ওইগে হায়না [১]চুপ্লৌ উরোং থারমএ অদুনোংগীবু নিংথৌ লমও কৌখিএ।

---

৪। থাজরম্মো ৫। পুক্লিং নুংশিনা নুংহিক্লনা কপ্পা ৬। থৱাইগা থৱাইগা খাইনবা ঙমদনা ১। উচুপ য়ুংদুনা উপাল থারম্মে

## চিন্দম্বা

খম্বা মুংয়াং চাওবগা নোংবান খোইদোম অহনবগা লুৱাং মালতোম অতোম্বগা মখোয় অহুম্মকপু লমওক্লরে। খম্বা মুংয়াং চাওবনা "[2]ইচুম ৱাও নপিঙাদী কনা কনানো হায়না পাউহনঙম্ববু খোইদোম মালতোম অনিমক্লা পাউখুল্লকএ।" ঐখোয়দি খোইদোম মালতোম অনিমক্লীনা কংলৈ লমথোন সকপদি ঐখোয়নে। হায়না পাউখুমখিএ। পাথৌ নংদী কনানো হায়না পাউহংলবদা" ঐদি খাম্বা মুংয়াং চাওবনে হায়না পাউতাকখিএ। অদুনোংগীদি পাথৌও ঐখোয় অহুম্মবু ৱাংলৈ য়ুবু থকমিন্নসে হায়দুনা চিন্দীননা থক্লমএ হায়বগীবু চিনতিনপালও কৌববু কেগেতবু থি মোইরাং হৈরাং তানবনা চীন্দম্বও হায়না কৌনৈএ।।০।।

## খুৎতেকপী খুৎলুংবী খুনবলম

নরম লম্লেন মদাইমদি "[3]খনা খম্বা ইৱাংলোনবু খৈনা তুপনা খুতেকপী ওক্লৌ; খুনবলম; খুৎলুংবী কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি, নহননোং লুৱাং লোইনাই নহা য়াওশা তনবনা ৱাইরা শাদাল্লকপদা, মলং চৈরোইনা য়াওরৌ শা পাল্লোক, চকমোম ঙমখাই তাল্লকপদা লাঙ্গোই সায়াং থক্তা তোংনা লাইজা "[4]ইরাংমবু লানগে হায়না চোংলকপবু মালেম লৈদা তারবগী শামু মখুৎ তেক্লে হায়বগী খুৎতেকপীও, খুদেকপী হায়না তৌনা কৌনএ। কেগেনা শৈশকনা মোইরাংনা শৈথানবদি অপোম্বাবুদি অলুংবাও কৌনএ। অদুনোংগীবু শামু মখুৎ তেক্লববু পোমখৎলে খুৎলুংবী খুলংবী হায়না তৌনা কৌনৈএ। শামু মহাক্কী তিমেন মতাচাবু মালেম লৈদা তারবগী খুনবীরমএ হায়বগী খুনবী লমও খুনবা লম, খুনব্রম হায়না তৌনা কৌনখরে।।০।।

## কাংসোইবী

কংলৈ মদাইমদি "[1]ইয়ু সম্মোং মোরিবা। সিম্থোং চাম্মবু লমঙাকপা লাইখোং চাম্মবু মরু তোংবা খোইয়ম নহাকপু কোরৌনা পিদোননবীগনো। চিংঙু ৱাংবা ননুং নাইবীগনো!

---

২। ইচিল ইনাওসা ৩। খানা লোইবা লম ৪। ইশিং ৱাংমবু ১। ইশাগী লাই

ইব্রাকমনা মালবী খুদপননা মুকমু লৈতোন কোননা খুরুমজরমগে নদাইরেম ইব্রাকমদি খোইয়ুম হৈনা মতুং ইননা কংলৈ লমথোন ইশৈবু সকৎচরককে। নহননোং [২]সৌবোল লায়রেল লৈমা সানৌ মচিন মনাওনা মপন নিংথৌ মবুধিবাগী [৩]মকলৌরেলদা লংমাই [৪]চাইসি লৌদাঙৈদা লেপ্লে সারেং খোইবী অকংববু [৫]ইব্রানলেন্ কাংসোই থোনাং চারমএ হায়বনুংগীবু লপ্লেন লমদম লমনুংশি [৬]কাংসোইবীও হায়না কৌনা হায়নখিএ।।০।।

## লৈমলৌ লৈশ্রৌ (লৈশ্রাম)

সৌবোল (শ্রীবোন) লায়রেল চনু সনৌ মচিন মনাওনা খালে লৌদারিঙৈদা, লুব্রাং লোইনাই নহা য়াওশা তানবনা য়াওরৌ [৭]সাপাল্লোক। চাকমোম ঙমখাই তাল্লকঙৈদা পাউহংখিএ'' সৌবোল লাইরেল চনুও সানৌ নচিন ননাওনা কোরৌ নুমীৎ চুপনা নপনগী খালে লৌদারকপবু [৮]থৌরৈ তোলগা লং [৯]ব্রাহি কোক্তা সম [১০]তেংপাক লালু সাববু, তেংপাক মসিং কয়া শুরবনো? শিংথাদুনা হায়য়ো। হায়না পাউহংববু শানৌ মচিন মনাও অনিমক্তি তাংজা মরু লুকনা শামু মখুৎ থেকনা পাউখুম পীঙমদরে। লুব্রাং লোইনাই নহা য়াওশা তানবনা পাউমেনখিএ।'' সানৌ নচিন ননাওনা ঙসিগী মখৈ পাউখুম ঙমদ্রবদি, হয়েং লাইরেল নোংজাদা পাউখুম্মো। হায়না পাউমেল্লকএ লৈমা শানৌ মচিন মনাওদি য়োইময়াই অঙান তাংলৌ লৈনা থেংলক্লবদা [১১]মপীঙা মরালয়াইদা য়াকারকএ। মচিন মনাও অনিনা তরা চাকপুম অমৎতসু হুক্তা লাইজ চিনফুং অমসু য়েংবিদনা লৈবা অসি উবদা মপল নিংথৌ মবুধিবনা পাউহংলকএ'' ইমোম নখোয় অনিনা তরা চাকপু হুক্তা, লাইজা চিনখুমসু তংবীদনা লৈরিবা অসিবু করিগীনো হায়না পাউহংববু।। হোই ইপল মপুধিবও নমোম ঐখোয়দি তাংজা ইকাই নংলে।। অদুনুংগীদি নপল ঐঙোন্দা তাংজা ইকাই ব্রাবু ব্রারম মতোন লোম্না পাউদম্মো। হায়রবদা মমোম

---

২। সৌবোল হায়বা অসি হৌজিক্তি শ্রীবোন হায়না খংনরি মসি হিন্দু ধর্ম্ম চংলকপদগী ওম্থোকখিবনি হিন্দুগী লোন তমখিবনি। ৩। মরৌলৌফম ৪। লৈতুম চাইথোক্লুনা লৌশুরিঙৈ ৫। উয়ান্দা কাংসোই থোংলগা ৬। হৌজিক্তি কাংসোইবী খোংবান হায়না খঙনৈ ৭। শালৈবা লোক ৮। থবক শুদুনা ৯। নাপী য়াওবা লৈপাক কোক্তা পুদুনা ১০। তেংপাক মরোল মরোল লোননা পুববু। ১১। মবান্নী

অনিমনা মপল স্না মখোংখাদা পাউখুন্লকএ।। ইপন নিংথৌও ঙসি লাইরেল নোংজাদা খালৈ লৌদারুববু লুৱাং লোইনাই নহা য়াওসু তানবনা য়াওরৌ সপাল্লোক [১]চাকমোম ঙমখাই তাল্লকপদা শানৌ ইচিল ইনাওবু কোরৌ নুমীৎ চুপনা খালৈ লৌয়ানববু তেংপাক মশিং কয়া সুরবনো হায়না পাউহনববু শানৌ ইচিল ইনাওনা পাউখুম ঙমদেএ। তাংজা ইকাইববু নংলে হায়না পাউমেনববু মপন নিংথৌ মবুধিবনা কোলোয় অরায়বা য়াথং অরেম্বগীদমকপু করিগী তাংজা ইকায়রুবনো নপন ঐনা পাওতাক্কে। তরা চাকপু চারো লাইজা ঈশিংবু থক্লো নপন ঐনা পাউতাক্কে। হয়েং মানা কোলোয় অমম্বা য়াথং অহকপবু হংলবদি অসুম্নবু খুম্মুদো ঐখোয়দি মোমনু নুজা ওইবীনে নংনা হাননা পাউখুম্বীও। নংনা লাঙ্গোই শয়াংথক্তা কোরৌ নুমীৎ চুপনা মালেম মানা লোয়না কোরৌ নোংখোং কোইববু লাঙ্গোই সাগোন খোংঙ্গুল মশিং কয়া শুরবনো সিংথও, হাইও।। হায়না পাউখুন্লবদা মমোম অনিমক্তি হরাও পুক্লিং চংলে, তরা চাক চারে [২]অহিং খোম্লেন মীকপ মীনমখরে। হয়েং লাইরেল ইনুং ঙাল্লবদা অমরক থিংলৌ নিংনা তেনা য়োৎলৈ লেংদা থোংনা খালৈ লৌকুমলক্লে। মপলগী খলৈ মরৌজাবু থোরৈ তোলগা লংনা, খালৈ লৌয়ানখি। লুৱাং লোইনাই নহা য়াওসা তানবনা অমরক হননা পাউহংলরে। শানৌ নচিন ননাওনা ঙসি কোরৌ নোংজাদসু তেংপাক খারোল হুনববু তেংপাক মশিং কয়া শুরবনো? হায়না হংলয়ে। সৌবোন লাইরেল চনু মচিন মনাও অনিনা লুৱাং নিংথৌ লোইনাই নহা য়াশা তানবও নংনা মলেম মানা লোইনা লাঙ্গোই শাগোনথৌরকপবু, লাঙ্গোই খোংঙ্গুন কয়া শুরবনো নংনা হাননা শিংথাও ঐখোয়দী মোম্নু নুজা ওইবীনে। নংখা হাননা পাউখুম্মো। হায়না পাউখুন্নবদা লুৱাং লোইনাই নহা য়াওশা তানবদি তাংজা মরুলুকনা পাউখুম্বা ঙমখিদেএ। লাঙ্গোই সয়াং থক্তা তোংনা পাউখুম্ববু ঙমদনা থৌখিএক। শানৌ মচিন মনাওগী খালৈ মলৌরেল ওইরম্মে হায়বগী লৈমা লৌও কৌববু লৈমরৌ লৈশ্রৌ লৈশ্রাম হায়না খংনখিএ।।

---

১। চান্নবা শা তাল্লকপা ২। অহিং তুম্মীনখরে

## কৈরেন নরন কৈরেনফাবী

নরম লম্লেন মদাইমা লৈশ্রৌবু নতৈননা, চিংমৈ নিংথৌ চিংশোং থাবনবগী মোমনু তালোই মরুশ্বী লৈম তরানুনা ইশোক্লম ইশোক থেন নরম লম্লেন মদাইমদি কৈরেন নরন কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি নহননোং ঙানবা খুমু কৈওইবগা মপারি তাংখু তাংহন অনিমকনা খাম্বী কৌশিংবু সিংগাং ফাম্না তালঙৈদা মপন ঙানবা খুমু কৈওইববু পাম্বা লমফম্বনা য়াওচায়ে। মপারি কজেং তাংখু তাংহন অনিমকনা থাংলেন খুৎতা শুনা তান্নরকখিএ [৩]পাম্বা নিংনা তেনা কৈরেননা হান্না লোননা [৪]ঙাইখম্ববু শানৌ মচিন মনাওনা পাওমেন্নখিএ।

ইশানৌ ইচিন ইনাওগী থাংলেন ইখুৎসুন কৈরেন মবুক ফাৎতুনা চৈবিরগা পাম্বা কৈরেল পীবুকনুংদগী পম্থৌ ইপাবু শোক্লবরা হায়দুনা পাম্বা নমদুনা ফাসে। হায়না সানৌ মচিন মনাওনা কৈরেনবু খুৎনা নমদুনা ফারে। পাম্বা থারক লাক খাইনা থাংলেন চেপনা য়ানববু কৈরেল [১]পাইমা উনগোইনুংদা, মপন পম্থৌ পোকমাবদি থব্রাই মমি মাংদনা ইঙাং পাকতকনা ইমু পামফেননা লৈরম্লে। কৈরেন অথৌববু শাম্মু খুৎনা নমদুনা ফারে হায়বনুংগীবু কৈরেন ফাবীও লমনুংশী কৌনখিএ। পম্থৌ মপা মচা অহুম্মক্তী তাইবং মলং পান্দা পাম্নীন্নরে। মপারি তাংখু তাংহন অনিমক্তি উকাই লাংবু লাংথোকঙৈদা পোম্বী চেক ময়াম ফারক্লে। মপন পম্থৌ মপানা থাকপা লাংদি পোম্বী চেক অমৎতসু ফাদে। শানৌ মচিন মনাওনা ঙাংনৈএ, পম্থৌ অসিবু [২]য়ারৌ শারিংচেন পাম্বা কৈরিংজেনবু চেল্লবরা হায়না লোন্না ঙাংনৈএ মচিন মনাও অনিদি লোননা লোঞ্জা লোম্থুপননা মিৎয়েং শানখৈরুববু মপন পম্থৌ মপাদি, পোম্বী চেকয়াম থুববু [৩]পাম্বা কৈচোং তম্না য়াওজরম্লে। মপারি তাংখু তাংহন অনিমকনা" পম্থৌ করি খোইজেন্নো হায়না তাংখু তাংহননা পাউমেনববু মপম্থৌ পোকমাবদি তাংজা ইকাইবগী তাইবং মীবু ওইবা ঙমদনা পাম্বা কৈবু ওন্দুনা চেনখিএ। মপারি অনিমক্তী মপম্থৌগী হৈনা মতুং

---

৩। কৈনা নিংদুনা তুমীন্না ৪। ঙাইরম্ববু ১। মপুকনীংদা ২। শাগী পুকচেন ৩। কৈনা চোংবগুম চোংদুনা

ইন্না তান্নরক্লে। পম্থৌ মপা পান্বা কৈওইবনা মপারি খোইয়ুম লাইওইবা অনিমক্কা লাননা চৎখিএ হায়বগী কৈরেন নরনও কৌববু কেগে মোইরাং হৈমন তানবনা কৈরেন নরনও কৌরমএ।।০।।

## চিংমৈ নিংথৌ লুতুৱায়

চিংমৈ নিংথৌ চিংশোং থাবলবা, হুয়েন কোনম নম্বা ফবা লুতুৱাই কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি, নহননোং মোইরাং খোরি চিনাই কৌবনা ৱাংলৈ য়ুহোংঙৈদা চিংমৈ নিংথৌ চিংশোং থাবনবদি [৪]হাওতৈ কোক্কনরকপাগী ৱাংলৈ লুদা তোংনা ঙাওরক্লবগী নোংয়াই খোরি চীনাইও পম্থৌ নপা কোনম্ববু ৱাইরা ঐগী ইতেন চানা নোংমনবগী মপারিনে নংদি হায়রবদা নৱা খোরি চিনাইনা শামু পুক্লিং কাওদরবগী হৌরেন কোরৌ নুমীদাং য়াংলৌ লম্মখাংদা ঙাইখল্লে। চিংমৈ নিংথৌ থাবলবদি, মরান মোংবা শংলেন য়ায়দা কুমলকপদা খোরি চিনাই অপিশগী থাংলেন মখুশুনা য়াংলৌ লম্মখাংদা য়ানথুরে। চিংমৈ নিংথৌ থাবনবদি চাওনা শাংনা লুতুরবগী অদুনোংগীদি চিংমৈ নিংথৌ লুতুৱাই হায়না তৌনা কৌনখিএ।।০।।

### থাংপুরেন পাৎ থমংখোং

### য়ামখোং;; ইথিং;; শনথৌবী

নরম লম্লেন মদাইমা থংপুরেন পাৎলো কৌবদি, কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি? নহননোং হয়িঙৈদা লোইবী থাংপা কৌবনা খোং অমা তৌরম্মে। কোলোয় মাগী মমিংথোনবু লৌদুনা থাংপুরেন পাৎও থমংখোং হায়না কৌখিএ। ময়ুম লোইবী হাওয়াম য়ুম্মাক তরা তাবনা ককলেন মীঙম্ববু (ককয়েন) পাইমা পুক্লিং অকি তুজুং শোংকিরুবগীদমকনা মালেম কুম্বী লৈখুন তৌনা লোইবী হাওয়াম মীয়াম্না শাথুপ্লম্লে হায়বগীবু য়ামখোংও হায়নবু মোইরাং ৱাংলৈ হৈমনতানবনা কেকেতবু থিবনা শৈশক্লখিএ।

৪। য়ু ঙাওরবগী

নরম লম্লেন মদাইমা ইথিং ইথিংবীও কৌবদি, নহননোং ককলেন মীঙম্বা নামু পোনচেম্ববু খোয়য়ুম য়োইমোংবা তাওথিমাং মচিন মনাওনা তুরেন তুদেংলকপদা ককলেন মিঙম্ববু লান্দারকঙৈদা মচিন মনাও অনিনা থাংখৌবোম্বা তা খাংলুনহা অনিবু পাইদুনা কক্লেন মীঙম্বা মশা শাগন পাং অমবু কক্তুনা থাথরকএ। পোম্বী মশা শাগন অচৌবনা লাইজা ইদা তাদুনা লাইজা ঈশিংবু থিংদুনা লৈরম্লে। হায়বগীবু ইথিংবীও ইথিং হায়না থোন্নৈএ।

নরম লম্লেন মদাইমা শম্থৌবীও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি নহননোং খোইয়ুম লাইনিংথৌনা কাওরেন সম্থৌ লাববু ওইনা লাইজ ঈশিংদা তিংনা খোংলমলে হায়বগী শনখোংবীও শম্থৌবী হায়নবু খঙনৈএ।

ইরোই ব্রাখোং;;
লাইগা তুরেল, লাইকাবী লোক
লাইখাম্বী, লাইখুরেম্বী, লাইখ্রেম্বী
কেগে পারোংথোক, মোইরাং পারোংব্রা
খুন্দীনবী ইকোন লাইফম্লেন;;

নরম লম্লেন মদাইমা কেগে নরৈপাক লাইকাবী ইশোক্লমও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি? [১]লাংলেন ব্রারোংবা, কোংয়াং লাইওইবনা খোইয়ুম্বা লাই মানা তৌবগুম, ইরোই ইরোইদুনা লাকএ হায়বনুংগীবু লমদম লম্লেন লমনুংশি ইরোই ব্রাখোং কৌখিএ। লাংলেন কোংয়াং মহাকনা খোইয়ুম লাইগী লাইশককুম মথং মথং কারকএ হায়বগী লাইকাবী লোক লাইগা তুরেন হায়নবু কৌখিএ।

লৈমা হাওনুখম পুন্সিবীনা [২]চাম্লৌ লারাক লাতোন্দা, চেংঙৌ খুবাম ফহাপনা, ইনু লৈমা চিনপাকপীনা শোইরেন ফুম্বী থক্তা মোংবা সংগা তম্লকপদা হাকোকচবা এরুম

১। অথোইবা ব্রা অরোংবা ২। লা লাতোন ককতবদা

চিন্নাইদবীবু কাংখিন্না লমওক্লারম্মে খোইয়ুম খান্নে হায়নবু লাইখাম্বীও 'লাইখুরেম্বী লাইশ্রেম্বী হায়নবু কৌনা ঙাংনা হায়ন খঙনৈএ।। লাইখাম্বী ইচিংলেন্দা পানবা ৱা লোইদাম থাজ মখুৎসুনী।।

[৩]চাইরেল অইনাই মরৈমবী মৱাখং;; মোইরাং কাইমু পুন্সিবা মৱাচা! লোক্লৌ য়াইওইবা কেগে পরোং থোক মোইরাং পরোং ৱা কৌবদি, নহননোং চাইরেন অইনাই লৈমা হাওনু কশানু শাফবীগী, কোংয়াং মচৈশুবু কোরৌ নোংলাংপানগী থাজা মরু পাননা কুবীবা ৱাবু। শামু খুৎনা পাইনা কেগে মোইরাং কাইমু পুন্সিবগী থোংজিন্দা তরা চাক্লিরিঙৈদা মাঙ্গোন খেঞোংলাংদা কোংয়াং মাগী মচৈশুবু অকাওপরৈনরম্লে। য়াংলৈ তাওবা হুইনা ঙারবসু, য়াংলৈ হুইরাই তারে। তেকপী ওকনা ঙারবসু ওক্লাই তারে কাওরেন শননা ঙারবসু শল্লাই তাবা ৱাবু লাইগুম্না কেগে মোইরাংনা ঙাংনা ৱাবু কেগেনা পারোংথোক মোইরাংনা পারাং শাংনা ঙাংনৈএ। মোইরাং খোয়োল হনুবা মরোং কাইমু পুন্সিবনা কোংয়াং চৈশুবু শুমাং মথৌপুংদা লংথোক্লম্ববু অহিং ইনুং কৌবা শোইয়াইমদা কোংয়াং অদুবু শোইরেন উশোই হুন্দুনা ৱাপুং ফারে। চরি লিতোননা মতোন স্না লৈচেং হায়দুনা কোংয়াং কলং থাংদা, লাংলেন ৱাকেৎনবা, লোক্লৌ চরোই মৈথাং তানা পাল্লবগী মরোং কাইমু পুন্সিবা মোইরাং খোয়োল হনুবনা কোংয়াং ৱাপল ফুকনা লাইজা খোরিদাক ইননা থাথাখিববু কোংয়াং অদুনা নিংনা তেরক্লে। [৪]লাংলেন অদুনা ইরম ইননা কারক্লে। [৫]চিংলেন নাকফুই কানা খোইয়ুম লাইনা তৌবগুম তিননরম্লে। অদনোংগীবু খুন্দিনবীও ইকোন লাইফল্লেন হায়না কৌখি। [৬]হুয়েন লাননীগীদী ক্বাক হংগেন তোংবা কবো ৱারৌ থিববু লৈহও শিনতাকনা লৈমু শেংওইনবা থেল্লেনয়াইদা পানবা ৱা। কেগে পরোংৱা মোইরাং পরাং ৱানে। কেগেন [৭]কচেং শুনদে, থাংহুকনদবা ৱাবু খোইয়ুম নাদম য়েংনা ইৱাকমনা পুরুমজরমগে।।০।।

---

৩। অইনাই নিংথৌগী মচানুপীগী মচানা ওনবা ৱা ৪। ৱাং অদুনা ঈশিংদা তাওদুনা কারকই
৫ চিংগী নাকন্দা ৬। লান ৭। থাং

## ফুন্নৌ , হৈনৌ শিংগা ইরোইও

## থামৈকোন মৈকাম্বী কুরেকচাই

নহননোং খোইয়ুম লাইরেম্মা [৭]অহুমনু, অরৈনু, য়েৎলৈমা, তন্দাং, তাংনু, থেরেলোংবম চনু, লাইসা, হেলোই তরেৎমক্লা [৮]মৈতেংঙু লাইরেল পাখংবগী, [৯]খোংলোঙ সঙ্গাই তোননাও লোং, চুল্লাং খোংদিন লোং ফুমদি হুমৎলোংবু লোংখো- দুনা লোংফাল্লে। লেম্লে ঙাখা ঙামী তাল, শব্রা উমিৎ তাল্লিঙৈদা মপারি কজেং তাংখু তাংহন অনিমকপু শোইরেল ফুম্বী থক্তা শুল্লম্ববু চিংঙু অরিবা খোইয়ুম অতোনবনা হুখরবগীদমকনা পুম্না মাংখরে। অদুনোংগীবু শোইরেল ফুম্বী থক্তা শুল্লম্ববু লৌখরে, ফুন্নৌ পুন্নৌ হায়না খঙনখিএ খোইয়ুম লাইরেম্মা অনিমকনা মপারিবু থিবদা থিখংদরবগী লোইবী [১০]"হাওকুরেক চৈনাইবদা খোল্লাং তাজিন ইঙৌ থননা হান" পারি ইবুংঙো নব্রা অখুবও শানৌ নচিন ননাও অনিমকপু খোইয়ুম লৈরক শাথৌবা খোংবান লময়ানবা করম্বনা পুখিরবনো, পালেম নমা ঐদি, থিক্লেন ইথানুংগী খোল্লাং তাজিন ইঙৌ হাম্ববু মতৌ করম থাদোককবনো? পলেম নমাগী খোল্লাং অসিবু পারি নথব্রাই মিরেননা থকহৌরো হায়না খোল্লাং তরাও পীবুক থনববু চাইথোক্লে। অদুনোংগীবু খোল্লাং কুরেকচাইও কৌববু মোইরাং হৈরাং তানবনা কুরেকচাইও কোরেকলৌ হায়না কৌখিএ খোইয়ুম লাইরেম্মা তরেৎমক্লা হাইনা শিংনাদুনা কারক্লে হাইবনুংগীবু হায়নৌশিংগা হৈনৌ সিংগাও কৌনৈদো। লাইজা ইরম লাননা লাম্থোকখিএ হায়বগী ইরালও ইরোইও খঙনৈএ।

খোইয়ুম লাইনিংথৌ মহাক্লা মমাই মমীৎ পোম্না চংখিএ হায়ববু পোমনা থানা চংখিবা ইকোলনে থামৈপোমও কৌববু থমৈকোল হায়না খঙনরে। খোইয়ুম লাইনিংথৌনা মমাই মমিৎ অপুম্বা মুনা কানা থোক্লকএ মাই কাবীও কৌববু মৈকাম্বী-ওতৌন কৌনরে। খোইয়ুম মশানৌ অনিনা কেগে লমথা পুংদা ব্রাইথুংলরে শানৌ মচিন মনাও অনিমকনা

---

৭। ইমোইনুগী সাইওন ৮। মৈতৈ নিংথৌ ৯। লোংপাক মচাগুম্বা ১০। লোইবী চিংগী মতৌ ওইবা থবাক ঙানফমদা চৈরুংগুম কনখৎলক্নুনা খোমহৌথরকপা

য়াংখুবনা কুয়ান চিং। য়াংহনবনা কুদাওরোকপু তানা খল্লীবা লাইনিংথৌ চিংঙু নংগী য়াইখংনা সনম নমদা ঙৈথোমননা পাথাং য়ৌন মেননা সাইওনবা কম্বোংলকা য়াম্বা, ৱাকয়ে নচে খুনদোংচেন নাহি লম্বু হোন্না হোনঙল্লোইএ। খোইয়ম নতিক অরুববু পাইমা শিল্লেলোম্বা ইৱাকমনা তেংথা ঙল্লোইএ। হয়েং কংলৈলাথুপ অপিশানা তেংথারসনো॥

# কেগে লৌৱাইলৌ তাওথোং

# মোইরাং তাওথোং লৌরেনবা

নরম লল্লেন মদাইমা হুইচিকপা ইরিনদোং! তাওথোং কাইবী ইচিক্লেনবী তেংথাজরক্কে। নহননোং হয়িঙৈদা চাহুই লৈরোংপোকও কৌনরম্মে। কোলোই অমুরক [১]মীংহুল্লবগী অচা চাদ মরোংলৌ, শঙাই কোয়েংলৌ। খারুং পাইবু লৌ, খুনথিক পাৎলৌ, সেন্দাং চিল্লোন লৌ হায়না তৌনা তৌনরম্মে। লৱাইলৌ তাওথোং কৌবদি, নহননোং [২]তোইবী য়াইথিং চনু অকোং চরোনবগী। য়োৎচি লৈকোই পামজনুগা খোইনৌ মতা অনিমকনা,কেগে খুৎনিংথৌ ঙাংঙোই য়ুমখু [৩]পোংলেন হুনবগী খালে মরৌরেলবু থাংয়ি [৪]ফৌরুক কৈরুক তাল্লে। খুমন থুম্বগী মচন খোইনৌ লৈরি কৌবী [৫]মদু নিংথৌ খংলে লৌরকচে, লৌৱাই কাইমু খোক্লৌ লেংহোনবনা [৬]হাকুম কোংয়াং ৱারুকোন তুচোম্ববু থৌরৈ তোলগালং য়োৎয়া [৭]খনতৌনা, য়ুফা খুন্দান ৱাহি কোকশন্না, হরু লোংনা ফৌনা খারি য়েনপোপথোক [৮]লোইমোম উমীথেম। খারি খুৎতা পাই চাইচি ফম্না লাংনা থাংয়ি মনৌয়োক লৌরি শেন্দোংনুংদা লাইজা ইগাচন, থাংয়ি অচাওথেম চুমলৌ তাইগা মেন ৱাইরি শললম মাইতোং লৈনা ফুনগে হাইজিল্লবদা, কোরৌ হান্না কাংগুম্বী য়াইচেং নিক্লবগী মোমনু খুজিন লাইপুম্ থুংলবগী মপু স্না মখোংখাদা চেননা কারক্কে। নিংথৌ কোনুং সংগাইমাং লাংখোং অচনবদা লাপনা

---

১। মমিং থোল্লবদি ২। তৌইবীজম চনু ৩। ফাংফাং ইৱাং পোংলেন হনবা মীগীনা মকোক লাইগীনা মমৈ ওইবদা পানবা নিংথৌ ৪। ফৌ থোক্লবা তানবা ৫। মৌপ্পা ৬। মমাং চহী ৭। য়োৎনা লৌয়া তৌদুনা ৮। ফৌ

পাউমেল্লরে" হে ইবুংঙো তাও! ঙাংঙোই য়ুমখু পোংলেন হনবাও নদাইরেম ঐখোয়বু কোরৌ হুননা কাং, কুম্বী য়াইচেং নিক্লবগী চুপ্লৌ তাইগা মেল ৱাইরি শল্লম মথোং লৈনা ফুনবা ঙমদরে মোমনু ঐখোয়বু খুজিন লাইপুম থুংলে [১]পুরিৎলাই নংগী থাংয়ি চাগা তানববু কৈবুক লিরুক থনববু ঙল্লরোইএ নয়ু ইকৌবীয়ো। নয়ু কেগে ঈ, কেগে থংজিঙ ঈ, থংজিঙ ঙাইচিংঈ, মোইরাং ঙানবা সনচেন ঈ, কোরেক অনি চিন্দীন ঈ, লান্দা অনি কোকশোকঈ, অৱাং চিংপন পানৱাই ঈ, তুরেল লোকচা মংচাঈ শারোল ঈ মংলোপ ঈ, কৌবা ইনুং ঈ, ইরেং ইখাই ঈ, ঙানবা নোংজা ঈ, অরোইশুবা নোং শেল্লোই লংমাই নোং, লংমাই থিক্লেন মাইরেন নোং, কুম্বা নাওসং নোং, ৱাহোং লংমাইনোং, ময়ুম শেনবীনোং, শেনবীকবোনোং কবো তাইপোং নোং, ময়ুম লোইবী লোকখানোং, লোকখা য়াখা নোংহাওখা চাইরেন খুঙমনোং, চাইরেন শুবসু নোং চিংয়া লৈফোন নোং, কৈবি কৈয়া নোং, সারং ঙাইরং নোংবু ঈ পীবীয়ো, হায়না নিংথৌ স্না মকোংখাদা ৱাকৎচরবদা কেগে খুৎনিংথৌদি, নিংথৌ লাংখোং অচনবদা [২]মপান য়াথোক্লকপদগী [৩]কংলা তোংনা য়াংদা ফল্লে। মদাইরেম খোয়োন মোরি অমাইবদা পাউমেল্লকএ" ইদাইরেম তয়মও কুমশি কোরৌ হুনা ফাংগুম্বা য়াইচেং নিকপা অসিবু, কেগে পারম [৪]কাও মোইরাং পুরম নিনবা করম্ববু লৈবনো? কংলা মং হোংলো খোইয়ম মংদম লাইপাও তাগে হায়না পাউমেল্লবদা মদাইরেম খোয়োল মোরি মাইবনা ঙাইখোং তোনবা তংদারুক, মনুং তোনবা পাউমেল্লুক্তা [৫]চাম্লৌ থোপচন য়াই। চেংঙৌ খুবাম ফহাপনা য়েরুম কাংথিননা, তরেৎ শেন্দি মরাইলোং, নোইনু থুমদী কাকুপ হাপ,শিংলী লকা য়োননা ফিমু লৈরুম ফিনা খোম্লেন মংচং থাখিববু। ময়ুম থাংজিং লাইনা খোম্লেন মংপাউ চেল্লক্লে। ময়ুম কেগে লৈকোইনুংদা সাগে মচেংবা মচানা তালোয় য়ু-য়ু মদিননববু থিনা হুম্না লোংনা কুম্না ওকচিন নোংলাওনও। সঙ্গোং নোং কৌও, খৌবু নোংহৌও। কংলা হিৱাও ও নয়ু ঐনা লাইজা ইথারক্লে। হায়না খোম্লেন মংবাও চেল্লক্লে। তাইবং মলং কারক্লে, নিংথৌ স্না মখোংখাদা খোইয়ম

---

১। ইপা ইপুগী লিকলম লিখুন মথং মথং পাল্লকপা নিংথৌবু মোইরাংনা পুরিৎ লাই হায়না কৌই। ২। অয়ুক য়াহৌথোরকপগী। ৩। কোনুং। ৪। ইপা ইপুগী থৌরমবু কাওথোকপা। ৫। লা

লাইপাউ থাররে” হে ইবুংঙো কেগে খুৎনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবও। নদাইরেম ঐনা খোম্লেন মংচং পাউবু নয়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ চিংঙু লাইপাউ ব্রাদী কেগে লৈকোয় পুংদা [১]সাগৈ মচেংবা মচানা তালোয় য়ুমদিনববু লৈএ, অদুবু থিনা ওকচিন নোংলাও ফমদা নোংলাও নও। সম্থোং নোংহৌও কংলা হিরাও ও খৌখু নোং কৌও। হায়না পাউদম্ববু নতারবদা কেগে খুৎনিংথৌনা ইদাইরেম কেগে লৈকাই লাকপা নিপানমকপু কারকও হায়না শঙাই তুলাই খোংলাই য়াংববু থিনদনা পাউকৌখৎলে। অঙম্বা স্না চিনবা লেংনা তিন, লাংমৈ লাংচাও থেৎপা লেংগা ফানা কারক্লবদা কেগে খুৎ নিংথৌনা পাউমেল্লকএ” কেগে স্না চিনবা মোইরাং লুপা থেৎপা পুম্নমক কেগে লৈকোয় পুংদা শাগৈ মচেংবা মচানা তালোই লুমদিননববু লৈয়ে হায়য়ে। অদুবু থিদুনা ওকচিন নোংলানাও হায়না পাউমেল্লবদা, কেগে লৈকাই লাকপা নিপানমকনা কেগে খুল্লক চংনা চৎনা থিরুববু ঙাংখা লৈকাইদা শাগৈ মচেংবা মচানা তালোই লুমদিন্নববু লৈরম্মে। কেগে কংলা তোংনয়াং থক্তা পুখৎলকএ। কেগে মোরি মাইবদা শামু খুৎশিন্নরে খোইয়োন মোরি মাইবনা কংলৈ নোংলাওফমদা কেগে ওকচিন নোংলাওনও হায়না পাউমেল্লবগী তালোয় [২]লোংনা কুম [৩]থংলেন উপনগুমনা নোংলাওনরে। খোইয়ুম লাইনা শিল্লবনিনা সম্ধোং নোং হৌরে, খৌফু নোংকৌরে। কংলা হিলাওরে। ওকচিন নোংফমদা [৪]তোতো রোতো তুমৈশাং মৈশাংবা পংশিৎ খুল্লক অশৈবা মোইরাং নোংগৌ ইশৈ শক [৫]লৈগা নোংগা তাইরবদা খোইয়ুম থংজিং লাইনা য়াজরে। [৬]থংজিঙ ফিরুক খুম ফিমু লৈরুমশি, নোংলেন কুম্বম মৈরম নাই ময়ু ইবু হৈথরে। [৭]ফুরেন কুফু চেপনা হৈ [৮]কোরৌ খেদুম খেবা ব্রাংবন খোংদুম খোং, নোংথৌ মরাং হৌ লৈরকশিনু মরিম থম শাবন য়াংবী মনমশি কাওবী শল্লোই তাও [৯]তুরেল লাইথাংফান শিল্লীকোন্না তাও, খোইয়া তৌদোন খোম, ককচেং লাইজা ইমশি, ব্রাইখু মখুৎ উনা তাওথরে। ব্রাইখু লোং ই থরাও মপম উনা তাওথরে; থরোই লমথাং ঈ পিরেন শেনঙোই থুম, শাবন

---

১। সাগৈগী মচল মচা লৌবা। ২। নুপীনা লোংনা কৌবা। ৩। নুপানা উপ্পা কুম। ৪। ঈশৈ শকপা অমা। ৫। লৈথক্তা লৈখাগা। ৬। থংজিঙ চীংদা নোংনা খুমজল্লকপা। ৭। হৈথরকপা নোংনা চেপ্পা ফৈনা চুথরকপা। ৮। নোংনা খাক খোংনা। ৯। তুরেলগী থোঙ্গা শাদুনা লৈবা ফনবু।

লাংপক মরোম থুমদৌনা চাউনা তাওথোক্কে। অদুনোংগীবু কেগে লৌৰাইলৌ তাওথোং;; মোইরাং তাওথোং লৌরেনবও হায়না তৌনা কৌনএ॥০॥

*খামফম, শঙাইলৌ, থাংলৌ*

*খোক্লাং তাঙাপুং, ঙানুচেৎ শেনপাৎ*

ওকসোংপুং, হনুখোং, *লৈতম পাৎও ৰাংথা*

নরম লম্লেন মদাইমা, লৈমা লমশং অচনববু শাম্মু তুংওইননা খাম্বী লৌখম চনু। নুমফুই ইয়াখোংবু ওইওইননা। নরম লম্লেন মদাইমদি নহননোং খম্বা মুংয়াং চাওবনা [১]মরিক চোনবনা শিনাবা, য়ুফা য়োইথং লেনগী মচন লৈমা, হাওরে মরোইনাই তাবিনারমসুং খোংদীননা লোয়য়া লমকন থৌব শারেন শহোং, ৰাংলৈ য়ুহোংনবদা লুৰাং লোইনাই নহা তানবনা য়াওরৌ শাপানলোক চাকমোম ঙমখাই তাল্লকপদা লমওকনরে! নহননোং হয়িঙৈদদি [২]পাথৌ কৌবদী ইচুম্মা কৌএ। খম্বা মুংয়াং চাওবনা, ইচুম্মা নংদী কনানো পাউহংববু, ঐদি লুৰাং লোইনাই নহা য়াওশু তানবনে হানা পাউখুল্লবদা।

অদুদি নরম লম্লেন মদাইমা অসিদা ৰাংলৈ য়ুহোংবদি করিগীনো পাউহংববু খম্বা মুংয়াং চাউবনা পাউখুল্লকএ। কেগে লমচনগে মোইরাং লমলোক্কে হায়বগী [৩]শংলৌ থৌরাংবনে। হায়না পাউখুল্লবদা। পাথৌ খম্বা মুংয়াং চাওবও কেগে নপাচা মোইরাং [৪]নয়েল্লুনে। কোরৌ নোংবুম য়েং মলেম লৈবু য়েংনা শাংলৌ থৌরাংববু তৌগনো হায়না খাল্লম্মে 'খামফমও হায়না কৌনৈএ। পাথৌ লুৰাং য়াশু তানবও ৰাংলৈ য়ু থকখো হায়না ৰাংলৈ য়ুবু থকপবু তাওজীং হৈগ্রু অতোইবগা য়ুশা তানা পিথক্লে ৰাংলৈ মহাও থৈরে। পথৌ খম্বা মুংয়াং চাওবও ৰাংলৈয়ু অশিবু করিনো ইথৈ থৈরে, হায়না হংববু নতারবগী হোই ইতাও শমু খুৎনা ফংনা ৰাংলৈ য়ুবু থক্লগা করিগী পাউহংবনো? তাওজিং হৈগ্রু অতোইবনে হায়না পাওখুল্লবদা" অদুনোংগীদি পাথৌ লুৰাং য়াওশ তানবও য়ারৌ ঐগী শায়াম খাও, শারেল [৫]থাংজি অসিগা ৰাংলৈ [৬]য়ুমন্নৌও হায়না

---

১। লিক মরি অচোনবা ২ইতাও। ৩। এঙ্লাং। ৪। মোইরাং সলাই। ৫। শা অকংবা য়াইরগা লিসন্দুনা থম্বা। ৬। য়ু থকপদা চামিন্নৌ

পীরম্লে হায়বগী সঙাইলৌও হায়না থোন্নেএ। শারেন শানা ৱাংলৈ য়ুমননরবদা ৱাংলৈ থোইনা হাওরে। ৱাংলৈ অয়াকপা হাওতে অথুম্বনা কোক্কারকপগী থাংলেন নামৈ য়েপপবু কাওরম্লে য়াংলৈ লমখাং য়ৌরবদা নিংনা তেনা লৌরুরে হায়বগীবু থাংলৌও কৌখিএ। খোল্লাং মতাচাবু ঙারম্মে হায়বগী খোল্লাং তাঙাপুংও কৌখিএ। চেৎনাচাননা ঙাংনরম্মে ঙাংনচেৎও কৌববু ঙানুচেৎও কৌখিএ [১]শেঞ্জিল্লক্লে হায়বগী সেনপাৎও কৌখি, তেকপী ওকনাও মচা অমগা, খুম্বী নুংগাং চিংগী কৈবিয়েক শাওম অমগা ফাদুনা [২]শুল্লম্লে হায়বগী ওকফা শালৌ ওকসুম পুং কৌববু কেগেতবু থি মোইরাং হৈমন তানবনা তৈনা থৈনা হায়নরক্কুনা ওকসোংপুংও কৌখরে। খোইয়ুম খোইদোম মালতোম অনিমক্তি কংলৈ লমথোনশৈবু শককৎলক্লে চিংখোংকোয়বা নাওনা কংলৈ লমথোন কোয়খৎলকএ। লুৱাং লোইনাই নহা য়াওসু তানবনা কংলৈ লমথোন তানখৎলকএ। নোংবান শানৌ মচিন মনাও মরিমক্তী মালংনুংশা [৩]মৈনাক নকপনা [৪]হানু মালৈ শানা লাইজা ইদা তিংলম্মে হায়বগী হনুখোংও হায়না কৌখিএ। নরম লম্লেন মদাইমা খম্বা মুংয়াং চাওবনা ৱাংলৈ য়ুহোংববু নতৈননা ৱাংথাও কৌবদি লুৱাং নহা য়াওসু তানবনা কৌরৌ নোংখোং কোইনা য়াওরৌ শপাললোকপবু কোরৌ নুংশা মৈনা কনবনা অৱা হুইশোং লাংলবগী পামেন ৱাংমননা খাদা থা পামেন ৱাং মনা অমনা থক্তা থোং চারৈ ফিঙৌ খন মলং নুংশা মৈবু খাংলম্মে হায়বগীবু ৱাংথা কৌববু কংলৈ লৈপাক মীয়ামনা তৈনা থৈনা ঙাংনদুনা ৱাংথোকও হায়না কৌখরে। খোইয়ুম মচিন মনাও মরিমকনা কেগে কংলৈ পুংবু তম্লক্লে, কংলৈ, লৈবু তম্লক্লে লৈতম পাৎও হায়না কৌনা থোন্নেএ।।০।।



১। ঈশৈ শক্লা শক্লা শকচিল্লক্লে ২। তুমহল্লম্লে। ৩। নুংশাগী মৈশা অকনবা ৪। হানুবগুম্না ইতে তেনা।

## শৈশক্লমদে থেল্লেনয়াই শৈথারমদে পুংলেনয়াই।

লমদম লল্লেন মদাইমা খোইয়ুম লাইনিংথৌ মহিশাং
কাওরেন শনশেন হুনববু ওইনা উমংলাই মপনমক্
য়াখল্লোয় মহিসাং তরেৎমকনা কাওরেন শনশেন্নহাবু শালওনলে।।
লৌবুক ঙাইমু খোইচাক লাংবন কৌজেং চোংবীচাবু
হুইদ্রু পরেং লেংনা য়াওরৌ শাকৎ পুংনে!!
কংলৈ নতিক অরুবদি ইব্রাকমনা তেংথা ঙল্লোয়এ
হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশা অরুবনা তেংতারমসানো পুরুমজরমগে!!
কংলৈ মদাইমদি লমনুংশি ঙাংলৌ থেলেন য়াইনে।
হুয়েন মাগী লননীগীদি, চোথে নিংথৌ চারিংবগা
শারুং নিংথৌ লোলাংবগা, মেন্দ্রে নিংথৌ শারাবগা
লাল্লু অহুম থোকনিক নাক্লা লৈহৌ শিন্তাক্লবা
লৈমু শেনমোইনবা লম নরম কংলৈ মদায়মদি
উইরাৎ য়াইদী য়াইপুংনে.....................!!
হুয়েন লান্নীগীদি অথোইবা চৌব্রা মনিংথৌ অথৌবা
হুয়েল চাওহুই নোংশা ফবগা, খুরোয় মনিংথৌ শফবা
হুয়েন খেকপা লাম্থৌবগা তেবী খাওম্বা পাথৌগা
লাল্লু অহুম মকনা থোননিক, লৈহৌ শিন্তাক্লবা লম,
লৈমু শেনমোইনবা পুংলেনয়াইনে.............।।
নরম কংলৈ মদায়মদি, খুমুজাম্বা পুংলেন য়াইনে
হুয়েন লান্দা লান্নীগীদী থব্রাইপুং পাইবা লাংবন পুং পোইববু
লৈহৌ শিন্দাকনা লৈমু শিনমোইনবা পুংলেয়াইনে!!
নরম কংলৈ মদাইমাদি, হাওকোক লৈমা অপাম্বী
স্না মপুংলেন য়াইনিদো নরম কংলৈ মদাইমা
হাওকোক লৈমা অপানবী স্না পুংলেন য়াইনিদো

নরম কংলৈ মদাইমা
লাইয়ু পুন্সিবা পুংলেন য়াইনে, অশৈবা চাম্মনা য়াকাপুং
অমাইবা চাম্মনা পোংবৈশং ককচিং মেনবনা হেন্না হেন
তারিঙৈ হেনবা শঙ, তোংজিং মানবনা তৌনা
তারিঙৈদা তানবা শঙ, তেকপী খাওম্ববু তানসং
য়েনব খান তোম্ববু খরাই পুংচি মহাও কাংনা
মশা তেকচবা শং, হুয়েন লাম্মী লান্নীগীদি
য়ামখোং তুংইনবী তুংইনবা থাচিবলেংনুং নুংগী
পাথৌ হুংচিবা, হুংচিবী, লাংখোং কংকালাম অথৌবগা
লালু অহুম থোকনা নিকনা লৈহৌ শিন্দাক্লা
লৈমু শিনমোইনবা শংলেনয়াইবু খোইয়ম নাপা য়েং
চিংঙু নতিক য়েংনা মালবী খুদপনা পুরুমজরমগে
খম্নীং অপানশোয় খোইয়ম অকারম্বু ফৈনা লান
নিংথৌ কেপাক পুংলেনয়াই নিংথৌ তোনবা থেলেনয়াই
ফৈনা লান, কংলৈ মাদি ওকচিন ফেন্দা নোংহুন্লে।
খোইয়ুম লাইনিংথৌ চিংঙুনা কোরৌ নোংশাপানগী ফেনথরকপা
মলং নোংহুম চৈরোয়ননা, নোংথ্রৈ কৈরাক স্না খুনকুম
কংলৈ লম নমুং নমুংবা, চেংলৌ মীৎনা য়েংবসু
মীৎ নমুংলম, চিংঙু অখৈবা নংবুদি
নোংবান খোইদোম অহনবা, লব্রাং মালতোম অতোনবা
অনিমক্লা কংলৈ লম নতিক অরুববু শৈশক্লরমদে,

---

শৈশক্লমদ্রবা শৈথারমদ্রবা থেলেনয়াই পুংলেন য়াইওইবশিং অসি কেকে মোইরা লৈপাক্কী হি য়াইগী মশক ওইবা পুংলেন য়াইমক্তনী, শারোই ঙারোই শাদান লান্দান, চাকহোং ঙাহোং মরম পুম্নমক্কী ইরাৎ থৌনিগী মশক ওইবা, মতিন মকাং কনবগী কৌজেং কনবগী লৈবাক্কী অরুবা থৌরম খিবিক্কী হৈকৎ লৈকৎকী অমাইবা অমাইবীগী লাইরোন তিল্লোন ওইখিবনা শৈশকচদরে শৈথাজদরে কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথারসনো।।

কংলৈ নতিক অরুববু ইব্রাকমনা তেংথা ঙম্মোইএ।
হয়েং কংলৈ লাথুপ অরুবা অপিশানা তেংথারসানো
ইব্রাকমনা মানগী খুদপননা, মুকমু লৈতোন কোন্না পুরুমজরমগে।

-----॥০॥------

# কৌজেং পুকশ্রি পুং
## পুংদাইরোন

*-*-*-*-*

হে ইঙা, হৈরেম খুঞ্জান নিংথৌ চেংলৈ লাম্থা বনাচিংনা খালে লৌকুম্ববদা, মনাইশিংবু ৱাংলৈ য়ুবু পীথক্কে হাইদনা মনাইশিংবু কৌএ। মনাই অমগী মামিংদী ঙাংঙাচিঙ্ কৌএ। মনাই অমদী তাংখুন কৌএ। অনিমনা মমোম পেম্মা পুকশ্রী লৈমাগা লোইননা !-" হে ইমোম পেম্মা পুকশ্রী লৈমও ! পলেম নমাদগী ৱাঙ্লৈ য়ুখরুং অমতং মনা পানবা অমগা তোংজী অমগাবু, থেৎলকএ। য়ু খরুংদী মমাই চেৎনা খুমদুনা পীরকএ।-" হেইমোম পেম্মাও ৱাংলৈ য়ু খরুং অসিদী পম্থৌ নপা য়ৌদ্রিঙৈদী ৱাংলৈ মখুম হাংগনো হাইখিববু। য়াংলৌ লমখাংদা ৱাংলৈ খরুংবু থাদুনা মাখুম হাংদুনা য়েংলুবদা, ৱাংলৈ য়ুশৌ ইরীবা কোঙ্গোল কানা, পীদ্রীক পীদ্রীক শৌরল্লবদা।। মমোম লৈমা, পুকশ্রীবীনা পাইমা খোইদানা তিল্লাং খয়োৎলদুনা অপাম মীহৌ মীপাই চননা তোংজী চিন্দাই লোন্দুনা, তোংজি থিংজিন্দুনা থক্লবগী। ৱাংলৈ অখাবা-কোককারক উম্বী পীবুক পেন্না থন্না থকপদী। সামু মপুক চেৎখাইয়ে। পুকশ্রী লৈমা মমোমদী য়াইবী থৱায় খাংঙমদা অমং থালৈদা কুম্না খম্লুং শ্বা তাল্লে হাইদরা।। মপন হৈরেম খুঞ্জান চেংলৈ লানথাবনা.... মমোম পুকশ্রী লৈমাবু হল্লকমন্দ্রবদা মমোমগী মার মখোংগুন লিরকপদা য়াংদৌ লমখাংদা শামু মপুক চেৎখাইনা অমং থরৈ কুম্লম্ববু উবদা" ইমোমগী শামু মপুক মনুংদগী ৱাংলৈ য়ুরাই অশিংদী তিনবী মতিন মকাংবু ওল্লো, ইমোম পুকশ্রীবী নহাক্না পুকশ্রী তীনবু ওল্লগা মপন ঐগী খালে লৌবুক্তা, থাংই

লোইমোম পাম্বীনা, থাংইনা মপান খুমু লৈরোং চিল্লকপা ! লোইমোম্না লোইমোম ফৌনা মহৈ য়াল্লকপদী, কোরৌ খোং মরক্তা, ৱাংবন খালে লোইমোময়ম্ফৌরক্তা তাদুনা চাক্তাও!! থাংই ফৌখোং চিক লোইমোম মকা শেংনা চাক্তরও। মপন পন্থৌ লাম্থবনা মমোম পুকশ্রী লৈমবু পাইমা শিম্বা তাকলমএ। হাইদবরা?!....

## ইরাৎলোন পোৎচংদী :-

শিকনাং লম ফাবা অমা, নিংশা হোন্দনা য়াল্লগা হাইও। থৌদৌদী তেকপী ওক অমা শাও! ৱাংলৈ য়ুনে, হৈবুংনে! অথুম অহাওনে। চবান চাফু অমা, হৈরা, ফিদা অমা থাখন ফি। কোয়েৎ খাবে অমা চেগপ অমা! য়োৎশুবী (য়োৎশবী) অমা থাউমৈ, তেৎনৌ য়োৎ অমা। লফোই লফাং-লাইফি ফিরোই ফিঙাম য়াওনা তৌও।। “নপাম হৈরেম খুঞ্জান লোকখা হাওখাদী শারেন সাচানারিএ। ৱাংলৈ য়ুহোংলিএ।। সাচারে হাইনা তৌও নপন পলেম মমীংদী অহনবী কৌএ। নংগী মমীংদী পুকশ্রিলৈমা ৱালতং ঙম্বী কৌএ। মাইকৈ মরিদা তীল্লাং মরিরক থাকও।।

লাইমীংদী ...

“ অতিং কোক্লো তিংকোক্লো

অতিং কোক্লে তিংকোক্লে ”।।

----||০০||-----

# ওকচিন হিংখুম পাৎ
## খেরে খোকশাং

নরম লম্লেন মদাইমা, ওকচিন হিংখুমপুংবু নতৈননা খোইয়ুম লাইনিংথৌনা হিংখুম ননৈ থুংনা তৌনা লাইজ ইদা তেকনৈএ। হাইবনুংগীবু ওকচিন হিংখুম পাৎও তৌনা কৌনএ। নরম কংলৈ মদাইমদী খেরে খোকশাং লাইজ ইরম ইননা অরুববু খোইয়ুম লাইরুপ নিপালমকনা [১]শংলৌ কৌদ্রাংকোনবু কনম হুননা, ম্না লাইহি হোন;; অপিকশাবু কানালম! [২]লাই পাখং মরুপ্লোই ;; [৩]লাইনুরা মফেৎলোই [৪]খেনা চোংনা কারক্লে;; খেরে খোকশাও কৌএ ! খেরে খোকশাং লাইজ ইরম ইননা ৱাকমা কংলৈ লমথোন থারক্লে! নোংবান খোইদোম অহনবা লুৱাং মালতোম অতোম্বগা শানৌ মচিন মনাও অনিমক্লা খোইয়ুম লাইনিংথৌ [৫]মানতক থয়াইতাক তাকপু খানিং লোকপচিং নিংশোং মৌবীলোক, মহৌ চান্দখৌগী লমহৌরকপা, নোংচুবদা সাইচেৎপা, নুংশা শাবদনা ফৌগংবা মশেম তোংদোই পুংবু নোংশাবা শাকুফম্লে। কংলৈ নতিক অরুববু তেংথঙম্লোইএ। মুকমু লৈতোন কোননা পুরুমজরমগে।

---

১। মনা মশিং ২। লাই নুপাশিং ৩। লাই নুপীশিং ৪। হরাও নুংঙাইনা খেনা চোংবা (খেনজোং চোংবা) ৫। সারুং খুনগী ময়ুমফম মহৌ চান্দদগী হৌরকপা, থালবুং লমলেন য়াইদগী হৌরকপবু শৈথাবনী খোইয়ুম নুং শাবা (নোংশাবা) অরুবনি।

## নোংশাব পুংলেনয়াই খুন্দারোল

নহননোং মানতক থয়াইতাক, তাককুপ খানিং লোকপা চিং
মহৌ চান্দ খৌগী লমহৌরকপা;.......................।।
নোংচুবদা সাইচেৎপা, নুংশা শাবদা ফৌগংবা;
মশেম দোংদোই পুং, নোংশাবদী শাকুফম্লে।।

চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ, খোইমোম লাইরেম্মা অনিনা, চিংঙু মালেম লৈশেম লোইরবদা তাইবং মালেম কোইরকপদী লাইরেম্মা তরেৎপু চিংথোকএ মহৌরোলদা হৌরকএ। লৈচিক্লেন্দা চিক্লা লৈএ। তুম্না হিপ্না মংতম্মে খোন্নেন কৌএ। লাইনুরা তরেৎপু চিংথোকএ তোমচিংনু কৌএ! লাইনুরা য়াম্মে য়ামৱাইও কৌএ। লাইনুরা তরেৎপু থম্লে লৈথম্লেন কৌনা, ঙাংনা শক্লা শীল্লম শিন্থাবা লোইরে খম্লে খমৱাই হাইনা কৌববু

"নুংজেঙনে, কোংবা মৈরোশ্বীনে, লোকপোক্লে, লৈতাংনে,

তাক্লখানে, পুন্নেন্নে, লোক্তাক্লে। লাইকোম তরেৎতা

লাইনিংথৌ লাইরেম্মনা নুংশি পরৈনা নুরা পুক্লিং নুংওন্না ঙাংনৈএ। লাইরেম্মনা লাইনিংথৌবু ঙাইঙমদনা অৱা হিকশোন খাংনা ঙাইখন্বা মফম্বু খাংলকফাইও কৌএ। নুংশি ইরাং হৌ লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিনা উনবদী মহৌ ইৱাংফাইও কৌএ। শমান লেংমান্নবা অনিনা উনবদী লমদম লন্নেন লম্নুংশি মান্থক থয়াইতাক (মস্তক) কৌএ। লাইনিংথৌনা লাইরেম্মবু চিংশিললে "খুনবী সলাই নরেংচিঙও কৌখিএ।। তিন্নবদী মফম্বু খানিংলোনবচীং কৌএ।। সান্নবা লোইরদুনা হঞ্জিল্লকপা মফম্বু [১]লোইরেন খুনবীলোকও কৌনএ।।" লাইনিংথৌনা ইকাই নুংশিনা খোংনা লাওনা ঙাংববু "খুৎখোং ননৌলোক কৌএ। লাইনা চারা থাববু "লাইথা চারালোকও কৌববু "লাইথা............ চরাং লোকও কৌএ।। লাইনীংথৌগী মখুভম মপন, (৯) অশিদী নোংলোন কৌএ। লাইরেম্মাগী লৈখারোন তকপাক মখুভম (৭) তরেৎনা।। মতিক চাওবা খোইয়ুম্নী, কোলোই নমীংথোনবু চিংলেন নোংদাই নিংথৌ, থোংনাঙ্ লোইজা খোম্বা শিঙেন লৈজা হেকপা উরেন উথা নিংথৌ উথা লাংমৈরেম্বা, নশানৌ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা থোংনাং লোইজাখোম্বী শিঙেল লৈরাং হেকপী খোইয়ুম নপিঙানা চিংঙু নঙান অরাবনা, নুমীৎ থা থৱাম্মীচাক খোংচোমনুবী পুম্নমক্তা ঙাল্লিবা

---

১। কেগে মোইরাং লৈবাক্তা লাইনিং থৌনা কোইনা শান্নবা খুনগোইরগা হঞ্জীল্লক্কুনা লৈরে লোইরেন হাইরম্বদগী লোরেন লমদম লমনুংশিং কৌএ।

লাইনিংথৌ !! কোলোই নমীংথোনবু উরেন উথা নিংথৌ চিংঙু নোংশাবও তৌনা কৌনএ। নহননোঙ্ মম্থক থয়াইলোক নিংশোঙ মৌবি লোক্তা হাওখম্বগী মকাইদা থুপ্না লোন্না লৈববু মাম্থক মনিন মনাই, মরাংহৌ, নুংঙাই থোইনা পানববু।, কেগে মোইরাং খোইরী য়াইনা পথৌ লনথোই তানবদা, মাম্থক চীংদা কারকপদা লাইনীংথৌনা ঙান্না সানা লৈববু চেংলৌ মিৎথিৎলবদা-কেগে চাওনবা মোইরাং শাংননাবা কেগে পুংময়োন, মোইরাং মরানয়াইদা পুরকএ।। য়াংদৌ লমদাং মপুংয়াই কেগে মোইরাং পুখ্রম্বাগী মরানয়াইদবু থল্লম্মে। কেগে মোইরাং খোইরিয়াইদী নুংঙাই থোইনা পাল্লে। পুখ্রম্বসু নুংঙাইএ। লাইনিংথৌনা কেগে মোইরাংবু থাদোক্কুনা, ৱাঙঙু খুনবু ইন্দাল্লে। ৱাংঙু খুনবুম নুঙাইএ।। ৱাংঙু খুন্দগী লাইনিংথৌনা লোইবী চীংবুরোই পুম্নমকপু খংহল্লগে হাইদুনা নমু মীশক ওনদুনা চোথেখুন্দা খোংদএ। চোথে খুনবুমদী নুংঙাই থোইনা পানবদী পমা মচন থিংঙাতাওবীনা, লোইবী হেম্বা তুইশমফাই, হেম্বা ইশিংখোং তুইমরোং, মরেম ইশিংখোং অমদী চংবী ইম্মথৈ। লোইবী লমদাং শাং অমদী, নুমীদাং লমদাং, অমদী লুৱাংতাং, কসানতাং, থোংনাং লাক, লাল্লম শগোলতাক থোংনাং কম্বা অতৌবা ফানলম্মে। চোথে লমদাং লাংখাও খাংচেৎ মঙ্গোলও ! চোথে খাংচেন অমদী খোঙ্ও, তাংলৈও ! মরেম খাংচেঙ্ ''মদী তেম্বাও ! খাংচেঙ 'মদী নুংগাইবী খাংচেঙ্ মঙা ফাংবাদা শাবশং।

চোথে নুংসুকচীঙ তাংলৈ তাংখোংচীংনা তেবা লৌসৈকোলদা পামা মচন থিঙা তাওবীনা মথিং লাইরেন লাইবু য়ুকৌএ। মাইচম শানা য়ুকৌএ। মথিং লাইবু য়ুকৌএ। লাইরেল লাইবু য়ুকৌএ। মৈনা ৱাই তাংনা শম্ম য়ুকৌবনে।। লাইনিংথৌ নোংশাবদী মৈনা ৱাইনা তাংন শম্না চোথেদগী খোংশানবা লাংচীঙ চিংলাংচান্দা ৱাইথুংঙে। লাংচীঙ চিংলাংচানদা লাইনিংথৌবু ইকৌএ ! অদুনোংগীদী খ্বাইলংমৈরেম্ব পাথৌদী লনগুবীরমএ। অৱাং মুংবী চিংদাইরেম কৌবা অঙং ঙানা লাইরেল লাইবু য়ুকৌএ। অৱাং চিংদাইরেম

---

১। কেগে মোইরাং লৈপাক্তা লাইনিং থৌনা কোইনা শান্নবা খুনগোইরগা হঞ্জীল্লক্কুনা লৈরে লোইরেন হাইরম্বদগী লোরেন লমদম লমনুংশি কৌএ।

থব্রাই নোংশাখম, য়াংফম চাকলিকোক ঙারেন তোহানচীঙ-শন্দং-খাংচেংচিং-লঙ্গোল চিংদা য়ুকৌববু লইয়িংথৌনা কোরৌ থক্তা লঙ্গোই শগোল মমাই লৈনা, লৈসন্না লনগুবীরম্মে।। নোংবান হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবনা কৌবা লুব্রা চিংদা য়োইময়াই তাওদনবা নুমীৎ স্ম খোম্মতোনবু য়ুকৌবদী চারোন মঙা তানফংবা শুরোন তরুক লোনচনবা, পাখং কুমশিং লোলখোঙ মঙা ব্রাইচন্না, নুরা কুমচিংলোন অহুম ব্রাইচনবা লুক্লেন নিপান পান্নবা য়ুগৌএ।। নোংবান হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবাদী শাজিক মতুং ইল থবা মমৈ ব্রাই কোরৌ মতোল কসালাই ওইখিরবদা। চিংঙু নথৌজান্না খোইয়ুম নরলকৃগী চোথে মনিন নাই লোইবী মরাং হৌনা পাল্লবদা! চোথে শবুম চিংদগী খোইয়ুম নতে হৌ, চিংঙুনগুন হকপা, চিংঙু খোইয়ুম্বা মহাক্লা খোইয়ুম মশক ওইনা চিংঙু লৈন তম্না থল্লমগে হাইবগী কোলোয় মমিং থোনবু থৌবু নূং মিংনাইদবা খোইয়ুম নুংচোংবও তৌনা কৌএ। হেম্বা তমবু থনবা লোইবী চিংবুরোইবগী কৌরৌ মনোংথৌ কশাবু শাইওল্লবগী, চোথে শাৎফম লোইবী নরৌ মনোংথৌ কশাবু শাইওল্লবগী, চোথে শাৎফম লোইবী নরৌ নত্তে হাইবগী কেগে চাওবা পুং, মোইরাং শাংবা য়াইদা হলব্রাইরক্লে। লৈমা য়োইরেম্বী পাইমা লিলকোনগী। ইব্রাং পুরিক্লাই লৈই লাম্ব্রাবা মোইরাং শাথিনা য়াংদৌ ময়াই খাইনা ঙাপা পোনতম্ববু, তেৎনৌ য়োৎপুন শানা পাথৌ লম্বোই তানবনা হৈজ অওইখিগে হাইবগী, চোথে মপুংয়াইদা কাখিববু! অহিং ইনুং শোয়য়াইমদা, লাইয়িংথৌ চিংঙু নঙান অরাবনা চাকমোম খাম্বী মৈরা থানবগুম্না লমওক্লরে। খোইয়ুম উনবী পুকমান্নরবগী, মোইরাং শাথিনা থাদা কোন, অহিং ইনুং শোইয়াইমদা কেগে লাই য়াংদৈখা, মোইরাং য়াংখোংজম্বা খুনফল্লেন, সম্বোং মোরিব লম, তাম্বোং পুনেম্বচীং মচিংলেন! সম্বোং খাইজং অওনবা ময়ুল্লেন। লোইরেন খুনবীলম লোইরেন স্নাপুঙ-পুরুম তাইবীরোক য়োইময়াই তাওদনবা তাওরোইনাই অঙানবা, স্নাখোম্মতোন অতোনবনা খ্বাই নুংজেঙবম পীবা খাবা ফানতোংববু সোংকী ব্রাগী মলেম লৈখারোন্দা লাইরেন খুম্বীলোক্তা সনথুপনোংদা; য়োইবু ব্রাঙমলোন তমফা পম্মোইবী শকলেন মঙান নাইবীনা চেংলৌ মীৎপু ঙকপা, চিংঙৈ লাইনা পানতমগুম, কুলফেৎ লাকপদা মপোক খোইরা য়াল্লৌবী। কৌরৌ

লংমাইহনবী মলেম লৈমাই হনবীনা লাকসাবনা লক মঙাশা, থেমশাবনা থেম মঙা শা, কাইরে অঙৌববু শমু নমদা য়েপ্পা। য়োইময়াই অঙংনববু পাউথেমলম লোইরেন (লোলেন) ম্নাপুংদা ব্রাইথুংলবদা। লাইয়িংথৌ নংবু-কেগে পুংলেন অহোংবা মোইরাং শংবা মকাইফমদা, অমাইরেন পুম্না হৌ, পাখং য়োম্লোইহৌ, মোইরাং য়োমতাং শাংনা কৌরৌ ললশানা, ব্রাংবন পাওফানরবদা, শথিপাইনা লিমতাং শাংবদি মরাল শিংজা কোনখিল্লে। তয়ুম শীল্লে, নুংঙাই মথোইতোং, নুংঙাই মরাই লাংনা খুদপননা পাল্লে হাইদবরা।। চিংঙু নতিক অহকপা খোইয়ুম নকাশা য়াম্বদী ইব্রাকমনা মালবী খুদপননা মুকমু লৈতোনকোন চাংজৌ চেপ্পা লোন্না খূরুমজরী।। খোইয়ুম পুংলেন অরুবা, নোংশাবদা ফৌগংবা নোংচুবদা সাইচেৎপা মশেম তোংদোই পুং, য়োইময়াই তাওদনবা অঙানবা থম্বান লৈরম মঙানা, মাইওক্লবা পুংনে, খোংলম (৭) তরেৎনা ইতারম ইরম (৭) তরেৎনা ইফাওনবা পুংলেনয়াইনে।।

## খোরি কৈথেল

কাংলৈ লোরি কৈথেল কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদী ? [১]নহনোং চিংঙু থংবা নোংনিংথৌ কোনখৈ অতাম্বগী মপারি [২]নিংথৌ খোরি হায়বা হৈনা মাউ চাউবা পামেন উচুং কনবনা। কৌরৌ নুংথিন পোবোপতা, মোইখাই য়েনথা শাবদি ম্নচোংলেন খান, চপথং য়ৌরোংফাল, লৈশং লৈঙৌ খব্রান্ননা লোলেন য়ুথক চিন, ফেন্দ্রা নেংহুম চৈরোইননা [৩]নোংথোই কৈরাক শানা খুনকুমলকপদা। চিংঙু থোংনাং অরিবা য়াংবী লুরোয় কেন্দবানা, শব্রা পফল নিক্তবা [৪]হয়িং খোইজা অরিবনা য়ুম্বী চৌরা মপান ফুক, খোংনাং কেপাক মফম হোং, ফুংগা থিকপী মফম তৌনা চাইবীয়ে। নিংথৌ খোরিফাবনা পুচেং মথক নেৎ। লাংচেং মথক তৌনা। তরা চাকহোং থেন লেম্লৈ ঙাহোংথেল। [৫]নোইনু থুমহোংথেলনে। হুয়েন লান্নীদী তয়ম মনিংথৌ চব্রাইরোং লাম্ছৌ য়াংবু লৈহৌ

---

১। চিংঙু থংজিঙ ২। খোরিফাবা ৩ নোংদোন ৪। থংজিংগী মশালোননা কেকে মোইরাংবু লৈশেম্বা হয়িং কোইজ ৫। থুমথোকফন

শিন্দম্ন লৈমু শিনমোইনবা থেল্লেন য়াইনে। নরম কংলৈ মদাইমদী মকাম পাৎপু নতৈননা কুকী অহোংবা পুংলেনয়াইনে। লাইমু অচৌবা থেলেন য়াইনে। লাই পাখং মরুপ্লোয়না য়াগাপুং। লাই নুরা মফেৎলোয়না পোংবৈথেল হুয়েন লান্নীগীদী চিংদা লাওবা তরানা তমদা লাওরা তরামক্কা অহোংবা পুংখা থানবা পুং। লৈমা য়াংদৌসু অথৌবী পাইমা স্না লীনকোলগী চিংয়াই চরাং লেপ্পা, চিংশাং পনখম খোইরোং শফবা কৌবা লৈখাম মানবা অপিশানা হয়িনোংনাং সেরনববু অহোং পুংয়াই চন্না পুং য়াইবুং লৈমা [৬] হাওশি নমোইনু নুংশি পলেম নাওয়োক হাংবীয়ু। ঙানুরোন লৌশীয়াম্ম্ পাইমা লিংজেন ফৎতবীনা পালেম পিথাংশিৎনা লাঙ্গোন্দবীবু [৭]চফু কানমদববু কানময়ে। [৮]ইব্রান কানমদববু কানম্মে। হাইনা [৯]লাংলেন কদংয়াং তনথাদে, ঔতং তাংমানচৈ, লেপ্লে ঙাওৎলাং। খাবৈ চৈনা লুবাই কোইরেনথক্তা তাংজা শম্লক খাইনা [১০]চৈবিরবদা নুরা মাদী মকা নিকনা তুখিরবগী, নুজা খাংবা [১১]মনম থাংনা শারিংখিএ। নুংশি হেকচং নিক তাইবং মী ওইঙমদনা লৈমা হাওসি নমোইনুনা ওনখিবা চেক [১২]হুইজারিংবা হুই-নিং নোংনাং নোং-নোং য়াইশাবী শারিক খোননৌবনা। লোইদাম থাজা ইঙেনথা শাবন লাংনা কোংদানবনা লাংনা য়াওরৌ শরেপফা চারোৎ পোইদিং ঙানা মপান খুমু লৈরোং শারক্লবদা পোম্বী মরুপ হৌদনা চেক্লা মপউ পুদুন খোইয়ুম স্না মখোংখাদা, মদোম ইঙেন চিংখোং য়াগৈবা খোইয়ুম মকাইফম। কংলৈ লম অরুববু তেকপী খাওনবা। মলেম লৈখারোনগী লৈনিনশা, থিংলৌ কাওদোম চৎপা। ওক্লেন লাবা খারোৎপনা, মলেম লৈখারোনগে, খোঞ্জেল ঔং ক: র: তরেৎমকপু ঙংনা ওক্লেন স্নাঙোন থোংনা তাওখংবা পুলেন য়াইনে। কংলৈ নতিক অরুববু তয়ম ইব্রাকমনা তেংথা ঙম্লোইএ। মানবী খুদপননা মুকমু লৈতোন কোননা ময়ুম কবো শাম্বা লাইরবা মকোনখং। মচি য়াই ফুনুংগী চিথবা মলেম লৈস্না স্ন কোনমচং অঙাংবা, তয়ুম নাইগা শিন্নবা কোন্ন,, খোইয়ুম স্না নখোংখাদা ঙাবমসুং তম্না য়েনপৎচরমগে। থোংনাং ময়াং

---

৬। মোইরাং নিংথৌ শুবা থিংগৃ নাচৌবগী হাক্তক্তা হাওশিনমোইনু থোকখি। ৭। চাক কাবামনম ৮। এঞ্জাং কবা ৯। ব্রাগী খবৈ ১০। থাদুনা ফুরবদা ১১। নুজানা খাংবা ঙমদনা লাওদুনা শিখিবা ১২। হরিনোংনাং ওনখিএ

লুপা কোন মচং অঙৌবা কোরৌ নোংলুমপান কাওরেল শনগা শিন্নবা কোনন, নখোং খাদা ঙাব্রা অমসুং তম্না লাঞ্জরমগে। চিংঙু নংনা তাথিবীগনো, খোইয়ুম নংনা অরাই লাংবীগনো [১]পুংলেন অব্রাং লাইনা পাংবরমদা থৌদু ফৈনা লৈবা চেংজা অশংবা থৌদু অব্রাংব নুংনে। নুংলেন মখুভমনে। খম্বা মুংয়াং চাওবা ঙাইতাইতাই পন অমদা সাইবু ইরু খুমদা ব্রাঙনবা খোইয়ুমগী মকাশা তেংপাললাই নমুংনরিবনে।। [২]খোইয়ুম লাইমাং থানা চেংজা অমা লেপনা য়ুং থৌদু অমা ফৈনা থাবা নুংদী নিংথি মপুংয়াইগী নোংয়াই লৌশি লাকপা খাদা হনবানা লোইবী মপুং তাক্লা পম্থেংলুঙেদা, কাওরেন ঙাংবা নিংথি পামহৈবগা লোইনদুনা নিংথি খম্বা অথৌবনা খোইয়ুম থাংজিং লাইদা লমওকনুং কাওরেন সনতুফম্নে। [৩]থৌদু অমা ফৈনা থাবদী খোইয়ুম থাংজীং পোক্লা নুংনি, চিংঙু শাৎনফম থৌদু নুংবি শিদবা, চেংজা নুংঙৌনাদবা হয়িনা মখোং তেক্তবা নুং হয়ানা মশা তাদবা নুং লাইজা ইপুৎথোক খোংশেন ইরম তরেৎনা ইফাওরম তাইবং মীনা পোকনফম, খোইয়ুম লাইকোক্লম চিংঙু নতিক অরুববুদী চাল্লৌ লায়াৎ তৈগদী থাংথদুনা খোইয়ুম থাংজিং লাইকাবনা,, ইব্রাকমনা মানবী খুদপননা মুকমু লৈতোন কোননা পুরুমজরমগে। চিংঙু নংবু নন্দোম লৈজহল্লমগে।।

# নুরা হৈদৌকোল থুমকাং নাওরৈতাক
# (হৈদিগোল ফুংগাংথোং)

ব্রাংখা লৈমা অঙাংবী, লমজা মরু তোংবী, মখুভম্বু ফৈনা লান হুন্না হাৎনা (হুন্নরিন) লাইফম্লেনবু কান্ন চোং, নুরা হৈদৌকোল থুমকাং নাওরৈতবু তেংথাজরককে। নহননোং হয়িঙৈদা নুরাবুদী হৈদৌও কৌএ। পাখংবুদী থুমকাংও হাইনা কৌরম্মে। নুরা হৈদৌ অমা পাখং থুমকাং অমগা লাই-পাখং লাইনুরা অনিনা তোইনা উনা শান্নরম্মে। হাইবগী নুরা হৈদৌকোন থুমকাং নাওরৈতাক কৌনরম্ববু কেগেতবুথি

১। থাংজিং লাইফমগী অব্রাং থংবা ২। থাংজীং মণ্ডিরগী মমাং নোংচুপতা ৩। থংজীং মণ্ডিরগী অব্রাং থংবদা থাবা নুংপাক্লী।

মোংরাং ৱাংলৈ হৈম্মন তানবনা নুরা হৈদৌকোন থুমকাং নাওরৈতাক হাইনরম্বৰু
" হৈদিগোল ফুংগাংথোং কৌনএ।।

চেংলৈ কৈথেল থেলেনয়াই

চেংলৈ পন্দোল অপিশা

কোকপা নৌরেনথোং

য়াওসু চিংনুংশোই লম্মুংশি

নরম লেম্লন মদাইমা, খোইয়ুম লাই শরোই হুমফুমথোইগী য়াংলৌ মরমশাং। খোইয়ুম চৎনফমবু নতৈননা। [১]চেংলৈ কৈথেল লেননে। হুয়েন লান্নিগীদী নুরা খুমোম্না ৱাউপৎ শফাববু লৈহৌ শিন্দাক্লা। লৈমু শিনমোইনবা থেলেনয়াইনে। খোইয়ুম লাইনিংথৌগী কাওরেন শনগোনফবু নতৈননা চিংদোল চিংয়াং মরিন চৎনা পাম্বা কৈকোন ফম্বু নতৈননা য়াওসু কংলৈ মদাইমদী, লোয়রেন খুনবীরোক [২]খুনগোই ননৌলোক [৩]লৈথা চারৈ লৌজখা নিরোল পীরোল য়াম্বা চিং [৪]চিংঙু লাই থমপোক, নুমীৎ অরেম্বনা ওংলিৱাই থাবী অরেম্বনা পল্লিৱাই। শাজিক্লা তেশিনৱাই থবানা হুঞ্জিনৱাই লাংচেং ইমরু-নুংচেং ঈনমুং নোংবান লাইসোইমাং লৌখাবাশং মদাইথেল। খোইয়ুম লাইরৈমা মখুরোল কংলৈ লম নমুং অরুবা নংবু ইৱাকমনা লমলেন নতিক লোম, কংলৈ নয়াং ফাৎনা তেংথা ঙম্লোইএ। হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথারসানো ! খোইয়ুম নংবু নদোম লৈজ হল্লমগে। ইৱাকমদী নোংবান খোইদোম অহনবা, লুৱাং মালতোম অতোম্না অনিমক্লা কংলৈ লমথোন শকপবু খোইয়ুম স্না মমৈ ৱায়না চিংঙু হৈনা মতুং ঈননা কংলৈ লমথোন তেংথশৈবু শক্লুখিগে।

নহননোং খোইয়োন মোরি নমাইবনা, খোইয়ুম লংবা য়াখল্লোই তরেৎপু চেননা চেন্নবা তান্নবা মরমশাং। চেংলৈ পান্দোল মপিশা অচৌবা অনিমকপু হেন্না। নরম লম্লেন মদাইমদী চেংলৈ পন্দোল অপিশা অচৌবা অনিমকপু হেননা। নরম লম্লেন

১। মোইরাং কৈথেনগী মনুংদা চেংলৈ কৈথেন চেংলৈ লৈকায়দা লৈবা। ২। নোংশাবনা খুন কোয়দুনা খুম্ভোকপদা থোনখিবা। ৩। লৈথা লৌ ৪। চিংঙু নোংশাবনা শান্নবা লাইথমপোক লম।

মদাইমাদী কোংকা খোংও কৌবদী কৈদৌনোংগী হাইরবদী।

নহনোং কেগে মোইরাং কোকপা ৱাংবা মনু লাইতম্বনা শোইরেল খমঙাকফমগী।। খোইয়ুম লাইচম য়াইহৈববু লৈতরবগী পুক্লিং মরাং কাইনা নৌরেন লেংদা থোংনা মরাল্ল য়ুমগা য়ুমগারকএ। হাইবগীবু কোকপা মৌরেন থোংও- কৌনয়ে কেগেতবুথি মোইরাং হৈমন তানবনা কোকপা নৌরেমথোংও হাইনা কৌনা ঙাংনএ।

নরম লম্লেন মদাইমা য়াওসু চিংনুং শোইও কৌবদী কৈদৌনোংগীনো হাইরবদি। খোইয়ুম মালেম চীঙশেমগা তরা মানা অহিং ইনুং সোয়য়াইমবু চিংশেমএ। চিংলেন কৌবা ঙমশা লোইদনা ইনুং কৌপা সোয়পনা হাললে। অদু নোংগিবু য়াওসু কৌবা চীঙনুং শোইওদৌনা কেনৈএ।।

## তানসিনকোল্লো তাশিগোন,
## লানবা চিংও - নানবা চিং (নাপাচিক)
## লাইকমতাকও - লাইখমতাক

নহনোং কেগে মোইরাং কোকপা ৱাংবা মনুলাইকমবগা, লায়চম, য়াইবগা লেম্লে কাবা ৱানচেং অকুম্ববু, শোইরেন খমঙাকনা লুফুই লুথুন্মে।' লাইচম-য়াইবদি, ময়াই থাইরং চননা লেম্লে ঙামি কৌএ। লেম্লে হুকচংনা, ৱানচংনা, ৱানচেং ঙাচংনরে, মোইরাং কোকপা ৱাংপা মনুং লাইকম্বদি [৩] লেম্লে চাচিৎ ফাদে, ৱানচেং মরন ফংদে খোইরম লাইচম য়াইহৈবনা খোহয়ম শাহিং চাবা লাই ওইবনা লেম্লে মাগী হাচংববু অহিং খোম্লেন [৪]তুমকন্দনা লোননা শোইরেন মাগী খমঙাকফমগী [৫] লুকুইনুংগী লেম্লে ঙামীবু লোননা লোন্না চাথোকখিবনা। অদুনুংগীবু খোইয়ম লাইচম য়াইহৈববু [৬] উনবী পুক্লিং কচক হৌনা, [৭] মরৌ খোইপুং লৌগা চাওনা পাউমেল্লকএ। শেল্লোয় ইপাতাও লাইচম য়াইহৈবও হায়েং

---

(৩) লেম্লে চাচিৎ ফাদে - ঙা অচংবা ফাদে।। (৪) তুমকন্দানা - অহিং তুমদনা।। (৫) লুকুইনুংগী - লু মনুংগী।। (৬) উনবী পুক্লিং কচক হৌনা - পুক্লিং শাওনিংবনা ইরাং হৌনা।। (৭) মরৌ খোইপুং লৌগা চাওনা - মরৌ লৈনা।।

লাইরেল ইনোংমদি [৮] তরা চাকয়োম্লশে। ঐগী তরা চাকয়োম্লকপবুনা পাথৌ নাংনা থোকও। তরা চাকয়োম য়েংনশে ব্বাংলৈ খোমহান্নশে পাথৌ নংগী তরা চায়োম্লকপবু ঐনা তরা চাকয়োম থোক্কে হায়না পাওমেন্নখিয়ে। লাইচম য়াইহৈবনা ফৈয়ে য়েংনশে পাথৌ হায়না পাউয়ানরে। মরান মাগী লোনয়ুম য়াইদা মদোম মদোম য়ুমগানখিএ। ঙাসি কৌবা ইনোং শোইরবদা, তরা মখোয়গী চাকয়োম্ববু মদোম মদোম শামু লেংদা থোংনা শোয়রেন মখোয়গী খমঙাকফম, খাংপোকশংদা কুল্লম্লে। মপতাও অনিমক ব্বাইথুমিন্নরে। কেগে মোইরাং কোকপা ব্বাংবনা পাওমেল্লকএ। পাথৌ য়াইদম য়াইহৈবও তরা নংগী চাকয়োমদি কদায়নো হায়রবদা, থোপ্লাং মাগী লেম্লে ঙাহাপথোপপু অসিনি হায়না পীথোক্লে। কেগে মোইরাং কোকপা চান্বা নুবু লাইকম্বদি থোপ্লাং মাগী লেম্লে ঙাহাপথোপপু হান্না মিৎয়েং শানখৈরুববু নমু মিহিং অচংবগী শামু মীগী মীখুৎ খুদোন খুৎশাগা নমু মিহিং অচংবা অঙাং ঙাবু [১] মঙাইরবগী - পাথৌ নংগী তরা চাকয়োম অসিদি হাওনঙেনে হায়না পাউমেল্লগা, পাথৌও ঐগী তরা চাকয়োম অসিবু থোকনা মিৎ য়েংলও। হায়না পাওমেল্লবগী খোইয়ম লাইচম য়াইহৈবদি কেগে মোইরাং কোকপা ব্বাংবগী থোপ্লাং মমাই কাংনা মিৎয়েং ওানখৈরুববু তরা মাগী চাকয়োমদি লৈরমদে, য়াংলৈ তাওবা মহুইচা খানবা লৌশিংবা শোংবু মনুংচং [২] তাওবা লাইতাংববু লৈরম্লবগী খানবা লৌশিংবশোংবু মনুংচং তাওবা লাইতাংববু লৈরম্লবগী খানবা লৌশিংবনা লাইচম য়াইহৈববু, চেংলৌ মিৎথিৎনা য়াংলৈ খোংদুম খোং লাউদুম লাওনা তাল্লক্লে। লাইচম য়াইহৈবনা- পাথৌ মোইরাং কোকপা ব্বাংবও! য়াংলৈ নংগী তাওবা নহুইচা খানবা লৌশিংবা অসিবু [৩]থৌখাম্মো হায়না পাউমেল্লববু কেগে কোকপা ব্বাংবদি কনজাও মখৈ লৈতনা কঞ্জাও মৈরা থোক্লা থৌখাল্লকএ। হায়না থৌখাল্লবগী য়াংলৈ মঙাও হৌনা। তাওবা মথি নাইরে হায়দবদা। খোয়য়ম লাইচম য়াইহৈবা খোয়য়ুম লায়বু - তুবী লাইরেন মশক ওনববু স্না মমৈ ব্বায়গে হায়না তাওবা মহুইচনা তানশিনখিএ - হায়বনুংগী "তানশিনকোন ও"কৌববু কেগে মোইরাং ব্বাংলম হৈমন তানবনা তানশিকোন ও হায়না কৌববু, পাথাং পুথাং ঙাংনরক, চাদুং শুদুং - লিথাংশিৎ ঙাংনা হায়নবদগী তাশিগোলও কৌনৈএ। খোইয়ুম

---

(৮) তরা চাকপু য়োম্লরক্লগা অহাও হাওতা য়েংনবা।। ১ অদুখক্তা য়াওরম্লবগী ২। হুই মকো তাংবা লৈরম্লবগী ৩। খামজিল্লো

লাই মানা লানখিএ - হায়বগী লানবা চিংও কৌখিএ। ঙাসিগী চাদু ং শুদুংনদি নানবা চিংও কৌনৈএ।। লংইচম য়াইহৈব মনুং লাইকম্বনা খাম্মে হাইবগীবু লাইখম তাকও কৌনৈএ।। তাশিগোন্দী লাইফম্লেন লাই মানা শাথুপ্না লোংনা ফোংনা লৈখিবা তুবী লাইরেন শকওননা লৈরিবদি ইকোন্দী অসিনিদো খঙউদো। অরুবদি লাইফম্মী, খোয়য়ুম শাহিং চাবা লাই মাদি কুমজা লাংহৈ খুদিংগী নমু থব্রাই পানবা অমমম লৌরিএ ঙাসিসু শোক্লা শম্নহৈদবা লাইফম্নিদো অরুবা ॥০॥

## য়াওসু চিংহুন্নাই, মোরি লেপ্পা চিং কোমজিনও, মোরি পাইরৌ "তাশিনকোন"

নরম কংলৈ মদায়মদি "য়াওসু চিংহুন্নাই মোরি লেপ্পচিং, কোমজিনও মোরি পাইরৌ কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি, নহননোং খোইয়ুম লংবা [১]য়াখল্লোয় ৭ মকনা মোইরাং খুল্লক চং কেগে য়ুল্লক চংনা। কেগে য়ুল্লক খায়না কেগে চাওনবা মোইরাং শাংনববু অহিং ইনুং শোয়ববু কেগে খুল্লক চংনা ব্রাতানৈএ। কেগে মোইরাং [২]লাংচেং লাংমৈবনা খোয়োন মংথি মংলাং চুম্বা য়াংবা মরোল ফাওবা মংসু খোইয়ম লায়রক তিল্লরে। লোয়দাম থাবুংতোন য়ব্রাগুম্না চুম্ববু কেগে খুৎনিংথৌনা নতারবগী। কেগে লৈকাইলাকপা ৮ মকপু কৌখৎলে।" ইদাইরেম কেগে লৈকায় লাকপা ৮মকও! অহিং ইনুং শোইয়াইমদা [৩]ক্বাক য়োমদোই তিন, [৪]চেক্লা য়োম্লোয় হৌবা অশিবু করিনো? লৈকায় খুনচেপ নিপানমক্কী তম্বা নিপা ১০০ থোকনা, [৫]মিৎয়েং শনগৈহনশে। হাইরাবদা ওকচিল্লাকপা সাংতোন নাইখু অথৌবন হাওশি ঙমগাচিংনা অহিং ইনুং শোইয়াইমদা মিৎয়েং শানখৈববু,। য়াংলৌ লমজাও ইননা খোইয়ম লাইরপ্ ৭ মকনা ব্রাতানববু চেংলৌ মিৎ থিংলবগী খোইয়ুম লংবা য়াখল্লোই তরেৎমকপু

(১) গুরু ৭ পুসু শাইওল্লীবা শ্লাই ৭কী মপুনি হায়না খঙনবা য়াখল্লোয় ৭ নি।। (২) লাংচেং লাংমৈবা - মোরি মাইবা।। (৩) ক্বাক য়োমদোই-তিন - ক্বাক ময়াম তিনবা (৪) চেক্লা য়োম্লোই হৌবা - উচেক ময়াম হৌবা।। (৫) মিৎয়েং শনগৈহনশে - মিৎনা শেংনা য়েংহনশে।।

(৭) শামু খুৎনা ফাগে হাইনা তৌববু খোইয়ম লাইশক ওইনা মাংখিয়ে। কেগে লাম্মী অয়াম্বদি খোয়য়ম লাইশক খংদনা মাংখিরবগী মিপাই থীখংননা [৬]মরান মখোয়গী মোংবা লোনয়ুময়াইদা চংনখিয়ে।।

হায়েং লায়রেন ইনোং ঙানবদা খোইয়ুম লংবা য়াখল্লোই লাইরুপ ৭ মকতা কনজাও মৈরা থোকনা [৭]খোইয়োন মালেম লৈখোং কাইহললমলবদা। ওকচিনলাকপা শাংতোন নাই[illegible] অথৌবনা কেগে খুৎনিংথৌদা লাইরেন ইনোং ঙাল্লকপদা নিংথৌ স্না মখোংখাদা [illegible] [illegible]াখিয়ে। কেগে ইনিংথৌও খোইয়ুম লাইরুপ ওইবনিগীনীনা শামু খুদুম চননা ফাবা [illegible] হায়না পাইতাক্লবদা।। কেগে খুনিংথৌনা, তয়ম অদুদি কোরৌ নোংমা নিনি ল[illegible] [illegible]ও! হায়না পাউমেননরিঙৈদা ঙাংলৌলাকপা তখেম্বনা অচেন খোয়াং কংলা [illegible] [illegible]এ। কেগে খুৎনিংথৌ মোইরাং য়ুমখু পোংলেনহনবগী, স্না মখোং খাদা শামু [illegible] [illegible]ননা পাউদমখিএ। হে ইবুংঙো তাও কেগে খুৎনিংথৌ য়ুমখু পোংলেন হনবও নদাইরেম কেগে লৌকুম্বা মোইরাং লৌদাবশিংনা হায়নরকএ। খোইয়ম লংবা য়াখল্লোয় ৭ মক্কা। ঙশি ইনুং শোইয়াইমদা খুয়োন লৈখোং থুগাইরল্লে। হাইররে হাইনা পাওদমলরে।" কেগে লাইয়ু পুন্সিবা শংলেনয়াইদা য়াগারকপা [৮]অমাই লেংনা তিন [৯]অশৈ লেংগা ফাংনা য়াগাবা পুম্নমকপু কৌখৎলে। লংবা য়াখল্লোয় ৭ মকতা খোইয়ম লুমদিননববু কনা য়াওবনো' হাইনা পাউহংববু, নদাইরেম ঐখোয়দি কনা য়াওদে, মোরি লাংচেং লাংমৈবা য়াংবা মরোন ফাওবদি, লংবা য়াখল্লোয় ৭ মকতা তিননরম্মে। হায়না পাউদম্লবদা ইদাইরেমশিংও খোইয়োন মাইববু কৌখৎলো। হাইনা শাঙাই খোংলোই থাখিববু নদাইরেম খেয়োন মোরি মাইবদি খালৈ লৌগুমখিএ হাইনা পাউদম্লবদা খালৈ মাগী লৌকুমফম্বু থিদুনা য়াংনা য়াংনা কৌখৎলুও হাইনা, নিংথৌ য়াথং হাইরবদা শঙাই তুখোংলোয় অয়াংবশিংনা মোরি [১০]খল্লে মরৌরেন্দাগী কৌরুববু কেগেনা মিকৌনা মোইরাংনা মিথানবদি, অচেনববু অপাইবও কৌয়ে। চেননা পাইনা কারকলে হাইবগীবু মোরি পাইরৌ লমনুংশিও হায়না তৌনা

---

(৬) মরান মখোয়গী মোংবা লোনয়ুম য়াই চংনখিয়ে - ময়ুম মখোইগী শংনুংয়াইদা চংনখিয়ে।। (৭) খোইয়োন লৈখোং কাইহল্লমলবদা - মোইবাংগী লৈপল চেকপল অকবা থিঙেন্নচিংবা থুগাইরম্নবদা ৮। মাইবগী লেংগা তিন ৯। ইশৈ শকপা লেংগা তিন্ন ১০। খল্লে-লৌ ।। মরৌবেন্দা -মরৌ অথোইবদা

কৌনখিএ।। কংলৈ কংলা তোংনয়াং নিংথৌ শ্লা মখোংখাদা ব্রায়থুংলরে। কেগে খুৎনিংথৌনা ইদাইরেম্ খুয়োন মোরি অমাইবও নংনা খোইয়ম লংবা য়াখল্লোয় নংদি, খোয়য়ুম লাইরুপপু তিননয়ে হায়ববু ননিংথৌ ঐনা নতায়ে। খোইয়ম লংবা লাইরুপনা ঙাংলৌ লমমথক্তা খোয়োন লৈখোং কায়ববু [৪]লমজৈ চাহুম শুনা মঙান লমশিং তরা পাকয়ে হাইয়ে। মাললেম লৈখোং কায়ববু নংনা লাইদাইয়ো। চিংঙুবু নংনা খংবা খোয়য়ুম লংবা লাইরুপনে। নংনা লৈখোং কায়ববু লৈদায়য়ো। তোকফরোয়এ। মলেম লৈদায় ঙমদরবদি কেগে মিথাপুংদা মোইরাং পনম মিথাফমদা থাদোককে থাংলেন ইখুৎশুনা [৫]লাঙ্গোয় শারি থোক্লগে। হায়না পাউমেলববু, খোইয়োন মোরি মাইপানা "নদাইরেম ঐদী, মলেম লৈদাইব্রাবু খংদে খোইয়ুম লংবা য়াখল্লোই মতুং ইননা মাললেম লৈতাই ব্রাবু তমজরুখিগে হায়রবদা" ফৈয়ে ঙসি নোংজা লাইহুন্নরকও। ইনুং য়াইরেক ফাইরো হাইনা নিংথৌ য়াথং থারবদা, খোয়োন মোরি মাইবদি, য়াংনা থুনা চৎলকলে থুনা য়েংনা চৎপবুদি কেগেনা চেংঙৈ ও কৌয়ে। অদুনোংগী চেংঙৈ পনদোন অপিশাও হায়না কৌএ। চেংঙৈ কননা চেল্লে হাইবগীবু চেংলৈ পন্দোন অচৌবও হায়না কৌনয়ে। খোইয়ম লংবা য়াখল্লোয় ৭ মক্তি ব্রা তান্নখিএ, খোয়োন মোরি মাইববু চিংঙু ঐখোয়গী হৈনা ইতুং ইনজবনে। ময়ুম মোইরাং চাওবা পুংদি খোয়য়ম ঐখোয়না মালেম লৈখোং থুগাইবীরে। চিংঙু ঐখোয়গী ইশুংলাংগীদমকপু কেগেনা থাংলেন কোনশৎনা ময়ুম মোইরাংনা [১]কংলৈ মিথাপুংদা লাংগোয় শারি থোক্লা নোংমনবরা খঙদে হায়না কোংনা কোংনা য়েংলম্মে হায়বনুংগিবু কোংমচিংও - হায়না কৌএ।।

খোয়োন মোরি মাইবনা চেন্না চেননা তাননরকপবু উরাববু তয়ম মোরি মাইবা লৌশিংবও কেগে ননিংথৌনা কোলোয় করি হায়রকপনো? অচেন খোংলৈ য়াংনা করিগীদমকপু তাল্লকপনো? হোই গুরু য়াখল্লোয় ৭ মকও নদাইরেম ঐবু গুরু নখোই ৭ মকনা মলেম লৈখোং থুগাইরম্বাবু নদাইরেম ঐবু মলেম লৈদাইয়ো হায়য়ে। মালেম লৈদায় ঙমদরবদি, থাংলেন কোনশৎনা লাংগোই শারি থোক্লগে। হায়রে,চিংঙু নখোয় ৭ মক্কী নোংদম

৪। লমজৈ ৩০০ শাংবা লমজৈ ১০ পাকপা ৫। লাঙ্গোই শারি থোক্লগে-শারি ব্রাশক কাইবগী ব্রাশক হন্দোক্কে
(১) কংলৈ মিথাপুং - মিহাৎশংদা ।।

মথৌজানবু করম্না নোংদমবীগবনো হায়না পাউহংলবদা। খোয়য়মলংবা য়াখল্লোয় ৭ মকনা পাউতাকপীরকএ।।

হে ইদাইরেম খোয়োন মোরি মাইবও! মাললেম লৈদাই ৱাদি তাক্কে তাও [২]লিহিং নাহুম থাংও [৩]উতংনা কাবতু ওই [৪]পামেন উয়ুং চকময়ুংনা থেংগু ওইও [৫]কাওরেন উরিক মানববু মানবী শাখাও থৎনা লমদাইনাও! লাইমীং তিনমীং লাইশোন্দী, হুঁ ক রো তরুকলক (৬) ঙংও! থাগা মংগা ওননও! ময়েগসু খাইবাদি হায়েং কংলৈ থাথুপ অপিশানা খাইসুনো হায়না ৱারম থাংগৈ নাইমা ঙাংনরকপগী। নমাইবদি খোয়য়ম লাইরুপ ৭ মক্তা পুরুম্লম্লগা কেগে পুংলমদা খোংদোয় হুনলক্লে। লংবা য়ামল্লোয় ৭ মককা লেপতনা ঙাংনরম্মে হাইবগী মোরি লেপ্পা চিং, হুনলকয়ে হায়বগী য়াওসু চিংহুননাই মোরি লেপপা চিংও তৌনা কৌনয়ে। খোইয়ুম লংবা য়াখল্লোয় তরেৎমক্তি থৱায় হকচাং অমৎতা ওইনা তাশিনখি হায়বগী তাশিনকোন" ইকোন কৌখরে।। খোয়য়ুমলাই সলাই ৭ না অমৎতা ওইনা পুন্সিন্দুনা পুনখরে হায়বনুংগী লংপুমও কৌববু "খোইয়ুম লাংবুম অরিবা" হায়না কৌনা ঙাংনাএ। চিংঙু নংগী য়াইখংন শানম তপতা স্না নঙাইথোং, পাথাং য়ৌরৈমেন্না শয়োনবা তোংজেং নাচে খুন। কমবোং নাকা য়াম্ববু ৱাকমনা তেংথা ঙল্লোয়এ। ইৱাকমদী কেগে মোইরাং কোকপা ৱাংবা মনু লাইকমবনা খোইয়ুম লাই ইকারম্বু লাৎলগা পুক্লিং মরাং কাইনা, নৌরেল লেংথোংননা কারকলে। খুমুনৌরেংনা লেংথোংননা কারক্লে হায়বগী কোকপা নৌরেং খোংও কৌনয়ে ।।০।।

---

(২) লিহিং নাহুম থাংও - লিহিং থৌরিনা পুল্লু।। (৩) উতংনা কাবতু ওই - উতং ৱানা কাব খুবোমমুক শাংনা কক্লগা থৌরিদা লৈদুনা লাকও।। (৪) পামেন ইয়ুং চকময়ুংনা থেঙ্গু ওই - উয়ুংদা চকম য়ুংবনা থেঙ্গু ওইনা য়ৈশিল্লি। (৫) কাওরেন উরিক মানববু মানবী শাখাও থৎনা লাইদাইয়ো - সন উরিক মচু মানবনা সগী মখাও চাখাও থৎতুনা বালি তৌরগা লাইদাইয়ে।।

# খোইয়োন মোরি নমাইবনা লৈখোং কাইবা লৈদাইরোন

খোয়োন মোরি লাংচেং লাংমৈবদা লৈখোং কাইরবদা লৈদাই ৱাবু খোইয়ুম য়াখল্লোই তরেৎনা তাকপীরমএ!

*পোৎয়াওদীঃ-* উতং ৱাদী হুই অমা শাংবনে! চকময়ুংগী উনা থেঙ্গু মমা শাও। লিশংগী লংশং পারোই অমদা ঙা মপুম ঙঙৌ ৫ হাপ্পু পুংফাইনরোংবানে উহন হাপ্লো হে পানা মনম নাইবা! মরোই, লাইশেন নোংশেন কোনয়াই পু অমা! হৈমিয়াং শিংবুম, মরোই। লাই খায়োম ১ লাৎলো। ফিমু ফিদা ১। লাইগী লৈয়োৎ ২। নোংয়োৎ ২। থাং ১। তোক ১। চেংঙৌ য়েরুম ৮। লাইসু মরোই অশিনে।

লাইদোইগদবা মফমদা লিহিং থৌরী পাইনা শোল্লো" খোয়োল্লো লৈখোং কাইয়ে। মোরি নমাইবনা লৈদাইএ। খোয়োল্লো লৈশেম্মো মোরিও লৈদাইও। খোয়োন লৈখোং কইবদী থাবী নংনা লানশিল্লো। কোংয়াঙ ৱাদী লোয়বীনা লোইশিল্লমমো। হিং-চেৎ ফাজিল্লো ওঁ কার ওঁ কার ওঁ কার ওঁ কার ওঁ কার ওঁ কার।। তরুক্লক শোল্লো।। কাওরেন উরিক মানববু শখাও থৎনা লৈদাইয়ু। খুৎশল্লগা ওঁ গ্রী কোইনা শকহল্লু লোইরগা ফমদুনা "অং-ক-র" তরেৎলক (৭) শোল্লু।।

ঔগ্রী খেনচা ৱাদী অশিনে।।

হে ঔগ্রীও কোল্লো। হে লল্লেন মদাইমদা কোল্লো,, চাওবা পুংদা কোল্লো, মোইরাং য়াইদা কোল্লো, শাংবা য়াইদা কোল্লো! য়োইময়াইবু কোল্লো চাওচনববু কোল্লো, অঙানববু কোল্লো! মলেমখৈবু কোল্লো! লাংচখৈবু কোল্লো! থবীরেংবু কোল্লো! শেনকোয়রেংবু কোল্লো! অরেংববু কোল্লো! চরংশেনবু কোল্লো! খোইবুংশেনবু কোল্লো। পুংলেন য়াইবু কোল্লো! হারেপঙৈবু কোল্লো! মলেম চনুবু কোল্লো। নোংপোক মাইবু কোল্লো! লংমাইবু কোল্লো! মহৌগীদী কোল্লো! লৈগু লৈরাই কোল্লো। লৈরাই লৈমা কোল্লো। লৈনুংলেনবু কোল্লো । লৈরাইনুবু কোল্লো! নোংবুখোনবা চানু কোল্লো। মলেম লুম্বা চানু কোল্লো লাইবু

লুম্বা চানুবু কোল্লো। হে শীশাগীদী কোল্লো। লিনকাইগীদী কোল্লো। য়োইময়ইবু কোল্লো। য়োইময়াইবু কোল্লো! স্নাতোনবু কোল্লো। খোম্মতোনবু কোল্লো! চরাইতোনবু কোল্লো! ফিজিতোনবু কোল্লো। নহৈতোনবু কোল্লো। খোম্মতোনবু কোল্লো। পুংবু কোল্লো।

হরেক মবু কোল্লো। নোংশাবা মাইবু কোল্লো। নুমীৎ ওল্লবদ কোল্লো। যুম্মী ওল্লবদা কোল্লো। মীরেল লাইরবদা কোল্লো। চেপনা লৈরবদা কোল্লো! থাবি তাইরবদা কোল্লো! তুরই ইরবদা কোল্লো! তুরাই চাইরবদা কোল্লো। মিরেল লাইরবদা কোল্লো! লোইবী লাল্লবদা কোল্লো! হেন্বা লাল্লবদা কোল্লো। মাংদা থারবদা কোল্লো। লোইবী লাল্লবদা কোল্লো। পামেন থেংলবগী কোল্লো। উয়াথেলবদা কোল্লো। য়োইময়াবু কোল্লো। হে নোংশামইবু কোল্লো।

হে হয়িঙৈগী কোল্লো। লাই হনখিঙৈগী কোল্লো। তরংথক্তা কোল্লো। ইপাকথক্তা কোল্লো। হেবু নুমারমগী কোল্লো। মাইমরমগী কোল্লো। লাইকা হৌঙৈ কোল্লো। থল্লা মার কোল্লো। মকোই মররাগী কোল্লো। লাইকা হৌঙৈ কোল্লো। হে খান লাইমরমগী কোল্লো। য়োইবু ম রমগী কোল্লো। লাইকা শারকঙৈগী কোল্লো। থেংলৌনা কোল্লো। তমথা ইন্না কোল্লো ! ৰাংলেন থোইদা কোল্লো! য়াতোন থক্তা কোল্লো। থৌরাকঙৈগী কোল্লো। খোনজেন ঙংনা কোল্লো !। ৰুং-কানা, ঙংনাকোল্লো। লাইকা থেল্লকঙৈবু কোল্লো! হে ঙামুবীগা তোকতৌবীগা কোল্লো লাইগা খারমপাৎতা কোল্লো লাইবুবিগা কোল্লো। লম্বু ঙাইগা কোল্লো। মলেম লাকঙৈ কোল্লো। লাইকোই শেমঙৈ কোল্লো! হে-রি-রি-হৌরকঙৈগী কোল্লো। লাইকা হৌরকঙৈগী কোল্লো। মালেম ফরবদবু কোল্লো। মোংলেপ ফরবদবু কোল্লো। পরিং হুল্লবদা কোল্লো। লেপতে হুল্লবদ কোল্লো। উকা য়াল্লবদবু কোল্লো। মহৈ য়াল্লবদা কোল্লো। শিকাগ থারবদা কোল্লো ! উরাই য়ুংলবদ কোল্লো। হাইথরবদা কোল্লো মপংথবদা কোল্লো। লাংলেন পোল্লবদা কোল্লো। উপান ফরবদা কোল্লো। হে ঙাকনা কোল্লো। থনাবগা কোল্লো। চেংঙবগা কোল্লো।মতেংবগা কোল্লো। যুহাবগা কোল্লো। মরিমনা কোল্লো। মাইকৈ ঙাক্লা কোল্লো। তম্বা চেক্লা কোল্লো। খাবী চেক্লা কোল্লো। হে য়োইনা কোল্লো। খুনুবীনা কোল্লো মথেকপীনা কোল্লো। তেরাবীনা কোল্লো। চিকশাইবীনা কোল্লো। লমলাইমনা কোল্লো। লিরিকশিনা কোল্লো। কংগাইবীনা কোল্লো। থরংবীনা কোল্লো। হয়িথক্তা কোল্লো।

হেতোনথক্তা কোল্লো। হাওরৈপাংনা কোল্লো। নোংচুপ পাংনা কোল্লো। পোনবী ননা কোল্লো। তুক তম্না কোল্লো। চিল্লোক্লনা কোল্লো চেক্লোনা কোল্লো চিন্দিননা কোল্লো তলোই তম্না কোল্লো। উকা তম্না কোল্লো? হৌনরকণ্ডেগী কোল্লো। কেগে পুংদা কোল্লো। মোইরাং পুংদা কোল্লো। শাংবায়াইদা কোল্লো। তমপাক পোকপীদা কোল্লো। থিবিপোকপীদা কোল্লো থিরেন পোক্লিবীদ কোল্লো। পোনবীদবু কোল্লো। পেতাই পোক্লীবীদা কোল্লো। পেথাং পোক্লীবীদা কোল্লো। হুপ্না পোকপীদা কোল্লো। তিংথৌ পোক্লীবীদা কোল্লো। মানতেক পোক্লীবীদা কোল্লো। হৌনরকণ্ডেদা কোল্লো কাইরৈঙেদা কোল্লো লৌথিবাগা কোল্লো চখানুবী কোল্লো। খোংচোম্বীগা কোল্লো। পুক্লুং থারে কোল্লো। হৱাই থারে কোল্লো য়েল্লাং লান্না কোল্লো। মতা লাম্লবদা কোল্লো। হে শংলোক্লবদা কোল্লো। মনা লেক্লহৌনা কোল্লো। অংগোয়ালবদা কোল্লো। পাকথরে কোল্লো। হৱাইলিবু কোল্লো। মরি চৎলববু কোল্লো। য়েল্লাং খাম্লবদা কোল্লো। মতা লম্লবদা কোল্লো মহৈ শাৎলবদা কোল্লো। মানা লেক্লবদা কোল্লো। পুক্ল য়েল্লবদা কোল্লো। মী তম্লবদা কোল্লো। মহৈ য়াল্লবদা কোল্লো। শামুতোন্না কোল্লো। অয়াংবনা কোল্লো। হেৱাইনা কোল্লো। মরা ৱহিগী কোল্লো। থৎপগীবু কোল্লো। হৌনখিয়ে কোল্লো। মতৌতোনগা কোল্লো। লৌথিবগা কোল্লো। য়াইবী হেন্নরকলে কোল্লো। মনুং হৌনা কোল্লো। মপান হৌনা কোল্লো। হে হুন্নবু কোল্লো। হেকোকোইবু কোল্লো। লাংচল লৌরে কোল্লো। তাশিন্নরে কোল্লো। পোইরৈতোনগা কোল্লো। লৌথিবগা কোল্লো। মতোমতোন্না কোল্লো। অয়াংববু কোল্লো। অমুরক কক্লে কোল্লো। ৱারং তমখি কোল্লো। থৌরৈতোনগা কোল্লো। মতুফোইরে কোল্লো। মমান ফোইরে কোল্লো। মকোই ফোইরে কোল্লো। মরাং ফোইরে কোল্লো। শককপী চিংবু কোল্লো। কোইফোই চিংদা কোল্লো। শৱাবা চিংদা কোল্লো। মতু কেনবা চিংদা কোল্লো। শৱাবা চিংদা কোল্লো। নুংনাপানদা কোল্লো হোই হোই শক্লা কোল্লো। হাই হাই শক্লা কোল্লো। মকোন থেক্লে কোল্লো। কোল্লো কোল্লো কোল্লো॥

লাইবৌগী মরম তাক্কী।

খুবাকনে চাকোইনে। খায়োন্নে খুবাক্লে। উপ্পানে।। খুৎনা পাইনা হাইনা খুদোনবী হাইবনে। খুবাক্তা খুনম্না নম্বনে। থবাক্তা খুৎ নম্বনে। নমকনলমদা খুৎথোকপনে।। লাইপক পাইবনে। খ্বাং পাইনা চুককোই শাবনে।

খুৎনিং থেক্লা লেংবান পাইনা চুকোই শাবনে।।

খুৎপী কাপ্লে, নিংপাইনা খুৎনিং থেক্লা নোইবনে। কাং কাপ্পনে। ফিগা শাবনে। কনা কাখংপনে। খুদোন লাক্লা ঙসাই ইখিবগুম শাগানি। ঙকশম পাইনা চুকোইশাবনে। খুৎপাক্লা নেইবনে। খুদোন থিনবনে। চুম শাবনে। শমক শাকৎপনে। ফিবুন হাইবা নোইবা শাবনে। ময়োক্লবনে।। খুবাক খুবনে। কোইনা কারল অহুম্লক লাল্লে। অহুম্লক লাল্লগা খা অৱাং চুপশাবনে।। নোংপোকসু নোংচুপসু অহুম্লক্কী।

পাফন লাইলু শাবদী লেং লেং খফাং চৎলো। লাই অহুমনা কাও। মনুংলম অহুম্মকনা কাও মপাল্লম অহুম্লক কাও। নোংপোকসু খা অৱাংসু অশিনী। চি চৎপদী নোংশিংতা মৈরমদা ৩/৩ শিংলম মিংলম ৩/৩ অদুসু নুংদা অহুম্লক। পান্দা অহুম্লক। চিংখৈদগী হৌনা কোইরকপা। লাইমাং থংবা মনুংলমদ হল্লকউ। লোইরগা মপাল্লম হন্দুনা অমুক কোইয়ো। লোইরগা লাই তাইগনি। মীয়ামদী চুককোই জগোই শাও। লোইরগা লাই খুরুম্মু।

ওঁ ওঁ ওঁ কর কর কানবী লুম্বা

তওৎ লৈমা । মুকাপথিনবা। লমদোংবা

হোকক্ হোকক্ হোকক্।

অহুম অশিনা কক্কনি খংঙু।।

---

কেগে মোইরাং লৈবাক্কী লৈদাইরোল অসি খোইয়োন সাগেগী অমাইবা নত্রগা পীববু য়াওহল্লগা লিহিং থৌরি পুলহনগনি। মতাং অসিদা হাপচরিবা লাইরোল তিনলোন থৌনিরোল ইরাৎ মশিনশিং অসি মোইরাং অমাইবা ফমনাইবা পোংবৈ অশৈ শাকপা ফম্মাইবা ফম্মাইবী লেংগা তিন্না তৌগদবনি, অদুগা ইজরিবা খরা অসিদগী হেন্না ফোঙদোকপা য়াদ্রবা লাইনিং থৌনিরোল খিবিক্তী মোইরাং অমাই লোইশঙদা তমজরগা খঙগদবনি।

# নুরাথেল, ফংদপাল্‌
# হুইবীদাক হুইথৌবীখোং

কোকপা নৌরেংখোংবু শামু য়েৎনা লাম্না, কেগে [২]চিংঙারেন মোইরাং পিশুম চিংখুৎশাবু নতৈননা নুরাথেলও কৌবদী কৈদোংগীনো হায়রবদি, লাইপাখংনা হুল্লগা লাই নুরানা ওকএ। লাই নুরানা হুল্লবদি, লাই পাখংনা ওকপা চিং নুরা ফিবুল ঙাইরলচিং। [৩]হায়ীনুংনাং খুংদি খুংম্না [৪]শিনৌ মোইথাপ তরেং য়োৎতি উংম্না। কোরৌ নুংথিন পোবোপ অমদা লাইনুরা য়োল্লোয় হৌ। লাইপখংবু য়োমদাংশাংনা শান্নরম্মে হায়বগীবু নুরা চিংখু থেলও কৌখিয়ে।

নরম কংলৈ মদাইমদি কোকপ ব্রাকপা মনু লাই খম্বগী তাওবা মহুইচানা খোইয়ম লাইমু অচৌববু তাওবা হুইনা তুংইননরা তান্নখিএ। তাওবা হুইনা তানফংদরে হায়বগীবু ফংদপা ল ও হায়না কৌনএ।।

নরম লম্লেন মদায়মদি কোবাৎ অপিশ অচৌবা অনিমকতি [৫]কোংবা ঙাচৈথেলনে। নরম কংলৈ মদায়মদি, ফিথুপপী চিং নমুং চিংশা নপোম অহুম শুববু ব্রাকনা কংলৈ তেংথা ঙল্লোই ;; চিংঙু চিংনদময়েং। খোইয়ম নাপাখন্না ইব্রাকমনা মানবী খুদবননা মুকমু লৈতোন কোননা পুরুমজরমগে।

নরম লম্লেন হুইবীদাক হুইথৌবী খোংও কৌবদি, কৈদৌনোংগীনো।। লুব্রাং লোয়নাই নহা য়াওসু তানবনা য়ারৌ শাপানলোক, চাকমোম ঙমখাই তাললকপদা য়াংলৈ তাওবা মহুইচানা [৬]য়ারৌ তুংইন তানখিববু [৭]শারেলখোং থিম্বুরবগী। খোংনা লাওনা লৈরম্লে। হুইথৌবা খোংও কৌখিএ।। লুব্রাং লোইনাই নহা য়াওশু তানবনা, য়াংলৈ তাওবা নং করিগী শারেন খোংগুন [৮]থাবনো হায়না য়াংলৈ তাওবা মহুইচাবু তাওবা হুইরিল থৎনা য়ানলম্মে হাইবগী হুই য়ানফমও কৌনএ।। [৯]খোইমোম্‌ লম্বু ঙাকপদা য়াংলৈ তাওবা মহুইচাবু

(২) চিংঙা পিশুমগী হৌরকপা অশেংবদি কেগে মোইরাং লৈবাক্তনি হায়না থাজনৈ।। (৩) হারি নোংনাংগুম মখোন থোকপা।। (৪) শিনৌ - লাশিং (৫) কোংবা ঙাচৈথেলনে - কোংবা লোক্তাক্কী মনিং থংবা ঙা ফাফম্নী।। (৬) য়ারৌ তুংইন তানখিব - শা মতুং ইননা তাননাখিবা।। (৭) শারেন খোংথিনথরবগী - শাদগী তপথহৌরবগী।। (৮) শারেন খোংগুন থাবনো - শাগী শারম লিবা তোকপনো।। (৯) খোইমোম লম্বু ঙাকপা - খোইয়ুম লাইরৈমা লমঙা কপীদা

পীরম্লে হায়বগীবু হুই -পী দাক্, (হুইপীদাকও) হায়না কেগেতবু থি মোইরাং ৱাংলৈ হৈমন তনবনা শৈশক্লএ ॥০॥

## থাঙ্গা

## চিংশা নাপোম তরানিথোই

নরম কংলৈ মদাইমা, শেল্লোয় চিংমাঙনা
লংমাই চিং খুৎশা, মঙান তারং ৱাংবাচিং
য়ৱা নপুবা চিং, কোনখাংনা তাওবা চিং
শেল্লোই নিক্কনি, কাবতু হুইকাপ থাবা চিং
লংমাই য়ুচেং হাগনি, তেৎনৌ পারৈব চিং
পারৈ কথোং চিং কাথোং করাং চিং
শেল্লোয় মাইমুও কপাচিং, লংমাই মনুং তাওব চিং
শানবা থাং থোং চিং, লংমাইবী থুপ্পী থানয়ে
উরি ৱারিনা ওম্বা চিং, শেল্লোয় নিকতা চিং
লংমাই হাদা চিং, .................
চিংশা নাপোম তরানিথোই শুবা চিংবু তেংথাজরক্কে ॥০॥

চিংশা নপোম অমদি — নোংথৈ্র মউ লিংবা চিং
লোইবি চিংপাক "মদি — লিরেন পাফন পোকপা চিং
ইরোক লাইচম "মদি — য়োংমু য়োংশেন শাৎপা চিং
চিংশা নাপোম "মদি — খুরোয় উপেং পোকপা চিং
ইরোক লাইচম "মদি — তুবী হাকোক চিং
চিংশা নাপোম "মদি — লাইরেন নাওখৈ চিং

| | |
|---|---|
| চিংলোন চিংশা "মদি | হু ইরিলাই কোৎচাবু পোক্লচিং |
| লোয়বী নাকপাক "মদি | তাইবং নাওখাই চিং |
| হেন্বা লোকচুম "মদি | শামু হাকোক চিং |
| চিংশা নাপোম "মদি | পেৎপি পেৎথাং ওকপা চিং |
| ফৈমোম খন "মদি | নুমিৎ থাবা পোকনাচিং |

## চিংশা নাপোক তরানিথোইমকপু

[১]ব্রাকমনা কংলৈ ময়াং ফাৎনা তেংথা ঙম্লোয়এ। [২]চিংলেন শুবনা তেম্না ব্রাঙম্বা, [৩]খোইয়ুম লংবা লাইনিংথৌ, লংবা অপাইবা খোইয়ম চিংঙু নতিকনা মলেম লৈবু হেন্না ব্রাংথোইবও! নশানৌ তমফা লাইরৈমা য়োয়বু খোয়য়ম লায়রৈমা পাম্থোইবী। মপন থোইনা ওকপা চানু, মদু থোইনা পানবা চনু। অঙাওবা মংথালবী, অশাংবা তুংকোন্নবী, অনম্বা থাদা থেৎপী। নুশিবা খুৎতা পাইবা পুন্সীবা কোক্তা থোংবি। লুমাং শমজিন চিল্লগা পম্থৌ হাইনা কৌবদা হে হাইনা পাউখুম্বা। লুতুং শম্মুন পুল্লগা পালেম হাইনা কৌবদা হা হায় হায়না পাউখুম্বী। নশানৌ তমফা ব্রাংঙম্লোন পাম্থোইবীগা চিংঙু শানৌ নচিন ননাওগী চিংঙু খোইয়ুম মকায়ফম। চিংলেন মতিক হকপা নাপোম তেংথা য়াম্ববু নোংবান খোইদোম অহনবা লুব্রাং মানতোম অতোনবা অনিমকনা তেংথারমগে। ব্রাকমনা চিংঙু নাপ্পা য়েং, খোইমোম নদমলৌনা ব্রাকমনাদি তেংথা ঙম্লোয়এ।



(১) ব্রাকমনা কংলৈ ময়াং ফাৎনা তেংথা ঙম্লোয়এ ঐনা কংবা লৈফম্মু মনুং ফাওনা শৈথাবা ঙম্লোয়এ॥ (২) চিংলোন শুবনা তেম্না ব্রঙম্বা - চিংগী মরমদা ইবা চিঙ্গোইবোনগুম্বা ইবা অচুম্বা ব্রাতেম্বা ঙম্বা॥ (৩) খোইয়ুম - লাই॥

# থাঙ্গা চিঙ্গোইরোন

খৌবী নুংবু শেলোয় মদাইমা
লংমাই লম্লেন পাওগী হৌরকপী
পুম্লেন ইকোন পাৎতা ৱাইথুংঙে।
থাংলক্লে চিংথাং থাংবী লমনুংশি;
খা-শোইকু লোক্তাক্তা ৱাইথুংঙে
চিংশা নপোম তরানিথোই শুবনে !
চিংমীঙলেন্দী চিঙলোংচাও কৌএ !!
পাৎশোইদগী হাওরেং চিং, থাংলকএ
ইরুস্বীদগী মুকাপ চীংসু থাংলকএ;;
খুয়োন খাংখরুংবা শোইকু মশোইরেন
ককশৌ শৌরা লুনুংদা য়াইচনবা
ময়া কবাক্ খাইনা কাখিএ
থাংকা চিং - কৌনএ --- থাঙ্গা চীংবু খংনরে !!

লোইবি চিং মনম অমনা অৱাং পাংনা তারিএ ।। চিংবুক্লেন্না মখা মাইকৈ পাংঙে।। মমৈ মকোক অনিমকন তিন্নফমদা থাঙ্গা লোইশং শানয়ে। নাতোন শথোইচিং মখুন খোইয়ুম লাইখুন অহোবা অনিদী লাইনা লৈবা মফম্নী। খোইয়ুম লাইশং মনিং নপোমদী তোক্লেন স্না য়াইওইবা মশক্নী। মতোক্কী খ্বাইরাকপমগী মমাঙ নাপোম তাথরকপনি। চিংজেন্দী মতোক্লা ফারিএ। মমৈ মৈতোন্দী হৈনৌ হৈপাল নোংপোক্লা পাংবা লম ঙকয়াদা থুপ্লীএ !! খুদুং অনিমক্কী খোইনাই চিংজিন্না খুদুং ওইনৈএ। হাওরেং থংবা চিংজিন্না খুদুং য়েৎপু ওইবনি। পুখ্রনবা চিংনা, খুমাং য়েৎপু ওইনএ। চিংলক চিংজিন্না খুমাং ওইবু ওইনএ। ময়াদী থাবাক্তা চি ক্তুনা লৈরি। মিৎস্না অনিদী লোয়শঙ মাংগী লোক অনিমনা ওইনএ।

মনিং চিংজেনদী হাওবীজমগী চিংজেন্নে খোইদৌ তমফা ওইনএ। মমাং থংবা চিংজেনগী চিংমাই অৱাং থংবা নোংচুপ্লমদা চেল্লীবা লোক য়াইলোক্তী হৈস্নাম পীবানা লৈবনে। য়াইরোকপু ওইবনি। য়াইরোক্কী নোংচুপ থংবা চিংজেন্দী শরাও লাল্লাও চিংনে। লাল্লাওফমদী হৈস্নাম ওইনাম লোন্নবা মরক্তনী।

লাল্লাওচিংগী নোংচুপলা পাংবলম ! মখালম্বু লানবা চিংজেন্দী কাইনা কৌবা লাই তরেৎ, হৌবিজম লান্নবা চিংজেন্নে।। ওইনাম চিংঙাঙ্লেন লাইরমদী থেংঙানে। ঙারমচিং অঙাংবা লাইরমদী থোঙ্ঙাকনে। লম্লেনদি য়োইবু লৈমা নোংমাই নিংথৌ চনু ফম্লাংচান, মদু নিংথৌ য়োইবু ফাৎলৌচাম্বা মশোয়রেন্নে। চিংলক অচৌবদা লৈবা লাইদী তরেৎনে ইরাৎ মশিন অরুবদী মফমনী। মোইরাং নিংথৌকাবা পুরাংবনা ইরাৎলম্বা চিংলেনয়াইনে।।

চিংলেন চিংনমদী, হৈস্নাম চিংমৈ অৱাংথংবা লোক্লুংদা কন্দে কৌবা থৌদু নুং, খুদানাইবা অমা লৈবনে। ইবাৎ মশিন তৌগনী। হাওরেং পাংবা চিংজিনসু ইরাৎ মশিন পীগনি।। মুৱা লোক কৌবদী ওইনাম্না তারিবা মফম্বুনী। অৱাং থংবদা লৈবা লোকতি মুৱা লোক কৌএ। লোক মথং অমদী স্না চিংদোন ময়াদা থৌদুঅচৎপা নুংলেনবু লৈবনি। মমিংদী তাংখোম্বা কৌই। মতোন্দদী থাংজিংঙ্গী মখুভমনে।

মথং নোংচুপ পাংবা নপোম ক্বাইব লৈচিনগী চিঙ্খাংদা য়োৎকী থিনবী খল্লোং লৈবনে। মোইরাং নিংথৌ কাবা পুরাংবা নিংথৌনা লাৎলম্বা মফম্নী। খন্নীং কৌবা লাই অমা লৈবনি। চেৎনা চান্না তৌজৌও। শামুক কোন্দী মোইরাং নিংথৌ অকোংজাম্বাগী মশল লাংনুবীবু শলশেন্হঞ্জবা নোংবান নপুবা শনশেনবনা, ঙাংবা নিংথি পামহৈবা কৌবা, শন (কাও) গী পালেম মমা লাংনুবীবু পুদুনা লোৎলমএ - অদুনুংগীদী শামুক কোন লমদম লমনুংশি কৌখিএ। চিংজেন মক্তী শন্নাও চিংজেন কৌবনে।



# "য়ুরান"

নরম লল্লেন মদায়মদি য়ুরানও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হাইরবদি [২]নহনেনোং হায়িঙৈদা ইরেং ইপুব্রা অমনবা; খুনুং ইপু অমনবা। খম্নুং ইপু অকেম্বা শিংনা লান্নখিয়ে হাইবগীবু য়ুরানবা কৌববু কেগেবু কেগেতবু থিবা মোইরাং ব্রাংলৈ হৈমেন তানবনা য়ুরান ও কৌনৈএ।।

[৩]লাইজা ইখোমবী ইখোম্বা লোক্তা ইরম অচৌবা অচৌবী শিনথোং লাইকুম্বী লাইকুম্বা। খোংবু নুংলোন খুমুক চল্লমগে। থব্রাই পললীৎ হুল্লোয় খোয়য়ুম শানৌ মচিন মনাও মরিমকনা লাইজা ইথাংলমবু ইল্লুদে। ব্রাকমা ঐসু লাইজ ইথোং লম্বু ইল্লুরোই। শিংঙুৎ ফৈথিকখা খোংবৈ চিনলোন চন্না থব্রায় পল্লিৎহল্লোয়এ। মিরেল পনচোংহল্লোয়এ। ইব্রাফমদি নোংবান হৈনা মতুং ইন্না। কেগে লৈকোয়পুং পাংনা কংলৈ লমথোন শৈবু-শক্কৎলক্কে।।

## শাকং পন ও

শাকং পনও কৌবদি; নহনেনোং কেগে নিংথৌ হেপু স্না লখ্বাগী মদাইরেন মাইমু ব্রাখোইচুনাও শোয়শেনবা [৪]লেংখাং অরাংবা শেৎপা, ঙনোই শেরনবা ফবানা কেগে নিংথৌ হেপু স্না লাখ্বাগীদমকপু অয়ুক লেমলৈ ঙাতেকতনা নুমিদাং লৈল্লে ঙাকাং তানবা শাগং তাংপক য়াইবাবু নোংদমদা। নুমিদাং ঙাখা তিনলৌ শোইববু নোংলেবতা লৈল্লে ঙাতেক ঙানৌ তাল্লমঙৈনে শাগং ফংপক য়াইরময়ে য়াংনা শাকংপন্ কৌনয়ে ।।০।।

## খ্বাইপাৎ ও থিয়াং পাৎ

নহনেনো কেগে মোইরাং [১]থিয়াং মীচাওবগা খুমন [২]মুংশ্রা খ্বাংবানা ব্রাইর শাথিরবা হুয়েন লানথিরকপদা য়াংলৌ লমখাংদা লমওকনারে;; পাথৌ খুমন মুংশ্রা খ্বাংবাও ব্রাইরা শাথিরক হুয়েন লান্থিরকপদি কেগে ঐগী য়ুমখৈ য়ৌনদি করিগী হুয়েন লানথিরকপনো

---

(২) নহনেনোং - লাই হক্তক্তা - ইপু ইবুধৌ হনুবশিংনা অশি লমদম পাংবদা মফম অশিদা থব্রায় থানবা - অশেংবা মফমনী।।
(৩) লাইজা ইকাবা ইকুম্বদু - ইখোম্বা লোক্লী হায়বদি ইশিংগী ইচেলনা অশিবা হকচাংবু পুথাখিবা মফম্নী।। (৪) ফি অরাংবা থামেন চৎপা নিংথৌনা পীবা মনাফি শেৎপা।। (১) থিয়াং মীচাওবা মোইরাং নিংথৌ ১৩ শুবা।। (২) মুংশ্রা খ্বাংবা - খুমন নিংথৌ।।

নরান ওনদেখীরো!! পাউমেল্লকপবু খুমন মুংশ্রা খ্বাংবনা পাউখুম্লকএ।" ইরুম তরা চায়োমমন, ব্রাংলৈ খোমহানমনগী ব্রাইরা শাবুম অমা হুয়েন লানবুম অমা ফাদরবদি [৩]ইরান ওন্তেখিরোইএ। হায়না পাউখুম্লবদা কেগে মোইরাং নিংথৌনা পাউমেল্লকএ। অদুদী খুমন মচা নংনা য়াদরবদি [৪]ইপীঙা চাইনা খোংপেন্না [৫]মরোং চুংফুনাশে, খোক্লাং ঐগী ইতাচা লৌরুখিগে হায়না মোইরাং নিংথৌ থিয়াং মিচাওবনা মরান মোংবা য়ুমদা খোক্লাং তাবু চেন্না লৌরুরে। মরোং চুংশেননরে পাক্লে শময়া খোম, পুকনুং লানপোৎ মঙান নাইনা শেৎলবদা নারম শাকং পললমদা হুয়েন লান্দাখিএ। খুমন মুংশ্রা খ্বাংবগা ব্রারম মতোন লোমনা পাউমেন্নরবদা খোক্লাং লমচৈ ওন্নরে।" পাথৌ নোংয়াই অথৌবও খুমন লমথোইবা নোংয়াই লমকেৎপনে নংনা হাননা তিমেন নতাচাবু ফেনলকও। হায়বদা খুমন মুংশ্রা খ্বাংবনা তিমেন তানিং কাংনা মাললং চৈরোইননা ফেনলকপবু তিমেন অরেম্বদা মালেম লৈদা তারে। কেগে মোইরাং থিয়াং মিচাওবনা তিমেন খুদাপ পাইনা শায়েং পাংগা তিংনা [৬]ফেনলকপসুং শিংলেন অরেম্বদা, [৭]ককলু লুমাই লেংনা তাপাল্লে। খুমন মুংশ্রা খ্বাংবশুং অচেন খোংলৈ য়াংনা চেনশিনলকএ। পাথৌ [৮]মপিঙান হাওমুকনা লেংফাইনা, লাবা তাজিন খুরৌ য়েৎনরে। খুমন মুংশ্রা খ্বাংবদি থককা থোংনা, কেগে মোইরাং থিয়াং মিচাওবদি খাগা থানা লোইতুরে। [৯]মরোই খোইরি কৌবনা পাউমেনলকএ হে ইবুংঙো কেগে খুৎনিংথৌ থিয়াং মিচাওবও। শামু নহাককী য়ারেন খোংজিতোন্না শামমু মহকচাংবু চিকখাইয়ো হাইনা পাউমেল্লবদা, থিয়াং মিচাওবনা, খুমন মুংশ্রা খ্বাংবগী শামু মহকশাংবু চিকখাইরে, খুমন মুংশ্রা খুব্রাংবদি, মলেম লৈদা তানা অমন খৈল্লে কুল্লে।[10]য়ারেন খোংজিতোননা চিকপাবু ইপাৎ পাৎথোক্লে থিয়াং পাৎলো কৌএ।। তাংজা মরুতোনবু [11]ব্রাইথেক্লে হায়বগীবু ব্রাইখু পাৎলো হায়নাবু কৌনএ। কেগে কংলৈ মদাইমদি। খোইয়াম লাইনিংথৌ চিংঙু লোক্তাক মেনলোং ফবা। খাগী লমথাং ইনবা স্নাহিদি হিমতৈবা, লুপাহিদি হিমরোইবা; স্নাঙাদেন

---

(৩) ইরান ওনতেখিরোইএ - ইয়ুমদা হনখিরোইএ।। (৪) ইপিঙা চাইনা খোংপেন্না ইবান্নী অঙম অঙম য়েংনদুনা।। (৫) মরোং চুংফুনশে - ফুনশে।। (৬) ফেল্লকপসু শিংলেন অরেম্বদা - হুল্লকপবু অরেম্বদা।। (৭) ককলু লুমাই লেংনা তাপাল্লে - কক্লুগী মমাইদা তানা পাল্লে।। (৮) মপিঙানা হাওমুকনা - মবান্নী মুকনদুনা।। (৯) মরোই খোইরী কৌবনা -মনাই খোইরী কৌবনা।। (১১) য়ারেন খোংজিতোননা - ময়া য়াতোননা।। (১২) ব্রাইথেক্লে - থুদেক্লে।।

খোংনেৎনবা, লবা ঙানোই খুদানবা, লুপা নৌরেন ইফুনা স্না নৌরেন হিচন্নবা লাইনিংথৌ; খোইয়ুম নংবু চিংঙু কোরৌনা পিদোনবীগনি। খোইয়ম ৱাংবা নানুং নাইবীগনো ! নদাইরেম তয়ম ইৱাকমাদি মানবী খুদপননা মালেম লৈনা অঙাংবনা ঙাবগুম য়েনপৎনা, কোরৌ নোংলুমপান অপানবনা ঙৱামসুং তম্না [৩]তোরাঞ্জরমগে ॥০॥

## সেন্দ্রা ইৱাই কোল, খোংমৈও ফুগাইদাক লমনুংশি

নারম লমদি তরেৎ লৌশেন্দা শেন্দ্রা ইৱাইকোন কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি নহননোং হায়িচকঙৈদা ইরেং ইপু অমনবশিংনা [৪]অমন শিংগুম্বদি, [৫]তরেৎ শেন ওকনবদি নাদা য়েবয়ে। [৬]তেৎনৌ য়োৎনা ওক্লুবদি খুৎতা পাইয়ে। [৭]শেঞ্জা শামু নাদা য়েপপবু লাইজা ইশিংদা তাখিয়ে।। তননা শমু খুৎনা ৱায়খৎখিয়ে অদুনোংকীবু (৭) তরেৎ লৌশেন্দা সেন্দ্রা হায়না কৌনৈএ।।

ইৱাইকোন কৌবদি, য়োইবু খোইয়ম লাইরৈমা শেন্দা অয়াং ফবী লেমলৈ ঙাতাংকোন নোংবান হিনুচাম্বগী মমোমলোয়। লৈমা নিংথি তরেংবিনা হাওশি ঙমগাচিং কেগে লৈমা ৭ মক মোইরাং লৈম মকনা লেম্লৈ ঙানৈঙৈদা। [৮]শেনতেংকোৎ খ্বাংচেংবনা, লেম্লৈ ঙায়াম য়ানায়ে। স্না খরাই স্নানা ঙাকোৎনববু লাইজা ইশিংদা তাখিয়ে। লাইজা ইরোন্নুংগী শাম্মু খুৎনা ৱাইখৎলকএ। অদুনোংগীবু সেন্দ্রা ইৱাইকোল হাইনা কৌনৈএ।।

খোংমৈও কৌবদি; নহননোং মাইমু ৱায়খোই চুনাও শোয়শেনবনা কেগে মচা শোইতোংবা, মোইরাং মচা শোইশেনবা অঙাওবা মী লাই কনাগুম্বা অমৎতবু চংলক্কনো। কেগে লৈমা নিংথি তারেংবিনা চিংনা লেম্লৈ ঙা তাল্লিএ।। হায়না খোংনা লাওনা তাক্লময়ে হায়বা নুংগীবু কেগেতবু থিবা মোইরাং ৱাংলৈ হৈমন তানবনা খোংমৈও হায়না থোনলময়ে।।

---

(৩) তোরাঞ্জরমগে - কৎচরমগে।। (৪) অমন শিংগুম্বদী - অশি লমদম পাংবদি।। (৫) তরেৎ শেনওকনবদি নাদা য়েপয়ে - তরেৎ শেঞ্জা হাপ্পদি নাদা হাপ্লে। (৬) তেৎনৌ য়োৎনা ওক্লবদি খুৎতা পাইয়ে - য়োৎ হাপ্লবদি খুৎতা পাইহল্লে।। (৭) শেঞ্জা - পৈশা।। (৮) শেনতেংকোৎ - সেনসেং তেংকোৎ।।

নরম লম্লেন ফুগাইদাক লম্মহন্দী, কেগে মোইরাং ব্বাইমু ব্বাখোই চুনাও শোইশেনব লেংখাং অরাংবা চিনবা ঙানোই শেরনবা ফবা [১]শারেং লেবলু কাইঙেদা, [২]য়োইময়াইদি নোংপোকলমদগী ব্বাংনা কারকপদা। শারেং লেপলু মনুংদা [৩]লেংখাং মমি অরাংববু লাংনা উরাববু। নায়ু নোংবান য়ুগৌঙেদা। লেম্লে ঙামু লাংবু [৪]খাচিক্লবগী হারাও পুক্লিং চংনা থাংকৎলুববু লেম্লে ঙাবু ওইরমদরে। কনজাও মখৈ লৈতনা অশাও খাম্বী মৈহৌনা খুমু [৫]নৌরেং মখুৎশুনা লেপলু মপুক ফাৎনা য়ানখাইরম্লে। হাইবনুংগীবু লুকাইতাকও কৌববু কেগেতবু থিবনা ফুগাইদাক লম্মুংশি হায়না ওনলম্মে।।

নরম কোচিশোইবু তয়ম ইব্রাকমনা মানপী খুদপ্পনা মুকমু লৈতোন কোননা পুরুমজরমগে ইব্রাকমদি কংলৈ মদায়মা য়োইবু খোইয়ুম লাইরেমা অয়াং লেনথোং লমমবী ঙাংখা লম্মীৎ চুন্নী ফোইদিং নুরাহাবু কোলোই শিননবানা য়াব্রা শিলংননা অয়াংলমগা হৌবী ম্না মচিন মনাওনা লেম্লে ঙাতাপাৎ তিননফান হাওলৌ তিনলাই নোংয়েংলৌ, [৬]তিংঙি নাওচেনলৌ [৭]খরা ইফুলৌ, খোকতা য়াইফুরোন ফুয়াই লিনচামলোন, অঙাং লৌশোইমোম শোইরেন চাব্বিরোক কংলৈ নাতিক অরুববু ইব্রাকমনা তেংথা ঙম্লোয়য়ে। খোইয়ম নংনা তাথিবীগনো চিংঙু নংবু অরায় লাংবীগনো। চিংঙু নাপগা য়েং খোইয়ম নদম খন্না মানবী খুদবননা পুরুমজরকগে। খোইয়ুম নংশু নদোম লৈজহল্লমগে ।।০।।

(১) শরেং লেপলু কাইঙেদা - শরেং লু কাইঙেদা।। (২) য়োইময়াইদি - নুমিৎতি।। (৩) লেংখাং মমি অরাংববু লাংনা উবাববু - মশাদা শেৎপা লেংখাং কৌবা অরাংবানা ইশিংদা মামি তাববু লাংনা উবববু।। (৪) লেম্লে ঙামু লাংবুং খাচিক্লবগী - ঙানা লুনুংদা চংবগুম উরবদা।। (৫) খুমু নৌরেং মখুৎসুনা - মখুৎনা পাইবা খুৎচু নৌনা।। (৬) তিংঙি নাওচেনলৌ - তিংঙীনা চেন্দুনা শান্নবা।। (৭) খরা ইফুলৌ - খরা কৌবা ঙানুনা চেন্দুনা শান্নবা লৌ।।

# শৱা-শঙ কৈথেকপান, পান্ব শিনথা লোইচুব অয়াংবা লমথংকোল, লাংসং সংলাংমৈ (নাইখু কোল)

নরম কংলৈ মদায়মদি নোংবান হিনুজাম্বা ময়ুমফম, মোইরাং নিংথৌ হেপু স্না লখ্বান লোনয়ুম অখুব শংলেন অথুপ্পা অসিদী কনাগীনো পাউহংববু মাইমু চুনাও শোয়শেনবনা নদাইরেম হিনুজাম্বগী শংলেন মরানয়াইনে হায়না পাউখুম্ববু ইদাইরেম নোংবান হিনুজাম্বদি মপারি, মমোম করম্বা শাৎপনো পাউহংৱায় নদায়রেমদি মমোম লৈমা [১]নিংথি তরেংবি পোকএ। হায়না পাউখুম্লে নোংবান খোয়দোন অহনবা লুৱাং মানতোম অতোনবা অনিমক্কা হৈনা মতুং ইলনা মোইরাং কংলৈ পুংবু তাননা কংলৈ লমথোন শককৎলকএ ।

ওকচিললাকপা শাংতোননাইখু অথৌবা পুংলেন য়াইনে। ঙাংখরাকপা মপারি তখেন অথৌববু লৈমু শিনতাকনবা লৈহৌ শেনঙোইনবা পুংলেন য়াইনে। নরম কংলৈ মদায়মদি শৱা শঙ কৈথেকপাল পান্বা শিনথা লোয়চুব অয়াংবা লমথংকোল কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি কেগে খুৎনিংথৌ ফাং-ফাং য়ুমখু পোংলেনহনবগী নিংথৌ স্না হাক্তক্তা পোম্বী উচেকপু শৱা হায়না কৌনৈএ। শৱা পোম্বী উচেক অচংববু [২]পোনবী চেককোন খা [৩]ইশং লৈনা শা, [৪]লমশং খন্না শাববু থনমমে হায়বগীবু শাৱা শং কৌয়ে। অহিং ইনুং শোইয়াইমদা পোম্বী কৈনা চাখিএ। কেগেনা অচাববুদি অথেকপাও কৌএ। অদুনোংগীবু শৱা কৈথেকপালও কৌয়ে। মোইরাংনানবা থরো খুনবনা থরো লেনফু মরু-ফং [৫]শুমনিংগে লৈকা মরাক চুম্লবগী [৬] য়াংনা য়াইথোং কুমখিয়ে। অদুনোংগীবু চুব অয়াংবা লমথাং কোলও কৌয়ে।

---

(১) নিংথিতরেংবী - নিংথিবী তনৌবী।। (২) পোনবী চেককোন খা - উচেক্কী মকোন খাজিন্দুনা।। (৩)ইশং লৈনা শা - ইনা লৈশিনদুনা শাবা শং।। (৪) লমশং খন্না লমলক্তা খন্দুনা শাবা শং।। (৫) শুম্নীংগে লৈকা মবাক চুম্লুবগী - হকচাং পোলাং অমনবনা লোয়রবদা।। (৬)য়াংনা য়াইথোং কুমখিএ - থুনা শিখিএ।।

নোংবান খোইদোম অহনবা লুব্রাং মানতোম অতোনবা অনিমক্না লৈনা লৈনা [৭]শেনজিল্লকএ। লুব্রাং খোইবুং মরৌলৌনা [৮]মনাইরেল নাইখুকোনও কৌয়ে। খোইয়ুম শানৌ মচিন মনাওদি লাংশং শংলাংমৈদা ব্রাইথুংলরে। লাংসং সংলাংমৈবু তানা খনবা খোয়য়ম লাইনিংথৌ কেগে লাইচিং চৈহৌগীবু [৯]শুমদিন লৈকোয়পুং পুংগোই থারাওগী লাইজি চৈহৌননা ফিভম হাননা হৌরকপা লাইনিংথৌগা চিংঙু থাফংননা ব্রায়থুংলববু নোংবান শানৌ মচিন মনাওদি মালং নুংশা লাংনা কোইরুববু শমু মহকচাংবু ঙাংনা লাংনা উরবগী লাংসং সংলাং মৈও কৌয়ে।

## কেগে লৈকোই অচনবা

তমপাক লাইনিংথৌ য়ারৌ শারন নিংথৌবা

লৈরাং শফাবী;;

খুয়োন পুল্লৌখা খরায়থোপচাও।।

মারজিংখু খুল্লেন খুনথিবা মাংলৌতাক লমনুংশি

লৈগোই অচনব;;

শাংতোন লৈনাওতা চিংহৌ লমদাইখেৎ

চিংথাং থাংবিও !!

নরম লল্লেন লাংশং শংলাং মৈদগী [১]লমগা হৌনা [২]ইবেনথৌ খোইয়ম লাইরৈমা লাইজা ইথাফম্মু নাতৈননা। তোরৈ হিদেন ফৈদেনবী পাউতাক হিদেনতা লংমাই [৩]ফুংগা লাইরুদা ব্রায়থুংলরে।

নরম লল্লেন মদাইমা নিংথৌ উকাই মিতম পুংদা থৌদু লেবনা য়ুংবা নুংদি। থৌদু নুংমুগুন্না চেংজা নুংঙৌ শিদবা নুংনে। তয়ম ইব্রাকমনা মানবী খুদবননা পুরুমজরমগে।

---

(৭) শেনজিল্লকএ - কোইশিল্লকএ।। (৮) মনাইরেল - মনাই অথোয়বা।। (৯) শুমদিন লৈকোয় পুং - তমখিবা তিনখিবা পুং।।
(১) লমগা হৌনা লমদগী হৌদুনা।। (২) মতাং অশিদা ইবেন্থৌ হায়রিবশি - ইবেন ইবেম্মা ইবাই লৈমবুনি।। (৩) মতাং অশিদা ফুংগা লাইক হায়রিবশি - ইমা ইবেম্মা ইমোইনু লাইবেম্বী মসাইগোন্নী।।

নদাইরেম তয়ুম ইৱাকমসুং তুরেন লাংমৈপুংবু লাননা নরম মাংলৌ তাকও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি?

নহননোং খোয়য়ুম লায়নিংথৌ অৱাং [৪]কোরৌ ইনোংনিং থৌনা। মপারি খোইয়ম ম্না অহনবা নংদি মাললেন তমপাক লাইনিংথৌবু ওইরুও হাইনা থৌশিন থরকপবু। মালেম লৈফম চেৎলে হায়না মপন খোইয়ুম লাইনিংথৌনা ইপারিবু মালেম লৈফম চেৎলবরা য়েংগে হায়না মালেম লৈদারকএ! মপারি খোয়য়ুম লাইনীংথৌনা, মপন অৱাং কোরৌ নোংনিংথৌবু মালেম লৈদারক্লে হায়বা শকখংলদুনা। য়াওরৌ [১]শাদুং কাংক্রক্ লৈরাং শাথিবী য়াওরৌ শা অপুম্বগা, লেম্লৈ [২]ঙাৱা অপুম্বগা [৩]খরাই খুদোং মখুৎশুদা হাপনা [৪]থোংলেন তিংবীথক্তা লেপনা য়াইরম্মে। মপন খোইয়ুম লাইনিংথৌনা পারি অশিদি মালেম লৈফম চেৎলবরা হায়না মিৎয়েং শেংখৈববু শারেন য়ারৌ শা অবুম্বগা, লেম্লৈ ঙা অপুম্বগা লাঞ্জারম্মে।

কোলোয় মমিংথোনবু মালেম তমপাক লাইনিংথৌ কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি [৫]নুরানা কারে শেনগোই থোংনে। য়ারৌ শারন নিংথৌবদুম মিংথোল্লগে হায়না "য়ারৌ শারন নিংথৌবও" হায়না থোল্লমএ য়ারৌ শাদুং লৈরাং শাথিবদুম খোইয়ুম লাইনিংথৌনা ৱাইখৎখিএ হাইবগীবু "লৈরাং শফাবীও" কৌনয়ে। [৬]লেম্লৈ ঙৱা অপুম্ববু খরাই খুদোং মখুৎশুদা হাপনা থাথরকএ হাইবনুংগীবু "খুয়োন পুল্লৌখা" খরাই লেম্লৈ ঙৱা তা "খরাই থোকচাও মাংও" কৌনৈএ॥ লোইদাম কুমওন লাক্লগা [৭]লেম্লৈ সুজানম্ ৱানচেং পুমহৌ লানলবগী খোইয়ুম "কুপপা মকুপ থোক, চিংঙু লংবা মরং থোক্, য়াগী [৮]হৌজা মাইলাংনা, [৯]খোইয়ুম পানম চৎথোক্লকপদা, লেম্লৈ ঙা পুম্নমবা নতারবগী। খোইয়ুম লাইনিংথৌনা

---

(৪) অৱাং কোরৌ ইনোংনিংথৌ - অৱাং কোবৌ হাইরিবসি অৱাংবা নোংদোল ওইগত্রা হায়বশি নৎতনা য়ুমফম লৈতে॥ (১) য়াওরৌ শাদুং কাংক্রক লৈরাং শাথিবী - লৈরাং শাথিবী কৌবা শা॥ (২) লেম্লৈ ঙাৱা অপুম্বগা - ঙাৱা কৌবা ঙা মচা অপুম্বা॥ (৩) খরাই খুদোং - ঙা য়াইনবা য়াং খরাইগুম্বা অরোনবা॥ (৪) থোংলেন তিংবীথক্তা - লৈবাক লৈরাইথক্তা॥ (৫) নুরানা কাবে শেনগোই থোংলে - মুনা লাংনা কারে ইকাইবা নংলে॥ (৬) লেম্লৈ ঙৱা - ঙৱা কৌবা ঙানা তাখিবগী॥ (৭) লেম্লৈ শুজানম - ঙানা নমজিন্দুনা - ৱানচেং পুমহৌ লাললবগী - অপুম্বা মনমনা নম্লবগী॥ (৮) য়াদগী হৌনা মমাই লাংদুনা॥ (৯) খোইয়ুম পনম চৎথোক্লকপদ - লাইনা অসুম চৎথোক্লকপদা॥

পাওমেল্লকএ।। লেন্লে ঙা পুন্নম্বা ব্রানচেং সুজা নম্বা অশিবু করিনো? হাইনা পাউহংলকপবু চিংঙু অকোয় অচৌব, খোইয়ুম শকউ, শাউদবানা। হে ইবুংঙো তাও, খোইয়ম লাইনিংথৌও, চিংঙু নংনা নপন খোয়য়ুম লাইয়িংথৌগী ম্না মখোং খাদা সারেন য়াওরৌ সাবুম অমগা লেন্লে ঙাব্রা ঙাপুম অমগা খরাই খুৎথোং মখুৎশুদা হাপনা [১০]লানজাখিবা অদুবু লেন্লে ঙাপুম মপুম মপুমবু লৌবীদ থাথারক্লবগীনীনা লেন্লে অদুনা সুজা নম ব্রানচেং পুমহৌ লোনবগী নম্বনে হায়না পাউতাক্লবদা অদুনুংগীদি, ইপন অব্রাং কোরৌ নোংনিংথৌদি কদাইরমদা তুচোং পল্লানখিবনো পাউহংববু চিংঙু গুরু নমুংবদি খোইয়ুম লাইশক উদনা, মাংখিরবগী মপন মার মখোং খুনবু থিরকএ।। "মারজিঙয়ু খুমলেন খুনথিবও" হায়না কৌখিএ।। মাংখিরে হায়বনুংগীবু "মাংলৌতাকও" কৌনৈএ।। কোইনা কোয়না থিরমএ লৈকোই অচনবনে।। মপন খোইয়ুম গুরু শিদবদি মালেম লৈখারোল ৭ তা, [১]সংনা উমীতোন্নিং হুল [২]পুকনুং চংবী লায়োন চোংবগুম নৌনা শংনা লৈঙমএ সঙতোন লৈনৌতাও কৌএ।। খোইয়ম য়াইখংনা সনম তপতা ম্না নঙেথোম, পথাং য়ৌরৈমেননা শৈওনববু, কম্বোং নকা য়াম্বাবু ইব্রাকমনা খোইয়ুম নতিক অরুববু তেংথা ঙম্লোয়এ। কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথারশনো, মানবী খুদপননা পুরুমজরমগে।।

নরম কংলৈ মদাইমদী চিংনা হৌখিএ "চিংহৌ লমদাই থেৎ "থাংদোকখিএ" থাংবী য়োইনাওকোন, খোইয়ুম থাংবী চিংমবী। শানৌ মচিন মনাওনা [৩]কংলৈ লাথুপঙৈদা [৪]ফিদুপ ফিদাইমবু ফিহোংঙৈ, খোইয়ম য়াখম্লোয় ৭মকনা [৫]মাললেম লৈথিন কায়রম্লবগী কংলৈ লাইরাওখোনবু নাচুংদবগী [৬]ফুকনা থাংখিএ হায়বগী চিংথাংও কৌখিএ।। [৭]শব্রা তু কেনবাথেন্, মরম [৮]কোইফোইবা চিংবু তয়ম ইব্রাকমনা তেংথা ঙম্লোয়এ। চিংঙু নতিক অরুববু হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশনা তেংথারশনো।।

---

১০) লাঞ্জাখিবা -পীজখিবা।। (১) শংনা উমিতোননীংহুল - ইশং শংবা উনৌ চোংলমবগী।। (২) পুকুং চংবী লায়োন চোংবগুম - পুকনুং লফু থারো চোংবগুম।। (৩) কংলৈ লাথুপঙৈদা কংলৈ লৈপাকপু লাই মচিন মনাওনা লৈশেম নোংশেমদুনা থুপতুনা লৈঙৈদা।। (৪) ফিদুপ ফিদাইমবু ফিহোংঙৈ মশক মতৌ ফিজেৎ চাকচা অমবু হোংনঙৈদা।। (৫) মলেম লৈথিন কাইরম্লবগী - লাই য়াখম্লোই ৭না লৈপাক থুগাইরম্লবগী।। (৬) চিং মচা অমা লৈরম্ববু ফুক্তুনা থাংখিএ চিং অশিনা অহানবা ওইনা শেম্বা শাবা হৌখি চিংহৌ।। (৭) শব্রা তু কেনবা থেন - উচেককী মতু কেনবা থেন।। (৮) কোইফোইবা - কোইজবা।।

# কেগে পুংলেন অরেপ্প
# মোংব শংলেন য়াইওইবা

নরম লম্লেন মদায়মদি, ওকচিন শংলেন য়াইওইবনে। [১]হুয়েন লান্নীগীদি, [২]মেললাং তানবা তুরেনকাই অঙৌবা, [৩]পালেম পাইমা পিবুকনুংগী মাললেম লৈদারকপা, [৪]মানবী চিনবান লৈতোন খৎনা খোইমা ব্রাহাই হৈতরিববু শামু নমদা পোনা লমওকফম।। কজেং থাংবুন ১০/ তিমেন তাবুন ১০/তেৎনৌ য়োৎ মপুন ১০/ য়ারৌ শাবুম ১০/ হুয়েন লানবুকশুং ১০/মশিং ১০০ শুনা [৫]লৈহৌ শিন্দাকনা লৈমু শিনওইনবা শংলেন য়াইনে। নুমিৎ অনিনা চিলওকনবা, থাবী অনিনা মাইওকননা থোকপা শং নংবু চিংঙু নতিক অরুববু তেংথা ঙম্লোয়এ।। খোইয়ুম নংবু তাথিবীগনো।। চিংঙু নংবু অরায় লাংবীগনো নদাইরেম তয়ম ইব্রাকমনা মালেম লৈম্না অঙাংবনা, [৬]ঙাবা মাসুং তম্না য়েনপৎনা [৭]ঙাবা মাশুং তম্না তোরাঞ্জরমগে। নরম কংলৈ মদাইমদি ব্রাইরা [৮]শাপুম ওকচিন থোংলেন য়াইনে। কোরি পনচনথোং;; কোনঙৌ পুংদা থোংনে। হুয়েন লান্মীগীদী ব্রায়র শাবুমসুং ১০০/ হুয়েন লানবুম ১০০/য়াংলৈ তাওবা হুইবুম ১০০/কায়রৈ য়েনবুম ১০০/[৯]হুয়েন লাঞ্জননবা থোংলেনয়াইনে ।।০।।

নরম কংলৈ মদায়মদী নয়ু নোংথোন লৌথিবা শংলেন য়াইনে হুয়েন লান্মীগীদি, [১০]খমচেৎ খমগাই মনিংথৌ, খমচোং লানথৌয়াংবু শিন্দাকনা, লৈহৌ শেংওইনবা শংলেন য়াইনে। নরম কংলৈ মদায়মদি [১১]শারেনফেন্দা নোংহুম লমনে। কংলৈ নতিক অরুববু ইব্রাকমনা তেংথা ঙম্লোইয়ে। কোরৌনা পীদোননবীগনো খোইয়ুম নংবু ব্রাংবা ননুং নাইবীগনো, মানবী খুদপননা পুরুমজরমগে। সিংলু তেনবা শিনসু শাংবা মরমথোনবু

---

(১) হুয়েন লানগীদমক।। (২) মেললাং তানবা - ফম্বান মেল তানবা তুরেনকাই অঙৌবা - তুরেন ব্রাংমা অঙোম্বা।। (৩) পালেম পাইমা পীবুক্লুংগী - মমাগী মচা।। (৪) মানবী - মচা।। (৫) লৈহৌশিন্দাক্লা লৈমু শিন ওইনবা - লৈপাক লৈহৌরকপা - লাইমু ফংতববু তাকপা।। (৬) ঙাবা মসুং তম্না য়েনপৎনা - অঙাংবাবু তমনা কৎচরমগে।। (৭) ......... মসুং তমমা তোরাঞ্জরমগে - অঙাংবা মাসুং তম্না খুদোঞ্জরমগে।। (৮) ব্রাইবা শাপুম ওকচিন থোংলেনয়াইনে - শা মপুম ওক্লবা লান্নবা থোং অথোইবনে।। (৯) হুয়েন লান্দা লাজ্জোই চনশিনবা থোংনে।। (১০) খমচেৎ খমগাই কৌবা লাই মনিংথৌ।। (১১) শোরেনফেন্দা নোংহুমলমনে - কশা শোরেন ঙাকথোকপা শংনে।।

নতে ননা লাইখুরেম্বী সমু ওইনরম খোইয়ম ব্বারক ব্বাকোং থোংবু খোইমা ময়োকননা মালেম লৈম্না মঙাংবা কোরৌ নোংলুমপান অপানবনা ঙাব্বামসুং তম্না তোরাঞ্জরমগে। খোয়য়ুম নতিক অরুববু মালেম লৈদা পকনা পুরুমজরমকে। হয়েং কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথারশানে ॥০॥

নরম কংলৈ মদায়মদি কংলৈ নোংলাওফম শোরেন নোংহুম লমওকপুংনে। নরম কংলৈ মদায়মদি [১]ব্বাংলমলোন কৈথেন মানবী থেল্লেন য়াইনে। হুয়েন লাননীগীদী, হুইচিনলক্কী হুইয়াই লোইনাই মচন লৈরোং তাওবী, পুকপী মচন থিংগুসু থাদোন লানমীংনাই। চকপা অমে চনু তাংজা সমনা ফবী লাইচেং তোংদবসুনা পুকনুং য়োইহৌ তানবীগা নোংবান চৌখারোন লুব্বাং নহারোংব চনুগা [২]লালু অহুমবু থরোন নিকনা হুয়েন লানচৎনবা থেলেন য়াইনে ॥০॥

নরম কংলৈ মদায়মদি [৩]চেংজা নুংগোইবীনে। [৪]য়াওরৈ লৈয়াথি খোংখম লৈনমুংনে। কংলৈ নতিক অরুবগীবু ব্বাকনা তেংথা ঙম্লোয়য়ে। নরম কংলৈ মদায়মদি [৫]মংলেন হাককেম্ পুংনে। মংলেন লুচন পুংনে [৬]পারোং থোপ থিন পুং, নোংয়াই খাহনবা পারোং থোপথিনবা শাম্বা লুতেংপুং। খানৌ লুহনপুং। পারোং থোপথিনপুং নোংয়াই হানোই পুংলেন য়াইনে ॥০॥

নরম কংলৈ মদাইমদি ঙানবা শেরাই কংজা পুংলেন নোংচুপয়াইনে॥ হুয়েন লাননীগীদি তয়াননিংথৌ লিকমান লানথৌয়াংবু লৈহৌ শিন্দাক্লা লৈমু শিনওইনবা পুংনে।

নরম কংলৈ মদায়মদী [৭]উত্রা সংলাংচান [৮]অতেং সংখুৎশা [৯]হেকঙাই সংনুংঙোন [১০]ফোশ্রাৎ সংখুৎশা, অয়াং লমথুংফম। য়াংলৈ তাওবা হুইসংমাং য়াওরৌ চিরেন শামু খোংনা থোইবদি লাইরোং পুং, শামু খোংনা থিনবদি লুরুকপুং, চারৈ ফিরোকপুং। খাললৈ লৌরোক পুং তয়ম লাইরোক পুংদা পুংলেন য়াইওইবনে ॥০॥

---

(১) ব্বাংলম্লোন - নুপীওইবীগী॥ (২) লালু অহুম্বু থারোন নিকনা - কোক অহুম্বু থানুং নিকনা॥ (৩) চেংজা নুংগোইবীনে - নুঙ্গোইবী লালু চনফম্লে॥ (৪) য়াওরৈ লৈয়াথি খোংখম লৈনমুং - তিন্ থাকহৈদবা খোংনা শোকহৈদবা॥ (৫) মংলেন - মং মংবা॥ (৬) কোক লৈবরা হায়না থিনদুনা য়েংবা॥ (৭) উত্র - কংলা॥ (৮) অতেংশংখুৎশা -অহৈবগী খুৎশা॥ (৯) হেকঙাই সংনুংঙোন - পুক্লিং হুবা শং॥ (১০) ফোশ্রাৎ - চেকশিননা॥

# কেগে কংলা উত্রা সংলাংমৈ থৌদু খোংনেৎনবা, কুচু থৌদানফম তরেৎ শুবা পুংলেয়ায়

নরম কংলৈ মদায়মদি, কেগে মোইরাং নিংথৌ [1]লাইয়ু পুন্সীবা সংলেনয়াইনে।। কংলা মথোন ৭ থোল্লাংমৈনে। [2]ফোরো মোইমিৎ ফোল্লাং মৈদোংনবশং। [3]থম্না লাকোয় লুরোই নবনা হেম্মোইবসং। লুব্রাং [4]থাম্বান লৈরম ৫ মকনা লাইরেল লাংজখৈ অখৈবা। য়োইময়াই লাইরেন অঙানববু [5]নোংশাবা সংলেন য়াইনে। মালেম লৈখারোনগী খোংলেন ইরম ৭ মকনা খোংলেন ইফাওরম। [6]ককয়াই শাদিংখু থেংগু নমদনবা ১৫ না য়াকাশং। [7]পাইখু চেকওনথোক ১৫ মা য়াগৈ শং। খাংলাংবু য়ুমজিন শেংবাং থোংবু চুনবা। খাঙঙেননা কোইহেনব, হুমদাং কাকুপ মাইফং পরেং য়ান। উরা ফৈগৈ লাকপবু লাকলোয়দব সং [8]তুবীনা পাকলৈ থোমনয়েক। তুবী ঙৌনা ওল্লিঙৈদি নুংঙৌ পাকতৈনবা সং। লাইরেন ঙাংনা ওল্লঙৈদা অঙাংবনা হিংঙোন। মুনা ওনলিঙৈদী মুকতম কোইজা য়েকপা সং। তুবী লিশোন, লাইরেন কোইজা য়েকপবু য়েকশোয়দবা শং। খোইয়ুম লাইশকতম নমু পোংশকশেম। য়ারৌ শা শায়েকপু য়েকশোয়দবা, পোম্বী চেকলা পে মরি য়েকতম। উরেং হুব মরোই, খোইনিং পাইমরোই। পোম্বী মশকতমনা চেকলা মওন লাকপবু লাকশোয়দবা শং। লোইরং শাবা উয়াম থা, খোংনাং শাবা উয়াম য়েক। পাম্মেন উখোং কোইনা কৌবা লিয়াম থা। চিংলাই শাবা লিয়েৎপা, তমলায় শাবা চিন্দীননা। শংলেন নাকপাক অমদা মোইমিৎ লৈচুনা শংলেন নাকপাক অমদদি, [9]লৈখাম তরৈ য়াননা হেমমোইবা শং। খুনবী নুংগাং চিংগী কৈবি য়েকশা হোমশা। লাইতাং শমফবদি ৭ শেনজানবশং। হুয়েন লাননীগীদী নোংয়াই অমুতারম লমশু মতিংকোকনা হিনাও শা, মশোইরুনা হিরু তোং। পাখং শগন

---

(১) লাইয়ু পুন্সিবা - মোইরাং নিংথৌ তরুকশুবা।। (২) অরংবা মঙাম্না তোংদুনা ঙানবা শং।। (৩) থম্না লাকোইগী মতৌগুম লোইরোই লোইরোইনা মতোন লোম্বা।। (৪) লুব্রাংগী থম্বান লৈ মবম মঙামকনা মচু মগ ওইনা লাংহনবা।। (৬) ককয়াই শাদিংখু - থেঙ্গু।। (৭) অপাইবা উচেক ১৫ না য়াহৌবা শং।। (৮) লাইরেন্না পাক্লা লৈনা লৈনা য়েকপা শং।। (৯) খোইজু লৈখাম্না লৈনা লৈনা য়ান্দুনা হেননাবা শং।।

পাং অমনা নৌরেন খাংতপ পাই। পাখং শায়েং পাং অমনা খোইশাং লমদম হুন। লাংবন তিনবী মরুতুপ খোইয়া চিন্দাইমেননা ঙামু তোক্তৌ থেম্বগা কংলা শংখা থানবা শং।

[১]চিংদা লাওবা চাম্মনা কংলা শংজি অমা থানৈএ। তমদা লাওবা ১০০না কংলা শংচি অমা থানৈএ। [২]তেকৱানু কাম্ব অমাই সংসুববু কংলা শংচি ম থানৈএ। [৩]মরিয়া ফাওবীচাবু ইঙা কুমদম্না ইঙেন কুমখাইনববু চিংশাং লাংলেপ্পা, [৪]হায়ি পনখম্বা খোইরোং শফবগা কংলা শংখা থানৈএ। মালেম লৈখারোলগী তেকপী খয়োম্বা মালেম লৈনিন শানা তাওরেল খাংতবশম, পুলৈ য়াথংশেৎ। [৫]ওকলেন য়াতোনথোক্লা তাওখংবা শং। কংলা থোন ৭ থোল্লাংমৈ নিংথৌফম মিকানবশং। ফোলাং মৈতোন্নবা শং। থৌদু নুংঙৌগুম্না তাবা চেংজা নুংমুগুম্না শিদবা শং পল্লেম মমা কোংয়াং লিকশিসু স্না লিনগোইগী অয়াং ফানশা মনাও লংমাইলম্লুবা মখুৎ মোইখুৎ তানবা, মামাই মোইমাই তানববু কংলা শংগা লানপুং ওইনবশং। খুনবী নুংগাং চিংগী মানা শংদনবা শং। থৌদু নুংমুগুম শিদবা শংনে। মরম কংলৈ মদাইমদা কুচু থৌদাফম্নে।

কুচুও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি। নহনোং খোইয়ুম লাইনিংথৌ থংজিং কোইরেন নিংথৌনা। কোরৌ নোংলাংপানবগী মালেম খুনগুম্লকঙৈদা, চারৈ নিংথৌ ফি। কোনখা ফুরিৎ সাইচোনববু লিংনা লৈবাক পানফঙৈদা চিংঙু মানা মতিক হক্, খোইয়ুম মানা মাওন য়ামগে হায়বগী, চারৈ মফি থম মকু মমান্ হুনা। ৱায়েল থৌদা তম্লয়ে। অদুনোংগীবু কুচু থৌদাফমও কৌরে। কুচু থৌদাফমদা থৌদু খোংনেৎনবা নুংদি থংচিং লোক লুখুম লমথি লানচাওরোক মুংবী লোক্লেন খোংগী খোইয়ম থংচিং মকায়ফমদগী পুরকপা নুংনে। চেংজা নুংঙৌ শিদবা নুংনে। কুচু থৌথাফমগী হাওরৈ নোংপোক পাংবলমদ

(১) লাই হৱাওবদা - কেগে কংলাদা - চিংদা লৈবা ইপা ইচা ইচিল ইনাও অঙম্বা খিবিকপু মোইরাং কংলাদা কাবক্তুনা ফমফম থাবা কা॥

(২) তেকৱানু কাম্ব - মাইবা লোইশং॥ (৩) মোইরি মাইবা ফাওবীচা লাংচেং লাংমৈবা খোইয়োলমোবি মাইবনা॥ (৪) হায়ি পনখম্বা খোইয়ুম লাইরুপ ঙাইখংবা, লাইগা ৱা ঙাংনবা ঙম্বা মোইরাং লৈখোংকইববু লৈদাই ঙম্বগী "হয়ি পনখম্বা" শৈথানৈ॥

(৫) লৈশেম খুনশেম্বদা তেকপী ওক্লেন - মচিন য়াতোন্না মলেম্বু তাওখৎলকপা॥

থৌদু ১ লেপনা য়ুংবা নুংদী, [১]খোয়য়ুম পাফন অরিবা চিংঙু খুভমনে। খোইয়ুম কোলোই কোলোয় নমীংথোন অশিবু তেংথা ঙল্লোয়এ হায়েং কংলৈ লাইয়েক অপিশনা তেংথারশানো? মানবী খুদবননা পুরুমজরমগে। থৌদু নুংমু শিদবা অমদি ৱাকনা তেংথা ঙল্লরোয়এ। মানবী খুদবননা পুরুমজরমগে। নরম কংলৈ মদাইমা থৌদু অমা লেপ্লা য়ুংবা নুংদী তেকপী ওকসুম শংনে। নরম কংলৈ মদায়মদী থৌদু ১ ফৈনা থাবদি ৱাংগোন শয়া কোৎনে। কংলৈ লমনমুং নামুংবা, শামু খুৎনা থিল্লগা খুৎ নমুং, চেংলৌ মীৎনা য়েংলগা মীৎনামুংঅখৈবা নংবু তয়ুম ইৱাকমনা তেংথা ঙল্লোয়য়ে। চিংঙু নাপপা য়েংনা পুরুমজরমগে। কেগে মোইরাং নাইফা নহা উঙম থাবা লেল্লে ঙারোইলাং ইফুই খুৎতা শু, কম্বোং লাইজা ইমাইশা লেল্লে ঙামি কৌনশোয়। মরুম শেন্দা অয়াংফবী, ইনফুই মাইরং শোননা, হঙ্গেন তাওথেংলাকনা শোইখাংজেং ইমরু [২]নুংজেং ই নামুং, নামুংবা নংবু তয়ুম ইৱাকমনা কংলৈ নাতিক অরুববু তেংথা ঙল্লোয়য়ে। কংলৈ লাথুপ অপিশানা তেংথারশানো।



(১) কেগে কংলাগী নোংপোক থংবা (অইঃএনঃএঃমিউজমদগী) মনুংদা লাইশং শাদুনা লৈবা শুরুং অসিদী লাই অরিবনা লাইরেন পাফন খুবম ওইনা লৈরি॥ (২) অরুবা লাইফম অকবা লাইনাচীংবা খিবীকপু (নমুং নমুংবা) হাইরম্মী॥

# কেগে কংলা মোইরাং য়াই-কোন্নুং মোংবা য়ুমজাও কারেন্ নিপান

খোইয়ুম লাইরৈম নোংথাংলৈমনা ফৌশুশং শুমশং অচনবনে। নরম কংলৈ মদায়মদি [১]মোংবা শংগাইমাংনে। কংলৈ চৎলম ফানশাং মরিন ইননা নোংবান খোয়দোম অহনবা লুব্রাং মানতোম অতোম্বা অনিমকনা মোংবা য়ুমজাওরেনবু তানা কংলৈ লমথোন শককৎলকয়ে। তয়ম ইব্রাকমসু খোইয়ুম হৈনা-মতুং ইননা তেংথাশৈবু শকচিঞ্জরক্কে। খোয়য়ুম শানৌ মচিন মনাওসু য়ুমজি অব্রাং লায় থংবদি মোংবা য়ুমজাওরেন্দা ব্রাইথুংলরে। [২]ইব্রাকমনা মানবী খুদবনা [৩]মুকমু লৈতোন কোন্না কোন্না মোংবা য়ুমজাও করেন পিানমকপু তেংথাজরক্কে।

য়ুমজাও অব্রাং লাইথংবদি [৪]চিংদা লাওবা ১০০না মোংবা শংজি অমা থানয়ে। মোংবা শংজি অমদি [৫]তমদা লাওবা ১০০না মোংবা শংচি অমা থানয়ে। মোংবা য়ুমনিংগী শংলেন শংচিদি [৬]খুনবী নুংগাং চিংগী কৈবি অমা থানয়ে। [৭]য়েকশা হোমশা শারাইতাং ১০০না মোংবা শংজি থানয়ে। মোংবা য়ুম্নীং তুংগী [৮]শংচি লাইথংবদি পাম্বা কৈরেন অথৌবা ১০০না মোংবা শংচি অমা থানয়ে। মোংবা য়ুমজাওরেনগী কারেনবু তেংথারগে। [৯]লুব্রাং লংমাইবদি য়ুম্মাং কারন থং, অঙৌবা পুলৈরোম্বদি য়ুম্নীং কারেন থং, খোইয়ুম লংবা অপানবদি স্না তরংবনা পরিং কারননুংদা শাম্মু খুংপু থুম্না থৌথাবা মোংবা শংলেন য়াইনে। য়োইবু খোইয়ম লাইরৈমা মোংবা য়ুমজাও লৈমা য়াইফবি। ব্রানা কদাং ঙস্বী খানিকপদা হুননবা ফবী, শারেন য়াংগোই ইমরুদা শমশেংবী। পাম্বা কৈ য়াতোননা য়েনখনবী। তেৎনৌ লোনগোইথাংনা লানথিবি। লুপা হৈশোই থাংনা লানককপি। থোংনাং ফিনপোমলাম্হৌয়াং, স্না লৈখাম ১২ থেৎপবু হুয়েন লানচৎনাবী। মৈয়াং শিংখা লাংমৈ লাংজাও ১৫ থেৎপবু খুনেৎনবি, চিংঙু অকোই অচৌবা খোইয়ম শকউদববু ঙাইরোইনবি। খোইয়ম নখোইগী নখোংখাদ মোংবা

---

(১) য়ুম (২) ঐহাকনা (৩) খুকউ (৪) চিংমী ফম্লাইবা (৫) তমপাক ফম্লাইবা (৬) মনিং চীংগী কৈ (৭) অয়েকপা শাজি শঙাই (৮) খা থংবা শংগী মচীদা কৈ য়েকপা (৯) লুব্রাং শলাইগী মাইবা॥

য়ুমজাও কারেন মাংগী লাকথা কাদোই মথং অমদি, মোইরাং লৈমা অরেম্বী কেগে লৈমা অঙনবি চৎলম ফানসাং হেনবী। [১]মোংবা য়ুমজাও ঙাননা নিংথৌ তাল্লোয় তুশুং শকপি য়োইবু তয়ম নাইশিং চনবী [২]নোইনু থুমগুম ককুপনা ৭ শেনগুম মরোনতৈ। [৩]লাংলেন কোংয়াং ব্রাশা তাবগুম ফৈনা য়ুংনা তাবীশিংগী [৪]চরৈ ফিখননফম্নে। করেন মথং অমদি হাওব্রা থেলনুশু কম্বোং মৈরা চাওবগুম্ববু হুয়েন লানচননবা কানে। কারেন মথং অমদি, [৫]ব্রাংগোন লাইনুরা ৭মককি য়াহিপকানে। কারেন মথং অমদি ব্রাংগোন লাইনুরা ৭মক্কী পোথোক হিথাং কানে।

[৬]হুয়েন লান্নীগীদী চিংমৈ নিংথৌ থাবনবা হুয়েন কোনম্বা ফববু লৈমু শিন্দাক্লা লৈহৌ শেংওইনবা কানে। কারেন মথং অমদি লাইশ্রা ৭ মক্কী য়ব্রা ফল্লাংচাননে। পাচা থৌথিংগা শেনকু নানমগা কাইরং হিওনগা, ময়ুম তোইদাওগা মদুনিংথৌ ঙানবা থেংগোইগা পিথুপ পিয়োন কা, [৭]হুয়েন লান্নীগীদী খুমন মুংশা খ্বাংববু লৈমু শিন্দাকনা, লৈহাও শেংওইনবা কানে। কারেন মথং অমদি য়োইবু খোইয়ুম লাইরেমা [৮]ফুরেপ লৈমা লুচাওবী লাকথা লৈমা পাউদোইবী, মোংবা লৈমা কোরৌ নোংজারেনগী, তমফা অচোং অচাং খননা কানে। হুয়েন লান্নীগীদী, [৯]খুরোয় মনিংথৌ খুব্রাং অথৌববু লৈমু শিন্দাক্লা লৈহাও শেংওইনবা কানে। কারেন মথং অমদি খোইয়ম পোললি পোল্লাং মকাইফমনে। হুয়েন লাননীগীদী শারোং মনিংথৌ লোল্লাং শাফববু লৈমু শিন্দাক্লা লৈহাও শেংওইনবা কানে। মারেন মথং অমদি লোকতু খোমতু অপানবগী য়াহিপ কানে। হুয়েন লানপৎনু লুহোং অথৌববু লৈমু শিন্দাকনা লৈহাও শেংওইনবা কানে। কারেন মথং অমদি য়োইবু খোইয়ুম লাইরৈমা ফুরেপ লৈমালুচাওবী লাকথা লৈমা পাওদাবীগী মাললং নোংহুম কানে। খোইয়ম পোনথি পোললাংবু ফুমন ব্রানমননু মকাইফমনে। হুয়েন লান্নীগীদী য়ারৌ শাজারোক মশিং ১০০/ লেম্লে ঙাচারোক মশিং ১০০/লৈমু শিন্দাক্লাবা কানে। পারিং কারন চৎলম মখুন ইননা কারনখা থংবদি, মালং নোংহুম কানে [১০]খোইয়ম কোঞ্জিন তিংথোকপা শায়াকোৎতা ফম্বা মেনখোং

---

(১) য়ুম (২) থুম (৩) ব্রানা লৈমাদা তাবগুম (৪) ফী (৫) লাইরেম্বী ৭ কী (৬) লানগী (৭) লানগী
(৮) ইরেপফুলিংলীবা লৈমরেন (৯) লুব্রাংবু খংনৈ। ১০। খোইয়ুম লাই লৈশেম্বা লাইনিংথৌ সনমহী

য়ামখোং লোয়বা [১]লাইশারিক্কী তোন নিংথৌ, ৱারক নুংনাং অপিশা ফবা তাবমোইরেং চান্বা অপিশা খোইয়ম মকাইফমনে। হুয়েন লাননীগীদী, নুংখুম লানহিং অথৌববু লৈহৌ শেনতাক্লা লৈমু শেংওইনবা কানে।

কারেন মথং অমদি খোইয়ম উয়ি নৌনৌবা, উয়ি ৱাকোনপাম্বা ৱাকোন লোইরেন ফবা। কেগে হুইরেনখৈনা নামুংবা মকারেননে। হুয়েনন লালনিকিদি, লোকসু লোকলাং মনিংথৌ হুয়েন লোকলু অথৌববু লৈমু শিন্দাক্লা লৈহাও শেংওইনবা কানে। কারেন মথং অমদি খোইয়ম ৱাংবরেন খানচাওবা তুরেন লাইজা ইথোংখৈবা ইঙৌমনা নপপা ইমু হুকথোক লোনবা লেপ্লে ঙাথোংথিংবা, ঙারা ঙারেন কোনবু কোনমতৈনা কোনখাবা চিংঙু অসুপ্পা খোইয়ম অচৌবা মকাইফম্লে অনাম নিংথৌ কুহিরেৎচাকলিকনা খোংশিননা হেনবা মৈরিক ঙাংগোই শিননা তরংবা কুমলং খ্বাংদা য়েৎপা অথৌববু লৈহৌশিনতাক্লা লৈমু শেংওইনবা কানে। [২]কারেন মথং অমদি ঙাংঙোই কৌবা অঙাং-ঙা খোইনাই খুন্দাবা কানে।চাক্লিক অহোংকানে। থারৈ মচাও কানে। তাইবং শমু হাকোকফা শাবা কোংতাফম্লে। হুয়েন লান্নীগীদী [৩]ঙাইখোং মনিংথৌ খোংঙাববু অহোং লানচন কানে। কারেন লবলেন কাগী লাকথা কাদোই অমদি খোইয়ম লাইকোক অহনবাগী নুন্নাং কাওখংবগী য়াহিপ কানে। মানতক থিয়াইতাক তাকুপ খানিংলোনবী নিংশোং মৌবিলোক ফুমং মমাংৱায় য়াংগোই শারি ফম্লে। হুয়েন লান্নীগীদী খুনুং য়েন্দী পুঙখা থা মমা লৈনুং মফোংনু চানু ঙানু খেরেজো চিনপাকপদি পুঙয়াইচল, থংগোং পুংদোলথোংনা হেম্মোইবা অহোং অচাও ফংনা কানে। কারেন মথং অমদি ইৱাং মপারি খোইখানমবু মারোন য়াম লুপা কোনখাং ফিথুপ হকপাশিংগী নৌশং কানে। হুয়েন লান্নীগীদী হাওনু লিকসঙনু সাফাবীবু হুয়েন লানচন কানে। কারেন মথং মথং অমদি চাসং নাওসং কানে [৪]হুয়েন লান্নীগীদী খুনবী লোলাং মনিংথৌ হুয়েন তাওমাং অথৌবাবু লৈম শিনতোকনা লৈহৌ শিনঙোইনবা কানে। কারেন মথং অমদি, [৫]চাপু-নাওপু কানে॥ হুয়েন লাননীগীদি মরা কেং মনিংথৌ হুয়েন খেবা

---

(১) শারিক্কী তোননিংথৌ লাইনিংথৌ স্নামাহিগী লাইচৎ মীংনী। (২) মোইরাং লৈপাক্তা কৌব্রুদকী খুন্দারকপা ঙাংঙোই কৌবা অঙাং ঙানা পাল্লম্মী মমীং অসিবু লৌদুনা মোইবংবু ঙাংঙোই হাইনসু কৌনৈ॥ (৩) ঙাইখোং নিংথৌ ফাবা কা॥ ৪। শাফম লানফমগীদমক্তা ৫। অঙাংপুবা

অথৌববু লৈমু সিনতা কনাবা কানে।

মোংবা কারেন অমদি [৩]য়াওরৌ সামী কৌনবা কানে। হুয়েন লান্নীগীদী মোলদিং মারা মনিংথৌ, হুয়েন সেকপাউববু লৈহৌ শিন্তাক্লা লৈমু শিলঙোইহনবা কানে। মোংবা য়ুমজাওরেন্দী, [৪]মোইমীৎ লৈচুনা লৈখাম তারে য়াননা হেমমোইবা সঙ, [৫]খরাবু য়ানদা পারেং থোং খাঙেন না কোয়ন হেনবা হুমদাং কাকুপ মাইফং পারেং য়ান, উরা ফৈগে লাকফবা সংলেনয়াই নোংবান কাঙদ্রা কাঙদোল লৈনৌবা তাংজ মরৈতোল ওনখিরে,। লৈহৌ য়ুতাও খাঙব্রানা ব্রাতোল ব্রফাং য়োমনাবা মোংবা থোমদৈনা লোইয়া লৈতেং ওইন হেমমোইবা সংগী সঙলেন চৎলম ময়াই কাগী, করেন তেংবু তেৎথারককে। মোংবা সারোঙ কারেন অমদি কেগে খুৎনিংথৌ [৬]ইব্রাং পুরিক্লাইগী চিরোং হাইরোংকানে। কারেন মথং অমদি কেগে লৈমা অঙনবী মোইরাং লৈমা অরেম্বী য়োইবু লৈমা তোংলিং পালয়োইনাও লৈমা ব্রাইরৌ লিককুম্বী থংজিং য়ুম্লেন লৈমা থাঙঙা য়ুম্লাই খনবী মনাক তেৎনৌ সোচৈ লোন মথা পুন্নাংথা থেৎপী খোং-হুক মরাই থোইবী শিংগী চরৈ ফিখন কানে। কারেন মথং অমদি য়োইবু [৭]লৈমা মাফেৎলোই,সংকন লৈমা মঙাইরোই, লোইবী কোইরেং উসোকতু ঙসোক সয়াম চেক তুনা মালেম লৈদা তাবী চেককুম্বী। হৈরাং নানৌ অতেংবী, ক্লাসংতাই পানচুম্বী পাননা লাগীনা মেবী শিংলেন লৈশেম তনৌবী শিংদুনা তাওজিং হৈসোইগা ক্লা-তংখাই লৌনা পানবা লায়াৎ তৈনা কানে। কারেন মথং অমদদী, লুব্রাং লংমাইবনা য়ুমমাং কারেন থংনাকা মোংবা সারেঙ থংনা লাকলেন কা খাইজা মিদম কানে। খোইয়ুম লংবা অপানবা পরিং কারন নুংদ সামু খুৎপু থুমনা থৌ থাবা মঙলেনয়াইনে। অঙৌবা পুরৈরোম্বদি য়ুমনীং কারেন থংনবসুং খোইয়ুম থাব্রা চেংঙা য়ুচেং-য়ুহা মারিমকনা চপলেন হুইথবা শঙ। চিংঙু [৮]লৈখোমতাও, নোংখোমতাও, লৈসাতাও, নোংশাতাও মরিমকনা

(৩) শা থমফম।। (৪) খোইজু লৈখাম য়ান্দুনা ফজনা থম্বা কা।। (৫) উরা হুমদাং ফজনা শেমদুনা থম্বা কা।। (৬) ইনিংথৌ (৭) লৈ নিঙোন মনাইমশন।। ৮। মালেম লৈখোং পুবা লাই

পারৈনবা সংলেনয়াই। [১]ঙাংখা নমদোঙবা নমদোংবী ওকচিন পাথৌ খুবুথৌহল, খুয়োল লিকতকপী লিকতকপা খাম্বী হনবা কোকচাও হানু লাইখম. ঙাংলৌ কোংশিবী, কোংশিবা চেংলৈ থিংনাংখু থিংনাংহন, হিগা ফাননৌ নৌরেংখু নৌরেংহন খোইয়ুম মহিসাং পুম্ন মকপু খুৎসম পল্লোয়ননা লৈপাক পানফবা সংলেনয়াই।। [২]ইমাং কানা নোকপদি যুম্নীং তুংনা তাদবা যুম্নীং তুংদা কপপদি যুমমাং কানা নতাদবা, মাংশোক লাইথংবদদি খুমন লিকতোল অথৌববু য়েনবঙ হুইরৈ চননা লাকথা লালমীং থানা হুয়েল লালচননবা সঙ।। [৩]খাইজেং ইমরু নুংজেং ইনমুং লাইজ ইয়ম তরেৎমকনা খোংলেন ইফাওরম লুব্রাং থম্বান লৈরম মঙামানা সিংলেন লৈসাৎব্রাই। খা খোং ইমরু, লাইখোং ই-নমুং, মরোং খোংলেনয়াইবু তৈনা চেন। কেগে হাওতংখোইনা পালফবা পুংলেন য়াইনে।

খোইমা লাংবন তোমপোকব্রাই পামেন হায়ি উজাও হৌবা লম। হায়ি উতোল থক্তা য়োইবু খাবী সাললোম চেক তমফা খাবী য়োইয়োই চেক। পোম্বী ঙঙগোই তোমথিন চেক। চেক্লা ঙঙ্শি থরংবী। পোম্বী মতে মনাওনা খুনু লুমথি চিলওকনা, পামেল হায়ি উতোল থকতা খোংখৈব্রাই লাংমাই নিংথৌ থাঙথিলবগা, নান্ফাও নিংথৌ হোংতরোংবগা, কিংনাও নিংথৌ হৈরাংকোইবগা অহুম্মকনা পামেল উখা থানা হোংনেমপুং। থৌদু নুংমুগুমনা তা, চেংজা নুংঙৌগুম সিদবা সঙ। লাংগোই শাগোন অমুবী মচাদি হুমু মশুং তমনা য়ুমশংনয়ে। কৈবি য়েক সাহোম সরাইতাংদি ইরুম মশুং তম্না লৈমিন্নেএ। কৈরেন হেম্বী শাদি তারেৎ সেনয়ানায়ে লাঙ্গোই লুব্রাংবদি সাইবু। সেলতোপনবসং কাওরেন উরিক মানবীদি তাইরেন নারোংবী চাম্মসুং তম্না নাহৈনএ। মোংবা সারোং লমলেন কা খোইয়ম ম্না মখোংখাদা খোইয়ুম সানৌ মচিন মনাও মরিমকনা কংলৈ লামথোন লুববু ব্রাইথুংলরে। নদাইরেম তয়ম ইব্রাকমসুং খোইয়ম হৈনা মতুং ইননা মোংবা শারোং লমলেন কাদা ইমাই নোংনেম লাইনা পাংনা ব্রাকনা হিথাংজরগে ॥০॥

---

(১) ঙাংখা লময়াইদা পুবা লাইয়ামবু মথং শিংনা থারি।। (২) মমাং থংবা কাদা নোকপাদী মানিং থংবা কাদা তাদবা য়াম্না চাওবা কানী তাক্লী।। (৩) খাখোং লাইখোংগী মশক ওইনা লৈবা লাইজা ইরমশিং।।

# মোইরাং থংজীঙ্ চিংঙ্গোইরোন

হায়িচ হয়াহে - য়িব়াং পুরিক্লাই কেকে লৈকোই ফন্নম্ব খিবিক্কী মপি য়োইরেল ফম;; ম্না লাংবা ফাংফম লাংজলসুং;; কেগে নিংথৌরেল সাগৈ লাইরিক অচেৎপা লাংবন চিংশাং খোইরেল হিগুম থুমথোইবা পুরিকলাই থাংয়াঙ মথৌমল চুংশেল মশালওন মথক পুঙ্গা থোল মখা খোংগা তৌ, - মলেম থৌরৈ লৈরেল ঙম্বা, খুনুং নাইহনবা ঙানবা লিয়াই কংবনা, খোইয়ুম লাইফমথৌ মপল, শারোই (৬১) হুমফুমথোইগা খোইয়ুম লাইরুপ লেংনা তিন,! লাইনুরা (৭) তরেৎ লাইপাখং তরেৎকা, ! লাইলৈমা মাপলমা, তুরৈমা মাপলমা, খোইয়ুম লাইয়াম, লাইরুপ লেংনা তিননা,।

চিংশাং নাপোম তরেৎ ফাংবচিং চিংলেন চিংজাও অসিবু চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ থাংচীঙ কোলোয় মামিংথোনবু লৌদুনা । থংচীঙ্ কোলোয় মীংথোল্লে।, ম্না চিংদোল অমাদী ম্না সঙ্গাই লৈএ ম্না চিংদোল অমসুং ম্নাগী তাংবল লৈবনে।। খোইয়ুম লাইগী ব়ায়েন তৌনবা মফম ফল্লেন অহানবনে। চিংজাওলেন অসিদা "চা" কৌবা মিসা চাবা বীনু মীনম্বা, মীহিংচা, হিংচাবগী মপু অমা লৈঙমএ। খোইয়ুম লাইয়াম খিবিক্লা নোংপোকসু সখোংসু, খানা চাওবসুং কৌব্রুসুং খোইয়ুম মাইকৈ ঙাকপা লাইয়াম লাইরুপ লেংনা তিন তাইবং পানবা পুম্না হৌ, মিসা চাবা হিংচাবা চা কৌবগী লম্না লৈতেএ। খোইয়ুম লাইরুপ খিবিক্লা মাইকৈ ঙাকপা লাইয়ামগা পুম্না হৌ, হিংচাব চা কৌবগা হুয়েন লানহোংনববু, ইঙাং পাক্তক্লা ইমু পামফেন্না ঈহিং নাহিং তানএ। মতিক হকপা চাদী শামু পাঙ্গল কনবনা খোইয়ুম লাইয়াম খিমিক্কা মরোং চুংফুনা চাইনা খোংফেন্নাববু য়াইবী নানুং হৌ থাংলেন খুৎসু, তিমেন খাংতপ্ লোন্না কাইরৈ য়েনবা তাজিনহৌ. খোংফাং খুৎসু হৌনা, থেলখৌ, শানা লানবানৈ চা কৌবা হিংচাবা ঙম্বীনবা লৈতেএ। [illegible] লাইয়াম্না চা কৌবা হিংচাগী মরোই মনাও শারোই লাল্লোই খিবিকপু, খোংমী লান্মী অয়াম্বা হাৎপগী লোইবা নাইদেএ।। হাৎলী হায়বগী লোইবা নাইদেএ।। চাহি কুমশিং লখা অহুম, খোইয়ুম লাইগা হিংচাবগা লানথেংনববু লাইয়াম্নসু ঙমদে, হিংচাবনাসু ঙমদেএ। তলা পমেন উপাল ব়পাল নবী



ইবুধৌ থংজিঙ্ খুভম (শুরুং)

শিংপী মরোই মনাও, পনাও শিংনাও পুম্নামক, মরা তাবা ঙমখিদে অসিনসু মদোমদে তেংবান থব্রাই পানবা খিবিক্তী পুম্নমক্না লৈঙমদরে।। খোইয়ুম লানফম অহকপা কোং লৌলেল ইমফম খিবিক্তী মচেৎ মচেৎ নিংখাইনা, কিম্থবনা লেপ্পা ফাওবা য়াখিদে। মফম মফম খিবিক্তী মাংবা তারে হাইদুনা খোইয়ুম লাইয়াম পুম্নমকনা, চা কৌবা হিংচাবা মীনুনম্বা অসিবু করম হাৎসিগবনো হাইনসু ব্রাখন্নে। অহিং ইনুং সোইয়াইমদা খোইয়ুম লাইয়াম লাইরুপ লেংনা তিন কৌব্রু চিংগী চিংদোন্দা, ব্রাখন্নববু কোরৌ নোংলাংপান অতিংঙা মরু শিদবা গুরুনা ফমজাও ফমকোক থাক্তা ফমফমলে, খোইয়ুম লাইরুপ লাইয়াম লেংনা তিন, ফন্লোন ফম্বান কাইদা-কাইদা ফম্ববু অহাংববু থিখংনৈ। লাইনিংথৌ কোরৌ অতিংঙা মরু শিদবা মপু মাগী থংনবা মথং খনবসুং লৈরেএ। কোইনা কোইনা থিনবা থংচিঙ লাইবু কৌখৎলী, লোক্তাক লাইচা ইয়াইফুং লাইচা ইরোননুংদগী খোইয়ুম গুরু মথং খনবা থংবসুং (থংচিঙসু) লাইচা ইরোন্নুংদগী ইফু ননৈনা কাদুনা গুরুগী থংবদা ফমফম্মে। থংচিঙ কোলোয় মীংথোল্লে হাইদবরা ? অহিং ইনুং শোয়য়াইমদা খোইয়ুম লাইয়াম্না ব্রাখন্নাববু লাইনিংথৌ য়ুহা সন্দোং অপানবনা চা কৌবা হিংচাববু, শাম্বা পাঙ্গল য়েংনগে য়েনবা তরৌ চন, শায়েং পাম্বোম লেংঙান্না, সেং কোইরেং মরোং চুংফুনসে, সামিয়াং লাম্মীয়াং পুম্না হৌ চাইনা খোংপেন্নসে পাউতাক্লে।। খুৎসুদী ব্রাই মঙা চাওবা য়োৎসুক পাইনা থোক্লকএ। হাদরা ? কোরৌ ইনুংবা মানা শোরা তৈনা ঙানবদা, সন্দোং নিংথৌ অপানবনা খোইয়ুম লাইয়াম মথৌজানকুবু থৌনিএ। য়োৎসুক পাইদুনা হিংচাবা লাইয়ামগা হুয়েল লাম্থেংনৈ। লাইনিংথৌগী শিংলোই লাইয়াম পুন্না হৌ হুয়েন লাম্থেংনববু কোংলৌলেল তিংবী, লৈথক লৈখা, তোক্কা লাইগা পুম্নমক থক থক নিংক্রা খাংনৈএ। অসিনাসু মদোমদে শাম্বা পাঙ্গল অহকপা, অথৌ লিচা হেকপদী চাকৌবা হিংচাববু মাল্লৌ মীমাং তাক্লা হকচাং লৈরাং অতিংঙা থব্রাই মীরাংপানবু লৌঙমদে। খোইয়ুম সন্ধোং অপানব, লেম্না তোকপা লৈখিদে, খোইয়ুম লাইয়াম পুম্না হৌ শামু খুৎসু,থাং, তিমেন মতাচা, শামু শাপোৎ লানপোৎ পুম্না হৌ খুৎসু খুৎলাই খিবীকপু ব্রাইরা তিমেন মতাচা তেনগী নোংবু চুথরে, চা কৌবা হিংচাবা হনবা কৌবা লৈতনা, অখাক অরাও মিনোক্না ব্রাইরা শামীয়াং হুয়েল লাম্মীয়াং খিবিক্না, খোইয়ুম লাম্থেংনৈ। কোরৌ নোংলেন মলেম তিংপানবা খিবিকতী মাংনবতা ওইখরে। তোপ্পা

তোপ্লা লৈজবা লোইবিচিংখাং কয়াদী উফুল ৱাইফুল ওনখিয়ে। তেংলোই তেংবান অপুম্বা মচেৎ মচেৎ নিংখাইএ। কোরৌ তেংবান লৈ,তা মমাংলে মলেম লৈতা নিংখাইয়ে, তাইবং লৈবা ঙমদনা মাংনবতা ওইখিরে। কারি তৌবা ঙমদরে চা হাৎপা ঙমদরে। চিংঙুবা খোইয়ুম লাইমরু থংচিঙ লাইনিংথৌ পাইমা উনগোইনুং শামু হক্লা নিংখনখি। লোরেন স্না মপুংয়াই থোংলেন তিংবী লৈবু মাংখিবনা হানবা তাখরে। কোংলৌরেল তেংবান অপুম্না পুম্না মাংখিনী পাইমা পীবুক্তা নিংখনখি। লোরেন স্না মপুংয়াই থোংলেন তিংবী লৈবু মাংখিবনা হানবা তাখরে। কোংলৌরেল তেংবান অপুম্বা পুম্না মাংখিনী পাইমা পীবুক্তা নিংখননা, তিমেন খুৎসু খংনিং মতাচাবু শামু মখুৎ ওইনা তয়াই তাংপুন লাক্লা পাই, কোইলেল কৌবা মখুৎসু কোইনা কোইনা পাইদুনা শামু কোক্লেন ককপা মতাচা ইয়ু থংচিঙ মহকচাংদগী পুথোক্তুনা কোইরেল তিমেন মতাচানা চা কৌবা হিংচাববু, খুৎসু চৈহকনা, অমন শিংকুম্নবা য়াংবী লুরেল কেল্লসনো থৱাই মিরাংপান অতিংঙাবু, অমং থারৈ কুম্নবা, খম্নুং স্বা তাল্লসনো য়েনববু ! খুৎসু কোইলেল মতাচানা কোইনা লৈনা লৈনা ড্রুং ড্রুং ড্রুং, খাম্বী মৈরি থোক্লা চাক ঙংনা লাওনা খোংনা,, অথৌলিচা হেকপা চা মিহিংচা, হীংচাবগী য়াংবী লুরেন শিদ নাদববু শামু মহকচাংদগী লালু চোমাই চোইদেম্লে। হকচাং লৈরাং অতিংঙা মলেম লৈদা তুখিয়ে। অসিনসু মদোমদে। মিহিং চাবা চাগী লুরেন তাংজা শিনাইদববু খোইয়ুম লাইয়াম শরোই য়াখম্লোই লাইয়াম তম্না অয়াং খোংচেন্না মলং নুংশি ননৌথোংদা অঙক অঙাও হৌদুনা ঙংনা লাওনা-খোংনা পাইরক্লে।। খোইয়ুম লাইয়াম অপুম্বা অকি তুজুং পোক্লরে হাইদবরা। ইয়ু থংচিঙ লাইমরুনা পাইমা পিবুক নিংখন্না, মিহিংচাবা চাগী কোক্লেন লুরেন কোকচাওবু হালেং হালেং শিংদুনা মাংলাসনো চৈবীরে। লুৱাই লুরেন কোকচাওবু কোইলেল তিমেন অথৌবনা চাকুপ চাকপ্ মাংহনখি হায়দবর?।

চিংঙু থংজিঙ কোইরেন নিংথৌনা খোইয়ুম লাইনিংথৌ ওইদুনা চাকৌবা মিহিং চাবা সাহিং চাববু য়াইবী লুরোই কেন্দুন লালু চোমাই চোইদেম্লবদা, খোইয়ুম লাইলৈবাক্কী লাইয়াম্না হরাও মথোই তোংনা য়াইফা খোল্লাও লাওদুনা লৈরাং লৈরোং লাইদা চাইথরক্লে। অতৎ অখম লৈতনা খোইয়ুম লাইয়াম্না, লৈগী নোংলেন হাথরে।। লাইনিংথৌ থংজীঙ লাইমরুনা লোরেন স্না মপুংয়াইদা, য়াংবী লুরোই কেনখিবা, মিশা, মীহীংচাবা "চা"

হিংচাবগী খুৎপুবু শারোইলেল য়াখল্লেন পুন্নামক অমৎতবু খাক্তনা, লৈকু লৈরাই তু খোং - খিবীক্তা লোৎ লোৎতুনা লৈববু তান্না তান্না তক্লা তান্না অমন সিংকুমহল্লে অদুনোংগীদী ............ লোৎতক লোক্তাক মিংহ্নলী হাইদবরা? লমদম লল্লেন লোক্তাক লম্মুংশিবু কৌখিএ। খোইয়ুম থংচিঙ লোইবী চিংশা নপোম (৭) তরেৎ থোন থোল্লাংমৈ, চিংয়াংলেন চিংবুক্তা তুরেল লোক্লু তুখাই তৌ ! ইরম খোংলম তুখাই তৌ, কোরৌ নোংলেন লাইচ ঈ, কোরৌ অব্রাংবা ঈ, লাইচা ঈরু ঈবু ইথাদুনা, ফৎতা হাওথি, শাহিং মীনম লাংনমবু অসি অনা খিবিকপু তকথা তেমথা তাওথনা, তুরেল লাইচা ইরম ইন অব্রাং লৈনা পাংবলম, লাইচা ইবু ইহাল্লক ;; লোক্তাক ইশা মপন পাৎচা স্লাই খাইনা চেল্লক্তুনা অপাকপা তাক্তা ইতিল্লে, লোক্লৌ লাইচা তাক লোকতাক পাৎও কৌখিএ। খোইয়ুম লাইয়াম খিবিক্লা

লাইনিংথৌ থংজীঙগী মীংখৈরোনবু শক শোন্ন, লৈশি লৈথোন্না শিংঙেল লৈরোং লৈলাং লাইদা কৎখিএ হাইদবরা।। চিংঙু খোইয়ুম মখুভম লৈবদী লোইবী চিংথাং তরেৎ চিংদোনপোক্তা লাইনিংথৌ স্না সঙ্গাই ইমফম লৈবনে। মনাক্তা লাইফম লৈবনে। লাইফল্লেন অসিদী শঙ্গুরৈ পোকপী কৌএ।। নুং অহুম থাবনে। নুং অসিদি থংজীঙগী হি-য়াই ননবনী, থৌদু নুংলেন অমদী স্নাগী কাংচুপ ননবনী। স্না থাং অমা স্নাগী চৈশু অমা অসিসু ননবনি, অমদি সনা লুপা পোকপা নুংনে।। মনাক্তা উ তরু শিদবা হৌরিবনে, স্না খোংনাং অমসু হৌরিবনি। মনাক্তা লাইকোভ লৈবনি। লাইচা ঈশিং থোকপানি, সিদবা উপালদী মচুম তাবনে মশা লোংবনে মনা তরেৎ তরেৎ পানবনে। মনাক্তা নুংঙৌ লৈবনি অঙাংবা অমদু থারিবনী। অঙৌবদী সলাইলেনগী খুভমনে, শামু অঙৌবা পোকপা নুংনী, খোইয়ুম লাইমক্লী। মমিংদী নোংদ্রেং খোম্বা কৌএ। অঙাংবা নুংদী থোংনাং নিংথৌ মখুভমনে।। নোংশা পোকপা নুংনী।। মনাক্তা নুং লৈবদো মচু ৭ শুবনে। নুংলেন অসিদী স্না লুপা কোরি শেন তম্ফা পিথ্রাই মানিক অসি খৈবীক পোকপা নুংনে। মমিংদি লৈহিংনু চাশৌবী কৌএ। খংঙো নুং অদুগী মমীংদী তেক্কী লৈহিংচি কৌএ।।

থংজিঙ্ লাইনিংথৌগী চিংদোন্দী মতোন তরেৎ শুবনে। স্নাগী শঙ্গাই লৈবনে, চিংদোন অমদনা নুংগী তাঙবন লৈবনে। অদুগী মথক্তা থংজিঙ কোইরেন লাইনা মমাই নোংচুপ লাইচি পাঙনা ফমদুনা লৈএ। মমাংদা উথুম হৌরিএ। অদুগা মখা পাংবদা নুংশীৎ থোঙ

অহুম লৈবনে, অমদী চীং মখা থংবদা লৈবনে। নুং য়াংকোককুম লৈবনি অকোইবদী নুংলেন্নে কুপ্লীবনে।। মথং চীংদোন অমদী নুং পুখমগুম্না খুপ্লীবনে।। মথং চিংদোন অমদী নুংগী থুম্মুকনা কুপ্লীবনি। নুংশিৎ থোং অহুম অসিনি খংঙো। কোইরেন লৈমা স্না সঙ্গাই মনাক্তা পুখ্রি অনি লৈবনে। ঈয়োক কোম্নে খংঙু । অমাদী ইশিং থক্লগা লাই্ ওই্। অমদী মী ওই্ ! স্না সঙ্গাইরেনগী মনাক্তা পুখ্রি অমা লৈবনে। পুখ্রী অদুগী মচিন্দি মোইবুংগী মচিনগুম্মে। অদুদগী চেন্থরকপা ঈশিংনা মোইরাং নানবী তুরেনগী মরুনী মোইবুংগী মচীনগুম্বা মখা ঈশিং মরিক মরিক তারকপা অদুদা লফু মী অহুমনা কোনবনা লাকোন ফানা হৌরিবনে। থংজিঙ লাইকোন অসিগী থোঙ মরি লৈবনে, অৱাংগী থোং অসিদী সঙ্কোং মপি স্নাথোংমানবী কৌএ। নুংথোংনে নুংশুক য়োংশুক পাইনা লাইতনা ঙাক্লীএ। তখেললম্নে মাগী থোং চঙগনু। নোংচুপকী থোংসু চংগনু। নোংপোক থোংলম চংবদী লেপ্পা লাইকোন ফংগদনে। লেপ্পা খঙঙো। চিংদোন মপন চপ মান্নবনে। লাইফম মশক হোংদবনে।। লাইশক লাইমীংসু হোংদবনে।। লাই্ মপনমগী মফমনে খংঙো। ইপা ইপু লাইনি। থংজীঙগী নমখাংদা সনা থম্বান শাৎপনে মনাক্তা নুংগী নোংমৈ শিংজংসু লৈবনি। খোইয়ুম মাইকৈ ঙাকপা লাই পুম্নমক্কা লোইননা লাইনিংথৌ থংজিঙবু লৈশি লৈথোল্লে।

চিংঙু খোইয়ুম থংচিংগী নোংপোক থোং পুবা লাইদি কাংচুপ থকই কোরেক পাই কোইনা মশম পুনবনি মমিং সরা কৌবনি। তাইবং নমু মীওইববু শেম্লীবদী লাইনী। তাইবং লাংওন পারিং লংশুংতমদুনা কেগে মোইরাংদা লাংওন লংদাই শান্নরি। খোইয়ুমগী থোংদা চংজরবদী লেপ্পা লাইকোন ফংবনী। অহানবদী চিংখোংদা লাইশিংবু খংজৌ খুরুমজৌ মশক মমিং নিংশিংজৌ। হে তাইবং খোইয়ুম থংজিঙবু খুরুমজৌ, মসিনা থংজিংনা পেনবীএ। অৱাং থোংপুবা লাইদী নুংসুক য়োংসুক্কা পাইবনি। অঙৌবা লিকচাও শিবনী, হামুল মশম লুৱাই কোইরেন্দা পুম্বানি শিংঙেন লৈজাও চিনবনি। মমীংদী হামুলচাওবা কৌএ। নোংচুপগী থোং পুবদী অমম-অমুবা মশক্লী, মশম ফৈ। মশম ঙাঙঙী, মতু চোম্মী য়োৎকী চৈসু পাই থেঙ্গুগা পাই, শাহিং ঙাহিং, মমীং চৈজাও পাই কৌবনি। মখা থোং পুবদী খাম্বী মৈত্রং কুচুনী। মমীৎ কোইরাওনবনি লম্বু তাবু পাইবনি, সাকং ঙাকং চাই। মমীংদী কোকচাও কৌই।

থোং মরি ঙাকপদা খোইয়ুম লাইয়াম্না মিংখৈ পীখিএ ! খোইয়ুম লাই মরিদী চুক ওইনা লৈবনি।। থংচিঙ কোইরেল লাইনিংথৌ খুভমদো, শরেং চিংগী চিংদোন্দা নুংগী তাংবন লৈবদী, মমাই নোংচুপ পাং লাইচি পাংনা ফমদুনা উথুম পান্বীদা ঙাদুনা চিংঙুনা ফমফম লাংনা ফমদেংলে। খোইয়ুম লাইয়াম অপুন্বা লিক্লেং পারেংকাইদনা উমংলাই মপন লাইনুরা তরেৎ লাইশারোই (৬১) হুমফুমথোই পুন্না শুপ্না তিন, অমা ফাওবা চিংথদা হরাও মথোই তোং, নুংঙাই মপাল শা, হোই রৌ হয়া লাওনাবা, চিংদা লাওবা ১০০ না তমদা লাওবা ১০০ না খেনা চোংনা খেনচোরে খেনচো লাংমৈ খেনচোরে - হরাও চগোই শাখিএ। লাইনুরানা চকোই খুৎথেক্লে। লাই পাখংনা খেনচো চাকোই খুৎথেক্লে। লাই পাখংনা খৈনচো চাকোই শাখিএ। পুংয়ৈবা তানয়ৈবা অশৈবা চৈজিং চিং - ফিবুল হাবী, থাবী ফুকপী মাইরেল ফুকপী, অমাং কোইরোই চাকোই শাই। খোইয়ুম লাইয়াম পুন্না হৌ নুংঙাই মথোই তোংনা থংজিঙ লাইগী লাইকোন্দা নুংঙাই য়াইবী পেন্না নৌনা শান্নেএ।।

## কেগে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ পুঙলেন য়াইওইবা

ইয়িচা ইয়াহে নহনোং হয়িঙৈ খোইয়ুম লাইগী মতমদা "অদ"-শিদবা গুরুদী থংজিংনা ওই ! অপানবা গুরু ! অতিং কোক গুরু অহুম্মকনা লৈশেম নোং শেন্নকঙৈদা, তুতিংলেন শিদবা ৱানা তাকপদী "ফা কৌবা ইমিংলেনবু খাইথরক্কে" অ কৌবাবু কয়াৎলককে ! অগী লৈপাক্তী ফাদা চংবনে, ফা কৌবদী অগী লৈপাক্লে, অনা অতিয়া শিদবনে ! ফান লৈমরেননে ! লৈমরেনগী লৈপাক্তি লাইরৈপাক্লে ! লাইরৈপাকপু শেম্বদী, ফা লৈমরেন উন্বী পিবুক্তা কা মপনবু কয়াৎলে। অতেন অশাং ৱাবু খংঙো ! পোং নিংথৌ শিদবা, খোইমা নফল্লাংদাবু অঃ কৌবা গুরুনা, কে কৌবা য়ুফমদা গে-গে কয়াৎ অমা খোংদাএ ! খোংলৈ খোংফম নুংশোইরে, অনিরকপু তাওবরোই হারেপ্লে তাওবরু কৌএ ! মথেক ফৈনা য়াদএ - য়াতাই য়াদাইরোনবু কৌনএ। মথেক অনিবু ফৈনা পম য়দাইলোকপু থোল্লমমে, -ফ- লৈপাক্তা হঞ্জিন্দুনা য়েংবদী ফা কৌবা লৈপাক্তী মলেম খোইদৌনে।। অতেন অশাং ৱাবু হাইবনি।

খোইয়ুম লাইগী মতমদা ময়ুম কেগে মোইরাং লৈপাক্তী, লৈবাক নোংথৌ অনীনা কাগুপ্পনা লৈরমএ। কোলোই মমীংথোন্দী ফা কৌনা থোল্লম্মে। চিংঙু খোইয়ুম থাংজিং লাইমরু, কোন্দুম য়াইবিরেন শিদব মলং নুংশিৎ ননৌথোংদা ফমফম্না, পাম্বা কৈয়াং অঙৌবথক্তা লাঙ্গোই শগোন দোলাই তোং, নুংলাং শকাং অহুম থক্তা সেনগী চৈসু পাই, য়োৎকী খউরুম তোং, নুংবী সিদবা খুনেৎনা, নুংনাং নংদবা খুদানা, স্নাগী কাংচুপ চিং, কোরৌ অৱাংবাদগী মলেমথক্তা মদোম খুনগুম্লকএ । ,সারেং চিংগী চিংমৈদা মখুভম্বু ওরমমে। কেগেদা খুল্লেপ্পা, ঙাংখা খুংয়াই খাই, মোইরাং মপুংয়াইবু পাল্লগে নিংলদুনা লোইদাম শাজিবু থা কোরৌ নুমীৎ নোংমাইজিংদ খেলেন পুঙ্গোই লেপ্পা, থোং পান্না খুনগুম্লকএ। হাইদবরা? চিংঙু ইবুধৌ খোইয়ুম কোনমরু য়াইবিরেন শিদবনা, খোইয়ুম মকাশা মশালোন্দগী সেংকোইরেন্ ফৈরুতান্দগী তাদুনাবু পুথোকপা, থোংলেন হায়িং খোইজা অরিবা য়াংখোংজাম্বা, কয়াবা অহুম্মকপু পুথোকপিদুনা খোইয়ুম লাইগী লাইমৈতা মনাই মশনশিংগা খুনগুম্লকএ। মদোম খুগুম্লকপা লাইনিংথৌ থাংজিংনা ঙাংখা খুনয়াই য়ৌরবদা তেৎনৌ য়োৎপোকথোক্কী য়োৎলৈ, খুৎসু খুৎতা পাই, মনাই মশন খিবিক্লা যুম্বী চৌরা মপান ফুক, হারু চোমাই ফুক্তুনা ফুঙ্গা থিকপী মফম হোম্না চিংঙু ইবুধৌ থংজীং কোন্দুম য়াইবিরেন শিদবা মখুভম্বু শেমদুনা মোংবা যুম্বু শাদুনা লৈরমএ। মৈনা ৱাই তাংনা শম্না খোইয়ুম লাইগী মতমদা থাংজিং লাইনা মাইকৈ কয়াগী লাইনিংথৌ ওইনা পাল্লবদা মথং মথং - শমথদুনা কুমশিং মশিং থিঙমদনা পান ফরম্বা লাইশিংদী ঙাংনিংশিং অতেংবা, য়িৱাং পুরিক্লাই হামচা থাপা, য়িৱাং পুরিক্লাই ফাংলিক্লাই, য়িৱাং পুরক্লাই য়োইরেনবা (য়োইবা), য়িৱাং পুরিক্লাই নরোঙ লাইরি শুবা,য়িৱাং পুরিক্লাই ময়াম্বা, য়িৱাং পুরিক্লাই শুনুচরিক্লাই অতেংবা, লাই তরেৎনা পাল্লম্মে।

অসিগী মতুং থোকপদদী শুনুচারিক্লাই অতেংবা মোম্নু তালোই মরুম্বী খোইয়ুম লাইরৈমা নোংবানলোন মৈরা পোনচেম্বী পাইমা স্না উনগোইনুংগী পীবুকথোক্তগী, তাইবংদা খেং দম্লকপা কোরৌনা খিং-খিং খেনগারকপগুম, কেগেনা কে কেকু মোইরাং কেকু লৈববু তাইবংদা শাফোংলদুনা নমু তাইবং পোংবু খোইয়ুম লাইগীনা মমৈ ওই নমু তাইবং পোংগীনা মকোক ওই ফোং ফাং, - কেকু ফোং ফাং ফোংদুনা - কোলোই মমিংথোনবু ফাং-ফাং

খেনগা য়াই ইব্রাং পোংলেনহনবা কৌনা মীগী মকোখ নিংথৌ ওই, লাগী মামৈ তানা কেগে মোইরাং কংলা ফম্বান তোংনয়াং-থক্তা পাল্লম্মে। লাংহে কুমশিং চাহি মার ফু চুপ্লা পাল্লম্মে। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা লৈকায় নিপান, নোইনু থুমগোং মপন, কাথেল অকা অকুম থেল, কৈথেল মপন, লোইমোম ফৌগৈ তরেৎ খিন, লোক্তাক্ইশা মপন খাই, পাৎচা স্লাই খাইনা,সাগৈ সাগৈ লাইরি লিদুনা কুরাৎ লাংদাই তাইদুনা লাইপুংথৌ মপন, লাইনুরা তরেৎ, লাই শারোই হুফুগা মথোই, অথুপ্পা অহুমগা থারগা হুমফুগামরি পুম্না শুপ্না শুনা স্না ফম্বান থা থাংজীং লাইগী হরাও য়াগাপুংবু কাদুনা স্না পুংদোংদুনা পাল্লম্মী। কেগে শাগৈ শগৈনা খোইয়ুম লাইথৌবু পুনা ইরাৎলকএ। মোইরাং লম্মাবা, তুমাবা, লমশেনবা, তুশেম্বা, হনুকোকচাও, হনু লাইখম, খুয়োল লিতকপা, লিকতকপী, কোংশিবা, কোংশিবি, থিকনাংহন থিকনাংখু, নাওরিংখু নাওরিংহন, তিল্লম্বা, লাইরম্বা, পুন্নমক মাগী মাগী থোংলেন য়াংলৌ মফম চানা চানা পান্দুনা কেগে লৈপাক ঙাক্লয়ে। অশৈবা চাম্মা য়াগাশং, অমাইবা চাম্মা পোংবৈ শং কেগে মরাং হৌ মোইরাং মনিংন নাইনা য়ুল্লেন শাইজিন অঙানানা য়ুমকোক লাক অনী, লিশিং তরা চতরেৎ হুমফুমথোই ২,১০৭৬১ শুনবু পাল্লম্মে। কেগে মচেৎ অমনা নুমীৎ খোংলু লাৎলে, মোইরাং মচেৎ অমনা খোয়োল তেবী তেশা লাৎলি, ঙাংঙোই মচেৎ অমনা কুরেক লৈখোং তেংঙে, লৈচিন নোংফাই লাৎলে। ঙাংঙোই মচেৎ অমনা হিবুং য়াইবুং লাৎলে, কেগে মচেৎ অমনা লৌগুম লৌগা লাৎলে। কেগে মচেৎ অমনা লম্বুতুবু লাৎলে, ঙাংঙোই মচেৎ অমনা হিগা ফাৎলৌ লাৎলে, মোইরাং মচেৎ অমনা উতোন উফাং লাৎলে, কেগে পুন্না শাবল লমথোক ও ! কোংবা লময়েংও থাঙ্গা ফুমদেংঙো করাং থেনগাও কুরাৎ লংদাইয়ো হাইনা খোয়োন মোরি নমাইবদা পীবা খোইয়ুম য়াখল্লোই তরেৎকী কাইফদবা শিন্মাবু ইন্দুনা খোইয়ুম থৌথা পাংথোকএ।

কেগে ইচৎলোন, মোইরাং শাজৎলোন, মরান থৌচৎপু কাইফদবদী মশিননে। কেগে লৈকাই নিপানমকনা মহে মহে মরান থৌচৎপু পুনয়ে। কেগে লৈকাই নিপানমক্তী ১। ঙাংখা লৈকায়, ২। খোয়োন লৈকায়, ৩। ঙাংলৌ লৈকায়, ৪। খাম্বী লৈকাই, ৫। হিগা লৈকায়, ৬। ওকচিন লৈকায়, ৭। চেংলৈ লৈকায়, ৮। য়াওসু লৈকাই নিপামক্না কেগে

মরাং হৌ মোইরাং মনিন নাইনা পানবদী কেগে কৈথেল মপনবু খুল্লীংদুনা পাল্লম্মে। কেগেনা অকা অকুম থেলবু ওইনবা কাথেল মাপনমক্তী, ১। ঙাংখা কৈথেল, ২। খোয়োন কৈথেল, ৩। ঙাংলৌ কৈথেল, ৪। খাম্বী কৈথেল, ৫। হিগা কৈথেল, ৬। খোরি কৈথেল, ৭। ওকচিন কৈথেল, ৮। চেংলৈ কৈথেল, ৯। য়াওসু কৈথেল মপনমক্তা অকাবদা কানা থেল, অকুম্বদা চেঙ্গে (৭) তরেৎপু খিন্দুনা পালম্মে॥

লমদম লম্লেন অশিগী পাকচাওবদি, অৱাং লাইনা পাংবদী লুৱাং নিংথৌ পুঙ্গিবা, সোইরেন মাগী খমঙাক ফম ! লুৱাং মবুধৌ লাইফম্লেনবু ঙমদাইনানা পাক চাওনা পাল্লম্মী। মখা মাইকৈ পাংবদী, খা নোংনেম থানুং মপুরেন খানা চাওবা ৱাংফুরেন মসাইকোনবু নতৈননা, হাওতক সলবনয়াও, হাওখা লোকখা তাবলম, খুগা লৈতালপোক অরেং কাইবা লেংকাইবা, লেংনা কৌবা উমৈরম, খুগাবনা লোইহালম !! য়াংদৌ লমদাং "মদী চয়াম্বী চেক্লাফাই, তুবী তুয়াললোক তোঁবুং তোঁফাই, নতৈননা খুমুজাম্বা পুংলেনয়াই মাইগৈঙাকপা ময়ুমফম, মখা পম্বোংবু ঙাকপদি কেগে মোইরাং মখা পম্বোংবু ওরম্মী॥ নোংপোক নোংনেম নোংমাই নোং হারম পাংবদী কেগে খোরিতাক মোইরাং নোঙ্গাংখোং, নোংয়াইখোং লৈকননা তারুখোং, খোয়োন খাংখারুংবা মশোইরেন, কেগে কাবা পুরাংবা হাক্তক্তা চিংঙু থাংজিং লমথোকফম ! ইরিক কোঙ্গোন শৌবা চিং, চেক্লা চা অমুববু কাপ্পদী মুকাকচিং ! লাফুপাৎ কুমদম শোই মরমখৈ ফাওবদী কেগে মোইরাং লৈপাকপু ওইরম্মী। নোংচুপ মাইকৈ হাওরে নোংনিং পাংবদি, চিংঙু থাংজিং খুভম্লেন, সম্ভোং তানথোং পুংমাইদ লেপ, শারেং চিংজাওলেন্না লেপ্লীবা কৌব্রু চিংগী চিংমৈ লম, শরেং চিংগী লোকমাই ! কেগে মাইকৈ খা থংবা মোইরাং পনবান অরাপ্পা তুরেন লুগী লোক্লুখুম, লিক্লাই পুলেন লমগারক ! ৱকয়ে হিরেল হিয়াল্লম ! তোংজেং খুমু নৌখাইলম। পাইথা লমজাও অচৌবা, কাংঙোই থুমগোং মরমখৈ য়ৌনা পাক্লা চাওনা পাল্লম্মী। চিংঙু থাংজীং খুভম চিংজাওনা, লেক্তাক্কী উরুম শক, লোক্তাক্লা মিংশেল ওইবা মরমদম ঙাংঙোই লম্বু লময়েংনা লোরেন মপুংয়াইবু পুংদাইনা, কেগে লমবু লমঙাক্লা মোইরাং লৈবাক্কী মপু নিংথৌবু ওইদুনা চিংঙু ইবুধৌ থাংজিংনা পাল্লীবদি লৈবাকনী।

চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ থাংজীংনা লমদম লল্লেন মসিদ হরাও পুঙ্গোই লেপ্না পানবদী, চিংঙুবা খোইয়ুম মকাশা য়াংদৌ লল্লেন মরমখে, লাইগী পুংলেন য়াইওইবা ইরেন, ইকোন, থেল্লেন য়াই অথোইবা কয়াবু পুংদোংদুনা পাল্লিএ। কেগে ময়াই শুমদোংপান কশা পুক্লিং লিকিননা লৈবাক্কী লাকয়েল ঙমদাইবু পুরিবা খোইয়ুম থৌরম কাইফদবা, মরান চৎনা পথাপ কাইফদবা, কেগে চাওন, মোইরাং শাংনা, পুংলেন য়াইওইবা কয়ামরুম্ন পুংদোংলীএ। কেগে পুংলেন য়াইওইবশিংদী কেগে কুমদম পুং। মোইরাং অহোং পুং ! কৌজেং পুকশ্রী পুং ! লাই খুন্দীন পুং ! লাই শরোই পুং ! কেগে কংলা নুংগোই পুং। মোইরাং লৈকোয় অচন পুং। কেগে চৈকক চৈথা পুং (চেগপ পুং) কেগে সোইরোই পুং ! মোইরাং হিয়াংতুপ পুং ! তুথুপ সনলান পুং সারোং পুং । তাওবা হুইয়ান পুং ! লল্লেন থোইয়া পুং - কেগে পথাপ কাইফদা, মোইরাং মশিন শোইফদবা পুংলেনয়াইনে। অসিনসু মন্দোমদে লাংহৈ কুমজা খুদিংগী তয়াল মরি থৎ তেশা ৱাখোং শেংনফম শেংনফম, খোয়োল হনুবা মশোয়রেন ! অইনাই চাইরেল হাওনু কশানু শফবী মৱাচা, মপারি থাঙ্গা খোক করাংখোক, মতোন স্না লৈচেং হাইবা, ইরোই ৱাখোং, লাই ইতিনকোন, খোয়োন তেবী তেশা ৱাখোংদী। কেগে পুংলেন য়াইওইবনে। কেগে কনানা মরান থৌচৎপু কাইফদে।

কেগে ঙাংঙোই লৈময়াই খাইদুনা মোইরাং নানবী তুরেননা অৱাং লাই পাংদুনা লোক্তাক পাৎতা ইতারি, থাংজিং চিংদগী ইহাল্লকই ! লাইজা ইপাললাং তোরৈ ইরেননা কোরৌ নোংদগী মলেম লৈদা ইতারকপদী মোইরাং খুনয়াই খাইদুনা, কেগেকংলা উত্রা সংলাংমৈ খোইয়ুম পাফন অরিবা, কংলা লৈবদী, মখা পাংবা ওকচিল অউন কৈথেন্দগী কুমথরক ! মোইরাং চৈকক পুংবু হুলাল্লম। ওকচিন হিংখুম পুংসু থমজরম ইবেম্মৌ খোইয়ুম লাইরৈমা লাইজা ইথাবী, তোরৈ হিদেন ফৈদেনবী পাউতাক হিদেনবু হুন্না লান্না কেগে লৈকোই পুং খোইয়ুম লাইফল্লেনগী খাদা পাং, চিংহৌ লমদাইথেৎ পিশুম চিংগী মখুভম্মু লৈরিএ। মথং অমুক তাবসু চিংথাং থাংবী চিংঙা মরমদম্মু লৈবদি ! মখা পাংবা লল্লেন্দী চিংঙু থাংজীং লাইকোনবু তান ফংলে। চিংঙু লাইফম অৱাং পাংবদী চিংঙু থংবা নোংনিংথৌ মপারি নিংথৌ খোরি হাইবগী স্না খুনকুম্লকফমবু লৈরিদো। চিংঙু থোংনাং অরিবা হায়িং খোইজানা হান্না যুম্বী চৌরা মপান ফুক্ ফুঙ্গা থিকপী মফম হোম খুন্দা লম্মু লৈরীএ। লমদম লল্লেন

অশিদা নোইনু থুমহোং থেল লেম্লে ঙাহোংথেল খোরি কৈথেলবু লৈরিএ।

লম্লেন মকামপাৎ লাইমু অচৌবা থেলনিদো লাই নুরা মফেৎলোই, লাই পাখং মরুপ্লোই য়াগথেলবু ওইবনি। লমদম লম্লেন অশিবু নতৈননা খোইয়ুম লম্লেন অরুবা, চিংঙু লমদম অহকপা মশেম তোংদোইবা পুং নুংশাবা (নোংশাবা) পুংবু লৈরিএ। মালেম্ লৈখারোনগী ঈরম (৭) তরেৎনা ইফাওরম থম্বান লৈরম (৫) মঙামক্কা য়োইময়াই তাওদনবা নুংহুই নিংথৌ সেনকোইরেং মালেম লাংজাখে অখৈববু খোইমা ময়োক্লবা পুং নুংশাবা (নোংশাবা) পুংবু লৈরিএ। পুংলেনসিগী মখা থংবদা খোইয়ুম লাইনিংথৌ ইবুধৌ থংজিং লাইকোনবু তানফংলে। খোইয়ুম লাইকোনগী খা থংবদি; ব্রাখা লৈকায়;; ব্রাখা লৈমা অঙাংবী, লমজা মরু তোংবী হংঙোই চোংবীচানা ইরান খোংদী খোংলেনয়াই, হুন্না লান্না "হুন্না হারিন" (হন্নরীনবু) লৈরিদো ! মখা অমুক তাবসু নহননোং হায়িঙৈদা নুরাবু হৈতৌ কৌবগা, পাখংবু থুমকাও কৌবগা, নুরা পাখং অনিনা তোইনা উনা ঙাংনবা মফম্বু "হৈদৌকোন নোংকাংখোং নাওরৈতা কৌনরম্ববু - হৈদিগোন ফুঙ্গাং থোংও কৌনা লৈরিএ লম্লেন অসিগী মখা থংবদি, স্না চেনচাম পুংবু লৈরিএ। চিংঙু ইবুধৌ লাইকোনগী নোংপোকলম্বু তাবদী লাই পাৎখাবু লৈরিএ। হুইপীতাক, য়াওসু চিংহুন্নাই, তাকমু ওপাৎ কোবাৎ তাখিএ।। নোংচুপ লাইনা পাংবদি লাইকা হিথেলবু লৈখিএ। ঙাংঙোইলম্বু পাকচাওনা তাখিএ।

লমদম লম্লেন অসিগী ময়াই য়াংলেপুং ওইরিবা, ময়াই শুমদোংপান শরেং মতুপ শাবদী, চিংঙু স্না সঙ্গাইরেন হরাও য়াগা পুংবু ওইবনে। "কেগে ঙাংঙোই, মোইরাং খুম্বক খুনখা খাইদুনা য়াগ পুংবু ওইনবা চিংঙু থাংজিং হরাও পুংবু লৈরিএ। মৈন ব্রাই তাংনা শম, চিংশাং খোইরেল হিগুম থুমথোইবা লম, লমদম লম্লেন লমনুংশি, লোরেন মপুংয়াই, ঙাংঙোই মরানয়াই, থাংহি মপুংয়াই, কেগে মরান য়াই, "ফা" কৌবা মপুংয়াই মোইরাং মরানয়াই - কে কেক্রু - মোইরাং কেক্রু লোৎপগুম !! নচা নম্বা সঙাই নম্বা য়োৎকী পোরোল লাইগী শমচেৎ খোইয়ুম স্লাই অরুবা লাইপুংথৌ, লাইমেম্বৌ খৈবিক্লা মরান চৎনা পথাপ কাইফদবা, কেগে ইচৎলোন, মোইরাং শাজৎলোনবু মরান থৌচৎ কাইফদবা লম তলা পামেন অব্রাংবা, উচেক উয়ানা কাইদোংবা, শুক্লা মংলবা উমংকোনবু লৈবদী খোইয়ুম উমংলাই লাইকোন পুংবু লৈবনি। তাম্না মিরবা খোম্থাংনা চিংঙু লাইকোনবু

য়াগেজবা। খোইয়ুম খোরিফাবা মহিথেল্ খোরি কৈথেন্দগী তারারি। ... “নহননোং য়াইবুং লৈমা হাওশি নমোইনু পালেম নাওয়োক হাংবীবু ! ঙানুরোন লৌশিয়াম পাইমা লিংজেল ফংতবীনা “চাফু কানমদববু কানম্মে, ইব্রান কানমদববু কানম্মে হাইনা ফত্তবী মমা পোক্তবীনা “লেম্লে ঙাওৎলাং খাবে চৈয়াংনা লুব্রাই কোইরেলথক্তা তাংজ শমলক খাইনা ফুবাদী নুরা মাদি মকা নিক্লা তুখিদুনা তাইবং মিবু ওইঙমদা মলেম লৈদা তাদুনা অমং থারে কুম্লবদা ! লৈমা হাওশিনমোইনুদী থব্রাই মিরাংপাননা, হুইজারিংবা চেক্লা চা, হু --- ঈ - -- নোং --- নাং --- (হরিনোংনাং) য়াইশাবী শারীক খোননৌবী ওন্দুনা লোইদাম ইঙেন থা, শাবন লাংনাচাওবা লেপতান্নরকপা কান ! চরোৎ ফোইদিংঙানা মপান খুমু লৈরোং শারক্লবদা, পোম্বী চা চেক্লা মপাং হৌনদুনা, চেক্লা মপাও পুদুনা নুরা মপাও তমদুনা খোইয়ুম স্না মখোংখাদা মদোম ইঙেন চিংখোং য়াগেজবা খোইয়ুম মকাই ফম্লে। মলেম স্না লৈখারোনবা লৈনিনশা, থিংলৌ কাওদোম চৎপা শা, ওক্লেন লাবা খারোৎপানা মলেম লৈখারোনগে হাইদুনা ওঁ কঃরঃ তরেৎমকপু, ওক্লেন য়াতোন থোংনা তাওখংবা পুংলেন য়াইনে॥

চিংঙু স্না সঙ্গাইরেনগী অব্রাং লাই পাংবদী, চিংখৈ লাইয়ুম স্না হোজংদা থোঙ্গাল্লেনবু থোংঙাক্লীবা থৌদু নুংজাও লৈবদী, চেংজা অশংবা থৌদু অব্রাংবা মহাক্তী অরাইববু নৎতেএ। নহননোং সাইবু ইরু খুমদ, সিয়া কুবদি অরিবানা ব্রাঙনবা খোইয়ুম মকশানা ফংতবা খোংবাল্লাই তেংবাল্লাই, লাইমু অচৌবা, লাইনাও তিন্নাও খিবিক্ল য়েখাই থিনগাই লাকপাবু লমঙাক্লদুনা তেংমান্নরিএ। কেগে মাগী মসুমাং স্না সঙ্গাই মাংদবু থৌদু অমা লেপ্পা য়ুং, চেংজা অমবু খিনবদি, নহননোং নিংথি মপুংয়াইদগী নোংয়াই লৌশি লাকপা খাদহনবা খাদ্রকপানা, লোইবী মপুং তাক্লা পম্থেংলুঙে ! কাওরেন ঙাংবা নিংথি পামহৈবগা লোইননা নিংথি খম্বা অথৌবনা থাংজিং লাইদা শারেনবু কৎতুনা, কাওরেল মশালওনবু তমদুনা কাওরেন শনপুননফম্লে।

স্না সঙ্গাই লাইয়ুম অব্রাং পাংবদ নাকথা ফম্লেনদা খোইয়ুম লাইশং মচা অমবু শাবদী ফুরা লাইয়ুম অশিদি কোইনা পাক্লা চাওবা থৌদু নুংফান অপাকপা অমবু মলেম লৈদা থাবদি খোইয়ুম থাংজিঙ লাইমরুগী খুদানবা নুংনে। নুংবী শিদবা খুনেৎনা নুংনাং নাদবা

খুদনবা, চিংঙু খোইরিনতা হৈয়ীনা মখোং তেক্কবা হৈয়ানা মশা তাদবা থৌদু নুংবী শিদবা য়াইওইবনী। থৌদু অশিগী মখাদা খোংলেন তরেৎনা ইফাওরম, ইরমতরেৎনা ইতারম খোইয়য়ুম লাইরুপ শরোই য়াখল্লোই খিবিক্কী ইতিনফমনে। লোক্কৌ লাইজা ইরিক চাইথফান শারোই য়াখল্লোই তাইফম্লে। শারোই চাকথা তম্বনে, শরোইলেনগী ব্বারি লমদাংদী হাইনা পন্নদবা অথুপ্পদী ব্বাফম্মী। চিংঙু মাগী সঙ্গাইলেন খোইয়ুম লাইয়ুম নুংদবু ফানখোং ফম্বান মাংদবু থৌদু অমা লেপ্পা য়ুং তাওজিং হৈরাং হৈথাফম শিঙেল লৈরাং লৈথাফম, চিংঙু স্না খুয়াখা খুৎফাংননা কৎচরুবাবু, তাওজিং হৈরাং হৈমন লৈমনবু ব্বায়েন (কতি) থৌদানা হৈমন লৈমন য়েনবদী ব্বায়েল পুংবু ওইবনি। ফাংখোং ঙমদাইনফম্মী। ব্বায়েন পুংগী মনুং হোজংদী, মনুং ফম্বান মাংদবু স্না ফম্বান খাদবু থৌদু নুংফান থাবদী, অয়ে পুংখোল থোক্লা খোইয়ুম লাইখুন লৈবদী, শোক্লা শম্নাহৈদবা, অরুবদী খুদা নুঙ থম্বান লৈক লৈশক হেনবা থৌদু খুদা খুনেৎ নুংবু থারিএ। নহননোং হায়িংকোইজা, কয়াবা, য়াংথোংজাম্বা, অহুম্মকনা হরাও শকশেম তম লংহিং লংশেং লংজানা, চিংঙু খোইয়ুম কোন্দুম য়াইবীরেন শিদববু হিগী মরিনা হিরিফান, হিরি হিরাওনা হরাও শকশেম তম, নবু তাইবং ওইবনা তৌজহৌনবা শিন্তাক শিন্দম্বীরম্বা মফম্মী। খোইয়ুম্না ঙাংখা খুনয়াই খাইনা খুন্দাবদী নুংবি শিদবা খুনেৎনা নুংনাং নাদবা খুদানা চিংঙু খোইয়ুম লাইখুন অশিদী চিনবান নাচি কাংফদা য়াইবী নিংশা শাথৌদ কোইয়েৎ ফিরৈ চিনখুম্না অনম অথৌ কোক্কুনা য়ুমকোক্লোননা য়ুমকোক্লা লাই খুবাক খুদুনা থোংগী নতে কাং চারগী নপৌ শৎতুনা খোইয়ুম লাইথোং হাংনয়ে। চিংঙু খোইয়ুম মহাক্কী মমাই নোংচুপ পাংদুনা চিংঙু থাংজিঙ খুভম চিংজাওলেনবু শকয়েংননা ফম্বাল লাংলিএ। শুন তরং অতিংঙা অহাংবা অতিয়া শকউদবা মপুগী শক্তম লৌ "তরং পোননা শামু হকচাং ওই! শেলহিংনা মিতম লাক খোইরুনা মিরেল লৌদুনা তরেৎ কোনফুং শুংদুনা কোল্লু কোমাই কোঞ্জল্লে। লাংহে কুমশিং কুমজা খুদীংগী লাইফি শেৎপা, লাইফিদোকপা নাইবদী, শকউদবা মপুনী মিতম পাদম লাকচবা শকতম্মী চাওবসু কোইরেন নিংথৌ শাংবসু কোইরেন নিংথৌ থংবসু কোইরেন নিংথৌ কোইরেন অহুমথক্তা ফম ফম্লীবনী সেনগী চৈসু পাই য়োৎকী খুরুম তোং ফুরিৎ সাইচোনবা লিং স্না চেনচাম খুজি শি পাম্বোমদা স্না সেনসেংনা কোনখানা! লৈচিন মচু, নোংজবী চারৈনা খাংশেৎনা, নমখাংনা

থম্বান অঙৌবা মচুনা ওই, কোকথোন্দী মেমানবা মচুনা লৈয়েং লৈরক থেৎ ! লৈনা অঙাংবনা নিংখম চরৈখম চারৈ লৈরোং হৎতুনা পাক্লোই কোকথোন নিংথৌ ৱাংবা শমজিন চিন; নিংখম শমজিন নাপ্পা তারকপা অনিদা তোক্লেন পাফন শিদবা মতোক মশিং নাইদবা শক্তম্না পাক্লোই লৈশা শারিএ। চারৈ খামেন চৎপা মুরাংনবা শেৎলিবা লাইনিংথৌনি। খুৎসুদী খাংনিং তা পাইবনি। তিমেন মতাচা অহৰুপদী চিংঙুনা খুম্ফোকঙৈ খোংবাল্লাই অয়াংবা চা কৌবা লাইহিংচাবা খিবিকপু কোইনা লেংনা হাৎপা কোইরেং মখুৎসুবু পাইবনি। লোরেন ম্না নপুংয়াইদবু ফৎতা হাওদী তাববু, থংজিং চিংমাই হোৎতুনা, তুরেন তুখায় তৌ, লোক্তাক ইশা মপন পাৎচা সলাই খিবিক্কী তুখোং তৌদুনা, লোক্লৌ লাইজ ইথারক তুরেন লাইজ ইতৌবা, তিমেন কোইরেং মখুৎসুনি। খুৎসু থাংলেন অমদী থাং তোনকুপ্পা, থাংলাবা থাংনারোইবু খুৎসুবনি। পাম্বা কৈয়াং লাইশা শাদোংবা, অচৎ চৎতা খিবিকপু লিথাং চানা চানা অনেম অৱাং নাইহন্দুনা, থৱাই মরু থাংববু থাংজিঙ্ কোলোয় মিংথোনবা য়াইবী পল্লোয় তানবনী। মলেম তেংবান খিবিকপু ফুককৎ থাংকৎ চিংখৎপা, চিংঙু উংবীরেল মশালোন্দগী তাথোক উংথোক চিংথোক্লকপা থংচিংঙনি। চিংঙু শাৱা তুখোংদগী খোইয়ুম লাইয়াম হাকোকপদি থাংচিংও - চিংউ কোইরেন নিংথৌবনা খোইয়ুম লাইনিংথৌ ওইনা পানবদি মশানৌ তমফা লাইরৈমা ইরিক কোম্বান নিংথৌ চানু নুরা কোলোইনবীগা য়াৱা লাহে শিল্লংননা ! অয়াং লমগা হৌরকপী, নোংবান লাইজ লৈমা লাইশন থানবী কাঙ্গ্রৌ লৈহাও পোকপিদ থাউমৈ মপন থানবী, খাম্বী মৈমাং ফম্বী পাৎসোৎ লল্লোই তানবীগা চিংঙু শানৌ মতৈ-মনাও অহুম্মক্লা মোমনু শুনাগুম থাংজিন্না হৱাও পুঙ্গোই লেপ্পা পান ৱায়েন থৌদা তম্বীএ। চিংঙু মাগী খুনফমথৌ, নাইফমথৌ খোইয়ুম ফল্লোন কাইদনা হৱাও য়াগা পুংবু কাদুনা ফম্বান লাংবদি, লাইপুংথৌ মপন, লাইবেম্চৌ মপন্ ! লাইপখং তরেৎ, লাইনুরা তরেৎ ফমদৌ হুমফু মরি লৈমা নিঙোন হুমফু মরি শুন বু ফমদোংলী।

কেগে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ খিবিকতী ঙাশি ফাওবদা মৈনা ইশিংনা মুৎতাবা, পুথাংকোকনা চৎনারকপা পথংকোক্লা তাক্লম্বা চিংশাং খোইরেলহিগুম থুমখোইনা চিংখোং পোংলৈ মৈগুম মুৎতনা মরান থৌচৎ পুকাইদনা চৎনারক্লী। লোইদাম

কানবী কলেনথাদা কোরৌ নুমীৎ অচংবদা মকুম থাদী থাকাওদনা খুনফমথৌ খিবিক্লা ফম্লুপ লেংনা তিন চিংঙু ইবুধৌ থাংজিংগী হরাও য়াগাপুংবু কারিএ। খোইয়ুম লাইগী মকুম থাদদী লোইদাম শাজিবু থা কোরৌ অহানবা লাংমাইচীং থবী মাসু লান্নংদবা থাবা মাসু চৈচেন্দবা, খেলেন পুঙ্গোই লেপ্লা পান; ময়ুম কেগে মোইরাংনা মেল্লৈবুদী লৈস্না কৌববু, মেল্লৈ লৈস্না নুংজুমপান কদম্বদী লৈনুংশী অদুনা; পামেন সয়ি থেমজাথকতা মুবা খুমু ঙাদম হুল্লকপদা, খোইয়ুম্না স্না চোংলেন খান চপথাং য়াওরোংফান মথক্তা ফমদুনা। লৈশং লৈঙৌ খাওননা কাংহায় মিতম মরেংহুম; কেগেপুংদা খুন্দা য়ে।

চিংঙু খোইয়ুম লাইকোন্দী মদাইরেম অমাইবা, অশৈবা পোংবৈ য়াগৈজবা, অমাইবী মঙদম পাওজন্না কেগে ফমদৌ হুমফমরিমক্লা শুনবু তিল্লীএ। পুংয়ৈ শেনয়ৈ ঙম্না তিন্না চিংদা লাওবা তরামা " তমদা লাওবা তরামা " হোইরৌ হয়া লাওনা কেগে চাওনবা মোইরাং শাংননাবা কুমজা পাক্লা তাই; লেমথোং শাংনা ফুই ! হরাও মথোই তোংনপুংবু কুরীএ। লাংহৈ কুমশিং অমনা খোংচিংঙে। লাংহৈ কুমশিং অমনা লমথোকএ। লাংহৈ কুমশিং অমনা য়ুমফমদুনা মরৈএ। লৈথক লৈখা লৈয়াইরেল মরোল অহুম্মক্তবু লমথোকপা লময়েংবা খুন্দাবা মশকপু কাইফদা খোইয়ুম থৌথাবু পাংলীএ।

থাবগী লোইবা নাইদবা চিংঙু নহিকসাং খোইয়ুম নকাশা অরুববু; কেগে পোকপা সলাইলেন, মোইরাং পোকপা থাংজীং খোইয়ুম য়াইবী পোক্লেন অরুবা, কেগে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌ মরান চৎনা পাথাপ কাইফদববু - কেগে পুংলেন য়াইওইবা, মোইরাং খোইয়ুম অহ্কপবু মতেক লমদাং খরাদং শৈথাজববু অহেনবদী লৌথোকপীয়ু ; অব্রাৎপসুং হাপপীয়ু ! য়োল্লবদা ঙাকপীয়ু। লাল্লবদা কনবীয়ু হয়ি হাইনা শৈথাবা; হয়া হাইনা শৈদেম্বা হয়ুম হাইনা শৈরোইজরগে? হায়ি হয়া হায়ুম !!



**Eputhou Thangjing Lai Ekouba**
**( 1913 A.D.)**





**The Group dance of Phamnaibas**
**( 1913 A.D.)**



**Eputhou Thangjing Lam Thokpa**
**( 1913 A.D.)**

# পুয়া অসি ফোংবদা নৈনজদুনা মতেং লৌখিবা

## লাইরিকশিং

১। মাইরেম ৺চাওবা নত্যাগুরুনা খুৎনা ইথোকপীরম্বা মোইরাং কংলৈরোন লমবুবা, লমথোন, লৈশেল্লোন॥

২। চিংলোন লাইহুই" লাইরীক্কী লা: ২০ দগী ২১। (অইবা পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র) লা: ৩৬,

৩। নোংশাবা খুনগোইলোন॥ - অইবা অশেম ইবোমচা অশেবা

## ব্রাহ্মোক্কী মতাংদা-অইবগী পুক্নিং-লমজিঙ্ ওইজবা ব্রাখলগী মণ্ডাল লৌজবা লাইরিকশিংদী॥

৪। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী লাই হরাওবা ফেষ্টিফেল নিংশিং চেফোং মোইরাং থংজীঙ্ হরাওবা মতাং॥ অইবা মাইরেম ৺সেখো মাইবহনবা মোইরাং

৫। ইন্দ্রমনি নাওরোইব (এসিষ্টেন মাইক্রো ফোটোগ্রফিস্টকী) "পেনলোন তেংথা"॥

৬। থালোই নোংখাইলোন অইবা য়ুম্নামচা বুধিচন্দ্রা ॥

৭। বকোকলোন থিলেন সলাই অমাই লোন পুকো পুয়া অইবা থোকচোম থৌকচানপা॥

৮। লল্লে লাথুপ থিলেন পুয়া॥ নৈনদুনা ইথোকপা থোকচোম থোকচানপা॥

৯। লৈমপোকপম টাইচাগী খুৎই লাইরিক "থংজিঙ চিংলোন লাইহুই"

১০। হেমামচা সোভাগী খোমজিল্লগা পুথোকপা মাইরেম ৺ইবোতোম্বী মাইচৌদা কৎচবা "মোইরাং থংজিঙ হরাওবা"॥

১১। মাইরেম ৺ইবোতোম্বী মাইচৌ মোইরাংনা ইরম্বা, থংজীঙ য়াগৈরেলনা ফোংবা "খুৎচুপ চৈমিয়াং"

১২। মোইরাং থংজিঙ য়াগৈরেলগী চেফোং অয়াম্বা॥"

হাইরিবা লাইরিকশিং অসিদা মণ্ডানগী মশক ওইদুনা। ঐগী মৈতে লাইয়েক খুৎইদা লৈরম্বা পুয়াবু শিন্দোক্নুনা পুথোকপা ওমজে। পঞ্জরবা লাইরিক পুয়া খরাসু মতাং চাদবনা নিংশিংজদ্রে॥

# হৌজিক হৌজিক অইবগী ফোংজনবা শেম শাজরিবা লাইরিকশিং

১। মোইরাং নিংথৌরোল অশুবা (হৌজিক ফাওবদা পানবা নিংথৌশিং ফাওবা)

২। লৈশেম্লোন পুয়া অর্গবাক

৩। মোইরাং থাংজিঙ হরাওরোল

৪। কেগে পুংলেন পুংদাইরোন

৫। মোইরাং কংলৈরোল নৈনবা

৬। মোইরাংদা খুন্তাকপনা মংহল্লকপা চৎনরোল

৭। **(মোইরাং শা, কেগে অমাইলোন)** মোইরাং শাথি, ললহাবা, কবুইতোম্বা (সলাং মাইবা) খুমু লৈরিজাম্বা, খোয়োন মোরি নমাইবা, মোইরাং শা (শামু) (মোইরাং কাও) ঙাংবনিংথি পামহৈবা, ঙারাপুংদোংব, লাংনুবী খিবীকী মরমদা নৈনবা লাইরিক।

৮। মাইচৌ মঙানা তাক্লম্বা পাউাতক নৈনবা

৯। লাঙ্গোল লুখোইনা হাইরম্বা পাউওতাক

১০। সলাই অপোক্লোন লাইনিং খুদা

১১। মণিপুর মাইবগী খোংথাং লাইমিং তিনমিং হিদাক্লোন

১২। সুবীকা তাংলোন (খোমজিল্লবা অসুবা য্যোটিষকা নৈনবা মরি)

